# শীংনবা - ২

(অনীশুবা)

মনি মৈকাম, লুকের

ত[illegible]ষ্ঠৈ-গী

# শীংনবা - ২

(অনিশুবা শরুক)

[illegible]

মনি মৈকাম, লুকেব

ꯂꯤꯐꯇꯔꯦ-꯲
(*A Manıpurı Novel*)

By - ***Mani Meikam, Luker Maning Leikai***
***Imphal West - 1.***

First Published 2012

Publisher *Meıkam ongbı Subadanı Devı*
*on behalf of NOHAKHOL, Yurembam,*
*Imphal West, Manıpur-795113*

Cover Design ***Mani Meikam***
Mobile No 9856809134

No of copies 500

Price Rs 150/-

ISBN 978-81-923221-9-3

---

**Printed at** *Robın Computer, Thaoroıyam, 9862669503*

## কচ্চবা

যেংখি যেংখিবা মাযকৈ খুদিংনা
মিৎফম হোংবা যাদবী মালেম'
কচ্চবি ভক্তি নচানা কযাবক।।
শিংবা ঙন্নবোইদবা লমন পলেমগী
কবিনা সেবা লাংশিগে নচানা
অপঙবা লাইববা নচানি তাইবঙদা
ঙমজগনি চামজবা পিবাংনা চবন্দি
অপেন পেন্দদি পলেমগী ব্রাখল
কচ্চবি নচানা ঙমজবা নোভেল
"শ্রীংনবা" পলেমগী খুযা খাদা।
লৌশিঞ্জগে তাকপীবকউ ইমাগী পাউতাক।
শেংলবা লৈবাংনি থম্মোযদগী হেকচবা
লৎনবীগনু লৌশিনবীযু হবাওনা
জয় পলেম !

*****

# নোহাখোলগী মাযকৈদগী

তেল্লবা মতমগী তাংকক অমগী মনুঙদ হিংনবিবা মীওই পুন্সিবু কাউথোক্লদুন মশেনগী মবক্ত মুক্লদুন অঙম তান্ন, মা- মাগী কাংলুপ, লাইবিক, লোন অমদি হিংবগী থাক অসিনচিংব হিবম কযাদ অথোই- অহেনগী নাপন তৌনব ঈবাঙ অমগী ঈথক ঈপোমদ তাউদুন পুন্সি ঈহচেল চেম্থনবগুম তৌনবি শেঞ্জাও পাযব অমদি অঙম অথৌ কযাগী তৌবা ঙম্বগী নাপল, নাকল অমবোমদ হিংনবগী লম্বীদ তুবোই ঙাম্লেইজবমব লাইযবব অমদি শোইনাইবব কযান মীওইব নত্তবগুম হিংলি।

অমবোমদ চাউখৎলবনি খন্নবিব সাইন্স এন্দ তেক্নোলোজিগী যাওল অমদ পুথোক্রবক্লিব খুৎশু খুলায় কয়ান নুংশিববী মালেমসিবু মাঙহনবিগদ্র মিপাইনবক্লি।

অদুবু পূম্নমক্তি লোযনশিন্নোন্ন মীওইবগী অমম্ব ব্রাখলবু মঙাল পীদুন অশেংব লম্বীদ পুবকপ ঙমগনি হাযবগী অচেৎপ মশাগীন ৭ শুপ ওইন "শীংনবা" অনিশুব মিংথোনব মপুঙ ব্রাবী (নোভেল) লাইবিক অসি খুদোল তম্লক্লি। লাইবিক অসিগী অইব মনি মৈকাম, লোযনশিন্নোনবু নুংশিজব অমদি তুংগী ফিবেপ লৈবিব অইবনি।

মাগী খুৎথাদ শীংনবিবসি কনাবুনো কবিবুনো হায়বদু অখঙ অহে ওজা ইবুংঙো- ইবেম্মশিংন মমুৎ তান নৈনবীদুন অশোয অঙাম খিবিক তাকপীদুন অইবসিবু পূক্নীং থৌগৎপীযু নোল্লুকচবি।

চৈচৎ ২০।৮।২০১২ ইং

তোতো লাইশ্রমচা
ভাইস প্রসিডেন্ট, নোহাখোল
যুবেম্নম

## অইবগী ৱাবোল

ঙসিগী অশুক যাম্না চাউখৎলবা যুক অসিদা লাযববা, অতোনবা, শোইনাইববা কয়ানা হিংনবগীদমক শীংনবি। মীওই খবনা মশাগীদমক খন্দুনা সমাজগী মাঙননবা তৌবি। কাঙলুপ খবনা ঈহৌ শাগৎতুনা ঈবাং থোকহল্লি। অসিগুম্বা থৌওং কযানা থল্লবা ইবমদম অসিদা মযামগী যাইফনবা খঞ্জবা মীওইশিংসু লৈ হাযবসি উৎথোচবা মমিং "শীংনবা" নোভেল লাইবিক্লি।

মপুম ওইবা ৱাবীদা মখোঙ শোইনাইববী বানীবালানা পুন্সিদা থেংনখিবা অৱাবা খুদোংথিবা থৌদোক থোক্লকপদা কবম্না মাযোক্লখিবা, প্রকাসনা যেক্লবগা কবম্না লন্না পাখিবা, কুমাবনা মকপ অমগীদমক কযাম ৱাবিখিবা প্রমোট অমসুং মতৈমা বিলাশিনিনা মনাওগীদমক কযাম হোৎনবীখিবা মপা অচৌবীনা মচাগীদমক কযাম ৱাজখিবা পুন্সি। অনিতানা জাতি তেঙাঞ্জববসু প্রকাসপু কয়াম লুনা তৌজখিবা, বিশ্ববজিৎনা কবম্না পুন্সিবু শীংনদুনা লাকখিবা অসিনচিংবা ।

লাইবিক অসি মীযামদা খুৎশিন্নবা হোৎনবদা মতেং পাঙবীবকখিবা পাঙবীবকখিবী খ্বাই পুম্নমকপু থাগৎপা ফোঙদোকচবি। মপান নাইদনা পাক চাউখ্রবা লোযনসিল্লোনগী লৈখন কযাবু নুংশিনা ঙাক শেনবীবিবা মতিক মঙাল লৈববা লৈববী খ্বাই পুম্নমক্লা অৱাৎ অহেন য়াওবমদুনা তাকপিবকপদা তবাম্না ওকচবি।

মনি মৈকাম

চৈচৎ ১৪।৮।২০১২ জে সেক্রেটবি, নোহাখোল

য়ুবেন্দ্ৰম

# অহানবা পন্দুপ

মতমগী পুংজানা লেপ্তুনা লাকপনা অয়ুক্কী পুং ৮ ৩০ তাশিনখবে। অনৌবা থৌদোক ওইবনা যেংনিংবা ভাবোক লাক্নুনা ফন্নবে। লাউদ স্পিকবদা কৌবকই "এতেন্সন প্লিজ হল্লো মিষ্টব কুমাব সিংহ মাযেপশিনা কৌবদা তাববদি অদোম্মু পাবুংনা খৌবাংনা ঙাইদুনা লৈবে। নহাক্লা লাকপদা হান্নগী চে চাং পুন্নমক অমত্তা চিৎথদনা পাইবিবক্লুবা খংহঞ্জবি।

অতোপ্পা লাওথোচবা অমনা ঙসিগী কৈন্যা ইন্টুভিয়ু অনিশুবা তাংকক্কী খনগৎলবা পার্টিশিপেটশিংনা যাবগদি মেডিকেল সার্টিফিকেট অমদি মবি লৈনবা চে চাং অমত্তা চিৎথদনা, হায়নবা তৌদনা পুদুনা চঙবিবক্কদবনি থেঙ্ক যু, থেঙ্ক ওল।"

মমাংঙৈ শগোল কাংজৈ শানবন্নীবা চাউববা পাক্লবা হাংলবা লম্পাক্লি অঙনবা অয়ুক্কগী লৈকায নহাবোল কযানা মতেং পাংশিনবীদুনা অযেংবা ভাবোকশিংগী তোংঙান্না ইন্টুভিয়ু যাওবিগদবশিংগী অমা মপা ইমুং মনুংশিংনা তোংঙান্না শিমেনাব খন্দুনা যাম্না চীংলেম্না হোৎজবিবা প্রকাসকী কৈন্যা খনবগী থৌবম্নি।

ইনাক খুনবা কযাগী খনগৎলবা মচানুপী কয়া ওইবনা গাডী মখল কযানা পবেং লেংনা খাম্নবা মফম (পার্কিং অমা) শেম্মী। মফম চানা হাযনবা তৌদনা লেম্না খামদুনা থম্নবি। মীনিল খজিক্তং তাবনা পৈশা খজিক্তং ফংহৌন্নবা হাযদুনা হোটেল ফম্বী ক্বাযোনবী পোৎফম ফম্বী কয়া কাংজেবুংগী মতায পবেংদা নুংশাগী মৈশা ফিনা, টিনা ফক্লোংনা খুদক্তা খনগৎতুনা শান্নবি। পীক্লবা অঙাংশিংনা হবাওনা কোইনা চেন্দুনা শান্নজবি মীযাম মবক অদুদা।

থোঙ্গাল ওইবিবা গেট অদুদা চাউববা লফু পান্বী অনি যুংলি। লেংশিনবীবকউ হাযনা থাবীবা অঙৌবা ফি অমা শাংনা যাম্নবি খনগৎলবী শকহেনবী কৈন্যাশিংনা মনিং তম্না ফন্নদুনা ঐনা হেন্না ফজে। ঐনা হেন্না কল্লী।

লমজেন চেন্নববশু কিদে। ফুগায নহল্লবসু কিবিদে। হাযদুনা মুকচবী। খবানা ঐনা ইহেন হেন্না শক ফজৈ মাগুম্বী ফুট শুদবী কযা অসিবু কনানা খনবীগনেগে। খবনা খঞ্জবি। হে ঈশ্বব ঐদি সবকাবগী থবক মচা অমা খক্তনি তৌজবিবা। অউনপোৎতি অবিকপা তাচৌখোয় তযাযখোযনা কৈশু উনবীবক্লো-য়দৌবি মসিগী মতাংদা অমুক হন্না হংবিবক্তবদি ফখ্রগনিদা। খবনা খঞ্জবি হুবেল লমজেল চেন্নহনবদা মিথিকা তাবক্লবদি ইকাযজখ্রগনিদা। হে ঈশ্বব লমজেল চেনবগী থৌবম যাওদনা লোইশিনবিখিবা .! মখল মখল খন্নবিবা ! খ্বাংচাওবী কযানা নুমিৎ মবি মঙানি ব্রাৎলিঙৈদগী মমল অয়াম্বা খ্বাংচেংন্নবা বেল্ট মীবমদগী চেন্নদুনা ক্রক ক্রক লাক্লা ফান্নবি। মতমগী ইবাংদা মচেৎ যাওকবী কনানা অঙাংবা শন্নাংদু অমুবা গোদ্রেজগী মচুদু খবা যাম্না শংলদুনা মনিং তম্না মালং শাহুমদা পাইহনলি। মমাযদা মাযহিং হাযফেৎ কাবক্লবী যাওবিবদুনা ঙবাং পালাব চঙলুবগী ঙসিদি তনাল তনাল মেকপ অমুক তৌশিনলকপা অদুদা কনাসু খংদ্রবনি হাযদুনা মুকচবি।

মমা মপা ওইবা কযা মচানপী, মচননুপীগী মতৌ যেংনিংবনা লাক্লীবশিং অদুনা ঈশ্বব খুবস্নদুনা লৈনবি হে ঈশ্বব ইচানুপী অসিদদি হন্দক্কী ইন্টুভিযু অসিদা পাস তৌহনবীবকউকো।

চে চাং পাযখিবা কুমাবনা যৌশিলক্তবদা মপা অচৌবী মীযাম মবক্তুদা লৈফম খংজিলক্তবে। মহাক্লা মচানুপা অহল প্রমোটপু কৌথোক্লগা হাযবকই,

- "ইবুংঙো ননাও কুমাবদো কৈদৌবৰনো হৌজিক ফাওবা যৌশিনলক্রে নহাক গাডী মচা অমা তোংলগা অমুক্তং যেংঙুগেবা? ঙহানগী চে চাং পুম্নমক মাগী ফাইন মনুংদা যাওখ্রিবনি।"

- "অহোয পাবুং যৌশিঞ্জকগে।"

প্রমোট মাগী গাডী বজাজ সুপব তোংদুনা কুমাবখোযদা চৎখিবমই। মযুমদা মমা লৈবমই। গাডি শুমাংদা থামই। কুমথবগা প্রমোট মমাদুদা হংলকই,

- "ইনে কুমাব লৈববা?"

- মমানা খুম্লকই, "ইবুংঙো মাদি ঙসায যাম্না অঙনবদা অকবা থবক অমতা চৎলুখিগে হাযদুনা চৎথোকখিবদগী হৌজিক ফাওবা হলক্লিনে।"

পাউ অসি তাবদা প্রমোট পাখৎপনা মশা পুন্নমক হুমাং অনপ্পী কাবকখিবা খংহৌদে। মখা তানা হংলকই -

- "ইনে অতৈ ব্রাফমকদি ফোঙদোপীবমদেকো?"

মমানা খুন্নকই, "অতৈ ব্রাফমদি হায়বমদেবো ইনেদা।"

প্রমোট ঙাইহাক খন্নুক্ববগা অমুক হংলকই -

- "ইনে ঙসি অসি ইনাও প্রকাসকী কৈন্যা খনবা অনিশুবা ইন্টরভিয়ু লৌগদবা নুমিৎনি। অয়ুক্কী পুং ৯ ০০ চপ চানা হৌগদবনি। মীয়াম তিন্দুনা কুম্মৈগুম লৈনহৌববনি অদুবু মহাক্কা য়ৌবক্তবদুদা কৈদৌববনো হায়দুনা পাবুংনা থাবকপনি। মঙোন্দা অকুবা মমাং ইন্টরভিয়ুগী চে-চাং যাওবা ফাইনদু শিন্নখি হায়বদুদা লৌকনবা মহাকসু লাকপীনবা হায়জবা লকপনি।"

মমানা নুংঙাইতনা শোল্লি -

- "ইশ ! অদুদি কবম তৌগনি। শোইদনা চোপ্পবগনি। ইবুংঙো ফিদাদুদা ঙাইহাক্তং লেংশিনবিয়ু ঐ মাগী শোদু মপান্দাকা থনম্ববা যেংঙুখিগে?"

মমানা ফৌ খৈবম্বা তোক্লদুনা মচাগী কাদা চংখি। প্রমোটনা হান্না থাবম্বা ফিদাদা ঙাযহাক চবাংননা পূক্লীং লাংতক্লনা ফমই। ব্রাখল মখল মখা মওল মওল খনলকই "কবিগুম্বা ফাইলদু ফংদ্রবদি কবম তৌগনি ? অনৌবা অবিবসু খঙলবোয। কনানা খনখ্রবনো কনানা খন্দ্রীবনো মদুসু চযেৎনবগনি।"

মসি পুন্নমকশে ঐখোয পাবুং পুকফত্তনা থোকহনগদৌবিবনি। পুন্নমক লাইবিক হৈতবা অঙাং মচাগী থৌদৌ তাহনগদৌবিবনে। লৈমিন্নবিবা মচা নুপা ঐঙোন্দা থাজবা থমদে মদুনা পুন্নমকশে থোক্কদৌবিবনি। ইন্থোক্লা ইকাযজগদৌবিদা মীযাম মমাং অসিদা ।"

থিবা যাবা থিকববা তুংদা উপায লৈত্রেবী কুমাবগী মমা অব্রাবা শক্লোন পুদুনা থোক্লকই। প্রমোট শক্লোন অদু উবগা খংবা ঙমই "মায় পাক্তবে" থিবা খংদবে। অদুবু মীগী মযুমনিনা পূক্লীং ফাথদুনা লৈবমই। কুমাব মমানা হাযবকই,

- "ইবুংঙো কান্নদবে ননেনা থিবা যাবা উপু কাংথোন মখা কনাগী মাগী টেবল মথক্তা লৈবম্বা লাইবিকশিং মথক মখা ওন্দুনা থীবে থনমদে। ফুবিৎ খাউদা হাপ্পুনা পুখ্রমালে। উপায় লৈত্রেবো ইবুংঙো শোশি তংঙাযমক ফদ্রবদি ফক্তোকপবা কবিনো ইবুংঙোনা থোকপা তৌবীবো।

মীগী উপু ফক্কুনা ফাইনদুগীদমক খীবদি পামদবনিনা প্রমোট ফম্বা য়াবক্তবে হৌগৎলি অদুগা হায়বকই -

- "ইনে য়াবে, ঐখোযনা থোকপা শিঞ্জব্বগে অমুক যৌজবে।"

- "নুংঙাইখিদবেদা ইবুংঙো ননাওনা ঙসি তৌবিবশি মীবু চংহাৎ হাৎপগী ফিভম্নি। কদায়দনোবা মানা চৎলিবা থবক্কুনা কয়াম লুববা থবক্লো মী উশিংতবা শাই।" মচিন্দা শোন্দুনা লৈহৌই। প্রমোট গাড়ী থৌবদুনা চৎখি।

অযুক্কী পুং ৮ ৪৫ চৎখবে। কুমাব কৌবা চৎখিবা মচানুপা প্রমোটসু হলক্তবে। মথা শাবে মপা অচৌবী! কবিনুংগী কৈন্যা অচংবী, মবল লৈবী মীনুংশি চাওবী, যুম্বানবা হৈবী, নাওযোক হৈগদবী, মশা মউ ফবী, ফিভম মুর্ত্তি চুম্ব, মহৈ মতিক চানা হৈবী, সাবকাবগী থবক তৌবী, মীবক নাবক খঙবী, অকিবা লায়না পক্তবী, চং চং লাওবী, ইবেম্মা অমতং ইবায লায়না মৈত্রবাক অসিগী মনুংদগী খঞ্জগে তৌরুবশিদি ফাগী তাখিগদৌবে। চৈবমদা থোংখোং শাবকপা তাবক্লদৌবে ঙসিদি।

"ইমায় পেম্মা তোপ্পা হৌবগা পোকলাওবীনা লোইশিনগদৌবিবা অসি অচৌবী ঐগী ইমৌ অমতং খঞ্জবগী থৌবমশিং মাগী মচা কুমাব হাযবদুনা পুম্নমক ফাগী তাহনগদৌবি হৌজিকপু ঐ কদাযদা চৎলগা লোৎলুবশিগে, হে লৈক্রক! নখোযসু অবাওবা অমতা হেক লৈতে মতাংসিদা।"

চবাংনবিঙৈ মচানুপা অহল প্রমোটনা কুমাব কৌবা চৎখিবদু মাগী গাড়ী মচা তোংলদুনা মপাবুং মনাক্তা থুংলবে। অচৌবী ৱাবশ্না ৱাখল খজিক্তংদি শাফৈ। মীহুন চোংবদি লেপত্রি মেন তাদ্রিবনিনা চংশিন্দুনা হংই মচানুপাদা,

- "ইবুংঙো কমদৌবে কুমাবদি ? লাকহৌগদৌববরা? কৈদৌবমই ?"

প্রমোটনা খুম্নকই -

- "পাবুং ঙসায অঙনবদা মাগী অরুবা থবক অমা চৎথোকউখিগে হাযনা চৎখিবদগী হৌজিক ফাওবা হলকহৌদবি।"

- "চে চাং হাপখিবা ফাইনদুদি পুবকপবা?"

- "পুবক্তে। মহাক্না পুদুনা চৎখ্রবা মালে।"

- "অদুদি কমদৌনি ইপাদি লোংঙেদনা?"

- "*মসি পুম্নমক পাবুংনা নচাদা তান্নবিবমদবদগী থোক্লীবা ঙাক্তনি। ফবেদনা হৌজিক্তি লৈবাক পুংজাও থিল্লগনি। মীগী মবলনা নুংঙাইবা পান্নুবগী নুংঙাইগদৌবে।*"

ঙসায় মখৈ ব্রাবী তাদুনা লৈবম্বী বিলাসিনিনি। মপা মচা খোন কনখৎনবকপা অদুদা চঙশিনলক্লুনা মপুবোইববু কৌথোক্লুনা থেমজিনলগা হায়বকই -

- "হৌজিক্তি হৌখবে মতমদো। লাকও ঐ থৌবাং অমা তাকচগে। খৎনদুনা লৈবা মতম নত্তবে অহনগা মান্নবীকবগনু।"

মকুদা ওনশিল্লগা হায়বকই, "পাবুংদি লেম্লা ময়াম লেঙশিনবীবিবা অশোমদা ফমদুনা লৈবীয়ু।"

মতৈ মনাও ব্রাতানৈ। নহাক্লা লৈকায়শিগী লাইবিক হৈবা অঙাং খবা থীবিবকও মখোয়না ঐখোযগী মতেং পাঙহনশি।

- "অতৈদি?"

- "ঐ হৌজিক হান্না যাওখিবা কোন্না যাওনিংবা, শেলেক্সন তৌথ্রবনি মখোয় মশা মশাদা হংলগা লিষ্ট অমা খুদক্তা শেম্লক্লগে। মদুনা মখোয়গী বেকোর্ড ওইবগনি।"

- "পীওন্দি কনানা ওইহনগনি?"

- "নচানুপী।"

- "তানিংদ্রবা ব্রানিকো, ফাগী তানি।"

- "ঐ খঙই মহাক্কী মমানি। লিষ্ট অমা ঐনা শেমগনি মদু মহাক্লা য়েংলগা ময়াম মমাংদা কৌশিনহনগনি।"

- "অতৈ চান্ন থক্লবগী বিফ্রেষ্টমেন্টদি কনাদা শিনবল্লবগে ?"

- "অদোমদা পুক্লীং চংবিবক্লগনু ননাইনা ফনবা পুম্নমক জ্ঞান তাবী লৈশাবিশিংদা লোযনা শিন্নবল্লবনি। হৃবেল মতাং চানা ঐনা ঈঙ্গিৎ অমতং তৌখিবদা লোইনমক থবক ওইনা পাংথোকচবক্কনি ও কে.। চৎলো লেংশিনবীয়ু। ঙসিদি ননাও নুপী খনবদা অদোমগীসু হক চাওনা পীবীববনি।"

বিলাসিনি মপুবোইবদা মোমোন তৌনা নোক্লদুনা হাযবল্লগা মানা হায়বম্বশিং থবক্তা ওইনা ওম্থোক্লবা হোৎনখি।

মপুবোইবা প্রমোট মহাক্কী নুপীনা ঈঙ্গিৎ অমা তাকপীবন্নদগী ৱাখল নে তানা লৈহৌই। ঘড়ি য়েংই হৌন্নবা বেল পীবকই।

পীক্লীবী মচানুপী কদোমদগীনো ফনেক মপান্নাইবা অমা শেৎ অশংবা বেসনগী ফুবিৎ অমা লিৎ ওইবোমদগী য়েৎলোমদা ইনফি মচা অপাবা অমা য়ান্দুনা মকোক্তা অঙৌবা বিবোন অমা ফাজিল, লাইবক্তা নিংথিজবা চন্দন নাতোন্দ শ্রী হাপ্পী। নাপদা লৈহাও চবোং অমা য়াস্থবী মমানা লম্বী তাকপী প্রপ প্রপ থোক্লকই। মাইয়েপ মপুনা মবি শমদবা মাইক্রফোন অমা থাংগৎতুনা অঙাংদুদা পীবমই।

হৈ শিংলবী বিলাশিনিগী মচানুপী কমলা মখোয়গী স্কুলদা ওজাশিংনা থাগৎলিবা ছাত্রী অমনি। স্কুলগী কবিগুরুনা ফংসন অমা তৌবকপদা ফিজোল অসিমক্কী শেৎতুনা মীযাম মমাংদা অঙাংমক ওইজববসু ইচংথৌনা অকিবা ৱাখল লৈতনা মহাক্তা হাযদোকপা পামজবিবা ৱাফম অদুমক ময়েক শেংনা হাযদোক্লকপা ঙম্বী নুপী মচানি।

মহাক্কী খোঞ্জেলদা থোইদোকপা শক্লাইববী শক্লাইববা শৈশকপা শৈশকপীশিংগী নুংশিববা শুব অমা তোপ তোপ্না লোযনবকপগুম পীক্লীবী কমলাগী খোঞ্জেলদসু মীযাম্না তানিংবা শুব অদুমক লোযনবকই।

"মন্দিবদা পুজাবিশিং নৎত্রগা পণ্ডিটশিংনা ঈশ্বরগী মুর্তি মমাংদা শবিক খিংবদা থোক্লকপা মখোল অদুমক্নি" পীক্লীবী কমলাগী লৈতোন্দগী তঙাংলবী চিনবান ফাওদুনা মপান্দা থোক্লকপদা তাবিবা খোঞ্জেল অসিমক।

অতাবা পুন্নমক্কী পূক্লীং চিংশিনলি। অবাপ্পদা চাদুনা লৈনবম্বা পাখঙ চোইহা ফাওবদা কনাগী অঙাংনো ৱা ৱা হাযদুনা পূক্লীং চিংশিন্দুনা কৌশিল্লি।

মসিমক ঈশ্বরনা পীবকপা মীওইবগী চাউববা মগুন অমনি। ঙসি প্রমোটনা মচানুপীগী ৱাফম হৌদোক্লবদা পাখৎলি শোইখিগনি ফাগী তাদুনা তোক্লগনি, শোইববদি অশুক যাম্নবা মীযাম মমাংশিদা শিঞ্জ লাংজবিবা পুন্নমক অবেস্বা তাদুনা তোক্কনি।

অদুবু মমা ওইবী বিলাশিনিনা চিংনবা পোকখিদে, মচানুপীদা থাজবা ফজনা থমজৈ। মবমদি মখোয স্কুলগী ফংসন অমা তৌবকপদা মচাগী মতৌ যেংজনিংবনা অমুক্তা চিৎথদনা য়াওকববনি।

*অশোমদা বিলাশিনিনা লৈশাবী অচৌবা ফিজোল নান্না শেৎপী খবা গেট মনাক্তা পবেং অনী থোক্লা লেপফন্দুনা থমই।*

মতম ঙাইদুনা লৈবল্লবা নুমিৎতুগী অতিথি ওইনা বার্ত্তন ফংলবা প্রধান ইবুংঙো পুংশিং য়েংলগা তপ্না তপ্না লেংশিল্লকই। লৈকাযগী শিঙ্গা লাংজবিবা অঙাংশিং লোয়ননা অচৌবী, প্রমোট, নাকন্দা বিলাশিনি মখোয়না লেঙথোক্লক্কুনা তবাম্না ওকপগী থৌবম পাঙথোকই। কমলানা অতিথিনা লেঙশিনলকপগী মবমদা লাওথোক্লককই -

"এতেন্সন প্লিজ' ঙসি যুমশকৈশ নুমিৎকী যাইফববা পুংফম, অযুক্কী পুং ৯ ০০ চপ চানা তাখিবগা লোযননা ঐখোয়গী কৈন্যা খনবগী প্রোগ্রাম মখা চৎথবা হৌজবে। থেঙ্ক যু, থেঙ্ক ওল। ৱেলকম ইভিবিবোডি মাই গ্বেষ্ট।

থৌবম অসি মপুং ফান্নবগীদমক্তা ঐখোয পুপুনা হাযজকবদা মশাগী অচিনবা কযা থাদোক্কুনা হবাওনা যাবিবকখিবা ইকাযখুম্নজববা লমদম অসিগী প্রধান মহদোয খোংদোযবীবক্লে। মহাক্লা ঙসিগী মযায তাংবন লৌবিগনি। মহাকপু ওকপগী থৌবম অসিদা ইকাযখুম্নবা উৎপা ওইনা লেঙশিনবীবিবশিংনা ঙাইহাক্তং হৌগৎপীযু হাযনা তোল্লবী ঐনা নোল্লকচবি। থেঙ্ক যু, থেঙ্ক ওল।"

নুপীমচা অদুগী ৱাঙাং ৱাতা নুংশিববা খোঞ্জেল অদুনা মযামসু ঙাইহাক্তং হৌগৎলি।

মবক অদুদা অমুক লাওথোক্লককই- "অনিশুবা ওইনা ঙসিগী লাইবক লেপ্পীগদৌবিবীশিং মযামদা শকতাকচবগা লোযননা ঐখোযনা হাযজকবদগী লেংবীবক্লীবা ধর্ম্মগী অহুমগী গুরুশিংদগী আশিবর্বাদ নিজবগী থৌবম মথংদা লৈজবে। গুরুশিং অদুদি অহানবদা যেৎথংবা হিন্দু পণ্ডিত অবিবম থানিল শর্ম্মা, মথং মযায থংবা গুরু মৈলানী বাবু, অবোইবদা লেঙশিনবীবিবা অসিনা খৃষ্টান গুরু পাষ্টব খোম্না সিংহ।

*হৌজিক ইকাইখুম্নজববা অতিথিনা মহাক্কী শৈজাদা লেঙশিনবীগ্রবগী মতুংদা মিং কৌশিঞ্জবগে অমমমতা ওইনা লেঙশিনবীবক্লবা শেম শাদুনা লৈবীযু।*

ইন্ট্রভিযু য়াওগদৌবিবীশিংনা মখোয মখোয়গী মমিং কৌশিনলকপা খৌবাংনা ঙাইনবি। লেংশিনবীবিবশিংনা যেংগদবগী পূক্লীং লাংতক্লবি।

মমা, মপা, মবুং, মনাও মবোক্লচিংবনা মচা মশুশিংদা হায়বি।

- "য়েংউ য়েংউ নখোয় নচে থোক্লকদৌবে।"

- "ঐগী ইচাদো ঙবাংদগী ৱেট তানবনি হায়দুনা চাক ফাওবা ময়াদা মক অমা তাখিদ্রবনি। ইম্বোক্লা ৱাবন্নগনিদকো। নুমিৎ খুদিংগীদি হঞ্জিলকই চা হঞ্জিলকই চা মশীং শংদবনি। ইশ! ৱাবন্নগনিদকো নুংশা হায়গৎলকপা অসিদা। কবম তৌবগবা ?" মমা ওইবীনা মচানুপীগীদমক থবায় ৱানা ঈশ্বরদা থৌনিজবি।

- "হে ঈশ্বর! মহাকতংদি খনহলবীবকউকো।" শেঞ্জাও পাইবা মহাজন মচানুপীবু মশক তাকচনবা মীয়াম মমাংদা কৌথোক্লকগদৌবে হায়দুনা হবাওনা য়েংনবি।

চবাংনবিঙে মতমনী কৌথোক্লকই মথং মথং পীক্লীবী কমলানা কৈন্যা ইন্সটিটিয়ু অনিবক শুবা ওইনা য়াওবীগদৌবিবীশিংবু কৌশিঞ্জবি।

- "সে· নম্বর ৱান (১) নামৈবাকপম চনু খম্বী লেংশিনবীবকশি। ময়াম্না খুবাক অমুক্তং হৌনা খুবিয়ু। ৱেলকম মিস নামৈবাকপম চনু খম্বী দেবী।"

মীয়াম উনবা ৱাংনা শাদুনা থম্লবা স্তেজনি (প্লেট র্ফোম) মদুদা চিংলেম্না মোমোন নোকপা মায়থোংনা পূক্লীং মকালাম্না কাখৎলকই। মাইক্রফোন কমলানা পীবমই। মহাক্লা মদু পাইবগা মশাবু মশক তাকচবকই,

- "ঐগী ইমিং নামৈবাকপম চনু খম্বী কৌজে ইশা এম এ. পাসনি হৌজিক কম্প্যুটরগী র্কোস অমা যাওশিঞ্জবি। ঐ হিন্দুনি।"

ময়াম্না খুবাক হৌনা হৌনা খুবদুনা মাযকৈ খুদিংদগী লাওশিল্লকই -

- "মঙ্গোল ওইজবো, মঙ্গোল ওইজবো।"

পণ্ডিত অহুম্নসু হায়বকই -

- "মঙ্গোল ওইজৌ ইবেম্মা।"

মহাক হেক চৎখিবগা মথং অমুক কৌশিল্লকই।

- "সে: নম্বর টু (২) অনিতা সেঠি, ৱেলকম, কম ওল, দেখায়ে অপনা চহেরা প্লিজ।"

অনিতা সেঠি য়াম্না চিংলেম্না ফম্বাকথক্তা কাখৎলকই। ময়াম্না খুবাক হৌনা খুবকই। মহাক্লা মখুৎ লোম্নদুনা পুম্নমকপু খুবমজবি।

পাখণ্ড অঙাওবা খবনা নাকন্দগী লাওশিনলকই - "কি গল হৈ কুবিযা।" কমলানা মাইক্রফোন পীবমই। মহাক্কী পবিচয় তাক্লকই - "সবকো সসিবিকাল! ঐখোযদি কাববাবব্রালা ওইবনিনা লাইবিক যাম্না তমহন্দে বি এসি. ফাওবদং তমহনলি। ঐহাক পঞ্জাবীনি। ঐগী পোক্লফমদি মনিপুবদনি। ঐগী মম্মি, ডেদি অনীমক য়াম্না নোবল ওই মবম অদুনা ঐনা পামজবা বব খঞ্জবদা কুশিস তৌবা যাই। নুপী ওইবীগী থবক লোইনা হৈজে। অদুগা মৈতৈগী মৌ অমা ওইববা মতুংদা কবি কবি তৌববা হায়বদুসু ঐনা ইমান্নবীশিংদগী লোযনা তন্নে। হৌন লোনচৎকী লাইবিকসু নৈনজে। হৌজিক্কীদি ঐদি শিখনি। হিন্দু।

মহাক্কী ব্রাঙাং তাবদা মযাম্না থাগৎপা পীদুনা খুবাক হৌনা হৌনা খুবকই, হুইসেল নাকন্দগী খোংলকই। ঙসিগী অচৌবীগী মমৌ অফবা খনবগী থৌবম অসিদি অঙকপা কুম্মে তাখবে।

পণ্ডিত অহুম্না আশিবর্বাদ পীবদুনা হাযবকই -

- "মঙ্গোল পীনবা ওইশনু।"

অনিতা সেঠি থোকখিবগা মথং অমুক কৌশিনলকই।

- "সে. নম্বব থ্রি (৩) ব্রাংখেম বিনোদিনি দেবী লেঙশিনবীবকশি। ব্রেলকম মিস ডবলিউ বিনোদিনি দেবী, কম ওন"।

মমিং তাবদা হৌগৎলক্লনা প্লেট ফোম মথক্তা কাখৎলকই। পাখৎচববা ব্রাখলনা মিহুন থাহুন শুজদবে মবমদি মহাক্তী মবৈ লোনবীনি অদুম্না পাখৎলবদি খোঞ্জেল অমফাওবা থোক্লবোয। অদুবু উপায নৈতে কৌখৎলক্লবনিনা তপ্না তপ্না থোক্লকই মতুংদা মবোক অশোনবীনা চৈশু পাইদুনা হৌগৎলগা হংলকই

- "ইবেম্মা ঐ অমুক থোক্লকখিগদবো?"

হাযফম খংদ্রবী ডবলিউ বিনোদিনি দেবী কবি অমতা হাযবমদনা মীযাম মমাংদা থোক্লকই। মযাম্না খুবাক হৌনা হৌনা খুবকই।

কমলানা মাইক্রফোন পীরুবদা মহাক্কী হান্না ইদুনা যাওবকপা চে মচেৎতু পাবীনবা হাযবকই শে ই ই বে বে ম্মা ঐদি কো ব্রা ঙাং ঙাং থোক প প দা নৈ নৈ অ অসিনা যা যাদে ন নহাক না খ খবা প পাদুনা খঙ হন হনবীযু প্লিজ।

অব্রাবনি, মসিসু কমলানা চেদু লৌদবদি যাদবনিনা লৌবগা পাদুনা তাহনলকই -

- "ঐগী মাংদা লেপ্লীবী মিস ডবলিউ. বিনোদিনি দেবী অসি ব্রা ঙাংথোকপদা খবা অপনবা নুংঙায়জদবা লৈবনা অইবা ওইনা মীয়াম মমাংদা পাদুনা মশক তাকচবি।"

মহাক বাশিখোং অব্রাং লৈকাইদা লৈবা সি. পি· আই: পার্টিগী মীবেপ ওইনা ভোট কাদুনা মন্ত্রি ফাওবা ওইবিবল্লবা ব্রাংখেম শমু সিংহ হায়বদুগী মমোমলোযনি। মশা গৌহাতি য়ুনিভবসিটিদা এম এস সি পাস হৌখিবা চহিদা তৌজবক্লবনি। অতৈ থবক তৌজদ্রি ধর্ম্ম হিন্দুনি।

থেঙ্ক য়ু. থেঙ্ক ওল। হাযবগা ধর্ম্ম গুরুশিংনা আশিবর্বাদ পীবকই,

- "অল্লানা মঙ্গোল পীনবীবা ওইশনু।"
- "ঈশ্বরনা চানবীবা ওইয়ু ইবেম্মা মঙ্গঁলম হো।"
- "ইবেম্মা খৃষ্টনা চানবীবা ওইশনু।"

আশিবর্বাদ ফংলবদা হবাওনা মপান থোক্লকখবে।

"সে নম্বব ফোব (৪) আব কে সানাতোম্বী দেবী, ব্রেল কম মিস কম ইন দাইস, থেঙ্ক য়ু, থেঙ্ক ওল।

নোক্লদুনা হবাও হবাও চংশিন্দুনা কমলাদগী মাইক্রফোন লৌই অদুগা মশাগী মশক তাকচবকই,

- "I am R K Sanatombı Devı, I have 15th brothers ঐখোয -ইমা মঙাগী মচাশিংনি ইবুং অহল আর্মি মেজবনি ইবুং যাইমা পুলিস ইন্সপেক্টবনি। ইবুং অতোম্বা বেঙ্গবনি। মবক্কী ইবুংশিংদি ব্যজিনেসমেন ঙাক্তনি। ঐখোয ডেদী দি আই জি ওইবম্বদগী হৌজিক্তি বিতাযাব ওইদুনা লৈবে। ঐহাক্কী ক্লাস বি এ বিকোম হন্দক চহিদা পাস তৌজবনি। অতৈ থবক তান্নজবা লৈত্রি। অদুবু তামো প্রকাস ঐহাক্লা থব্রাযতানা পামজৈ মবম অদুনা ঙসিসু ইকায ইকি হুন্দোক্তুনা মহাক্কী কৈন্যা খনবগী থৌবম অসিদা মতম চপ চানা যাওবা লাকচবিবনি। থেঙ্ক য়ু, থেঙ্ক ওল।"

মতমদুদা ধর্ম্ম গুরু অহুম্না মঙোন্দা মঙ্গোল আশিবর্বাদ পীবকই

- ১। মঙ্গোল পীনবীবা ওইয়ু ইবেম্মা নিংজবিবা আশা মপুং ফাবা ওইজৌ মঙ্গঁলম মঙ্গঁলম হো।

- ২। অল্লানা চানবীবা ওইবশনু ইবেম্মা খুদা হাফিস।

- ৩। ইবুংঙো প্রভু যিশুনা মঙ্গোল পীনবীবা ওইশনু ইবেম্মা।

চঙশিন্দুনা ধর্ম্ম গুরুশিংগী মখোঙ পাইদুনা খুরুমজরুবদা ময়াম্না অকোযবদগী লাওশিন্নবকই।

- "মঙ্গোল ওইয়ু । ইবেম্মা মবুং ১৫ গী থবাতোন" ৱাহৈ অসিনা পাখঙ মচা অঙাওবশিংগী মবক্তা থেৎলকপা ৱাহৈ পবেংনি।

- "সে নম্বর ফাইভ (৫) মিস ঐচ শান্তি গাংমৈ হেড কন্সতেবল পুলিস, ৱেল কম মিস শান্তি অদোম্বু আশিবর্বাদ পীন্নবা ধর্ম্ম গুরু অহুম্না খৌবাংনা ঙাইদুনা লৈবে।"

ঙসিদি শাড়ি শেত্তুনা লাকই। মহাক্কী চিংনবা লৈতনা চিংলেম্না মীয়াম মমাংদা চঙশিনলকপা অদুদা অকোযবদা লৈবিবা মীযাম্না হবাও তযাম্বা উৎতুনা খুবাক খুবিবকই। ফাগী তৌজনিংবা কাংবুনা নাশোন পীক্লা করেম্নবকই,

- "লেফত বাইত, লেফত বাইত, বায়া দাইনা, গ্রেট থম। কদম মিল্লাতা নহিং। কৈশা কৈন্যা হৈং।"

কমলানা মাইক্রফোন পীবমই। মদু মহাক্না হবাওনা লৌবগা হাযবকই,

- "থেঙ্ক যু, থেঙ্ক ওল। মযাম পুম্নমকপু নোল্লুকবগা লোযননা ইকায খুম্ন জবসু উচ্চবি। ঐহাক মযায ওইবা ইমুংদগী হৌজবকপী হৌজিক্লা সবকাবগী থবক মচা হাযবদি পুলিস ডিপার্টমেন্টতা হেড কন্সতেবল ওইনা তৌজবি। ঐগী ইথক্তা ইবুং অহুম অর্মিদা থবক তৌজবি। অমদি হভিলদাবনি, অনিনা নাইকনি ঐদি ক্লাস যাম্না তমজহৌদে মেট্রিক পাস থক্তনি। ঐগী পুন্সিদা পৈশাগী অৱাৎপা লৈজদে। অৱাৎপা হাযববু পুম্মুবা মহাক থক্তনি। ঐনা তামো প্রকাসপু থৱায তানা পামজৈ মবম অদুনা ঐগী জাতি থাদোক্তুনা ঙসিগী অনিশুবা ইন্টুভিযু যাওবগী থৌবম অসিদা যাওবা লাকচবনি। ঐবু জাতি তোঙাল্লি হাযদুনা খনবীগনু ধর্ম্ম হাযবসি মীওইবা সমাজনা হিংবা নুংঙাইন্নবগীদমক নুংশি চান্না হিংশা তৌদনা লৈমিন্নবা শেমখিবা নিতি নিযম অমনি। ঐহাক ধর্ম্ম খুদিংমকপু ইকায খুম্নজবিবী মীশক অমনি। থেঙ্ক যু, থেঙ্ক ওল।"

মহাক্না পুম্নমকপু চঙশিন্দুনা খুরুমজৈ। মতুংদা তপ্না প্লেট ফোর্ম মথক্তগী কুমথবকখি।

ময়ায়া ইকায় খুম্নবা উৎপা ওইনা খুবাক খুবি। মথং কমলানা সে: নম্বব য়েংলগা কৌশিল্লকই সে নম্বব ৬, মিস নামৈবাকপম চনু খম্বী ফুটবোল প্লেয়ব, ব্রেলকম। লেঙশিনবীবকশি অদোম্নু য়াইফ মঙ্গোল পীবীনবা ধর্ম্ম গুরু অহুম্না খৌবাংনা ঙাইদুনা লৈবে।

মহাক্কী মমিং পল্লদুনা কৌথোক্লকপদা য়াম্না হবাওনা মশা য়াংনা মোমোন নোক্লদুনা নাৎকী ওইবা ফিজেৎ লৈতেংদুনা থোক্লকই। মীয়াম্না মহাক থোক্লকপদা হবাওনা খুবাক খুবমই। মীওই খবানা শেম্ছাংননা হায়নবসু য়াওবকই

- "মহাক্তি ঐখোয় লৈকায়দা লৈববদি অঙাং মশা মউ ফবশিং ফুটবোল শান্নবদা থৱায় য়াওঁজবশিংশে ফজনা শেমগৎপীগনি।"

- খৱানা হায়নবকই - "ৱা ঙসিগী ইন্টুভিভয়ু অসিদি অঙকপা কুম্মেনি।"

খবনা শোন্নবকই, "মাগী কৈন্যা অসিদি ফুটবোল প্লেযবসু য়াওবি মাল্লে।" অশুম্না শোন্না ঙাংনবিঙৈ য়ৌশিল্লক্তুনা কমলাদগী মাইক্রফোন অদু পাইখৎলগা মশাগী মশক তাকচবকই।

- "লেডিজ এন্দ জেন্টলমেন্ট অমসুং লেঙশিনবীবিবা খ্বাই খিবিক্কী মফমদা ননাই খম্বী চনুনা নোল্লুক্লা ভক্তী কৎচবগা লোয়ননা ইশাবু মশক তাকচবি। ঐহাক ফুটবোল শান্নবোয় অমনি। প্রাইজ মখল মখল ম্নাগী, লুপাগী, সেঙ্গ্রেংগী লৌজবক্লে। অদুবু ঐহাক্কী শান্নবদা পুক্লিং লুপ্লিঙৈদা, লাইবিক লাইশুদা খবা শোম্নহৌবে। য়াম্না ৱানা পি ইউ ফাওবদি তমজহৌই।

ঐগী ইবুং অনি লৈজে অমনা ডোক্তবনি, অমনা থিকাদাবনি। ঐখোয় পাবুংদি লৈখিদবে ইমানা নাওকোনবীদুনা লৈবি। ইশাগী চহি ২০ শুজবে। ঐহাক তামো প্রকাসপু থৱায় হকচাং য়াওনা পামজবদগী ঙসিগী চিংলেম্নবা ইন্টুভিয়ু অসিদা খনবীবক্নদবা হায়বা আশাদা লাকচবনি। থেঙ্ক য়ু, থেঙ্ক ওল।"

ৱাহৈশিং অদু হায়খিবগা লোয়ননা মাইক্রফোন কমলাদা শিন্নে অদুগা চঙশিলক্তুনা নাকন্দা লৈবিবা ধর্ম্ম গুরু অহুমগী মখোং শোক্তুনা খুকমজৈ। ধর্ম্ম গুরু অহুম্না মঙোন্দা আশিবর্বাদ পীবকই।

১ - মঙ্গোল ওইয়ু ইবেম্মা নিংজবিবা আশা মায় পাকপা ওইজৌ মঙ্গলম মঙ্গলম হো।

২. - *হে খুদা, হে অল্লা ইবেম্মা অসিগী নিংজবিবশি থুংহনবীযু পিনবীযু খুদা* হাফিস।

৩. - হে প্রভু যীশু, হে মহেশ্বব ইবেম্মা অসিগী নিংজবিবা আশা অসি মায পাকপা পীন্নবা ওইশনু, আমেন।

মযাম্মা খুবাক খুবকই । মহাক্না তপ্পা থোকখি মথং সে নম্বব য়েংলগা কমলানা কৌশিল্লকই, "সে: নম্বব সেভেন মিস এম মধুবালা দেবী, ৱেল কম। লেঙশিনবীবকশি অদোম্বু মঙ্গল অশিবর্বাদ পীবিন্নবা অদোমগীদমক ঙাইদুনা লৈবে দাইসতা।"

মহাক্কী মমিং কৌবক্লবদা পূক্লীংদা চিংনবা লৈতনা তপ্পা হৌগৎলকই। চমলবা নাৎকী ওইবা ফিজোল শেৎলদুনা ঈংনা তপ্পা, লেম্না শাংলবা য়াম্লবা মুববা চিংহি মনম্মা হাববা শন্নাং মালংদা মনিংতম্মা থাদোক্লদুনা ডাইসতা লেংখৎলকই। নাপদা নাচোম অমা থেৎলি তুংগী শন্নাংদা লৈহাও লৈবাং নিংথিজববী অমা মখোক্তা পুল্লদুনা যাম্থবি। মতমদুদা মালংবসু লক্লগে মতাগুম হুম্লক্লী লিবি লিবি চোইজাইননা তাহল্লী অউবশিংগী পুক্লীং হুহন্নবা। খোইখোয তৌববা শন্নাংনি মনিং তম্মা শাংলবা ! মহাক্কী শন্নাংদু উবগা লৈশাবী খবাদি কলকচবনা খোইবাংনা যেংলি। মখোয মশেলশু ঙাংনবি -

- "ইশ ! কলক্তবা যেংউ। মাগী মশম অশে যেংবদা পেন্দ্রামি।"

- "খংদে ! কবি হিদাকপু তৈবা জাৎনো হুবেল থোক্লকপদা হংহৌশি।"

নহা ওইবিঙৈ পুন্সিদি হৌখ্রবা অহল খবা ওইবক্লবা মমিৎ মনাদি ফবিবা মীযাই ওইবা নুপাশিংনা হৌনা ঙাংবদি মচা মমৌ মশু লৈববনিনা ঙমজদা তপ্পা ঙাংনৈ মনাক্তা ফমমিন্নবা মমান্নবশিংদা -

- "যেংউ অচৌ মপা ! মাগী মশমশে কলক্তবা?"

- "হায নমৌ শমদেনবী তাখিনি, তপ্পা খবা তপ্পা। ঐসু যেংলিবনি ফিভম মুর্ত্তিনা চুংফিবাল চাবিবা লেমজখবে মাগী ফিজেৎ অসিগা চৎপদনা ঙানু কাংঙাগুম নোম্মা নোম্মা কনাগী মচাবু ওইবিগবা ইমৌ ওইজনিংখবে ঐদি।"

- "হো কলকপিকখিনু নচা পিক্লিযে।"

- "অদু ওইবমসু থিববদি অশিগুম্বা ইমৌ থিগনি।"

- "হো থিবীযু, থিবিয়ো স্না লৈবাক মনিপুবনি। মোইবাংদা থোইবীসু পোকখি শোইদনা ফংগনি।

পাখং মপুং ফাববশিংনা হংনবি -

- "ভাই মসিবু কবি লৈকায়দগীনো ইথোক্লা পূক্লীং হুনা ফজখবে?"

- "থাজ মানবী মায়থোং, তবোপ তবোপ থম্বৌ মবাগুম্লবা পাম্বোম, শজি মিৎতা ঙমজবী মিৎম্লা অনিনা তথক তথক য়েংলদুনা চৎলিবা মতৌসি উবগা ভাই, ঐগী পূক্লীংশে মহাক্লা হুখবে। কবিগুম্বা তামো প্রকাসকী কৈন্যা ইন্টুভিয়ু অসিদা ফেল ওইদুনা লৈববদি লৈবাং খোংগুন লিকনি তবেৎ শেঞ্জা কাইথোক্কুনা।"

মৌনাও খবানা ঙাংনবি

- "কলকখ্রেদকো ইবেম্মা নঙগী নশমদো।"

- "ইবেম্মা ঐসুনে মাগী অশুম্লা শাংনা থমজনিংবনেবা অদুবু ঐখোয ইমানা খজিক্তং শাংলকপদা হুমাং শৌনবনি হাযদুনা হেক্তা ককথৎপীবা হৌজিক্তি ককথৎমন্দনা পুমজিন হৌদুনা তেন্না ব্রাই শঙনা লৈজববনি। নুপা মানবা মখৈ।"

মযাম্লা ঙাংনবিঙৈ শোন্নবিঙৈ কমলাগী মনাক যৌখবে মাইক্রফোন লৌদুনা মহাক্কী মশক তাক্লকই -

- "নুংশিজববা ঐগী লমদম অসিগী ইমা ইবেল অমদি ইপা ইপল লোযননা ইতাবোয়শিংগী ইমা, পাবুং, লাইগুরুজন অমসুং ঙসিগী মযাই তাংবন্দা লেঙশিনবীবীবা ইকায খুম্নজবিবা হোনে ব্রালে ইকু ইবুংঙো অমদি প্রধান মোহদোয অমুগা ছাত্র ছাত্রি খ্বাই খিবিক্কী মফমদা অহানবদা নোলুক্লা ভক্তী কচ্চবি।"

মযাম্লা খুবাক খুবকই - প্রোপ, প্রোপ, প্রোপ !

মখা চত্থনা হাযবকই -

ঐহাক্লা ঐহাক্কী ইশক তাকচবি। ঐহাক ঈশৈবু পামজবী কালাকাব অমনি। অনৌবা কেশেট কযা পুথোকচগে হাযনা অশা থমজবি। ঐগী ইথক্তা ইবুং অমা লৈ অদুগা ইখাদা ইনাওনুপীঅমা লৈ। ইমা পাবুং সাবকাবগী ইমপ্লোযী ঙাক্তনি। ইশাগী ক্লাসতি যাম্লা তমজহৌদ্রে। বি এস সি তম্লগা ঈশৈদা মাযপুজবে। পুম্নিদা লমহেনবা খোইমু কযা নাপ্লা চিক্লা ঙংদুনা পাইবক্লমই অদুগা কাইহৌবিবমই।

শাৎলো লৈবাং শকহেনবী নহাক্কী লৈনমদা ঙাওজগে। অদুবু চন্নবা পোমশাৎনদ্রীবী লৈবাংনা লৈনালক্তা লোন্না লোৎতুনা লৈখিবনা লমহেনবা খোইমু খ্বাংজেংবশিংদো ঙঙবা ৱাবগা মোংবা মবানয়ায়দা তুমিন তুমিন হন্নখি। অদুবু মতমগী ইবৈনা পুবক্কুনা বসন্তগী য়েনিংথা লাকপশিদা ঐগী পূক্নীংগী লৈবাং ঙসিদি লোৎতুনা শাৎচগে হাযবা য়াবক্তবে। শাৎত্রিঙৈদনা ঙংলবা শাৎলক্লবা মতমদনা পাইবিবক্তবদা লৈবাং ইখোংনা থোংনা পাম্মুবা খোঙ্গুল লিজবক্কী নুংশি বিখ্যা হাপ্পীয়ু লেন্নজগে পুন্সি উতাংবীগুম, পুম্নমকপু অমুক্কা হন্না নোল্লুকচবি।"

নুংশিববা ডাইলোক্তা থম্মায শুমহৎপ্রবা ভাবোক কযানা খুবাক পেন্না হুইশেল খোংবা হৈজদ্রবসু মচিলনা লাওদুনা পুংনিল নিল্লি ঙাইহাক্তী, ৱা ৱা!

মতমদুদা চংশিন্দুনা ধর্ম্ম গুরুগী মনাক্তা আশিবর্বাদ লৌই। ধর্ম্ম গুরুশিংনা হবাওনা মাগী মাগী ধর্ম্মগী ঈশ্বর শোন্দুনা হাযবকই -

- "মঙ্গোল ওইযু ইবেম্মা পূক্নীংগী অনিংবা থুংজবা ওইযু মঙ্গলম মঙ্গলম হো।"

- "হে অল্লা, হে খুদা ইবেম্মাগী অনিংবশিং থুংনবদা তেঙবাংবীয়ু। খুদা হাফিস।"

-"হে প্রভু যীশু। ইবেম্মা অসিগী নীংজবিবা আশা অসি মায পাকহনবা ওইহনবীযুকো।"

মযাম্না যেংনৈ মহাক্কী শক্তম নীংথিজববী অদুবু কুমথখবে তপ্না মহাক্কী মফম্নাংদা হঞ্জিলনা। মথংগী "সে নম্বব যেংলগা কমলা দেবী কৌশিল্লকই সে নম্বব আইট অৱাও সাইজা ৱেলকম মিস অৱাও সাইজা লেঙশিনবীবক্লশি অদোম্বু ধর্ম্ম গুরুশিংনা আশিবর্বাদ পীবিনবা খৌবাংনা ঙাইদুনা লৈবে।

মমিং কৌবকপদা হবাওনা লেপখৎতুনা লাকমিনবা মপাগী মখোংদা খুরুমজে মপানা নুংশিনা হৌগৎপীবমমই অদুগা মবাইবক্তা নুংশিনা চুপ্পগা হাযবকই -

- "চঙলো ইবেম্মা যীশুনা মঙ্গোল পীনবীবা ওইশনু। "

চন্নবা চীংগী ফিজেৎ থাদোক্লগা মতমগী চৎনবী শল্লুৱাব শেৎলদুনা কাখৎলকই ডাইসতা। মযাম্না খুবাক খুদুনা তবাম্না ওক্লী।

অহল ওইববা ধর্ম্মদা জক লাওবা কযানা খুবাক খুদুনা মুন্না য়েংলগা লোন্না ঙাংনবি।

- "মাগী অচৌবী অশিবু ঙাওবববা খংদ্রেনে। মাগী জাৎকী নুপী খক্তা লৌগে হাযদ্রদনা সেদ্যুল ত্রাইবসু, সেদ্যুল কাষ্টসু য়াওহল্লি।"

- "তাইঙো! খঙদ্রে যুকসিযুক্তা অমা তৌবক্লবনি।" মতমদৃদাঅঙাং চিনগনবা খবনা ঙাংনবা তাবদা অহল অমনা শাউনা হাযবকই -

- "অঙাং! যুকশে তাইওনববনি। মৈতৈনা ত্রাইব লৌদুনা চাহৈদবা চিঙ্গাক কযা চানববনে। হৌজিক ত্রাইব কযানা চান্নদবা যাওবমগনি মাগী মাগী অপান্বা মোৎনি পৈশা পাইবগা লোযবে। যুগশিদি পৈশানা পুম্নমকপু লৈবা ঙন্নবনি অঙাং তুমিন্না লৈবীয়ু মীনা তাখ্রবদি নুংঙাইবোই।"

ব্রাহৈদু তাবদা মযাকুমখবে অঙাংদো তুমিন্না লৈখবে। মতমদুদা অব্রাও সাইজা কমলাগী মনাক যৌশিনখিবমই। মঙোন্দগী মাইক্রফোন লৌদুনা পাইখৎলগা হাযবকই,

"তিনবীবিবা লেদিজ এন্দ জেন্টলমেন্ট খ্বাই পুম্নমক অব্রাও সাইজা না খুকমবি অমসুং মঙ্গোল নিজবি।"

ঐদি তাংখুল ত্রাইবনি। ঐগী ইয়ুম উখ্রুলদা লৈ। অদুবু ঐদি ইপাগী কাটবদা লৈদুনা ইম্ফালদা চাওবকপানা ঐগী ইবোল ফাওবা ফজনা খংবা ঙমজদে। ঐখোয দেভী পুলিস ইন্সপেক্টবনি। ঐগী সিষ্টব অনি লৈবি। মখোযগা ঐগা মোৎ মান্নদে। মখোযনা খষ্টান নত্তবা ধর্ম্মশিংবু থাদে। অদুবু ঐদি ঈশ্বব হাযবশি অমত্তনি হাযবা ব্রাখলদা ইকাযখুম্নজবিবা তামো প্রকাসপু থব্রাযনা পামজবা থোক্লদুনা ঐখোয দেভীদা বিক্কেষ্ট তৌজরুবদা হবাওনা যাবিবকপদগী ইন্টুভিয়ু অসি যাওবা লাকচবিবনি। ঐহাক এম এ সিনি। ইশাগী চহি ২৩ শুজবে। ঐখোয খুনগী পাখঙশিংনা ঐঙোন্দা যাম্না শাউপী। ঐনসু মখোযদা যাম্না শাওপী। মবমদি মখোয খৃষ্টাননি হাযবগা ঈশ্ববনা পামদবা থবক যাম্না তৌই। যু থকই, শা উচেক যাম্না হাৎতুনা চাথোকই মদুনা মবম ওইদুনা মণিপুবদা হৌজিক নুংশিববা উচেক কযাগী মশক উবা ফংদবে মমল যাল্লবা শজি, শঙায, শবেং, শাজল, লমওক্কী মশক ফাওবা উজগে হাযবদা ফংদ্রিবসিনি। নোংইন, তম্নাগী খোঞ্জেল ঙসিদি পুক্রীংনা খক্তা তাবা ওইবে।

অদুগা ঐনা হিন্দু ধর্ম্মগী খ্বাইদগী ফজবা নুংশিজবা ডিসিপ্লিন অমনা কৈন্যাদগী মৌগী ফমথোল কাববা মতমদা অয়ুক ঙন্তা হৌদুনা ব্রাই তৈবা অদুগা ঈশ্বরবু ঙমজবা লৈবাং কত্তুনা খুরুমজবনি। অতোপ্পা অমনা মথক থোংবা মতে, মকু উবদা পাববা ইনফিনা মকোক্তা কুপ্পুনা ঐনা মৌনাওনিকো হায়দুনা মশক তাকচবা। অতৈসু য়াম্না লৈ অদুবু মতম্না কোন্নদবনা মতাং অসিদা লেপচবগে থেক্ক য়ু। থেক্ক ওল।

ময়াম্না লাওশিনলকই।

- "যাইহে ইবেম্মা!"

- "তাবদা নুংশিকো।" মীওই খবনা মাবু থাগৎনদুনা শোন্নে।

- "ইবেম্মা মশক্তা ঈং তপ্লীবা ইমৌদুম ওইজনিংই। মনেম মকু সেবা খঙনা তৌবীগদবা মাল্লি।"

মীয়াম্না ঙাংনহৌই অব্রাও সাইজা না চংশিন্দুনা ধর্ম্ম গুরু অহ্নমগী মনাক্তা চংশিন্দুনা খুরুমজে। গুরু অহ্নম্না মঙোন্দা মঙ্গোল আশিবর্বাদ পীবকই।

১ - "মঙ্গোল ওইজৌ ইবেম্মা মঙ্গল মঙ্গল হো হবি ওঁম। থৌজানবীবা ওইশনু।"

২ -"প্রভু যীশুনা চানবীবা ওইশনু।"

৩ - "অল্লানা থৌজানবীবা ওইশনু ইবেম্মা।"

মহাক্তা মখাদা হেক কুমথখিবগা মথংগী সে নম্বর য়েংলগা কৌশিনবা হৌবকই "সে· নম্বর নাইন অকনা বোই মিস অকনা বোই ব্রেলকম। অদোম্বু অশিবর্বাদ পীবিনবা ধর্ম্ম গুরুশিংনা ঙাইদুনা লৈবে।"

মমিং পলকপদা হৌগৎলদুনা মমাবু খুরুমজবমই। মমানা মচানুপীগী মকোক্তা নাম্বুবীবদুনা হাযবকই,

-"মঙ্গোল ওইজবকউ ইবেম্মা চৎলো।"

পণ্ডিতশিংনা ঙাইদুনা লৈবে। মচানুপী হৌগৎতুনা ডাইসতা লেংশিনলকই। ময়াম্না হবাও তয়াম্না ওক্তুনা খুবাক খুবি।

মীব্রা ঙাংনবতা পামজবা কুংবুশিংনা ঙাংনবকই -

- "কবিনোনে ঙসিগী কৈন্যা ইন্ট্রভিয়ু অসিবু মৈতৈ নুপীদি মমাংদা অমতং উখিবদুদগী হেন্না উবা ফংদে । পৈশা পাইবা মৈযাং পঞ্জাবী খবা, ব্রাইব খবা, মসিনা বেঙ্গোলী শক্তা মাল্লি।

খবা অমনা ওক্তুনা খুমকলকই,

- "ইবেম্মা পৈশা পায়বা ব্রাদনা নুপীগী মবল চানিংদনবু কৈন্যা পামজৈ হায়দুনা খন্নবিবনি। ইবেম্মা নঙশে ইম্মোক্লা পঙই চাউগদৌবা য়াম্না ব্রাৎলিবো।"

মখোয়না ঙাংনবিঙে অকনা বোয়দি ডাইসতা য়ৌখিদুনা কমলাদগী মাইক্রফোন লৌবগা মশানা মশাবু মশক তাকচবকই -

- "তিনবীবিবা খ্বাই খিবিক্কী মফমদা তোল্লবী ননায় অকনা বোযনা ইকোক নোন্দুনা খুকমজবগা লোযননা ময়ায় তাংবন্দা লেংশিনবীবিবা প্রধান মহোদোয় ধর্ম্ম গুরু অহুম অদুগা থৌবু ওইবীবিবা মহোদোযগী মফমদসু নোল্লুক্লা ভক্তী কচ্চবি লোযননা ইশাগী ইশকসু তাকচবি। ঐহাক বেঙ্গলী মণিপুবিনি হাযবদা তাবে মবমদি ঐগী পবিবাব মণিপুবদা লৈবকপা কুইবে। ঐসু লমদম অসিদা পোকপীদুনা চাউবকপনি। হৌজিক ঐগী ববা সংসাব অসিদা লৈতবে। ইমানা ঐখোযবু নাওকোনবীবি। ঐখোয় ইচিল ইনাও মবি শুই। ঐনা অহলনি। ইখাদা ইনাও অমা লৈবি অদুগা ইপ্বা অনি লৈ।

ঐদি লাইবিক য়াম্না তম্লীংই অদুবু ইমানা যাদবে। বিএ পাস তৌবগা তোক্লে। য়ুমগী থবক্তা নুপাগুম্না থবক কযা তৌজবি। মীনা ঐখোযবু কবিশু উশিৎপীদবে, কববাব চলাইবা যাম্না ব্রাবে মবম অসিনা মতিক চাবা লমদম অসিদগী মোৎ মান্নগদবা বব অমা পামজৈ ঐনা খঞ্জবদা তামো প্রকাস অসি ওসগনি হায়না থাজবে অদুনা মাগী কৈন্যা পামজৈ হাযবা অসিদা ঐহাক যাওবা লাকচবনি। থেঙ্ক য়ু। থেঙ্ক ওল।

ময়াম্না খুবাক খুনবকই। মহাক্লা ধর্ম্ম গুরু অহুমগী মনাক্তা চংশিন্দুনা মখোযগী মখোং শোক্লা খুকমজৈ গুরুশিংনা অশিবর্বাদ পীবিবকই। মহাক্লা হেক কুমথবকখিবগা কমলানা মথংগী সে: নম্বব য়েংলগা কৌশিল্লকই "সে: নম্বব তেন এন. প্রিয়া দেবী। মিস এন. প্রিয়া দেবী ব্রেলকম লেংশিনবীবক্শি অদোম গুরু অহুম্না তবাম্না অশিবর্বাদ পীবিনবা ঙাইদুনা লৈবে। থেঙ্ক য়ু। থেঙ্ক ওল।"

ময়াম্না এন প্রিযা দেবীগী মমিং হেক তাবদা লাওশিনবা য়াওবকই।

- "প্রিয়া প্রিয়া হো প্রিয়া কম ওন।"

*মমানা মপানা কেনা মৌনা থল্লকপগী হৌনবী ফিজেৎ চাকচাসু ফ্রি স্টাইলনি মনিং তম্না লেম্না খোল্লাও জিন ফুবিৎ জিন ঙকশমদা পাববা শাবি ফি* মশাং অমা য়েৎশিন্দুনা গম গম চঙশিনলকই। কমলাদগী মাইক্রফোন লৌবগা মীয়ামগী ৱাহৈশিং অদু তাবদা প্রিযা অশাওবা লুতোন কাখিবনা খংহৌদনা হাযবকই -

- "হে অঙাং চোইহা শা! নখোয় ঐনা হৌজিক থোক্লকুনা থিক তৌজবগনি। মী উশিৎতবা তৌজনু। কান্নবোয।"

ময়াম তুমিন তুমিন লৈনৈ মখা তাথনা হায়বকই -

- "ঐ ডি এম. কোলেজগী ছাত্রিনি। বি এ সি পাস তৌজবে। হৌজিক *হৌজিক্তি সবকাবগী থবক তৌজদ্রি। থেঙ্ক য়ু। থেঙ্ক ওল।"*

থোক্লপদা ধর্ম্ম গুরু অহুমগী মনাক য়ৌশিনলকপদা নোল্লুক্না খুকমদ্রিঙৈ মমাংদা মখুৎ লোন্নজবগা হাযজবকই -

- "পাবুংখোয নচাদদি বব ফংগদবা অশিবর্বাদতমক পীবিবকউকো"।

গুরু অহুম নোক্লদুনা অমতা ওইনা হাযবকই -

- "ইবেম্মা মঙ্গোল ওইজবো পাবুং খোযনা পুন্না অশিবর্বাদ পীবিববনি।"

নোক্লদুনা খুকমজৈ অদুগা মখা কুমথখবে। মথং কমলানা কৌশিলকই। "সে নম্বব এলেভেন মিস অবিবম অনুবাধা দেবী ৱেলকম, *লেঙশিনবীবকশি অদোম্মু ধর্ম্ম গুরু অহুম্না অশিবর্বাদ পিবিবগে হাযদুনা ঙাইদুনা* লৈবে। প্লিজ কম ওন মিস অনুবাধা।"

মচাগী মমিং তাবদা যৌবানি চন্দ্রমুখি খোইবাংজৈ। মবমদি মীবক তিন্দবগী হৌনবা ৱাঙাং ৱাতাদা অশোইবা যাওবক্কনি।

মচানুপী অনুবাধা দেবী কৌশিলক্লবনিনা চঙদবা যাদ্রদুনা যাম্না পাখৎনা মমাদা যেংলম্লগা হাযবকই -

- "ইমা ঐবু কমায়না তৌদোইনো"?

মমানা মশম মনা ফাদোকপদু তপ্না শেমজিনবীবদুনা তপ্না হাযবকই,

- "কবিনো চংখোকউবো কিবববো?" নঙগী নমাংদা নমান্নবী কযা অমসু চঙনখ্রবুনি চৎলো হঞ্জিন হঞ্জিন মীয়াম মমাংদা কৌনবা ইকাযজৈ।

মচানুপী য়াম্না শাউনা মমাগী মখুৎ ফৎ কনথোক্লম্লগা প্লেটর্ফোম মথক্তা কাখৎলকই -

ভাবোক ময়ামনা তবাম্না ওকপীবা ওইনা খুবাক খুই - প্রোক প্রোক মীরা ঙাংনবা কাংবুদি মচিন মেনবা ঙম্নুদবনা অদুম ঙাংনবকই -

- "বা হন্দক্কী অশিমদি য়াম্না ফিংই ময়ুমদা মমাগা শাওনবগা লাকপবা খংদে"। ইমুং মহি লাংগদবা মাল্লি। ইবেম্মশিদি ইমৌকা ওইজনিংদে হায়, ইশৌ লাংদুনা লৈগদবা মাল্লি। মহাক্কী নুপীনা রাহৈদুমক তাহৌরদুনা মপুবোইবদা হায়জবকই-

- "মীগী মচা নোক্লকপগনু নচানুপী হৌবক্লী। মী অতৈনা য়েংনবিবা অদুগুম্না তুমিন্না অদুম চিংলেম্না ফমদুনা অহল অমা ওইবগী লৈবিয়ুকো বা মখা তানিংদে"।

মখোয়না ঙাংনবিঙৈদা অবিবম অনুবাধা দেবী কমলা মনাক য়ৌশিনলকখি। কমলানা মাইক্রফোন মখুত্তা শিন্নে।

মীয়ামগী গুন অকনবনা অনুবাধাগী পুক্লীংবু অকি তুজুং মায়োক্লহনখবে। মীযাম্নদি মঙোন্দা চাগদৌবগুম য়েংশিনলকলি। কবিনো হৌজিক তৌগদৌবিবা খনবদা খনফম থোক্তবে। মীয়াম মবক্তা ফমহৌবিবী মমা থৌবানিবু কোইনা য়েংজবকই।

মচাগী অবাবা মতৌউবদা মমানা লেপখৎলদুনা রাহৈ মঙা তবাদং হায়বম্নবা ঈঙ্গিৎ ওইনা তৌজবকই।

ইবেম্মা, কিকপগনু রাহৈ মঙা তবাদং হায়বম্নো অদুগা থোক্লকউ। মমাগী ঈঙ্গিৎ ফংবদা অনুবাধা রাখল খজিক্তং লাকচৈ। মখাদা য়েংথবগা মক লুক্লা হাযবকই -

- "ঐদি ইমানা হায়বগী চঙজবকপনি। কবিশু খংজবা নৎচদে। মমাংগী ইন্ট্রভিয়ুদা ইমাগা ঙাংনবগা পাস তৌহনখিবনি। ঐখোয় পুপু দি. আই. জি. ওইবমই। পুম্নমকপু খুকমজবি। থেঙ্ক য়ু। থেঙ্ক ওন।"

রা মখা তাবমদনা ধর্ম্ম গুরু অহুমগী মনাক্তসু চংলমদবে মাইক্রফোন পীক্লবা কমলাদা শিন্নবম্লগা হাযবকই, শে ইবেম্মা লৌজহৌবো নঙগী মাইয়েপ কা থনম্লবনিকো হুবেল পুখি কাইনা লাওথোকপীবক্লনু।

মীযাম্মা মাগী মতৌ ৱাঙাং তাবদা ইথন্তা ইকায়জবসু য়াওবিবে। ধর্ম্ম গুরু অহুমদি আশিবর্বাদ পীবা নঙহৌদবনা মখোয অহুম পুন্না শোন্দুনা লৈহৌই।

- "মঙ্গোল ওইয়ু ইবেম্মা।"

- "ইম্বোকপা নুপীমচা হায়বদুনি।" অচৌবীনা শোলহৌই।

মীযাম্মা খুবাক খুদুনা লৈহৌই। মথং কমলানা সে: নম্বব যেংলগা কৌশিনলকই, "সে: নম্বব টুয়েলভ, ৱাই প্রেমিলা দেবী, মিস ৱাই প্রেমিলা দেবী ৱেলকম। লেংশিনবীবকশি অদোম্মু অশিবর্বাদ পিবিনবগীদমক্তা ধর্ম্ম গুরু অহুম্মা খৌবাংনা ঙাইদুনা লৈবে। কম ওন মিস ৱাই প্রেমিলা দেবী।

মহাক্কী মমিং কৌবকপদা ফম্লম্বদগী হৌগৎতুনা প্লেটর্ফোম মথক্তা কাখৎলকই। মহাকপু তবাম্মা ওকপা ওইনা মীযাম্মা খুবাক খুবিবকই।

মীৱা ঙাংনবী মৌনহা খবানা মহাক্না উবগা হায়নবকই -

- "মসিদি প্রকাসতগী শোইদনা হল্লমগদবা মাল্লে।"

- "মশমদো পাল্লব চঙলমগদবা মাল্লি।"

- "মাল্লি।"

ঙাংনবিগী যৌশিনখবে কমলাদগী মাইক্রফোন লৌবদুনা মহাক্কী মশক তাকচবকই। "ইকাইখুম্নজবিবা প্রধান সাহেপ, ধর্ম্ম গুরুশিং অমদি থৌবম মপু অদুগা ইন্টর্ভিয়ু অসি যেংনবা তিনবীবিবা ঙসিগী ইমা ইবেল ইপা ইপল ছাত্র ছাত্রী খ্বাই পুম্নমক্কী মফমদা তোল্লবী ননাইনা নোল্লুকচবি।"

"ঐহাক কিযামগে লৈকাযদগীনি। হৌজিক সাবকাবগী থবক মচা অমা তৌজবি। অতৈ থবক কযা অমসু যাওজবি। অদুতসু নত্তনা টেলোবিংগী থবক অদুগা অতৈ লোনবা খোৎপগী থবক্না ঐগী হোবীনি। অহল লৈখিদবে ইমানা কোনবীবি। ঐখোয ইচিন ইনাও অনি খক্তনি। ঐনা অতোনবীনি।"

"ঐহাক বি এসি ফাওবদং তমজবগা পাবুং লৈবিগী থবক্তা চঙজহৌবনি। থেঙ্ক য়ু। থেঙ্ক ওল।"

অহল খবানা শোন্নে।

- "অসিগুম্বা ইমৌ অমতং পামঝখবেদা।"

- "মমায ইথক থক্লুনা থবক ফংলমদায়দা খবা চেনশিনলকই। বি এ

*লোইশিনদ্রিঙৈদা খবা চেনশিনলকই*। ঙসিদি মপা মমা মক তক্লে। খল্লুবগা চাকইদা ইচাশিংশে অওকপা অমতা য়াওদে। মীগী মচাদি কয়াদা জ্ঞান তাবিবনোবা।"

মীয়াম্না খুবাক খুনবি মহাক্না মুকম মুকম শোঞ্জবি। ব্রাই. প্রেমিলা দেবী চংশিন্দুনা ধর্ম্ম গুরু অহুমগী মখোঙ শোক্তুনা খুরুমজে। মখোয় অহুম্নসু হান্নগুম মঙোন্দা য়াইফ মঙ্গোল পীবীবকই- "মঙ্গোল ওইযু ইবেম্মা।"

ময়াম্না ইকায়খুম্নবা উৎতুনা খুবাক খুবি মহাক্কী কুমথখবে। মথং সে: নম্বব যেংলগা কৌশিল্লকই "সে নম্বব থার্দটিন, মিস হুরাইবম চমজবী চনু রেলকম। লেংশিনবীবকশি অদোম্সু অশিবর্বাদ পীননবা ধর্ম্ম গুরু অহুম্না ঙাইদুনা লৈবে। প্লিজ কম ওন মিস ঐচ. চমজবী চনু।"

মমিং হেক কৌবকপদা হৌগৎতুনা প্লেট র্ফোম মথক কাখৎলকই। তিনবীবিবা মীযাম্না হুবাওনা খুবাক খুবদুনা তবাম্না ওকপা ফোংদোক্লী।

কমালাদগী মাইক্রফোন লৌদুনা মশাগী পবিচয তাকচবকই-

- "ঐহাক অহানবা মক্তদা ইকাইখুম্নজববা লমদম অসিগী পাবুং, ইকাইখুমজববা প্রধানবু নোল্লুকপগা লোযননা খুরুমজবি। মথংদা ধর্ম্ম গুরু অহুমমক অদুগা ঙসি তিনবীবিবা ইকাইখুম্নজববা অহল লমন লাইগুরুজন লোইননা ইচে ইচল ছাত্র ছাত্রী পুম্নমক্কী মফমদা ইকাইখুম্নজবা উচ্চবি।"

ঐহাক্কী পোক্লফম থৌবাল নহাকপ লৈকাইদগীনি। ইশা এম এসিনি অদুগা হৌজিক সোর্ট টার্ম কমপ্যুটব ট্রেনিং কোর্স অমা যাওদুনা মতম লেঞ্জবি। ইমা পাবুং লৈজবি। ইচিন ইনাও মঙা শুই। ঐনা যাইমনি, ইপ্বা অনিনি। ইচে অমদি যুম পানখবে। পুন্সি অসিদা ঐদি যুম্বালবগী অশা তৌজরুদ্রবনি অদুবু মতমগী ঈবৈনা পুবিবক্তুনা ঙসিদি ব্রাখল হোংখবে।ব্রাখল মান্নজবা খোংবুবোয অমা ফংজববদি হাযবা আশাদা ঙসিগী ইন্টুভিযু অসি যাওবা লাকচবনি। পুম্নমকপু খুরুজবি।

ব্রাঙাংবা লোইবগা ধর্ম্ম গুরু মনাক্তা চঙদুনা মখোযগী মফমদগী অশিবর্বাদ লৌই। ধর্ম্ম গুরুনা না অশিবর্বাদ পিবিবকই। তপ্না তপ্না প্লেট র্ফোমদগী কুমথদুনা চৎখিবদা ময়াম্না খুবাক খুদুনা ইকায় খুম্নবা পীখি।

*ধর্ম্ম গুরু পণ্ডিতশিংনা অশিবর্বাদ পীবগী থৌবম লোইখিবগা মমা বিলাশিনি চঙশিনলক্লুনা মচাগী নাপ্পদা মখাগী কবি তৌগদবনো হায়বদুগী যাথং তাউথবকই। মচানুপীনা মমানা পীবম্বা চেদু যেংলগা থংনবা মিংকুপ্তা লাওথোক্লকই।*

"এতেন্সন প্লিজ লাউথোকচবা অমা, হৌজিক ঐখোয়গী অহানবা প্রোগ্রাম ওইনা থমজবা খনগৎলবা মমাংগী কৈন্যা ইন্ট্রভিয়ুদা পাস তৌবিশ্রবী মিসশিংদা মখোয়গী তুংদা থেংনগদৌবিবা ইন্ট্রভিয়ুদা নিংজবিবা বব অদু ফংজবা ঙম্নবগীদমক্তা মঙ্গোল অশিবর্বাদ পীবিবগী থৌবম হৌজিক লোইজবে। থৌবম মখা চৎথবকপগা লোয়ননা ঐখোয়গী লমদম অসিগী ইকাইখুম্নজববা প্রধান মোহদোয়না থৌবম অসিগী মবমদা পূর্ক্লীংগী ব্রাফম খবদং তিনবীবিবা সভা অসিগী মফমদা য়ামদনা ব্রাহ্নে মঙা তবাদং থশ্বীনবা হংগৎচবি।

I requested Pradhan Shaiba come in dai and to put some your advice Thank You

প্রধান সাহেব ফমফম্নাংদগী হৌগৎলক্লুনা মহাক্কী মমল য়াম্নবা পাউতাক মীযামদা তাহনবা হৌবকই -

ঙসিগী চীংলেম্নবা যাইফববা থৌবমসিগী মপু ঐগী মরুপ ওইবিবা মিং ওইনা পঞ্জববদা মরুপ অচৌবীবু অহানবা মক্তদা নোল্লুকচবগা লোযননা ইকায খুম্নবা উচ্চবি। লোয়ননা অসিগুম্বা অঙকপা মওংগী কৈন্যা ইন্ট্রভিয়ু শম্না হাযজববদা অচংবা মমৌ খঞ্জবগী থৌবম অসিবু কুম্মৈ অমগুম্না মপুং ফাহনবীবিবা অনকপা অমদি অবাপ্পদগী লেংবিবক্লীবা লাইগুরুজন মরুপ মপাং অমদি হৌগৎলকলিবা ছাত্রা ছাত্রিশিং পুম্নমক্কী মফমদসু নোল্লুক্লা ইকায খুম্নজবা উৎচবি। ঙসি অসি ঐখোয ইমান্নবা অমগী মচানুপী লুহোংখিবগী মঙানি চাক্কৌবগী প্রোগ্রাম অমা লৈজবনি। অদুবু নুমিৎ মঙানিগী মমাংদগী থৌবম অসিগী মতাংদা ঐখোয মরুপকা তান্নজদুনা লাকখিবনা ঐহাক চাক্কী থৌবম অদু নাথৈজবন্নগা ঐখোয মরুপকী খন্থদুনা যেংঙুববদি যাম্না লুম্ববা কুপ্পনা তুবেল লৈঙোয়দগীসু হেন্না কুপ্পবা যুম্বানবা হাযবা মীওইবা পুন্সিগী তঙাইমক ফদ্রবা যৌবনগী মতমদা থোক্লগদবা খোংফম অমা শোইখিবদা পুন্সি অসি লৈখা তাদুনা মাঙগদৌবিবনি। মহাক্তা মাঙগদবা নত্তে লৈকায, সমাজ, লৈবাক, অশুক

চাওখ্রবা পৃথিবী অসি ফাওবদা মাঙনিংঙাই মশক ওইববা তাঙ্কক অমনি। "অফবা কৈন্যা খনবা" হায়বা থৌবম অসি ঐনা পূক্লীংদা খল ওঞ্জবগা মসিনা য়াম্না খল লৈখিবদুদা অদুম লাকচববনি।

ময়াম্না খঙবী উবিবিবদুনি ঙসিগী সমাজ কবন্না ফিভমদা লৈবিবিবগে। ব্রাবনা কোক্তা খুৎ হাপ্নববা মতম্নী। পোৎকী মমলসু অঙকপা ফংনা ব্রাংখবে মসি মক্তদা পেন্দ্রদুনা কবিশু লৈত্রবা প্রোব্লেম অমগীদমক্তা বন্দ ব্লোকেট তৌদুনা অব্রাবা চৈথেংকয়া মাযোক্লবিবনি। কনা অমতা নুংঙাইনা, নুংঙাইবা মোনপাক মথক্তা পূক্লীং সান্তিদা মিৎকুপ অমা ফাওবা পোত্থাজবা ফংদবে। মসি পুম্নমক্কী হৌবকফম কদাযদগীনো মুন্না খন্থবীবগা যেংবীযু তাঙ্কক অসিদগীনি মনিংতম্না অপান্বা ব্রাখলদা মমা মপা খংহন্দনা শাগৈ নাতৈ, যেক শলায যেংদনা লাযনা তিন্না ফত্তবনা থল্লবা যুকশিদা ফ্রি স্টাইলদা বেস্টুবেন্ট কযাদা উনবিকবা মতুংদা ইখং খংহৌদনা পুশিনক্লে তৌদ যাদবা থবক্তী ওইবনিনা মমা মপাদু চেন্নবে পৈশাসু থৌবাং তৌহৌদে পুববা লংববা ১০% কাবীদা মাগী মথৌদদি পাংথোপীখ্রসি মমা হাযদুনা হোৎনবীবে। মতুংদদি ব্রাখল মান্নবক্তবে খৎনবে চৈনবে মকু মনেম ফুটবোল তাবে লৈকায মমাংদা। কযাবক মপামদা হঞ্জিলহল্লি। মমৈথংদা যাবক্ত্রদুনা অদুক নুংশিজখ্রবা মচাদো মৌ লাকপদগী তোংঙান পীজবে।

পুশিনখিবা শেল শিংননবা হোৎনবদা চান্নবগী, মকপ মপাংগী মথং মথং লাকই, মকোক ঙাওই নুপী নুপা সবকাবগী থবক তৌদুনা নৎত্রগা অচৌবা কববাব তৌবগা শেল তানবা হৈবদি নত্তবনিনা মমৈথংদা বিক্সা থৌবদা তাবে। মসিনি থেংনবিবা সমস্যা। যুম পানবগী লৌচা লৈবা নত্তে। লৌ উবা, লৈখোম পাইবা, লৌলিংবা, লবুক কুম্বা তল্লি। মতৌদুনা মী লৌ উবসু লৌপুনা লৌ শৎখবে। মসিদা নত্তে চাদবদি যাদে হবাও কুম্মৈ মতম মতমগী ওইবা লাকই মদুদসু খবচা। যুম পাল্লবনিনা মচা মশু চেলকই মখোযসু থাক্তবদি যাদে কদাযদগী। মমৈ থংদা লেম্না ব্রাদনা পৈশা জম জম তানবা যাবা মফম ব্রাখল থিবা হৌবকই। চাবিবা চিঞ্জাক্লা মখল মথেল মমা মপা কবিশু লৈতনা খঞ্জিলক্লে। মবুং মৌপ্পা মকপকুম্না লোইনবক্লে। ডিশিপ্লিন, কবেক্তব ফত্রবা মীওই কযানা থল্লবা সমাজ অদুনা মতম কযাম কুইনা শান্তী নুংঙাইনা লৈবা

ঙমগদগে? হবাও কুম্মেগী মতাংদদি মী পুল্লী, য়েংবদা নুংঙাই অদুবু লৈকায় অসিগী কবিগুম্বা কান্নবা থবক থৌবম অমতং তৌশি হাযদুনা হৌদোক্লবদি হৌদোক্লবিবা ঐনা অশিংবা ফত্তবা তাহল্লি। ঐবু যেক্লবগুম খল্লী। যেংবীয়ু উবিবনি পুম্নমক্লা ঐখোয়গী ফিজেৎ চাকচা মখল কযা মনিং তম্না শেৎ চাবি মসিদসু লৈবাক অসিদা মীওইবা সমাজদা অমাংবা কযা লাকই। থোকহৈদবা তাহৈদবা থৌদোক কযা থোক্লী, থেংনবি। মীযাম্না তম্বীয়ু, তমগদবনি, য়েংবীয়ু যেংগদবনি ফিলমবু ওইবে ফিজেৎ চাকচাদবু ওইবে হিবম অমদা লৈবাক অমগা লৈবাক অমগগী লিংগ থমগদবনি। তৌবতবু মখোযগী ফত্তবদু নত্তবা অফবা মতৌদা চাউখৎলক্কদবা কান্নবক্কদবদা লৈবাক্কী যাইফবক্লবা খুৎশা হৈবদা অফবা ব্রাখলদা পূক্লীং লুপশিনবীদুনা মাংজিন থানা চৎপা ঙম্নবা মীতৌ তম্বীয়ু তুংগী মীহৌবোন্দা যাইফনা নুংঙাইনা হিংহৌননবা। হৌজিক হৌজিক্কী ইশা ইশাগীদমক খন্নদুনা থবক পাংথোক্লবদি ঙসিগী ওইবিবা সমাজ অসিদগী শোকচিনখিদুনা মমৈথংদা মীওইবা ঐখোয অদুঙৈ আবলি এজগী ফিভমদা লাক্তনিংঙাই লৈতে। লম্বী থোং অঙকপা ফংনা ফত্তবে শেমজিনবা শাজিনবদসু অব্রাবা মাযোক্ল বে। যেংবীয়ু কুম্মোনি মসিসু নুংঙাইববা।

লোইশিল্লকপদা ঐনা মযামদা থমজনিংলিবা ব্রাফমদি যাইফ যুম্বালগী নিযম নিটি ফজনা খংলবা মতমদা ঐগী ইচা ইশুশিংবু ঙসিগী অসিগুম্না মতিক চাবা তিঞ্জং লাইচংদবা মনেম মকু ইমুং মনুংবু ফজনা যেংশিনবা ঙমগদবী চং চং লাওবী কৈন্যা খনবীয়ু। পীক্লিঙৈ লম্বী শবক্কী চিদাযদা অচিকপা লমহাংদা থাদোক্তনা অবেম্বদা মতম মাঙহনবিবোযশি মতমগী মমল যাম্মী। লাইফ ইজ ব্রার্ক হাযবদুনি। অহল লমন লৈবিঙৈ তম্বা যাবা নহৈ মতিক চানা তমশিন্দুনা তুংগী পুন্সিগী লম্বী শেমশি কান্নদবদা হবাও কুম্মেদা পৈশা মতম মাঙহন্দুনা মতম লেম্নোকপীবোইশি। ঐখোয মযাম পুন্না লৈবাক অসি অব্রাংবা থাক্তা চিংখৎপা ঙমগনি খোংফম অমা থাংদ্রিঙৈ খোংদাফম হান্না যেংবীহৌবা চুমই অসি হাযবগা ঙসিগী মতাং অসিদা লেপচবগে জয কংলৈপাক, জয হিন্দ।

পীক্লীবী কমলা ব্রাবদুনা মমাগী মনাক্তা ফমখবে। মমানা ব্রাঙাংবা হৈবা জেমস অমুক থাজিল্লকই। মহাক্লা মখা তাবকই -

- "ইকাই খুম্নজববা ঐখোযগী পাবুং অহল ঙসিগীনা অতিথি ওইবা মযায তাংবল লৌবীবিবা মিং ওইনা পঞ্জববদা খুবাইজম বাবু মৈতৈনা মমল যাম্নবা

পাউতাক কয়া ময়ামগী মফমদা তাহনবীখ্রবগী মতুং অসিদি ঐখোয়গী ইন্ট্রভিয়ু জজ মবি ফমদুনা মিসশিংগী হকচাংগী ফিভম হায়বদি ফিঙ্গব ওফ বোদি কবম্বনা খ্বাইদগী ফজবগে লোযননা হকচাংগী অকুম্বাসু মফম অসিদালৌজগনি। নীংশিংবীগদবা অমনা মমিং কৌবদা তপ্পা চিংলেম্মা ষ্টেজ মথক্তা কাখৎপীবক্কদবনি। ওই যেৎ তুং মাং শুনা ঙাইহাক ঙাইহাক অদোমগী অপাম্বা মতুং ইন্না লেঙশিনবীনবিবা জজ মবিদা উৎপীবমগদবনি। অবোইবদা হায়বদি থোকখিবা মতমদা হকচাংগী অকুম্বা ওন্নবা থমজবিবা মফম অসিদা তপ্পা কাখৎপীদুনা অদোমগী বেকোর্ড থম্বীবম্মু। নিংশিংজবা লোযজবে। থেঙ্ক য়ু। থেঙ্ক ওল।

সে নম্বব যেংলগা ঙসায় কোখৎখবা অদুগুম্না ামম্বব জেমকনা ামসাশং অদুবু মথং মথং কৌখৎলমই অমসুং থেঙ্ক পীবমই। মীওই অমনা মহাক্কী অকুম্বা বেকোর্ড ইদুনা থমজিল্লমই।

| সে: নম্বব | মিং | অকুম্বা |
|---|---|---|
| ১ | নামৈবাকপম চনু খম্বী | ৫০ কেজি |
| ২ | অনিতা সেঠি | ৪৯ কেজি |
| ৩ | ব্রাংখেম বিনোদিনি দেবী | ৪৮ কেজি |
| ৪ | আব. কে সনাহনবী দেবী | ৫৩ কেজি |
| ৫ | ঐচ সান্তি গাংমৈ | ৪৯ কেজি |
| ৬ | নামৈবাকপম চনু খম্বী | ৫০ কেজি |
| ৭ | এম মধুবালা দেবী | ৫২ কেজি |
| ৮ | আইবো শৈজা | ৫০ কেজি |
| ৯ | অকনা বোয | ৪৮ কেজি |
| ১০ | এন প্রিয়া দেবী | ৫১ কেজি |
| ১১ | অবিবম অনুবাধা দেবী | ৫৩ কেজি |
| ১২ | ব্রাই প্রেমিলা দেবী | ৫১ কেজি |
| ১৩ | হব্রাইবম চমজবী চনু | ৫২ কেজি |

মথংদি তোংঙান্না তম্মু অমদা মেডিকেল চেক তৌননবা জেমসনা মাইযেপ্পা লাওথোক্লকই- "এতেন্সন প্লিজ হৌজিক ঐখোয় থৌবম মখা

চথবকপা ওইনা নক্লা লৈবিবা তম্বু অশোমদা ইশাগী টোকন পাইবীবগা লেঙশিনবীদুনা ডোক্তর লৈমা দেবীগা উনবীযু। মহাক্লা খনগৎলবা মীওইশিং অদু খক্তং ঐখোয়না ঈশিং সনাবুল অনি মতম অমত্তদা পুনিংবা মওংদা পুদুনা যৌবী হানবা তান্নবগী থৌবম্বী। মসি তৌজবগী মবমদি অদোমগী পাঙ্গল কযাম লৈবগে কযাম থুনা টোটি মফমদগী ঈশিং সনাবুল পাইদুনা হোনবা ঙমগদগে হাযবদু লৌজবনি। প্রোগ্রাম লাওথোক্লকপদা ময়াম্মা যেংনিংবনা ফন ফন চোংনৈ। খবানা ঙাংনবকই,

- "ইবেম্মা ইপল অচৌবীগী মমৌ অফবা খনবগী থৌবমশিদি অচৌবা কুম্মৈ অমনি হায।"

লৈশাবী মচাশিং মখোয মশেল ঙাংনৈ -

- "তঞ্জদবা মীযাম মমাঙ অসিদা ঈশিং সনাবুল অথনবা অনি পুগদৌবিশে।"

অমনা নোক্লদুনা খুন্নকই - "ইবেম্মা কবিগী তঞ্জকগনি মতাংনা যাদদুনা চেনগদৌবিবনি।"

পাখঙ অঙাওবশিংদি ফোঙনা ঙাংনবকই,

- "চুমই অশুম্না ইন্টুভিয়ু লৌফম থোকই। ঐসু যানিংই।"

অমনা ঙক্লা হংলকই - "মবমদি কবিগী ?"

- "মবমদি হৌজিক কালগী লৈশাবীশিং অশে মৌনাওগী ফম কাববা মতুংদা ইকাযজবিবনি হাইদুনা ঈশিং শোকপা থোক্লদে। মনেম অশোনবী অদুনা ঈশিংসু শোক্লনি, চাকশু থোংবীগনি।" অদুগা মৌনাওনা লেম্না লৈথোকই। অদুগা মৌনাওনা ড্রোইং রুমদা ইকাই ইকি থাদোক্লুনা নুংঙাইনা মপুবোইবগী মনাক্তা ফম লুহোংবদা উলকপা কলর টি ভি. সেট অদুদা অনৌবা কেশেট, অনৌবা কহানি যেংমিন্নদনা নোকমিন্না লৈথোকপা কযা যাওনববনি। মদু খংবদগী ঐখোয ইপল অচৌবীনা মতাং চাবিঙৈ নুংশিবগী মমল ডোজ অমা হেন্না কাখৎহনবগী ৱানি খংলববা ইবুংঙো।"

- "ভাই নঙগী ননাক্তা লৈবশিদি কোক চিক্লমদবসু চিকখৎলক্লে। পুকথিলমদ্রবসু থিনগৎলক্লে। পান্দুকান্দা ক্লা জবদা মতপ অচৌবদু অমমতা উমশিনলুশি। লাওশে য়েংবা অমুক নঙহৌবোয।"

ঈশিং হোনবদা ৱাজববী মনেম ওইবী কযানা ইন্টুভিয়ু অসিবু থাগৎলকই।

- "চুমই ইবুংঙো লৌগদবনি। ঐখোয়গীদি মেন অমা তাদনা চেন্দুনা লাকশিনলবনিনা ৱাখবে ৱাখবে। ঈশিং সনাবুল অনিতা নত্তে কোর্ফু মচা অমশু মথক্তা তোংহন্দুনা পুহল্লু ইবুংঙো। হৌজিক কালগী মৌশিংশে শুনিংদবনা নাববনি। চুম্না লোক থুংবা ফাওবা ফমুংদগী হৌগৎতনা মপুবোযবা অপঙবদুনা সেবা তৌহনবা ঙম্লবনি।

তাহৌবা মৌশিংনা অহন্দুদা ওনশিন্দুনা হায়বকই,

- "ইবোক নচা নমৌ ৱাবকপদি ঙমজদ্রগা লৈকায অসিগী মৌ খুদিংমক চেন্থহনবদুদিনে পামদেকো তুমিন্না লৈবীযু তাবদা যাম্না ৱাই। ঐখোযদি নোংমতা তৌজদে।"

- "ইহে ইবেম্মা চম্পা যাওবমইদনা চুমই চুমই ইবেম্মনা হাযবা ইমুংদুগী মৌ মৌদুনা পুবে।"

অহল অমনাওক্লদুনা খুম্মকই - 'নুংঙাইববুদি নুংঙাইববনি ইবেম্মা মমাংঙৈদগী শকক চামা হেন্না। যুকশিদা ফৌশুগনি, চেং খৈগনি, শীং খাইগনি, কোক্লা ফৌ হোনগনি হাযবা লৈতবে। খোংনা বজাব কৈথেল কাগনি হাযবা লৈতবে। ৱাবমখবেদা ইবেম্মা মতমদো নীংশিংলকপদা তুবু চুংই। নুমিৎ তাখিগদৌবে হাযদুনা ইঙ্গাং নাপী অবৈবা কোকথোংনা যুম যৌননবা চেন চেন্দুনা লাক্লবদো নোংজু থাদনা লৈখোম্না খুকউ যৌনবম্বা মতমদো হৌখবে ঙম্লমক।

- "ইবোক অদুদি নবাইবক ফত্তদুনা তৌবিবনী।

- "চুমই ইবেম্মা! অদুম্না হেক হাযবা যাই।"

ঙাংনবা পাম্বা কযানা ওনশিন্দুনা ৱাবী শান্নবি অশোমদা লমজেল হৌগদবগী শেম শাবা লোযখবে। ঈশিং সনাবুল লৈকাযদগী ৱাইকন্দুনা ঈশিং পীক পীক থন্না কুনমবি মাংদা অমগা অমগা লোনশিন্দুনা থমই। অযেংবশিংনদি চেলহননিংলে। পুগদৌবিবশিংদি মীহুন ফাথবা থম্নদবে। পূক্লীংদা মওন মওন খন্নবি। মাগী মাগী মমাংদা লোন্নদুনা লৈবিবা ঈশিং সনাবুল অনিদু উবগা হাযনবকই খঙহৌদনা,

- "মথ্বায ৱান মিস খন্বী মথন্তা শোঞ্জে ঐবু ফনদি কুইবেশে ঈশিং হোন্দুনা ইমাগী মতেং পাংলক্তবা কবম্মাইনা তৌগদৌবিবাজাৎনো হুবেল থাদদনা

তোক্লবগনিকো। হে ঈশ্বব ননাইদা পাঙ্গল অমুক্তা হঙ্লীদুনা পুবা ঙমহনবীযুকো ঙসিদি।”

- মথন্তা শোঞ্জে মিস অনিতা সেঠি “ইশ ! মসিদি কমদৌগনি অমতংবুদি নাকন্দা চপ্তুনা পুবীগে। অনিশুবা অসিদি পুদুনা চেনশিবা লুখবেদা ঐদি !”

- নুংশাশ্বোব শংনা হোম্বুবগা মিস আব কে ম্নাহনবী দেবী “ঐদি নোংমতা ঈশিং হোনবগী থবক্তী তৌবক্তে মসিদি কমদৌগনি। অনিমক খুৎ নাম্মদা যাল্লগা চেনবদা তাবিনে, ইশ ! লুগদৌবি।”

- ম্নাবুলদু যেংলগা নোকফেৎ তৌজৈ মিস সান্তি “লমজেন্দি কিদে অদুবু ঈশিং পুদুনা চেনবগী থবক্তি লুগদৌবিদা ঐবু মৈযাং নুপীশিংনা নাকন্দা যেপ্তুনা পুবদু অদুগুম্না পুশিবনে। হুম অমদি থলহৌবা যাইশে।”

- ঈশিং থাঙ্গৎতুনা যেংই অদুগা মথন্তা শোঞ্জে “ইশ! হকখবেদা মসিদি কমদৌগনি। হে ঈশ্বব ঐবু মসিদা ঙমদদুনা ঈজৎ তাবগা লৈহৌগদৌবিববানে। ওহ ! মাই গোদ। ইন্ট্রোকপা ইন্ট্রভিযু মকৌ হাযবদুনি।”

- মশা খিংবী মিস মধুবালা কবিশু নাচুংদনা হাযদোক্লকই “নুমিৎ খুদিং পুদুনতা লাক্লবা কোন অসিবু কোথক্তা অমা নাকন্দা অমা যান্দুনা হেক চেন্থোক্লগা লোযবে।”

- ঈশিং হাপ্পা পাত্রশিংদু উবগা মিস আব্রাইও শৈজা মথন্তা পূক্লীংদা খঞ্জে “ইশ ! কমদৌ মশিদি ঐদি নোংমতা ঈশিং হোনবগী থবক তৌজবক্ত্রি। শম লৈদুনা অনিমক হাপচিল্লগা চেল্লবদি মখোযদগী হেনগদবনি। হৌজিক্তি কবম তৌশিগে ইখুৎ অনিনা নাকল নাকলদা পাইদুনা যাল্লগা চেনবদা তাবে। ইশ ! ব্রাথ্রগনিদা মসিদি। ঐদি পাস তৌগদবা মান্দবে। মসিদা লৈহৌবগনি।”

- মিস অরুনা বোয পুক্লীংদা খঞ্জে “মসিদি শ্বাংদা অমা চপ্তুনা পুবগে অদুগা অমনা খুৎনা যাল্লগা হেক্তা চেল্লগে।”

- পাত্রদু উবদা মথ্বায ব্রাববী মিস প্রিযা দেবী পূক্লীংগী অব্রাবা ফাংদোক্লকই “ব্রা ! মসিসি ঙমগদবা ? হে ইমা ইবেম্মা নংনা হাযবা ব্রা খংনিং নিংশিংলকইদা “ইবেম্মা, ঈশিং হোঞ্জিনলু তনগনু মসিদি থবক নত্তে হকচাং শাজেন্নি। মতমদুদা যাজবম্মবা ঙসিগী ঐনা মীযাম মমাং অসিদা খুৎনা যান্দুনা পুগদৌবিবা অসি কোক্তা অমা, নাকন্দা অমা যেপ্তুনা ইমান্নবী মযাম অসিগী মমাংদা থা

থাদুনা চেনগদবনিদকো। অদুবু হৌজিক্তি ইপাঙ্গল কঞ্জববসু পুবগী নিয়ম হৈতবনিনা ইন্থোক্লা ৱানা শুকপ থিনা চেনগদৌবিদা।"

- পাত্রদু উবগা মিস অনুবাধা মোমোন নোক্লগা হাযদোকবকই "হেবা অশুক লাইথ্রবা ইন্টুভিযু অসিদি স্নাবুল অনি লোনশিন্নবগা খুৎনা হায হাযদুনা মীযাম মমাংদা চেনবীগে।"

- মিস প্রেমিলা পাত্রদু যেংলগা হাযদোক্লকই "ৱা মসিদি ঙমখিগদবা ? থাদোকপা কুইবে অদুঙৈ অঙাং ওইবিঙৈদগী ঈশিং হোনবগী থবকশিং ঐতনা তৌবম্বনি অদুবু ঐনা সবকাবগী থবক হেক ফংবদগী নোংমতসু হোল্লুবা তৌখিদবে। ঙসিদি ইন্থোক্লা ৱানা হোনবদা তাবে।"

- শাউনা মিস চমজবী দেবী মথন্তা শোল্লি "নুংশা হাযগৎলক্লবা মতম অসিদা ঈশিং সনাবুল অথনবা অনিশি অমুক পুদুনা মীযাম মমাংদা চেনগদৌবি। মখোয অসিসু খবদি হেনমল্লি। ষন্বী লৈদ্রিঙৈ যুমলৈমা হান্না হাৎতোপী হাযবদু হেক তৌগদৌবি। মসিনা মখোযদা কবি কান্নগদৌবিবা ? পৈশাগী সমাজনি পৈশাগী যুক। পুম্নমক পৈশানা লৈবা যাবসিদা ইন্থোক্লা তঞ্জখবেদকো। চেন্দবদি যাবোই।"

মযাম চবাংনবি। ঈশিংদা অমুক যেংই কৈন্যাশিং অদুদা অমুক চাগদবগুম অমুক যেংই। মাযেপ্পা চেন্নবগী হুকুম শৱা লাওনা হাযবকপগা ফিবাল অঙাংবা থাঙ্গৎপগা চপ মান্নে। লমজেন্দা শকক যাবিবা মযাম্না ঈশিং থন্না যাওববা সনাবুল অদু মানা মানা হৈজবা মওংদা থাঙ্গৎতুনা চেনবা হৌনৈ।

মিষ্টব জেমসনা মযামগী পূক্লীং চিংশিন্নবা মাযেপ্তা লাওথোক্লকই,

- এতেন্সন প্লিজ মযাম্না খবা হন্দোকপীশি যাম্না ৱানা পুজবল্লিবা ঈশিং সনাবুল অনীনি। কবিগুম্বা থাদবা যাওথ্রবদি কোপ্তুনা শিংনগদৌবিবনি খুবাক খুবিদুনা লমজেল চেল্লীবীশিংবু মতেং পাংবীযু থেঙ্ক যু, থেঙ্ক ওল।

মখা তাথবকই কৈন্যাশিং চেনন্দুনা চৎনখিবনা যৌগদবা খজিক্তা ঙাযবে। মখোয অমুক হলক্কদৌবিবনি অদুনা লম্বীদা অঙাং নুবী কযা কাতোক কাব চেল্লীবশিং অদু মাগী মাগী গার্জিযানশিংনা খবা কৌশিনবীযু। মযাম মমাং থাদুনা চেস নম্বব ৱান অহানবদা মাঙথংলম্বদু হৌজিক লৈহৌবে। হৌজিক মখুৎ অনিনা যালদুনা হেড কন্সতেবল সান্তী গাংমৈ চেস নম্বব ৫ না মাংদা থানা চেনখৎলক্লী। ও ! লাইবক থিবদি মহাক্লা পুবিবা মওংদু নাতৈ চাদবনা লৈহৌবে। হৌজিক

চেস নম্বর থ্রিনা মাংজিন থানা চেলক্লী। মথংদা চেস নম্বর সিক্সনা মঙোন্দগী হেনগৎনা কন্না হোৎনজবি অদুবু মপাঙ্গল ফববী চেস নম্বর থ্রী মিস বিনোদিনি দেবীনা মমাংদা থৎতুনা চেনখিবনা উপায নৈতনা তাঞ্জা যেংলগা চেলক্লী।

অঙকপনি ঙসিগী ইন্ট্রভিযুগী লমজেন কন্না চেনশিনবীবকউ মিস খোয অদোমগী অবোযবা পন্থুং অদোমগী মাঙদা থৌবি তিংদুনা তবান্না ওক্তুনা লৈবে। পুক্লিং হন্থবীগনু ফাষ্ট সেকেণ্ড থার্ড খক্তা লৌগদবা নত্তে পোইন্ট শিষ্টেম্নি। ব্লাববসু খুৎ শিন্নবা খ্বাং ওন্থোক্লবা কোকথক্তগী খ্বাংদা পুবনচিংবা ননিং তম্লা পুবীবকউ তৌবদংদি সনাবুল অদু মীঙোন্দগী হৌজিক ঙাইহাক্কী ব্রাযজকবনি। থাদবা থোক্লবদি অদোম্না পেমেন্ট তৌবীগদবনি। ও কে থেঙ্কস।

মযাম্না খুবাক অমুক্তা হৌনা খু বিদুনা ব্লানা মমান্নবীশিংদগী হেঙ্গৎতুনা চেঞ্জবক্লীবী কৈন্যা নম্বর ৱান, টু, থ্রী, ফোববু ওকপীযু। ও' শোবী' অবোইবা পন্থুংফম যৌবমদাইদা ঈশিং সনাবুল অনি কোকথক্তা লোন্দুনা মীনা হেনবা যাবোয কহাযবগী মতাগুম মখা চিক্তুনা চেস নম্বর তেন্না ইখঙ খংহৌদনা মযামদগী হেঙ্গৎলক্তুনা মাংজিন থাবক্লে মহাক অখাং কনবীনি। চেনশিনবীবকউ মিস অনুবাধা ইমা থৌবানিনা নহাকপু লাক্লদবগী মাংদা থোক্তুনা লৈবে। সবাস' চেস নম্বর তেন (১০) না ফাষ্ট তাখবে। মথং চেনশিনবীবকউ মযাম যৌগদৌবে অসাগী পন্থুং নিংশিংবীযু ধর্ম্মগুরু অহুম্না পীবিখিবা মঙ্গল অশিবর্বাদ। হৌজিক চেস নম্বর থ্রি অমসুং চেস নম্বর সিক্স পুন্না পবেং অমতদা লাকখ্রে।

সবাস সেকেণ্ডদা মখোয অনী লৈহৌবে।

মথং চেনশিনবীবকউ যৌগদৌবে অদোমগী পন্থুং হৌজিক চেস নম্বর ফোব অমসুং চেস নম্বর সেভেন অহুমশুবা থার্ড পোজিসন লৌননবা চেনশিন্নবক্লী সবাস !

মখোয অনীনা লমজেল অসিগী থার্ড পেজিসন লৌখবে। অদুগী মথংদা লেমহৌবিবশিংসু মথং মথং চেনশিন্নবক্লী। সবাস চেস নম্বর ১২ না খোংফম অমা হেন্দুনা ঙসিগী কৈন্যা লমজেল অসিগী মবিশুবা পোজিসন লৌখবে। অতৈনা মঙাশুবাদা তাহনখবে। সবাস ! সবাস ! সবাস ! থেঙ্কস, থেঙ্কস, থেঙ্কস ভেবী গুদ বন, ওকে।

শিনবী লাংবিববশিংনা ব্রাজববী কৈন্যা যাওকবিশিংবু মীচং মীখায নাইদনা লুম্বু লুম্বু শানা থল্লবা শঙ্গোম গীলাস অচৌবদু অমম্মদং লানশিবীনবা নীংশিংজবি। ওকে, থেঙ্ক যু। থেঙ্ক ওল।

ঐখোয় হান্নদগী থৌবাং তৌদুনা থমজবা বিফ্রেসমেন্টগীদমক্তা মিনিত ১৫ ব্রেক অমা মবকশিদা থমজবি। ময়াম ফমলী মফমদগী চোইথোকপীখিগনু। থেঙ্ক যু। ভেবি মচ। টু মিট আফটব দি ব্রেক। মথংগী থৌবম অসিদি ইবগী থবক্রী। হান্নদগী ইদুনা থম্লবা ব্রেবোটনি। ক্লেসন মঙা খক্তং লাববা মযেক্রা ইদুনা যাওই।

**তাইম : ৪৫ মিনিত ফুল মার্ক ৫০ পাস মার্ক ১৫**

১। ইমুং অমদা মৌ অমনাতৌগদবা মথৌ তবাদং ইযু

২। মমা অমা ওইববা মতুংদা পীক্লীবা মচাবু কবম্না মওংদা নাওযোকপীববদি হেন্না যাইফগদগে ?

৩। মপুবোইবা সেবা হাযবগা কবিবু খংনগদগে ?

৪। অশোনবী মনেম মকুগী সেবা কবম্না তৌবীগনি ?

৫। নুপী অমদা চেনগদবা মগুন কবি কবি ওইবগে ?

- লোইববা ।-

অইবগী থৌবম্লী হাযদুনা মীওই খবদি হাযদোক্লখিদুনা পান্দুকান মনাক্তা যৌনখি। প্রধান সাহেপসু ধর্ম্মগুরুশিংসু অচৌবীদা হাযনবগা মথং মথং চংনখবে। হৌজিক লেমহৌবিবশি অবাপ্পদগী লেঙবীবক্লবী মবি মতা ইন্টুভিযু যাওবিবাশিংগী মমা মপা মবি মতা অদুগা কুম্মৈ অসিদা থব্রায তাজবা অমদি শিঞ্জ লাংজবিবশিং মকওইনা মখোয খক্তা ঙাইহৌবে।

মতম যেংলগা জেমসনা মাযেপ্তা লাওথোক্লকই -

- এতেন্সন প্লিজ, হৌজিক ঐখোয মথংগী থৌবম পাংথোকপা হৌজবগনি। চানবীদুনা লমজেন যাওবিখিবশিংনা পোথা পোথা প্লেট ফোর্ম মথক্তা লেংখৎপীবক্তুনা পবিক্ষা মচা অসিমতংগা যাওবিবনবা মাযেপকী থোংদা পাওজেঞ্জবি। থেঙ্ক যু।

অদোমগী ক্লেসন মীযাম মমাংদা ইদুনা থমজববনি। অদোম নফম্লাংদা লেংশিন্দুনা অদোমগী সে নম্বব মিং খক্তং ইবীবগা ব্রাহং অসিগী পাউখুম মথং মথং ইথবীখিবা যাবে। অহৌবা অমসুং অবোযবগী পুংজা ঐখোযনা যেংজগনি লোযননা বেল যৈদুনা খংহঞ্জবক্লনি। থেঙ্ক যু, থেঙ্ক ওল।

মখোয তবাহুমদোই মকক পবেং অহুম থোক্তুনা লন্না লন্না ফমহল্লে অদুগা পবিক্ষা হৌখবে।

*লাইবিক খবা হৈবা মীদি কনাগী মফমদা য়েংনবা তৌদে জব জব ইথবি।*
মহাক্কী কলমগী ঈচেল অবেপ্পা লৈতনা পূক্লীংদা ফাওবকপা কয়া মথং মথং।

লাইবিক তমজববসু হিবম অসিদা অমুক্তা খঞ্জীল্লুদ্রিবী কনাদি মথা উংদুনা কলম মনিং চিক্তুনা কোইনা য়েংদুনা লৈবি। মতাং অসি যৌবকপদনি লাইবিক মযেক চংতবগী খম থেংনা অৱাবা লাক্লিবসি। মাগী পাঙ্গল লমজেন্না য়াবা নত্তে। মহৈগী লাইবেন্থী ইমাগী থৌজাল নত্তনা। লৌশিংনা পাঙ্গলনি। কলমনা থাংদগীসু হেন্না থৌই। মতাং অসিদা।

নীংশিংলকই ইন্টুভিয়ু যাওবিবী কনাগুম্বী- "ঐখোয ইমানা লাইবিক পাউ পাউ হাযবিবদুদি অসিগী ওইকো। পবিক্ষা হোল মনুংদনা ইমান্নবীশিংদগী শিনগদবগী ঙাইদুনা লৈবদো নীংশিংলকই মীযাম মমাং অসিদা মথং মথং।"

অফবা পাম্বীগী অফবা চাবা তাইবঙ খুদিংনা পামনৈ। অদুগুম্লদুনা অফবা মমৌ অমা থীবগী হক মহাকপু পোকপীবিবা পলেম পম্থৌ অদুগী যাম্না চাউববা দাযত্যা লৈ। অদুবু ঙসিগী সমাজদা তপ্না তপ্না হন্থবক্লে মদুনা মবম ওইদুনা যুম অদুদা ডিশিপ্লিন নোংমা নোংমগী হন্থবক্লি মবম অদুনা ইবেম্মা নঙনা তন্নীবা নহৈদুদা মহৈ চান্নবা তম্মু। ঙসিগী সমাজদা নুপী ওইবী খুদিংসু লাইবিক হৈহনবা দবকাব ওই। সবকাবগী থবক ফংলবসু ফংদ্রবসু চিঠি ইবা পাবা ফাওবদি তঙাযমক ফদনা দবকাব ওইকো। মিনিট ৪৫ তাখিবগা লোযননা বেল যৈখবে চে লৌশিনখবে। মিষ্টব জেমসনা মাযেপ্তা লাউথোক্লকই-

- "এতেন্সন প্লিজ হৌজিক ঐখোয পবিক্ষা মতাং অসিদা লোইশিনঞ্জবে। লোযননা ঐখোযগী ঙসিগী থৌবমসু লোইশিন্নবা থৌবাং তৌজবে।

লোইশিল্লকপগী থৌবমগা মবি লৈননা থৌবু ওইবিবিবা ইকায খুম্নজববা ঐখোযগী পাবুং মিং ওইনা পঞ্জববদা অচৌবী সিংহনা ডাইস অসিদা লেঙশিনবীবক্তুনা অবোইবা ৱাবোইশিন খবা থম্বীবনবা কৌশিঞ্জবি। থেঙ্ক য়ু।

অচৌবী মফল্লাংদগী যাম্না চিংলেম্না হৌগৎলদুনা চংশিল্লকই। মযাম পুম্নমকপু কোইনা যেংলুবগা হাযবকই -

- "ঙসি ঐগী ইমৌনুপী লৌবগী অনিশুবা ইন্টুভিযু অসিবু যেংবিনবা লেংবীবক্লীবা খ্বাই খিবিকপু নোল্লুক্না ইকায খুম্নববা উচ্চবি। ঐহাক্তী ৱাঙাংবসু হৈজদে। ইচম চম্না ময়ামগী মফমদা ৱাফম খবা পূক্লীংদা লৈজবম্বদু ফোঙদোকচবি।

হৌজিক্কী মতমদা মনেম মকুবু মমৌ ওইবিশিংনা মীবাইবীবা উজে। মসি ঐগী মোৎতা মমা মপা ওইবীশিংনা মচাশিংবু ফজনা নাওযোক নাওকোনবীদবদগী মহাক্কী মচাশিংনসু থৌশাবীবক্তবনি। চেকশিন্না নাওযোক নাওকোনবীবা ইমুংদা হাযবিবা শমস্যা অসি পল্লা থোক্তে।

লৈবাক অমা চাওখৎহনবা হাযবশিগী অহানবা খোংথাংসু পঙলবা ঐগী মোৎতা ঙসি ঐনা থাংজিঞ্জবিবা খোংথাং অসি ওইগনি খঞ্জে। নুপী হাযবসি সমাজ অদুগী মমানি মহাক্কী মখুত্তা অফ ফত্ত পুন্নমক লৈবে। হাযজবগা লোযননা ঙসি ঐগী ইমৌ খনবগী থৌবম লোইশিঞ্জবি। ধৈন্যবাদ। অচৌবী হেক থোকখিবগা লোযননা মযামসু মযুম মযুমদা হন্নখিন্নবা হৌগৎতুনা মচা মশুশিং কৌশিন্নে। মতম অদুদা মিষ্টব জেম্‌সনা কবিগুশ্বা খবা মযামগী মফমদা লাওথোক্লকই -

- *"এতেন্সন প্লিজ, খংহঞ্জবা অমা ঙসি ঐখোযনা পাঙথোচবিবা ইন্টভিয়ু অসিগী ফল অদোমগী এদ্রেসতা থাজবক্কনি। অবোইবা অহুম শুবা ইন্টভিয়ুদি বব মশা মক্লা খঞ্জবগনি। নুমিৎ অদুমক্তা পুন্সি লিপুন শেন্নগী থৌবমসু পাংথোকচগনি মবম অসিনা ঙসি লাকপিবিবা পুকচেল চাওববা পুকচেল চাওববী খ্বাই খিবিক্লা নৌনা যুম্বাল লশ্বীদা খোংদাজবীবা বব কৈন্যা অনিমক্তা মযাম্না অশিববর্দি পীবীবনবা চন্নবা ৱাহৈ খবা অসিনা নিমন্ত্রন ওইনা পীজবি। থেঙ্ক যু থেঙ্ক ওল। গুদ বাই।"*

মীয়াম হন্নখবে। অদুবু অচৌবীগী ইমুং মনুংদি থৌদোক মপু ওইবনা চাইথোক্লীবা পোৎ চৈ মযাম লোইশিন্নবা হোৎনবদা থৱায যাওনা হোৎনবি। মতমদুদা অঙাং অমা গাডী মচা তোংলদুনা অকুবা পাউ অমা পীবা লাকই। গাডি থামই অদুগা হংলকই -

- "পাবুং অচৌবী যাওবিবিববা? চিঠি অসিমত্তং ডাক্তব বামশিংনা খুদক্তা ইদুনা পীবিবকপনি। অচৌবী ইঙক ঙক্লা চংশিন্দুনা চিঠি অদু লৌই। মচানুপা প্রমোটশু মনাক্তা চঙশিনদুনা হংলমই -

- "ইবুংঙো কনানা পীবকপা চিঠিনে ?"

চৎলমদাই ওইবনা হোবে হোবে হাযবকই -

- "তামো ! কুমাবগী মবমদা ডোক্তব বামশিংনা ইবকপা চিঠিনি। ইপা পাখৎনা ৱা মখা তাথনা হংলকই -

- "*কুমাববু হৌজিক কদাযদা লৈহৌবগে ?*"

- "*বিমস হোসপিতালদা যাম্না লুবা ফিভমদা লৈহৌবে অদুননি।*"

অচৌবী ব্রা মখা তাবমদবে। মচানুপা প্রমোটতা যেংলগা হায়বকই -

- "শে ইবুংঙো কবি হায়বক্লীবনো অমুক্তা পাউ।"

প্রমোট বাই হেন্দ থাবকপা চিঠিদু হাংদোক্লুনা যেংলমই -

**অঙ্কল,**

ঐদি অদোম্মু মশক খংজদে। অদুবু অশোকপা কুমাবনা জ্ঞান তাবিগৈ অদোমগী মিং লৈফম তৎতনা শোল্লম্বদুদা নোট তৌদুনা ইশিঞ্জহৌবনি।

মহাক্না গাডীগা থেংজিন্নবদা মকোক মখুৎ মখোংদা খবা থিনা শোককবে। মবম অদুনা হৌজিক যাম্না লুবা ফিভমদা লৈবি। অদোম্না চিঠি হেক ফংবগা অথুবা মতমদা লেঙবিবকনবা হায়জবি। থেঙ্ক য়ু।

অদোমগী

ডা· বাম সিংহ

- "যাম্না পাখৎনা অচৌবীনা হায়বকই - "ইশ ! অদুদি কমদৌগনি ইবুংঙো ! অতৈ থবক মযাম অসিগা ফবে অদুবু ঐখোয়দা পাউ পীবক্লবনিনা মমাদসু পাউ অসি খংহনবীকদবা যাদবে। লাকও ঐবু মখোয় ফাওবদং খিলস্মু। অতৈদি মখোয় মমাগা তান্নবগে।"

মপা মচা গাডী তোংদুনা চৎখবে। বিলাশিনিনা লৈকায়গী নহাবোলশিংগা অতৈ পোৎচৈ লোইশিনহৌবি।

*****

# অনিশুবা পন্দুপ

গাডী অমা ৱাইদুনা কুমাবগী মমা, মখুবাশিং, মনে, মতৈমাশিং অমসুং অচৌবী যাওনা মখোয ১০ মুক হোসপিতাল যৌবকই। কাউন্টবদা চঙশিন্দুনা হংলুবদা কম নম্বব তাকপীবক্তুনা মখোয পুন্না চঙশিন্নবকই।

কুমাবদি ঙসায় মখৈ ওক্সিজেল থাজিন্দুনা যাম্না ৱানা মখোযবু ঙাইদুনা লৈবমলে। ডাক্তব মখোয লাকপা উবকপদা অশোকপগী মনাক্তগী থোলক্তুনা তুমিন্না ৱাতান্নখি।

- "হৌজিক অকুবা ফিভমদা লৈখবে। অদোম্না মতমচানা যৌবিবক্লন্নবদি যাম্না নুংঙাইজবমগদবনি অদুবু ঐখোয কন্না হোৎনজবি।

মমানা কপ্লদুনা ডোক্তবগী মখোং পাইদুনা হাযজবকই -

- "ডোক্তব ঐগী ইচা মথন্তা পোকচবনি। মপাসু ঙন্তানা মতৌ অশুম্না খংহৌদনা কাযনখ্রবনি। শেল কযানো লৌবীযু ইচাগী থৱাযতদি কনবীযু ঐগী ইচাদি মথন্তনি।"

- ডোক্তবনা থেমজিল্লদুনা হাযবকই "ইনে। ঐখোযসু ঙসাযদগী মাগীদমক্তা তৌবা যাবা ইথৌদাং পাংথোক্তুনা হোনিজবিবনি। অদুবু কোক্তা অকনবা চৈথৈ পীখিবশিনা উপায ইবৈ লৈতবনি।"

মখুবাশিং চংশিনলক্তুনা হাযজবকই,

- "ডোক্তব ট্রাই অমুক্তংদি তৌবীযু প্লিজ।"

ডাক্তব ৱাখল মুন্না খন্থববা মতুংদা হাযবকই -

- "ওকে। মযাম্না বিক্ল লৌবিগদবা লৈববনিনা ঐখোয লাষ্ট ওইনা ট্রাই তৌজবগে। অশোমদা মহাক্কী যাম্না নমক্লবা মীওই অনিদা লেঙশিনবী-বকশি অদুগা চে অসিদা সহী তৌবীযু।"

চে অদু সহী তৌদুনা লৌখবে। অশোকপবু ওপবেসন থেটববোমদা

পুশিনখবে। মযাম্না তুমিন তুমিন ফমদুনা লৈমিন্নবি। মমানা মচাগী মওং মতৌ উবগা থৱায ৱাবদুনা হিক্লা হিক্লা মচাবু কৌদুনা কপ্লকই।

- "ইবুংঙো ঙসি নঙনা তৌবিবশিবু কবিনো ? নমাদি মঙলানগুম্লেদকো। অযুক অঙনবদগীনি মহাক্লা চৎখ্রিবা।

হলকখোকো ইবুংঙো নমা ইথন্তা তাইবঙশিদা লৈহৌবা ঙম্লোয। কনাবু যেংদুনা লেনগনি মতম।"

মযাম্না চঙশিন্দুনা থেমজিল্লি -

- "ইবোক কপকনু। কুমাব কবিশু তৌবোয ডোক্তবশিংনা কন্না হোৎনবি।"

- "ইবেম্মা, ঙবাং অহিংদগীনি। ইমা ঐহাক মঙ যাম্না নুংঙাইবমদে হাযদুনা অহিংদুসু মপুং ফানা তুমখিদ্রবনি।"

- "ঈশ্বব খুকমদুনা লৈশি ইবোক। পুন্নমক ঈশ্বরগী লিলানি ঐখোযনা কবি তৌবা ঙমগনি। মিৎলু পিবাং খবা শিন্থবা নত্তনা।"

অশোমদা মপান্দা লেপ্লদুনা ৱাবী শান্নবি।

- "তাদা ! পাউ অসিবু কনানা পীবিবকপগে ?"

- "ইবুংঙো অঙাং অনীখক গাডী মচাদা কলাক্লগা পীবম্বনি।"

- "খংদবেদা। মসি অঙাংসি মখোংদি খবা যাংগনবনি। থবক অমা চৎথোক্কে হাযববদি পঙলবসু শিংলবসু যুম অদুগী অহল ওইবিবা মমাদা থবক মফমদু তাক্লমগদবনি মদুসু তৌবমলোযদো। হৌজিক্তি কবি শাবে। হাযফম খঙদে ঐখোযসু। ঈশ্বরগী মফমদা হাযজবা নত্তনা উপায কবিশু লৈতে।"

মযাম্না ঙাইনবি মপান্দা, মনুংদা হোৎনবি ডোক্তবশিং শিবা চংবগী পর্দা মকমদা থৱাযনা কদাযদা হকচাংনা কমদৌবি?

ঙাইহাক লৈবগা ওপবেসন থেটবদগী ডোক্তবশিং থোক্লবকই। মপাউ তানিংবনা খৌবাংনাঙাযদুনা লৈনবিবা মযাম্না চংশিন্দুনা হংলকই -

- "ডোক্তব সাহেপ কমদৌবিববগে ?"

ডোক্তবনা য়াম্না তপ্পা খুম্লকই -

- "মাইদি পাক্লে অদুবু !

- "অদুবু কৈদৌববগে ডোক্তব সাহেপ মখা তাথবীবম্মু।"

- "মহাক্কী ব্রাখল চোইবগনি।"

ব্রাহৈ অদু হায়বম্লগা তুমিন্না হেন্দোক্কুনা চৎখবে। মযাম্না ঙাংনদুনা লৈহৌই।

- "ফবে ! মহাক্কী থব্রায়বু কলহৌববদি কোন্না অমুক অমদা মখাতানা অতোপ্পা হোসপিতাল অমদা যেংলগা লোযবে।"

- "ঈশ্ববনা চানবীবে।"

ময়াম ঙাংনবিঙৈ ইন্দুনা পুথোল্লককই নর্সশিংনা মখোযগী মতুংদা নাকন্দা মযাম্না চংশিন্দুনা মহাক্কী কম তান্না পুখিবমই।

*****

## অহুমশুবা পন্দুপ

মতম খবা হৌখবে। কুমাবসু হোসপিতালদগী ডাক্তবনা ডিচার্জ পীবক্কুনা ময়ুমদা পুথবক্লে। মহাক্কী ব্রাখল অদুঙৈগীগুম ওইদবে। মতম লৈবা খিবিক্তা অচিকপদা ফমদুনা মচিন্দা মুকুম মুকুম শেন্দুনা মকোক হোৎতুনা হৌনা নোক্লকই। কবিগুম্বা মতমদা নিংবা কাযনা হিক্লা হিক্লা মমিৎতা মপি তানা কপ্লী। মমানা কুপ্না শেন্নবি। মচাগী মতৌ উবগা তৌফম খংদ্রদুনা লোন্না লোন্না কপ্তুনা পিবাংলক্তা ব্রানা লেল্লী।

মমা ওইবশিংনা মীনুংশিতনা থল্লবা পূক্লীংদা মচাগীদমক্তা চাবা থকপা কাওথোক্কুনা ব্রাজবি। অহিং কযা পূক্লীং লৈতানা পোত্থাজবা ফংদবে। চহি মতাংদি পোত্থাবগীনি মচা মমৌনা সেবা তৌদুনা নুংঙাইনা পুন্সি লেন্থোকপা লেমহৌবিবা তুংগী পুন্সি খবাদু।

অদুবু ফংলকখিগদবা মাগীদি? পোত্থাজবনা ব্রাখল যাম্না তামখবে মাগীদি। অঙাওবা ব্রাখল চোইববা নীপাদা কবম্বা মমা মপানা মচানুপীবু থাজনিংগনি থাজকবা তাবগদি ইশাগী খোঙদা ইশা ইথন্তা শিঙজংনা যানশিঞ্জবগুম্বনি।

নিংঙোল পোকপীশিংসু অফবা বব পামই। মহাক্কী মফমদা ঐগী ইচাগী লেমহৌবিবা পুন্সিসে খুৎশিন্নগদৌবিবনি। পিবাংলক্তা মচাবু কনানা নোক্লা নোক্লা যেংদুনা লৈবা পাম্নবগে। ইচাগী নুংঙাইজবা মমা মপা ওইবশিংগীসু নুংঙাইজবনি। অদুনবু ঙসিসু অউনপোৎকী মৈশা অসি খংনা খংনা মুথৎপা ঙম্মদ্রিবনি।

কুমাবগী শাগৈনা নোংমা পুন্না মিটিং তৌবমই। মখোযনা পৈশা খবা খবা মতেং পাংবিবক্কুনা টেজপুব হোসপিতাল যৌখবে।

টেজপুব হোসপিতাল অসি অহানবদা অসাম ষ্টেটকী মনুংদা লৈবমই। অদুবু ভাবত সবকাবনা সেন্ট্রেল হোসপিতাল ওইহনখবে। মফম অসিদা

ব্রাখল চোইববা কযা লাইয়েংবগী থবক তৌবি। মফম অসিদা ব্রাখল চোইববা মীওই কযা লাযেংবদা ফবকপা যাওনখবে। মসিনা অনিশুবা ভাবতকী অঙাওবা ব্রাখল চোইববশিংগী অচৌবা হোসপিতাল অমনি।

অনাবদু নত্তনা হোসপিতাল মনুংদা অতৈ সেবা তৌবা মীওই কনা অমতা লৈহন্দে। মফম অদুগী ডাক্তবনা অনাবগী লাইওং মমুৎ তানা খংলবা মতুংদা নুমিৎ কয়ানি, থা কযা, চহি ফানা লৈথহনবনচিংবা ব্রাবেপ অমা অনাবদুগী মমা মপা নৎত্রগা যাম্না নক্লবা মবি মতা অমদা চিঠি ওইনা ইদুনা পীবক্লনি। মতম অদুদা মখোযনা অনাবা অদু লৌবা চৎনবম্মী। কুমাবসু মখোযগী মপা মতোন কযানা পুদুনা এডমিট তৌশিনবীবম্মী। থা ৬ মফম অসিদা লাযেংবা তাখ্রে।

কনানা হাযবা ঙমগনি মীওইপোক্কী লাইবক ঙবাংতা নোক খেদুনা ইনাক্তা ফম্লম্বনি অদুবু ঙসিদি মহাক হোসপিতালদা .'

ঙবাংগী নিংথৌ ঙসিদি ভিখ্যাবী চৎলি, নিবি কোযনা ভিখ্যা '

লুপা অমগী, নুংশা মবক্তা পুককিদমক'

*****

# মবিশুবা পন্দুপ

লুপ্পবা পোৎযোম কযা যাওববা অচৌবা বেক অমা গাডী মনুংদগী ড্রাইভবনা লৌথবী। মহাক্না মখুত্তা অয়াংবা ভি আই পি বেক মচা অমা যাল্লী। মখুৎ যেৎতা নাল্লবা উগী চৈশু মচা অমা ঙাকলৌ ওইনা পাইবদুনা মখোযগী থোঙ্গালদা লেপ্লদুনা লৈবি।

তোংলকপা গাডিগী ভাবা পুথোক্কুনা পীখবে। গাডী থৌখবে মথন্তা ঙাইহৌবে। মথন্তা খল্লি চহী অনি মখায ছুটি থোক্লকতবদা কযাদা অহোংবা লৈবল্লবা খুঙ্গং অসিদা ?

অনৌবা ফুবা কযা শাগৎলমলে। মোংফম থক্তা লৈবোল চনখ্রবা হকচাং অদুগী অত্মা সান্তীগীদমক । নিংশিং ফুবা।

অচৌবা উপাল কযা লৈবমদবে হাংলবা লমহাং ওইবল্লে, হাংলবা লমহাং কযাদা অনৌবা যুম কযা চোংথোক্কুনা লৈবম্মী। মখোযগী থোঙ্গাল চেক্না চনখৎতুনা লৈবোং কযা হাপ্লবা থোঙ্গাল ওঙ্খোক্লমলে। লম্বীসু কোযলাস থাদুনা চঙবদা নুংঙাইবল্লে।

ঙাইহাক যেংদুনা লৈবিঙৈ মযাম্বা প্রমোট, মতম অদুদা মচাশিং স্কুলদা থিনবা ওইনা মহাক্কী স্কুটব থৌদোক্লকই। সবক্কী মতাযদা তুপী অমা উপ্তুনা মখুত্তা চৈশু অমা পায, হাংলবা লবুক লমহাংদা যেংদুনা লৈবম্বা উবদা মযাম্বনা মশক লাকশিনবা ঙমদ্রিঙৈ গাডী মমাংদা লেপ্তুনা তোংলিবা মচানুপা অতোনবা বটননা উবক্কুনা হাযবকই -

- "কাকা ! পাপা কাকানে। ঐখোযগী কাকা! কাকা ছুটি থোক্লক্লে। পাপা গাডী খামখো। কবোক চাখিগে। মতমসু ঙল্লিযে পাপা।

মনাও ছুটি থোক্লকপদা পুক্নীংদা যাম্না হবাওজবমই। গাডী খাল্লমই। মচানুপী কমলানা মযুমদা অমুক হঞ্জীন্দুনা মমাবু কৌথোকহলমই।

- "ইমা ঐখোয কাকা ছুটি থোক্লকহৌবে মাবু ওক্লবা মৈ পুবগা থোক্লকওযে পাপানা।"

মচানুপা ছুটি থোক্লক্লে তাবদা হবাওজববা অচৌবীসু মনিংদা থবক তৌবম্না থাদোক্নুনা থোক্লকই। বিলাসিনিসু মৈখেৎ পুথোক্নুনা মনাও প্রকাসপু ওক্লবা হবাও হবাও থোকচবকই।

বিলাসিনি থোক্লকপদা চৈশুনা ঙাক্লৌ ওইববা মখোং তপ্না তপ্না থাংলদুনা চংশিনলক্লমই।

মদু উবদা বিলাসিনিগী পুক্নীং খংহৌদনা তুজুংবা ফাওবমই। মহাক্না নুংঙাইতনা যেংলম্মী। পুক্নীংনদি হংনিংই অদুবু চিনবাম্থোংদা ফাদুনা নৈতোন্দুনা হাযদোকপা ঙমদবে। মুন্না মখোঙদা যেংলমই। মৈখেৎ খেৎতুনা মৈ ওকপীবমই। প্রকাসনা মতৈমাগী মখোঙদা নোম্বদুনা শোক্লমই।

মতমদদুদা হংলম্মী,

- "ইবুংঙো নখোংদি কৈদৌবে?"

লুলুক্না যেংলগা খংহন্নীদনা হাযবক্লমই -

- "কৈশু তৌদেদা ইতৈমা থৌদোক অমদা শোযখিবনি। কমলাদা বেক্নী শোজৈ পীবদুনা হাংদোকহলমই। মখোয অনিগীদমক লৈবীবকপা কিসমিস অমসুং ক্রেজেক্নী পীকেট অমমম পীবমই।"

অঙাং অনী হবাওজবনা লোইখবে। মচা অতোনবা বটনদি মপাগী মনাক ফাওবা চোং চোংদুনা চৎলগা গাডী মথক্তা যৌখবে। মচেদা কৌবগা হাযবকই-

- "ইচে যেংউ তো ! নঙোন্দগী লোযনা হেল্লী চাউবা।"

মচেনা পৈবদুনা হাযবকই -

- "অঙাংনিনা নুংশিদুনা পীবিবগা।"

মপানা গাডী স্ট্রাট তৌবগা মচানুপীবু কৌবকই -

- "লাকও লাকও অতৈ যেংঙুবগনু হুবেল হলক্লগা যেংঙো, ওফিস চৎপা থেংখিগনি"। মচানুপীনা খুল্লকই,

- "অহোয পাবা লাক্লে"। মহাক্নী কাকাদা চঙশিন্দুনা হংলকই -

- "কাকা ঐগী কবি লৈবিবকপগে"?

নোক্লদুনা প্রকাসনা খুন্নকই,

- "নহাক্কী স্কট অদুগা বটনগীনা খোঙ্গাও ফুবিৎ অদুগা শানপোৎশিং . "।

- "অদুদি হুবেল হনক্লগা যেংলগে অদুম থম্বীবম্মোকো কাকা"।

- "হোয়"। নোক্লদুনা প্রকাসনা পাউখুম পীবম্মী।

- "ইবেম্মা নঙবু লাকওনে"। মপানা লাওবক্লী। কমালা চেন্দুনা গাউীদা তোংখৎলি। মপানা মচাশিংবু স্কুল তন্না থিল্লুনবা মহাক্কী গাড়িদা পুদুনা চৎখি। অচৌবী মচাবু উবদা হবাওনা হংলকই -

- "ইবুংঙো নঙ থুংলবব্রা ?"

- "অহোয পাবুং"। মচানুপা প্রকাসনা পাউখুন্নকই চংশিন্দুনা মপাগী মখোং শোক্লা খুকমজে। মপানা হবাওনা মহাক্কী বেক অচৌবদু যেংলগা হংলকই -

- "বেক অসিদি কবি কবিনো ইম্খোক্লা চাওখবেদা ঐঙোন্দা থোঙ্গৎলকউশে"।

বিলাসিনিনা হায়বকই - "পাবুং যানি ঐ পুশিঞ্জবক্নে।"

অচৌবীনা মমৌদা হায়বকই,

- "ভি আই পি সি ওইনা পাইবিবকউ মসিদি ঐ পুশিনবীবগে। ইবুংঙো শে থোঙ্গাৎলকউ।"

- মচানুপানা হায়বকই - "পাবা যান্না হকপনি।"

- "এঃ মানা হক্কুনা ফৌ পোৎমদি ফানা লুমমোইদা।" মপাদা মচানা বেক্কী মবিদু পাযদুনা মবেংবান্দা থোংগৎপিবমই।

মতৈমনা ভি আই পি অদু পুশিগে হায়দুনা চঙশিলুবদা প্রকাসনা হায়বকই,

- "ইতৈমা ঐ অদুম পাইজবক্নে।"

অচৌবী বেক্তু লেংবান্দা পুবদা নাতৈ চাদবনা মখাদা অমুক থাদবকই। বিলাসিনিনা চংশিন্দুনা মনা নাকল অমা পাইবিবমই। মকুনা নাকল অমদা পাই মযুম চংলকই চৎনা চৎনা মপানা হায়বকই -

- "ঐখোযদি নঙগী তামোগা তান্নবগা হন্দক্কী থানুং অসিদাখোক্লক্কবদি টেলিগ্রাম তৌশিবা নৎত্রগা চিঠিদা ওইনা বেজিষ্ট্রাব তৌখিশিবা হায়দুনা খন্নবা হৌববনি। অদুবু ফবে। মতাংচানা ইচানা খঙনা থোক্লক্নে। নপাগী পুক্নীংশে লৈতাবে।"

- "ঐসু ইখোঙ অসিনা য়াদদুনা লৈরুববনি।"

- "নখোংদি কৈদৌববা?" মপানা ইঙক ঙক্লা পোৎ থম্নগা হংলকই।

- "এল.টি টি.ঈ গী এমব্যুস অমদা শোকখিবনি।"

ব্রাহৈদু তাবদা ইঙক ঙকই অদুগা মচিন্দা ঈশ্বরগী মিংথৈ শোল্লমই -

- "ঈশ ! বিষ্ণু বিষ্ণু। ঐনা মঙদা উবম্বা নুমিৎতুদা শোইদনা ওইবমগনি।"

- "নুমিৎতুদা ঈশ্বরনা ঐবু কনবীবকখিবনি। ইমান্নবা কযাদি যাম্না থিনা শোকপা নত্রগা শিখিবনা অযাম্বনি।" মচানা ইচঙ থৌনা পাউদম্নকই -

- "উম ব্রাবীদু নংগী ইন্ট্রভিয়ু যাওবা লাকখিবী কবি হাযবগে মমিংদুবু ও' নীংশিলকক্লে অনিতা সেঠি। মহাকনা তম্নকখবে।"

বেক অমুক থাংগৎতুনা চৎপা হৌই। প্রকাসনা ইন্ট্রভিযুগী ব্রাফম মপানা হাযফেট হৌদোক্লপা অদুদা ইঙক ঙক্লা হংলকই মপাদা,

- "পাবুং ইন্ট্রভিযু হাযবদি ?"

মপানা হাযদোকপা খবা থৌতক তৌবিঙৈ মতৈমানা খুম্নকই,

- "ইবুংঙো পাবুংনা নঙগীদমক মমৌ অফবা খন্নীংদুনা খববদা হাপ্লগা মীবমগী চৎনবী নিযম অদুগুম্না কৈন্যা পামজে হাযদুনা হাযবগা ইন্ট্রভিযু লৌখিবা অনিবকতুম শুখবে। অবোইবদি নহাক হেক থোক্লকপগা কুঠি নুংথি যেংলগা নুমিৎ অফবা অমদা তৌবশি নুমিৎতুদা লুহোংবগী থৌবমসু অনৌবা মওংদা পুন্না ধর্ম্ম গুরুশিং কৌবগা পাঙথোক্লশি হাযদুনা তুমিন্না নৈনবিবনি। মসিনা নুংঙাইবা পাউনি। অদুগা নুংঙাইতবা পাউ অমনা নঙগী অনিশুবা ইন্ট্রভিযু নুমিৎকী অযুক্তা নহাক্কী মরুপ কুমাবদু অরুবা থবক অমা চৎলুবগী হলকপদা অতোপ্পা গাডী অমগা থেংগাইনদুনা যাম্না থিনা শোকখি।

- "কুমাববো ?" ঙক্লা হংলকই।

- "হোয কুমাবদো, নুমিৎতুদা ওপবেসন তৌদুনা হিংহৌবে। অদুবু মকোক্তা কন্না থোমখিবা যাওবনা কোক বেবা লৈবে। টেজপুবদা লাইযেংনবা পুখিবা থা অহুমলোম ফাজিলক্লে। মবক মবক্তা মহাকপু উনবা মখোযগী মবি মতা চৎলি খবদি ফবক্লে হায। পুবা ফবদি ঙমগদবা মান্দে হাযনৈ।"

- "ঈশ ! কবম্না তৌবিবজাৎনো তাবদা নুংঙাইতেদো।"

ব্রাবী শানা শানা মাঙ্গোল কাখৎলকই। মাঙ্গোলদা পোৎশিং থমই। ভি আই.পি দি মাগী কাদা পুশিন্দুনা চংখবে। মতৈমানা মাগী মফি হোংদোক্লবা খুদৈ পুথোক্লুনা পীবমই।

মাঙ্গোলদা মপানা বেক্তু হাংদোক্লুনা যেংই অঙাংগী মফি মবোল, মপাগী ইনফি, ময়াম্বগী খোঙ্গ্রাও ফি। মহাক্কী সিভিল অমসুং ফৌজি ফিজোল অতৈ কযা অমা চিংথোক্লুনা যেংউবদা য়াওবমই। মফি হোংদোক্লগা মপান্দা থোক্লকই। মতৈমাসু মপান থোক্লকই অদুগা হংলকই,

- "নঙগী শুদোক্লবা ফিশিংদো তোংঙান্না থম্মু। ঐ ফি অতৈ শুবা চৎপদা যাওবিবক্লবা।" মতৈমানা তপ্না হাযবকই।

মকুনা ছাটিন, অঙাংগী মফি মবোলশিং তোঙান্না খন্দোলম্মী অদুগা মমৌদা হাযবকই -

- "শে ইশুশিংগী ওইবমালে তোংঙান্না থম্বীযুশে। মচাদা অমুক ওনশিল্লগা হাযবকই -

- "হায ইবুংঙো ! নঙগীশিবু নতৈমাগীদি যাওবকপা উদেনে। ঐগীনা কাশ্মীব শাল লৈবে। নযাম্বগীনা খোঙ্গ্রাও ফুবিৎ ফি লৈবে। ইশুশিংগীসু অসিদা লৈবে।"

প্রকাস হৌগৎভুনা হাযবকই,

- "যাওবকই।"

- "কদাযদা ?"

- "ঐগী ভি আই পি  মনুংদা যাওবিবনি।"

- "পুথোক্লকউনে অঙানবশিদা যেংজনবা ?"

মতৈমনা হাযবকই,

- "যাবে ইবুংঙো ঐদি কোন্না যেংজবগে ?"

- "এঃ কোন্না যাববো ? পোৎতুবু কবিনো হাযবদু হৌজিকমক মশক যেংগনিদনা?"

প্রকাসনা ইমুং চংদুনা ভি আই পি. হাংদোক্লন্মী অদুগা পোৎশিং অদু পুথোক্লুনা মতৈমাদা পীবমই।

- "শে ইতেমা ! মচুশি শংবান্নবা ওইনা তৌবে।"

মতৈমনা প্লাস্টিক পেকেট হাংদোক্তনা মচুদমক য়েংলম্মী অদুগা পুশিন্দুনা থমজিনখবে।

মপানা মহাক্কী ইনফিদু মবেংজুমদা য়ানশিল্লগা অতৈ পোৎনা বেক মনুংদা হাপচিনবা হৌই। বিলাসিনিনা মহাক্কী কাদগী অমুক থোক্লক্তুনা হায়বকই - "পাবুং! পোৎতু ঐহাক লোইশিঞ্জবগে শুদোকপা যাবা ফি য়াওবগা লৌথোকহৌননবা।"

- "ও ! তৌহৌবো । ঐসু ইকনবা তৌকবগে।"

অচৌবী মহাক্কী ইনফিসু থনল্লে। অদুগা হৌগৎতুনা ইকজবা চৎখবে। মতৈমনা পোৎ লোইশিল্লি।

প্রকাস যাম্না খংনিংনা মতৈমদা হংলকই -

- "ইতৈমা ইন্ট্রুভিয়ু হাযবশিবু ঐ যাওদনা কবম্না মওংদা লৌখ্রিবনো ?"

- "ইবুংঙো ঐখোযদসু তাক্লমদে। নঙগী মকপ কুমাবগা পাবুংগা তান্নদুনা তৌবম্বনি।"

- "ইস্থোকপনি ! ঐখোয় পাবুংশিদি।"

- "অনিশুবা ইন্ট্রুভিয়ু হযেং লৌগনি হাযবদুগী অহিংদুদা খংহনলকই। ঐসু ৱাহৌদোক্তী তাহৌদ্রে নঙগী তামোগা খবা লাওনকবদগী শাওখিদুনা চাক ফাওবা চাও যাখিদ্রবদা ঐখোযনা হন্থবগা যাওশিন্দুনা অঙকপা অনৌবা কুম্মে অমগুম পাঙথোকখি। নুমিৎতুদনি কুমাবগী এক্সিদেন্ট থোকখিবদো। নুমিৎ অদুদা ঐখোযনা মীওই মঙা খক খনগৎতুনা থমই। মখোযবু অবোইবা ওইনা নহাক্কী ইন্ট্রুভিয়ু তৌহল্লগা মীযাম মমাংদুদা নুমিৎ অদুমক্তদা ধর্ম্ম গুকশিংসু কৌবগা মখোযগী যাথং মতুং ইন্না লুহোংবগী থৌবম পাঙথোক্লশি হাযদুনা ৱ াবেপ তানখবে।"

- "মীওইদি কনা কনা লাকপগে ?" প্রকাসনা খঙনিংনা মতৈমদা অমুক হংলক্লম্মী।

- অহানবগীদি খংহৌদবে। অনিশুবগীদি মীওই তবানিথোযনা থৌবম অদুদা শরুক যাখি। জাৎ তোংঙান তোংঙানবা ওইবনা ধর্ম্মগুরুসু অহুম শুখিবনি। ফবে ৱাফম অসি হুবেল নঙগী তামো লাক্লগা অপাম পামদা অফ- ফত্তা খন্নবো

মতমদি কুইথবা যাববোই। ঐসু ঙসিদি ওফিস ঙাইহাক য়ৌশিনলুগে খল্লি। ইকজবো নশাদু ঈংননবা। অসিদা ঐনা খন্দোক্লীবা ফিবোলশিং অসিনা য়াববা নত্রা?"

- "ইতৈমা মদুদি ঐনা হুবেল ইকজবদা শুজবক্লগে।"

- "যাগনি ঐগী ফিশু য়াম্না নত্তেদা।"

মতৈমানা বেক ইমুংদা পুশিন্দুনা থনম্লগা শুগদবা ফিবোল পুবদুনা পুত্রি তম্লা চৎখবে। প্রকাস মাগী কাদা চঙশিন্দুনা ফমহৌই। ব্রাখলনা পৃক্লীং লৈতাহন্দবে। হৌজিক কবি তৌগনি? ইপা ইযাম্বগী অপাম্ববু ইনগদবা ? অশুম খংশিন্নদনা নুংশি শমায় লৈবগদবা?

কবিগুম্বা ঐহাক্লা ছুটি থোক্ললবা মতুংদা নোংমতা ফাওবা চৎপীকদবা তাবগদি চম্লবী মহাক্লী ব্রাখলনা ঐহাক্লী পুঙ্গিবু কযাদা তুক্কচনা খনখিগনি। মহাক্তী ঐহাক্লা খঞ্জখিবনি। হুন্দোপীফম থোক্তে। ঐহাক্লী পুঙ্গিদি ঐহাক্লা শেমজফম থোকই। কনাগীসু মতেং লৌফম থোক্তেনা। নুংশিববু চেনা শাবা গম্লাবা? থম্লীংবা মফমদা হোং হোংদুনা থম্বা, মদু যাম্লা লানবা ব্রাখল ওইগনি। ঐহাক অউনপোৎ, লন থুমদা মীকাকফম থোক্তে। চৎকনি ঐ মহাক্লী মনাক্তা ঙসি অসিমক উন্নকগনি শোযদনা, শোইনাইববী মহাকপু।

মনাক্তা যাল্লম্বা খুদৈ পুবদুনা ফদি সাপন মখুৎনা পাই। ইকজবা খুদক্তা চৎখবে।

ইকজবা হৌবকপদা ব্রাখলদা কুমাববু নীংশিংলকই, "কুমাব মহাক্তী ঐহাক্লা পীশক পীক্লিঙৈদগী তিন্নবকপা চান্নববা মকপনি। অদুগা কবিগীনো মহাক্লা ঐগী মাইযোক্তা লেপ্তুনা তাইওন্নবা থবক তৌবন্নীবদি মদুদি ঐবু শিংনবগী ব্রাফম্লি। তশেংনা মহাক্লা বানিবালাগী মনাক্তা চৎতুনা ওইদবা কযা হাযজিনলমগনি। মবম অদুননি ঐঙোন্দা অনিশুবা চিঠি ফাওবা থাবকখিদবা কুমাব নহাক ঐহাক্লী মকপ্লিকো। কবিগী নহাক্লা প্রকাসকী পৃক্লীংবু খঙদে। হৌজিক্তি নহাক ঐহাক্লী যেক্লবা তিংখঙনি। কবিগুম্বা নহাক্লা ঐহাকপু নুংশিবীবা ওইবম্লবদি পঙলবা পাবুংবু থেমজিনবীবম্বা যাবনি। ঙসিগী থাক অসিমক য়ৌবমলোযদবনি। আঃ মকপ্না মকপ্পু চংহাত হাৎতুনা হুন্দোপীবমইদা। মতিক চাই নহাক্তি এক্সিডেন্ট তৌদুনা ঙাওদুনা নপুঙ্গি চুপ্পা লৈবক খুলক লম্বী থোংদা

লেপ্পুনা লাউখোংদুনা মীওইবগী ঈজং যাওদনা ফিজেৎ ফিগায শেৎতুনা লৈবা পুন্সি। অউবা মীওইশিংনা ফুবি চৈবীবা ওৎপী নৈবীবদো মদুনা মতিক চাই। কান্নবোয টেজপুবদা পুদুনা লাইযেংজববসু ফহনবা ঙমলোয অফাওবা ডাক্তব কয়াদা যেংহনলুববসু। নহাক্কী পাপ্পীনি মরুপ নত্তে। মীগী অৱাবা মবিক অমা ফাওবা খংদবা মীওইবনি। লমদা লৈবা শাগী ৱাখল চেনবা। ইস্থোক্রা চাকখবেদা ঙসিদি।” ৱাখল খন্না খন্না ইকজবা লোইশিন্দুনা মযুম যৌখবে। মযুম যৌবগা মফি মবোল নান্না শেৎতুনা মখুৎতা চৈশু অদু পাইবগা থোক্লককই। লম্বীদা ঈকজবা কাবকপা মপাগা থেংনৈ। মচানা লাকপগা মফি মবোল নান্না শেত্তুনা থোক্লককপদু উবদা হংলকই -

- “ইবুংঙো কদায যৌকগে হাযবিবনো?”

মথৱায নুংঙাইতবা ফিভম মপান্থোংদা উহন্দনা মক লুক্লগা হাযবকই,

- “পাবুং ইমান্নবা অমা অনিদং উনকখিগে।”

- “হায ! কুইদি কুইবক্কনুকো।”

মখা পাউখুম পীবমদবে। কাযববা থম্মোয পুবদুনা চৎখি প্রকাস, চান্নবী মহাক্কী ৱাখন্দা তুমিন্না ! মপা অচৌবীনা যেংদুনা লৈহৌই।

*****

# মঙাশুবা পন্দুপ

গাউীদগী কুমথবদুনা প্রকাস বানিবালাখোযগী থোঙ্গাল মনাক যৌবকখি।

হৌবমই অদুঙৈগী হৈনৌ পাম্বী অদুমক লেংদনা। লৈবমই পুখ্রি অদুমক থবো থম্বাল কয়ানা ফুগাযনা শাৎতুনা। অদুবু পীক্লবা থোঙ্গাল মনাক্তা শাদুনা লৈবন্বা মবুং বিশ্ববজিৎকী খাংপোকশঙ মচা অদুদি লৈবমদবে। মদুগী মনাক্তা অনৌবা পোৎফম শঙ মচা অমা শাদুনা লৈবমলে। যুম থোঙ্গালদি অদুমক্লি অদুবু অনৌবা ফকচেৎ অনৌবা ঈনা কুপ্লবা যুমথক নাকলদা শীঙ্গৈ মচা অমা তপথবীবা অহোংবনি যুমশি মান্নবমদবে অদুঙৈগুম্না থোঙ্গালদা কাতোক কাবন চৎতুনা ঙাইহাক লৈবিঙৈ পীক্লীবী নুপীমচা অমা যুম অদুগী মনুংদগী মমানা পাখোনথাবা ওইনা মপান থোক্লকই।

তাঞ্জা ফংলে খন্দুনা নুপীমচা অদুবু কৌশিন্দুনা হাযবকই -

- "ইবেম্মা ব্রা অমতা হংজগে অশোমদা অমুক্তা লাকপীযুবা।" উপায লৈত্রবা প্রকাসনা কোইনা যেংউবগা ইকায ইকাযনা তপ্না হাযখিবনি -

চম্লবী খুঙ্গংগী নুপীমচানি চিংনবা লৈতনা প্রকাসকী মনাক্তা চংশিন্দুনা লেপ্লগা। তপ্না খুন্লকই,

- "কবি হাযবগে অঙ্কল ?"

- "ইবেম্মা নচে বানিবালাদো নখোয থোঙ্গালদা লমদম তান্নবদগী অঙ্কল অমনা খৌবাংনা লাক্লুনা ঙাইহৌই। অমুক্তা থোকপীবকউ হাযদুনা তম্বীযুবা।"

ইঙক ঙক্লা যেংলগা খুন্লকই -

- "অঙ্কল ! ইচে বানিবালা হাযবদি কনানো ?"

- "মসি অঙাংশি খঙশিন্নদ্রিবশে। নঙবু খংদববো মখোঙ নাম্মা শেক শেক্লুনা চংপী মশক্তী যাম্না ফজবী লৈশাবীদো।"

- "ও! অদুদি খঙই।"

- "হো, মানিনে ঐনা উন্নবা লাক্লীবশে। যাবগদি খবা উনহনবীযু। নওগী ঙামোক লৈদুনা চান্নবা লুপা ৫ পীবিগে। চৎলো মী হাংলিঙৈ অমুক্তা কৌথোকপীবকউ।"

- "অঙ্কল পৈশাদু পীবমদ্রবসু য়াগনি। লুবিবদি মহাক যুম অসিদা লৈতে। য়ুম অসিদি ঐখোয বাবা, ঐ, ইমা অমসুং ইনাও অতোনবা অমা খক্তংনি লৈবিবা।"

ইঙক ঙক্লে। তাইবঙদা মঙলানগুমলে প্রকাস' মথন্তা খঞ্জবকই, ঐগীশিবু যুম কোম্থোং ওন্ননা কুমথহৌববানে গাডিদগী ' হন্দোক্তুনা যুমগী অকোযবদা যেংই অদুগা অমুক হংলকই -

- "চুমই মানিদা ইবেম্মা, নহাক ঐঙোন্দা ফাগী শান্নবেদা।"

- "অশেংবনি অঙ্কল । ঐদি ইচে বানিবালা হাযবা কনানো মশক খংদে। চৎলগে ঐ দুকান্দা থাউ লৈকৃগদবনি ইমানা চৈবক্লগনি। অতোপ্পা মীওই অমদা হংবীযু।"

- "চৎলো চৎলো।" মথন্তা শাওনা শোলহৌই।

কবিনো চক্কব অমদি লৈবে। অদুদি কনাদা হংশিগে' অশেংবা অমদি খঙনা হনখিবনা ফৈ। মতম অশুক মাংনা লাক্লগা। তাঞ্জা চানা লৈশাবী অমা পুম্রি অদুদগী ঈশিং শোক্লক্লবা মখুত্তা ঈশিং স্নাবুল অহাংবা অমা পাই মঙক্তা ফৈজা ওইননবা খুদৈ মচা অমা যান তপ্পা চংশিনলকই। তাঞ্জাদু নাম্থোকহন্নিংদবনা ইকায ইকি ৱাংমা লান প্রকাসনা লৈশাবী অদুগী মনাক্তা চংশিন্দুনা ইকাযনা হংলকই -

- "কবিগুম্বা অমতা হংজগেবা ?"

- "কবি ওইববনো তামো ?"

- "মখোঙ নাম্মা শোইনাইববী লৈকায অশ্বাইদা বানিবালা কৌবী লৈশাবী অমা লৈবম্ববা ?"

ঙাইহাক ৱাখল তৌই প্রকাসতা মুন্না যেংলগা তপ্পা খুন্নকই -

- "অহোয তামো লৈবমই।"

- "অদুদি মখোযগী যুমশিবু ঐদি চহি অনি মখাযগী মতুংদা ঙসিদং চৎথোকচবকপনা খঙদবে অমুক্তা তাকপীযুবা ?"

- "তামো যুমদি মাংদা উবিবা অসিনি অদুবু মশাদি কুইবে নুংঙাইতবা থৌদোক অমা মখোয় ইমুংদা থোকখিবদগী হোংখিবা।"

ৱাফম অদু তাবদা পূক্লীং লাংতক্লবা হৌবকই। ৱাবী মখা খঙনিংবনা অমুক হংলকই -

- "ৱাবৌবীবা য়াদে ৱাবীদুবু খজিক্তং খঙজবা যাবোযদবা ?"

- "যাগনি তামো। নোংমা মখোয ইমুংদা ফত্তবা নুপা অনীখক নুমিৎ তাখিবদগী মমশিনলকপা মতম তাঞ্জা য়েংলগা চংহৌবগা অহিং মীচিক মীবাওখোল তাবক্ত্রবা মতমদা কাঞ্চদগী থোক্লক্তুনা চমজববী ইচেগী ইজং খোংগোয়নবীবম্বতা নত্তনা মচাগী অৱাবা কন্নবা হোৎনবদা লৈকায তানবা লাওজকবী মমাদনা ফত্রবা মীওই অনীদুনা থাংনা কযাবক থীন্দুনা থম্বীবমই লোযননা কবিশু খংদ্রবা অশোনবা শোইনাববা মবুং অদুদনা অফংবা চৈনা কযাবক ফুবিবম্বদগী লৈকাযগী মীশিংনা তানবক্তুনা চেনশিনবকপদা ফত্তবা হূবানবশিং অদু চেনথোকখবে। হৌজিক লৈকাযনা মশক খংলবসু শাক্ষি লৈতবা অমদি শেঞ্জাও পাইবগী মচানুপা ওইবনা লাইববা খুঞ্জাশিংনা কবিশু তৌবা ঙমদনা ঙসিসু লৈবি। ইচেদুদি মতম খবা মমাগী কর্ম্ম ফাওবা অঙাওবীগুম্না লৈবমই অদুদগী অতোপ্পা খুঙ্গংদগী লৌতাংদুনা লৈবা নুপা অমদা পৈশা খবা হঞ্জিনহল্লগা মফম খঙদনা হোংখবে।"

প্রকাসনা যাম্না খঙনিংদুনা অমুক হংলকই -

- "ইশ ! মফমদুদং খঙজববদি কযাদা নুংঙাইজগদবা?"

- "মীনা হাযনবদা তামো অসাম যৌখবে। অসামগী লমডিং হাথিখালি ৱাড-২ দা উবমইসু হাযনৈ। অশেংবা তাংদাংবদি খংদ্রে। যাম্না নুংঙাইতে তামো ? ইনাক খুনবশিংনা মবল খবা লৈবে হাযদুনা লৈতা লাযববা ঐখোযবু যাম্না হস্তুনা খনবী। ইলেক্সনগী মতম যৌবক্লবা ফাও অদুমঙায তামো ঐখোযদি যাম্না তোন্না হিংই। ৱাবী তানা তানা প্রকাস মথন্তা খন্তুক্নবদা পিবাংগী ঈবিক মিৎলু নাপোম অনীদা শিন্থবম্বা খংহৌদে অবোমদা অশাউবনা হেনমনখিবনা মাযথোংদা কাবকই হুমাং মবিক মবিক।

ফুবিৎ খাউদগী কমাল লৌথোক্লগা তপ্পা তপ্পা লৈথোকই খোইশাওনববা ৱাখলনা ৱাহং অমুক হংথবক্তুবদা লৈশাবী অদুনা প্রকাসকী নুংঙাইতবা মাযথোংদুদা যেংঙুবগা ইকাইখবগনি হাযদুনা হাযবকই,

- "অদুদি তামো অমুক !"

- "হোয় যাবে ইবেম্মা ! ব্রাবৌবিবা যাদেকো। অদোম্বু মতম যাম্না মাংহঞ্জখবে থেঙ্ক যু।"

লৈশাবী অদু চৎখিবা খংহৌদবে। শাউনিংবা, খোইবাংবা লমন খুম্নিংবতনা পূক্লীং লাংতক্লহল্লে। অদুক তমখিববা শা ঙাগী লিচৎ অদু ঙসিগী মীওইবা সমাজদা ঐগী চান্নবী মক্তা হকথেংননা থৌদোক অদুমক মঙলান অমগুম থোকখ্রবকো। মফম কদাযদা কাযদোংফম খঙদ্রবী পোম্বীগুম মতু ইপোন পোল লৈবমগনি। মখুৎতা অহেনবা পৈশা যাওবক্তবনা উপায লৈতনা মথন্তা মখা চিক্তুনা চাকচৈ।

আ ! চাকখবে। ইখুৎ অসিমক্লা হৌজিকমক চংশিন্দুনা ইখুৎতা থৌববা থাং অমা পাইদুনা মতুপ মতুপ কযা থোক্লা ককথৎলগা লম্বী শবক্তা লংথোক্লগা মীযাম্না খোঙ্গোযনবদু পামই।অদুবু উপায লৈখিদে পূক্লীংদমক খোইশাওনৈ লৈহৌবোকো হে হৈনৌপাম্বী মহাক্লা থাবম্না শনাবৈ পাম্বী কযানা ঙসিসু ফুগাইনা মনিং তম্না । থবো থম্বাল নিংথিজববী নখোযদি কবিগী খাম্বীবমদে চান্নবী ইতাবোয মহাকপু মহাক্কীদমক্তা লৈবিবকপা শাটিন, ইমাগীদমক ইনফি, ইবায ওইগদৌবিবা মহাক্কীনা ফুবিৎ, খোঙ্গ্রাও ফি। পুম্নমক হন্দুনা পুখিবদা খাম্বীনবা লৈতবে, ঐগী পুক্লীং লৈহৌবে মল্লবা খাঙপোকশঙ অসিদা।

যেংলুবগনু অমুক শিন্থবক্কনি পীবাং লেপ্পা লৈতনা হৌবক্কনি অশাওবা মৈবি। জগৎপু তুম্না চাকথেকপা ঙল্লবা! শাখিনি মতম চঙনা নীংশিং ফুবা ঙসিগী তাইবঙদা ঙক্লবিবা তাজমহল সহাজহানগী মহাক্কী বেগমগীদমক। থরাযবু ঙৌদুনা মশুম্লাংগী মসি নুংশিবগীনি মশুম্লাংগীদমক্তনি মঙলান্দু তাইবঙ ওইহনখিবা !

*****

# তকুকশুবা পন্দুপ

মথংগী নুমিৎনি। অযুক ঙন্না হৌগৎলি। ঈকব্বগা মফি মবোল শেৎচিল্লি। মপান্দা ফল্লিবা মপানা হংলকই -

- "ইবুংঙো নঙবু ঙবাংসু থেংনা হজিলক্কুনা ৱাবী অমতা শান্নবা ঙমদবে। হৌজিক্কা কদাযদা অমুক চৎথোক্লখিগদৌবিবনো ? মপান্দা ঙাইহাক্তং থোক্লকউদনা।"

ৱা মখা তাথনা হংলক্লিৈঙদা খুল্লকই -

- "ঙসি নোংমা নিনিদি ইমান্নবা খবা উন্নকদবা যাদ্রে। ঐ লুপা লিশিং যাঙ্খে খক্তং পুথোক্লপনি ঙবাং পাবুংদি তুল্লম্বা অদুদা ইতৈমাদা পীশিনখ্রবনি।"

মপানা মখা তানা হংলকই -

- "হায ! ঐদি নঙগী পৈশাদুগী মবমদা হংবা নত্তেনে। নোংমা নিনিশিদং নে তানা ফমমিন্নবগা ৱাবী ৱাতায অকুপ্পা খবা শান্ননিংঙিনে।"

ইমুংদগী বেক মচা অমা মখুৎনা পাযবদুনা মপান থোক্লকই। ঙাইহাক লেপ্লগা হাযবকই -

- "ইমান্নবা অমা ঙবাংদগী উন্নবা হোৎনবনি অদুবু ফংলক্তে ডিমাপুবদা লৈ হাযনা মযুমদগী লৈফম ইদুনা পুবকই। মহাক উনদবা যাদে অমুক্তা চৎলুখিগে পাবুং।" ৱাহৈদুগা লোযননা মচানা খুকমজববদা উপায লৈত্রবা মিৎযেংনা মচাদা যেংই। অশিববর্দি পীবমই -

- "মঙ্গোল ওইজবকউ। লম্বীসু শাংইনে।

মচানুপা প্রকাস মপাগী মঙ্গোল আশিবর্বাদ ফংলবদা হৌগৎলি। তপ্না তপ্না মখোং শেক্লা শেক্লা কোম্পোংলোমদা থোকখবে।

মপা অচৌবীনা মাঙ্গোলদগী হৌনা পূক্লীংগী ৱা ফোংদোক্লকই- "ইবুংঙো ঙসি কুঠি যেংথোকউবগেকো।

চৎনা চৎনা খুন্নকই, - "হোয়"

তান চান্নক্তবনা মখোযগী গেট হেক হাংদোকপগা লাইন গাডি লাকপগা মপা চান্নখি। প্রকাসনা গাডী খান্নবা লাউবমই,

- "হাই ! গাডী ! ঐসু বজাব ফাওবদা য়াওজগে।"

খোঞ্জেলদু তাববদা ড্রাইভবনা গাডী খামই। প্রকাস গাডীদা কাখৎলি। গাডী থৌখবে। মচাশিংগা লোয়ননা প্রমোট টোটি মখোংদগী ঈশিং বাল্টিন অনি মখুৎনা য়াল্লদুনা কামিন্নবকই। মচানুপীনা মপাদা হায়বকই -

- "পাপা ঐখোয় কাকা হৌদোক্লুগে, পুং ৮ তাপ্র ফাওবদা হিপতুনা লৈববদি মশা ফববোয়।"

মচানুপা অতোম্বনা অমুক হাযবকই,

- "উম পাপা ঐখোযগী বাইমদা যাওই, Early to bed, Early to rise, Makes a men, Helthy wealthy and wise"

- "হৌদোকউনু ইবেম্মা! অর্ম্মিনা ছুটি থোক্লইবসি মযুমদা পোত্থান্নবগীদমক্তনি। মহাকসু খঙলিবা পোৎনি। মখোযগী বটালিযন্দদি অযুক মমলিঙৈদগী হৌদুনা হকচাং শাজেল তৌগনি হলক্লগা ব্রেকফাস পুবি অপাকপাদো অনী অহুম শবজিগা হাওনা চাবগা মাগী মাগী মথৌদা, পেবেট তৌবনা তৌখিবা, ওফিস কাবনা কাখিবা, পেট্রোলিং চৎপনা চৎখিবা তৌনবিবনি। ফমদুনা অমতা লৈহনপোৎ নত্তে কমান্দবনা হুইশেল খোংলগা মহাক্লা থানিংবা মফমদা থাবিবনি।"

মচানুপা অতোম্বনা মপাগী ব্রা তাবদা হাযবকই,

- "পাপা অদুদি ককাশে পোত্থাশনুকো। হুবেল চাক চাবমদাইদা তপ্লা হৌদোকপিশি।"

- "পপা ঐখোয কাকাগী কাদো ঐনা ব্রাইশিৎপা চংলুবদা বম মনম ব্রা ব্রা নম্লকই। ঐদি মনমদো হৈনদবনা অদুম শিৎতনা থনম্লগা থোক্লকএ।"

- "হোয় হোয় ফবে। নঙগী ঈশিংদো টেঙ্কী অসিদা তপ্লা হৈজিল্লু ইবুংঙো নঙগীদুনা বাল্টিন অচৌবসিদা হৈজিল্লু। ইচাশে কলপোৎনি মমাগী মতেং পাংলক্লে। নোংমৈ কাদি পাখঙ ফাবক্লগনি।"

- "পাপা ঐনা চাওবক্লবদিনে কো নোংমৈ অচৌবা পাইবগনে থবক শুনিংদবা কয়া লৈবিবা মফমদুদা দোং দাং লাওনা কাপশিনগনি।"

মচেনা মনা লৈবক্লগা হায়বকই -

- "উম ওল্লগনিকো ইবুংঙো অকনবা। মখোযদি নঙ উবদা লোযনা চেনখ্রগনি।"

মপাদা ওনশিল্লগা হায়বকই,

- "পপা চেল্লোযকো, মখোযদি তনবনিনা। লৈবুং ফমদুনা মতম মাংহন্দুনা জ্বাব শান্নদুনা নুংঙাইনা লৈবিঙৈদা ঐনা লোন্না চংশিনলগা টব টব টব কাপশিনগদৌবিবনি।"

মচেনা নোক্লগা কবেম্নবদুনা হায়বকই -

- "কাপ্লগনিকো ইবুংঙো নাসু নাবিবোয। যাম্না শাউনা নচেদা মখুৎনা নোংমৈ শাবগা কাপ্লকই থিচুং থিচুং ইমা ! শিবে শিবে।"

মচেনা হৌনা নোক্লগা হায়বকই -

- "অয়ো পাল্লে নাখাঙদা শিসু শিবীদে।"

মপানা লাওহৎলদুনা হায়বকই -

- "তানিংদ্রে! ইবেম্মা নঙবু নৌপ্পাদু পুবগা মশমদা থাউকা তৈশিন্দুনা নফি নবোল হোংদোক্লুবা যাদববো। নখোযশে চৈবমদা থোংখোং শাবক্লেকো পুংদু যেংউ অদুগা থবক তৌ।"

মচানুপীনা ফক্লাং ঘড়ী যেংলুবদা পুং ৯ তাগদবা মিনিট তবাদং ঙাইবমলে। মদু উবদা মৌপ্পা বটনবু পুশিন্দুনা মফি মবোল শেৎচনবীদুনা মশম হাৎপিবমই।

মপা প্রমোট খুদৈ ফৌদোকপা মপাল থোক্লকই। মাঙ্গোলদা মপাদু তুমিন্না মমৌনুপীগা তান্নদুনা প্রকাসকী কুঠি থিমিন্নদুনা লৈবমই।

- "প্রমোটনা হংলকই, কবিনো থিবিবদু ?"

- বিলাশিনিনা হায়বকই, "প্রকাসকী কুঠি।"

মপাদা ফল্লপ য়েংউবগা খুল্লকই -

- "মাগীদি ঐনা মমাংগী ফি মবক্তুদা থমখিবনি।"

মকু অচৌবী পাখৎপা খবা হঙ্গে মথন্তা মচিন্দগী ব্রাহৈ খবা হায়দোক্লকই,

- "ফবেদা ! নহাক্লা থমজিনবীবম্বা ঐদি মাংখ্রববা হায়দুনা মিহুনকাশে আ যৌনা চেনখৎলুববনি । অদুদি ইবেম্মা নঙনা হুবেল থবক চৎপদা খবা হায়জিনবিবক্লো।"

থবকশি খবা থুজিনবনা ফগদৌবা মাল্লে। থীন্থববদি মাগী মতৌশি ব্রা কাযনবক্কদৌবা মাল্লে।

বিলাসিনি ব্রাখল মুন্না তৌবগা খুন্নকই -

- "পাবুং ঐগী মোৎতদি মশা তান্নবগা অমবু ওইবে অমবু ওইবে তৌবনা ফগদবা খঞ্জে, যুমদসু লৈবি।"

- "ইবেম্মা ঐখোয়না তৌবিবা থবকশি মহাক্কী যাইফনবা ঙাক্তনি। মশা মক্লা অপাম পামদা খঞ্জবগা লেপচগদবনি। মসিদা যাবক্তবা হায়বদুদি মপা মযাম্বা মতৈমবু নুংশিদ্রবা মীওইবগী ব্রাখল চেন্দ্রবা মী হায়বুনি। তৌবকশনু। ঐখোয়গী মাযোক্তা মহাক্কী অনিংবা অপাম্বদু থুংনবা খোঙতেক মিৎতাংবী জো ভি হো পুশিলতনা। মুদ্দা ঐখোয় অযেৎপা থল্লোয় তৌবদবু মপা মযাম্বা মতৈমগী ইজৎ খোঙ্গোয়নববনিনা মপা ঐদি পুন্সি চুপ্পা কাওবোয়। শিববা মতুংদসু মহাকনা মপাগীনি হায়দনা ঈশিং মবিক অমা কৎলকপদো অদু ফাওবা যাতোন তংলোইদবনি। নহাক্তী মতৈমনি কোইনদবনিনা মহাক্কী পুক্লীং হংদোকপদি যাই। মতম অদুদা ব্রাফম অসিমক ফোঙদোকউ। ব্রাখল লমফৈ খল্লুবগনু।

কৈদৌকগনি ইচানি হায়দুনা চাওবক্লগা মীগী ওইখিগদৌবা। হায়না তান্নবদা যাদবা শাগৈ মৈতান অশিবা ! তশেংনা ঐদি হন্দক্কী মতাং অসিদা মহাক্লা যাবক্তদুনা ঐখোয়গী মাযোক্তা থবক চৎথবক্লবদি মাগী হৈজিংপোৎ নুমিৎতুদা মপা ঐনা মহাক শিখিবগী অষ্টি লৌখৎকনি। লুহোংবা নুমিৎতুদনা মহাক্কী শর্দ্ধা শোনগনি । মানসু ঐবু শিববনি খনশনু ঐনসু মাবু শিখ্রে হায়না হনগনি, ব্রা লোযবে। কুঠিদো ঙসিমক পীবমদবা যাদে। অসিদনা ঙহান ইন্টুভিযু পার্টিগী ডুপ্লিকেট কুঠি নুপীশিংগী লৈবে। চান্নবা চান্নদবা যেক শলায অফবা নুমিৎ খংদোক্লকউ। কবিগী যাদবা যাহনগদবনি। মহাক ঐগী ইচানি ঐনা হেক পোকচবা।

মতমদুদা ময়াম্বা ইমুংদগী থোক্লকই মাগী নুপীদা হংলকই,

- "প্রকাসতি হৌগৎপ্লববা ? নৈবা উদে।"

মাগী নুপীনা খুম্লকই - .

- "ঔ ! হৌগৎলগা মফি শেৎতুনা মপান থোকখবে।"

- "কদাযদা চৎকনি হায়ম্বিগে?"

মমৌনা খুমক্ত্রিঙৈদা মপা অচৌবীনা মচাগী পাউখুম পীবকই -

- "ঙবাং চৎপদা মমান্নবদু উনবক্তে হাযদুনা ঙসি অমুক চৎখ্রি। ইবুংঙো ননাওগী ছুটিশি মমান্নবা উন্নবিঙৈদা লোইখিগদৌবে। কবি তৌশিগে নপাদি কুঠি যেংথোকহল্লগা পাঞ্জিদুনা লেপ্পীবকপা অফবা নুমিৎ অদুদা মাগী ব্রাৎহৌবিবা থবকশিং অসি পাথোকপীবশিবা খল্লী।

- মচানুপা প্রমোটনা ঙাইহাক খন্থবগা খুমলকই "খংদবে পাবুং মশাদা হাযফেৎতং খঙহনবীবনা চুমগদবা?"

- "কুঠি যেংবগী মতাংদা ঐনা হংহৌবনি।" অচৌবীনা খুম্লকই।

- "কবি হাযবম্বগে ?" প্রমোটনা খঙনিংবনা লাংতক্লনা মপাদা হংলকই।

- "হোয" হাযনা অচৌবীনা খুম্লকই।

- মপাগী পাউখুম তাববা মতুংদা মহাক্কী নুপী বিলাশিনিদা হাবম্মী "অদু ওইববদি যাবে। কুঠিশিংদো লোযনা পুবগা নঙনা যেংথোক্লকউ। কনাগা চান্নবীবা কবম্বা নুমিত্তনা ফবা খংদোক্লবা মহাক্কী মথৌ মঙমসি পাংথোকখ্রশি।"

মচানুপাগী ব্রা মতেং পাংবা ওইনা মপা অচৌবীনা অমুক হাযবকই,

- "অদুম্বা তৌবশি ইবেম্মা লিনসু শিনবা চৈশুসু তেক্তনবা হন্দক্কী থানুং অসিদা মহাক্লা পুথোক্লকপা পৈশাশিংদুনা হেক্তা শিন্নবশি। মঙোন্দা পৈশা খবসু নৈবমগদবা মাল্লি।"

*****

# তবেৎশুবা পন্দুপ

চাউববা লাববা ময়েক্কা ইদুনা লৈবি। হিন্দী, ইংগ্রেজি, বেঙ্গোলী, অসামি ময়েক্তা তোংঙান তোংঙান্না "লমডিং।" চিল্লবা মীযাম মবক্তগী যাম্না ৱানা মহাক্কী বেক মচা অদুগা কুমথবকই তপ্পা প্রকাস, বিজি এক্সপ্রেস ট্রেন্দগী। প্লেট র্ফোম নম্বব অহুম শুবদা। কোযনা য়েংলকই মীযাম মবক্তা মহাক্কী খংন চান্নবা কনা কনা ছুটিদগী হলকপা নৎত্রগা চৎখিবা শিফায কয়া ফম ফমদুনা লৈনবিবশিং অদুগী মবক্তা কাংলুপ কাংলুপ। ভাবতকী মফম কযাদগী থুংলবিবা মীয়াম্নী। জাৎ তোংঙাল্লি ধর্ম্ম তোংঙাল্লি শক চু ফিজেৎ লৈতেং মখল মখলনি। মান্নবিবা হায়ববু সিফাযশিং অদুগী ফিজোল অদুতা ঙাযবে। সি আব পি বি এস এফ , আর্মিশিং লোনসু অমতনি ঙাংনবিবা হিন্দী। নুংশিববা কল্লবা ডিশিপ্লিন অমনা পুল্লগা লৈবাক সমাজ মায়োক্লগনি হাযদুনা মদুগীদমক্তা থৱাযশি কুববনি তৌখিবদা পামুবা লৈত্রে হায়দুনা কসম চাখ্রবা ভাবতকী সেনাশিংনি। ৱাখল পূক্লীংদি মযুম যৌনখ্রবনি। অদুবু অকক্লবা মতমদা চেনবা গাডী ঙাক্তনিনা ঙাইনবি তোংননবা মাগী মাগী ৱাবন তিকেটশিং পাইদুনা।

প্রকাসতি ঙাইহাক কোযনা যেংলুবগা হঞ্জিলক্লুনা ফম্লবে। চাগী দুকান অমদা তুমিন্না বেক্তু নাকন্দা থমই চৈশুদু বেক্তুদা ঙাশিল্লি। হোটেল বোযনা হংলকই,

- "ভৈয়া কিযা দুং?"
- "চাই।"
- "ঔব সাদ খানে কেলিযে কুছ।"
- "ঔব নহিং চাহিযে।"

ৱা মখা তানা হংথখিদবে। চা পুথোক্লুনা মাঙদা থমই। প্রকাসনা চা তপ্পা থক্লি।

চানিং থক্লীংবা পোক্রবা ব্রাখলনা পূক্লীং লৈতাহন্দ্রবা প্রকাসনি ঙসিদি। খুদাংদা শিবিবা ঘডী থাংঙ্ষৎতুনা য়েংই। পুং ১০.৩০ তাবন্নে। কনাদনো মহাক্লা হংলুগদবা ব্রাখলনা খলক্লী মওন মওন.....!

মফম অসিদগী কয়াম চৎলগা লৈবমগদবা হাথি খালি খুঙ্গং। নিয়াব বেলবে ষ্টেসন, আই ও. সি গেট মমাং। মফম অদু য়ৌননবা বস চেনলমগদবা? ঙসি অহিংনা কদায়দা লেনগনি?

ঙাইহাক খল্লুববা মতুংদা চা থকপা হৌই। চাদি ঈংদুনা লৈবন্নে থক্রবদি য়াদবনা থক্লে ময়াম মমাংদা খবদং। লুপা ৫ চৎপী অমা পুথোক্লুনা পীবমই হোটেল মালিক্লা লুপা অনি হন্দোবকই। পৈশাদু বেক্তা হাপচিল্লি। ফন্নম্বদগী হৌগৎলি। হোটেল বোয়দু কৌশিল্লি অদুগা হংলকই -

- "ভাই যাহাংসে হাথিখালি, যা আই ও সি লমডিং কিটনা দুব হোগা ?"

- "ভৈয়া পাচঁ কিমি· দুব হোগা। ব্রাহাংতক জানেকেলিযে আপকো টিকেট কাউন্টব কে পাস ওক্তো বহুট মিল্লেগা ব্রাহাং জাযিএ ঔব পুছিযে।"

- "থেঙ্ক যু।"

ধৈন্যবাদ পীবল্লগা প্রকাস বুক স্টোব মনাক্তা চঙশিল্লকই। লুপা অনি পুথোক্লুনা নিউজ পেপব লৌই হন্দোলক্লুনা ফমফম অহাংবা থিবগা ফমই। মথং মথং হাংদোক্লুনা পাই। মতম হৌখিবা খঙহৌদে। মনাক্তা ফন্নম্বা মী মখৈ স্টাপতি ট্রেন লাকপদা কাখৎতুনা তোংনখবে মফম অদু ইহাং হাংহৌবে। লমশাং লাকপগী চোকথববা হকচাংনি।খবব পাকবদা মুনখরে। বেক হাংদোক্লুনা ফি লৌথোকই। তোংলম্বা খোংউপ লৌথোক্লুনা মখাদা থল্লগা ঙাইহাক পোথানবা হোৎনৈ। খংহৌদে তুমথখিবা।

চবাংনবা মীযাম মবক্লি। অদুবু প্রকাস তুমখবে। নিংঙাইদনা চান্নবী মাগী ব্রাখন্দা ফুম্বংনববা ব্রাখল থাদোক্লুনা। চেল্লী ট্রেনদি মতম নাইনা। খান্নমই মিনিট ৫।১০ পুংখায অমা অদুগা চৎখি। লাওবি চা যোনবা কযানা মহাক্কী পোৎতু শিৎখিনবা-

- "চাই! চাই! চাই!"

বোটি, পবোথা যোনবশিংনা লাংলি ট্রেন্না ঙাইহাক খান্নিঙৈ মহাক্কী পোৎতু শিখিনবা কন্না লাউবদুনা -

- "ৱোটি ! বোটি ! বোটি !"

- "পবোথা ! পবোথা।"

বোটি, পবোথা, বোটি, পবোথা। চানা, বদাম, কিসমিস য়োনবশিংসু লাউবি ট্রেন মনুংদা চংদুনা ।

- র্ত"াইম পাস, তাইম পাস।"

অনৌবা মতমগী হৈবাং যোনবশিংনা লাওবি থোংনাও মনাক্তা লেপ্তুনা

- "অঙ্গুব ! অঙ্গুব !"

- "খিবা, খিবা।"

- "কোল, কোল।"

পুন্নমক হিংনবগী লন্বীদা তুন্বা চাবা খংদনা হোৎনবি । মতমবু কযাদা কুপ্না শিজিন্নবিবা।

প্রকাস পুন্নমক্কী খোঞ্জেল মবক্তুদা নিংঙাইদনা তুমথবমই খোঞ্জেলশিং অদুনা নাওশুম ঈশৈগুম পলেমগী -

"হুম হুম ! হৈয়া হৈ !

পাবি ইবুংঙো নুংশিবা

তুম্মু তুম্মু নীংঙাইদনা।"

মোল্লবা মোমপাক মোন্দুম মথক্তা তনৌববী পলেমগী খুৎশানা নানবীদুনা নাউশুম্বীবগুম থোকখবে। মতমদি লেপ্তুনা, চিক্লবা অহিংগী, ৱাববা ৱাখল পুদুনা চৎখবে।

অঙনবা অযুক্কী শেংলবা নুংশিৎ, লিবি লিবি হুম্লক্লে তাইবঙ পৃক্কীং যাকাযহল্লে। শিন্নীশিং শীন্থা পাংনখবে। অযুক ঙন্না চাক্তবী পোমবী চেক্লা কযানা ফৈবাথক্তা পৃক্কীংগী মপাও মেন্নবি। অদুবু তুমথবি প্রকাসতি মহাক্কী চান্নবীগী ৱাখলদা নিঙাইদনা। !

ইন্টুভিয়ু নুমিৎনি। মবক মবক্তা ধোন বেন কযানা নাকলদা ফন্নী নুংশিববা ঈশৈ শক্কী নুংঙাইববা তান্থাদা । নুপী অঙাং পাখঙ লৈশাবী মৌ অহল লমন কযানা লিলা তৌবগী ভাবোক ওইনা তিনবগুম বব কৈন্যা অনিবু খৌবাংনা ঙাইবি। অকোযবদা ফন্নীবা ববগী মমান্নবা কযানা মযাই কাবা নিশা থক্তুনা

নুংঙাইববা ৱাখলদা তাউদূনা নৌনা য়ুম্বাল লম্বীদা খোংদাজবক্লীবা বব কৈন্যা অনিবু অশিবর্বাদ পীন্নবা ফম্নদুনা হৰাওনা লৈবি। পীক্লবা অঙাং খবনা থোঙ্গাল মনাক্তা বম্বলা, বোম হৈনিংমক, মৈকাপ্পী লৈদুনা পোকখাইহন্দুনা হৰাও নুংঙাইনা ফোংদোক্লি।

ধৰ্ম্ম গুরু অহুম লেংথোক্লক্তুনা ফমখবে। ঈশৈ শকপী পুং য়েবা নাকল অমদা ফমদুনা লৈখবে। বব থোক্লকপগী ধোন বেন্না নুংশিববা ঈশৈদা শক্লদুনা তাম্থাবদুনা লেংশিনখবে। নান্না থাববা কাংথক মথক্তা।

ঙাইহাক্কী মতুংদা কৈন্যাশু থোক্লক্লবা নুংশিববা ঈশৈ অমুক ধোন বেন খোংদুনা য়েদুনা শৈথাবক্লে। কৈন্যা শেন্নবীনা কৈন্যা ওইববী মহাকপু লম্বী তাক্তুনা তপ্না তপ্না লেংথোক্লক্লে কাংঙাগী খোংথাংদা .. ।

শোইখিনি খোংথাং

থাংঙু তপ্না তপ্না

হে কৈন্যা তনৌববী

*ধৰ্ম্ম গুরু অহুম্না মাগী মাগী ঈশ্বরগী মমিং শোল্লদুনা মঙ্গোল অশিবর্বাদ* পীবীবে। মৈতৈ হিন্দুগী চৎনবী ওইগা যেৎকা ফম্মিন্নদুনা শাবী শানৌ খুৎশম্না অথেনপোৎ খুৎতা থম পন্থৌ কনানা কৈন্যা দান পীবিবে। অদুগী মতুংদা পুং ঈশৈ শক্তুনা মপুবোইবা ওইগদৌবিবা বব অদুগী মফমদা লৈবাং খুজোক কচ্চদুনা তুংদা থোক্লক্কদবা পুন্সিদা অশোয অবান ঙাকপীনবা থৌনিজবি তবেৎ লক।

লৈবাং কুন্দো পবেং ওইনা লেংদুনা পামু ঙকশমদা হুক্রবা চংশিনলকপা মতমদা খংহৌদনা কাপশিনলকপা নোংমৈ মরুনা কৈন্যাগী ফিজোল শেৎতুনা লেপ্লীবী বানিবালাদা মথং মথং ওইনা পান্দুনা কৈন্যা ওইবিবা প্রকাসকী মমাং মক্তদা তুথবকখি।

প্রকাসনা মহাকপু কোনখৎপীবমই। নুংশিববা মিৎযেংনা অবোইবা ওইনা অমুক্তং যেংলম্নগা তবাববা চিনবান্দগী তামো হাযবা নুংশিববা খোঞ্জেলনা অবোইবা ওইনা শোলম্নগা পিবাংনা লুপ্পবা নুংশিববা মিৎস্না অনী উইশিন্দুনা বিদায পীবমলে মঙোন্দগী ।

প্রকাস চান্নবী মহাকপু চেৎনা কোঞ্জ পিবাংনা লুপ্পবা মায়থোংনা মুন্না যেংজৈ থম্মোয কায়না হিক্রা তেংথাঅজে।

* * * * *

মণ্ডলান্দা ওইবমলে পুম্নমক। প্রকাস তাইবঙদসু পূক্লিং লৈতাহন্দবে। পক্লমই মিৎলুদদি পীবাং নপথোকচৈ কমালনা তপ্পা তপ্পা পুক্লীংগী অৱাবা কনানা খঙবীগনি মফম অসিদা হৌগৎতুনা ফমই। কোইনা যেংই অনকপা অবাপ্পদা কুল্লিশিং অদুগা মযুম মকৈ লৈজদ্রবা লৈজদ্রবী কযান নুংঙাইনা ফিদা থাদুনা পোত্থাবমই। চাগী দুকান নত্তনা অতৈ দুকানশিং থোং লোন্দুনা লৈবল্লে। অবাপ্পা মশজিদশিংদগী লাওবক্লী অল্লাগী মীংখৈ।

হৌগৎতুনা ঙাযহাক ফমই মিৎকপ থোক্লবা ফাওবা পূক্লীং নুংশিবদুনা লৈবমই। থাবম্না ফিবোল থুপচিনলি। ঈশিং তাফম টেপ মনাক্তা চিন শেংনবা ব্রজদা টুট পেষ্টকী হিদাক হাপ্তুনা চিন শেংবা হৌই।

চিনশেংবা মায মিৎ তাথোকপা লোইবদুনা মহাক্কী বেক্তা হাপচিলমই। মতম ঙাইবোযনা হোটেল মনাক্তা চংশিনলকই। চান্নবা কবি যাওবি হংলমই। মহাক্না চানিংবা তল শবজি যাওবম্বনা মফম অদুদা ব্রেকফাস্ট চাবে। মফমদুদা মতম লেনবোযনা ঙাইহাক লৈবে। মতুংদা তপ্পা তপ্পা লাক্তুনা বেল বিজাবেসন তৌফম মমাংদা থুংলবে।

ওক্তো পবেং থাবম্মী। মীতোপ অমতং উবদা ওক্তো ড্রাইভবশিংনা চংশিল্লক্তুনা হংনবকই -

- "ভাই সাহেপ কহাং জানা হৈ ?"
- "আইযে সাহেপ গাডী মৈ, আইযে।"

খুমফম খংদবে প্রকাস। ঙাইহাক্তং তুমিন্না লৈকবগা হাযবকই,

- "হাথিখলি আই ও সি গেটকী পাস জানা হৈ।"
- "আইযে সাহেপ মৈং পহুংচাটা হুং।"
- "ভাবা কিটনা লেনা হৈ পহেলা বতাও ?"
- "সাব পাচাস রুপয়া।"

*মমল য়াম্লবা অদুদা ব্রা মখা হংদবে। অতোপ্পা ওক্তো ড্রাইভব অমাদা হংবদা লুপা ৪০ দা য়াম্লবে। ফবে অদু মংঙাইবে হাযদুনা মবুক্লিংদা খন গাডিদা* কাখৎলি। ড্রাইভবনা গাডী স্টার্ট তৌবদুনা থৌবা হৌখবে।

লমদিং য়াম্লা পিক্লবা সহব অমনি লম্বী থোং ফজনা লৈতে অচৌবা দুকানশিং থোইনা লৈত্রি। তপ্পা তপ্পা মকোয়সু লৈহৌবে। স্কুল কোলেজ হোসপিটাল তপ্পা উনা লৈহৌবে। য়াহৌ ঙনবা থেল্লাগাডী ব্রালা কয়ানা ব্রা পুদুনা লাক্লবি। তিনালি বজাব য়ৌবে। মফম অসিসু থোইনা চাওবা বজাব নত্তে। অযুক অঙনবদা ঙাইহাক্তং অনকপা খুঙ্গংশিংদগী নৎত্রগা লমডিং বজাবদগী মহাজন খবনা পুবক্লগা যোনবা মফম্লি। লেংদনা দুকান কয়াসু লৈ অদুবু অচৌবা দুকান অমত্তা নৎত্রি। গাডী মনুংদা তোংনা তোংনা প্রকাসনা হংলকই -

- "ভাই! যহা হাথিখালী নাম কিসলিযে বকখা হৈ ?"

- "সাহেপ যহাং বাট মেং জঙ্গলি হাথি গাঁওমৈ বহুট আতে হৈং, ইশলিযে যহাং বস্টিকা নাম হাথিখলি কহা গযা হৈ।"

- "অচছা।"

প্রকাস খল্লমই- "ও ! নুমিদাংদা শমু যাম্লা লাকপা মবম্লা হাথিখালি কৌবা ওইবে।" ব্রাখল খল্লীঙৈ যৌখিবা খঙহৌদে। ওক্তো খাম্লকই । গাডীদগী কুমথবদুনা লৈহৌবে ভবা পীখবে।

যেংবদা উপাল কযানা থল্লবা মফম্লি মনাক্তা তুবেল মচা অমা চেল্লী মদুগী মথক্তা উগী থোং অমা শাদুনা লৈ। কুইববা ওইবনা টন মপান্দগী হেন্না লুম্বা গাডী থোংদুগী মথক্তা লানবা যাদে। থোংদুগী হেক মনাক্তা আই ও সি না শাবা শিবা মন্দিব মচা অমা লৈবমই। মন্দিব অদুগী মমাং ওইবপ্পা সবক মনাক্তা পীক্লবা ব্রাগী খাংপোক শঙ, খবা চৎলগা হোটেল মচা অমা সবক্কী নাকন্দা লৈবমই। মফমদুদা প্রকাস চঙশিন্দুনা ঙাইহাক ফল্লমই। অশুম ফমদুনা লৈবদি যাদবনিনা তল চা কৌবমই। চা থক্লা হোটেল বোইদু কৌশিন্দুনা হংলমই -

- "য়হাং জগাহা কা নাম কিযা হৈং ?"

অঙাং অদুনা খুম্লকই -

- "ইশ তবপ গাধি বষ্টি, উস তবপ হাথিখালি হৈং।"

প্রকাসনা খুমই - "অচছা বৈন্যবাদ।"

- মখা খঙনিংদুনা হংই - "ভাই য়হাং মণিপুবশে আযা কোঈ লডকা লডকী হৈ ?"

- "হা, ব্রহাং অপনে অঙ্কল কে সাদ উস মকান মে বহতে হৈ।"

- "অভি ব্রাহ কিয়া কবতি হৈ ?"

- "সাব ব্রাহ দোন বোস্কো স্কুল মেং চকবি কিযা কবতি হৈ।"

- 'অচছা ! থেঙ্ক য়ু।"

ব্রাহং মখা হংথদবে। থুদক্তা বেক হাংদোকই চে কলম লৌথোক্তুনা চিঠি অমা ইবকই।

বানিবালা,

প্লিজ নহাক মিনিট মঙা খক্তংগী মতম কাইথোকপীদুনা নখোয় মমাংগী অনকপা হোটেল অসিদা অমুক্তা লেঙথোকপীবকউ।

থেঙ্ক য়ু।

অদোমগী

প্রকাস।

অইবা চেদু থুপচিল্লগা হোটেল বোয অদুদা লুপা ১০ চৎপী নোট অমগা লোযননা পীবমই। অদুগা হাযবকই,

- "ভাইজি কৃপ্যা আপ হমাবা মদট কিজিয়ে ইশ খদ কো থোডা পহুঁচা দিজিযে। কিমট দুংগা।"

- "থিকহে সাহেপ পহুঁচাদুংগা লেকিন পৈশা নহি লুংগা।"

- "ধৈন্যাবাদ"। হাযদুনা নুপা মচা অদুবু থাগৎপীবমই। অদুগা চিঠিদু খুৎশিন্নবম্মী।

নুপামচা অদু পুকচেল শেংবা ওইবমদুনা চিঠিদু পুবগা পবপ পবপ চেন্দুনা খুদক্তা চৎখিবমই।

বানিবালা অযুকী চাক থোংননবা ঈশিং হোনবা গুহাদা থোক্লকপগা তান চান্নকবে। চিঠিদু পুথোক্তুনা পীবগা হাযবকই,

- "দিদি য়ে চিঠি। আপকা হৈং লেজিয়ে।"

- "কিসনে দিয়া হৈ।"

- "হোটেল মেং বৈথে এক সাহেপনে অভি লিখ কব দিয়া থা। অচছা চলতা হুঁ।

ৱা মখা হংহৌদবে মহাক চৎখিবনা হানখবে। ঈশিং সনাবুল লৈবাক্তা থমই খুদৈ মচাদু মঙক্তা যেশিল্লগা উখা অমদা চংশিন্দুনা ফল্লগা হাংদোক্কুনা পাবমই। চিঠিদু পাকবদা মশাদা শ্বাই লাওবা ফাওবকই। অদুঙৈগী থৌদোক কযা মমাংদা শংশঙনা উবা হৌবক্লমই। মথন্তা মচিন্দগী শোন্দোক্লকখিবমই

- "নত্তে নত্তে ঐহাক হৌজিক মহাক্না উন্নবা যাদবে। ঐদি পোম্না লৈমন চল্লবীনি। মহাক্তী অফবা তানখৎলক্লবা নুপানি। হৌজিক কবিগুম্বা ঐনা মাবু উনবা থোকউববদি মহাক্কী নুংশিববা ৱাহৈশিং অদুনা খুদুম চনখিদুনা ঐহাকপু মণিপুবদা শোইদনা পুখিনবা হোৎনবক্কনি। ঐ চৎলবদি শোইনাইববা ইবুংসু পুদবা যাবো। মহাক পুববদি মখোয পাবুং মযাম্বা মতৈমানা মহাকপু যুম অদুদগী ইথোকপীবক্কনি। মখোযগী নুংশিনা লৈজবম্বা ইমুং ঐনা মবম ওইদুনা পুন্সিচুপ্পা খাইবুং খাইবুংনহনগনি।

" অদুদি ঐ কবি তৌবা তাই। ঐহাক মহাক্না উনদবা তাবনি। ঐগী ইশক লোৎপা তাবনি।" মুন্না খন্থকববা মতুংদা যুমদা অমুক হঞ্জিলক্কুনা যাম্না তেল্লবা চিঠি অদুগী মনমদা অমুক পাউখুম ইবদুনা ফিবৈদা যেপ্পগা থোক্লকই।

গুহাদগী ঈশিং শোক্লগা হন্দোক্লকপদা পীক্লবা অঙাং অমবু কৌশিন্দুনা চিঠি অদু অমুক হন্না প্রকাসকী মখুত্তা শিন্নবমই। প্রকাসতি বানিবালা থোক্লক্লগনি হাযদুনা ৱাখল নুংঙাইনা লৈবি। কবি হাযদুনা থেম্লগা মণিপুবদা পুশিগে কবম্বা ৱাহৈনা মহাক্কী নীংবা কাযবা পুক্লীংবু পেলহনগনি। ৱাখল খল্লিঙৈ মখুত্তা শিন্নবকখি চিঠি অদুমক।

- "কাকা আপকা খত।"

তঙক তঙক যেংলগা লৌহৌই। চিঠিদু মহাক্লা ইদুনা পীখিবা চে অদুমক্লি মদু লৌবগা মথক মখা ওম্থোক্কুনা যেংলমই। মনমদা শুপ্পগী ৱাহৈক পবেং অমখক ইদুনা যাওবকই।

ঙাকপীগনি তামো। ঐহাক অদোম্না উনগে হায়দুনা খনবীবিবা লাইবক ফবী বানিবালাদু নত্তে ইমিং মান্নবনি।

মতমদুদা তৌফম খংদ্রবা প্রকাসনা চিঠিদু মখুৎনা পাইশিল্লগা যেংথোক্লকপদা বানিবালা ঈশিং শোক্তুনা তপ্না তপ্না হনখিবা উহৌই। উপায লৈত্রবা ব্রাখলনা মখা চিক্তুনা য়েংলগা থম্মোয়নুংদা খলহৌই।

"...... নশুংলাংগীদমক্তা পাবুং ইয়াম্বা ইতৈমা ইথক থোংবশিংগী মায়য়োক্তা লেপ্তুনা তান্নবা লমদম অদুদগী গাড়ী ভবা কয়া তিংদুনা খোংঙ্গুল লিবক্লগা নশামক্লা ঐ ইশা নৎতে হাযদুনা ইবকপা ঙল্লবকো। মসিনা তাকপদি নহাক্লা ঐহাকপু থাজদবে। অদু নৎত্রগা লমদম অসিগী কনাগুম্বা লল্লানবা অমদা নমথাক তৌদুনা নুংঙাইববা পুন্সিদা লেল্লগে থৌবাংলববা?

পুম্নমক ব্রাখল থেল্লবা প্রকাস ঐনা মীগী পূক্নীং খঙদনা নুংশিববু মমল লৈনা লৌকবগী থোক্লীবনি। ঙসিসু মহাক্কীদমক ঐগী পূক্নীংনা থোং লাওনা হাংদুনা থম্লি। অদুগা মহাক্লদি অহেনবা পামদুনা নমথাক্কী দুনিযাদা তাওদুনা নুংঙাইনা হিংবা পামলি। ফবে, মহাক লৈহৌবশনু ঐনা অবানবা ওইজবগে।

মতমদুদা মন্দোমচানা বিশ্ববজিৎপু মতেং পাংলগা মহাক্কী পীক্লবা খাংপোকাং মচাদুদা ফমহনলমই। থম্মোইদা ব্রাবৌথ্রবা প্রকাসনা বানিবালাগী মবুং পুথোক্লকপা অদু উবমই। মতমদুদা মহাক্লা তপ্না তপ্না চংশিলক্লগা বিশ্ববজিৎকী মমাংদা থল্লীবা পুখম অদুগী মথক্তা লুপা লিশিং চৎপী অনি তপ্না থম্নল্লগা অবাকপা গাডী অমদা তোংদুনা লমডিং ষ্টেসন যৌনা চৎখবে। অমুক হন্না যেংলমদবে। মখুত্তা চৈশুনা ঙাক্লৌ ওইদুনা মতেক খবদি খোংনা শেক শেক্তুনা চৎখিবা উহৌই। মন্দোমচা থোকপীদুনা হৌজিক থাদবম্বা পৈশাদু মখোল হৌদে হাযদুনা চংশিন্দুনা যেংলুবদা লুপা লিশিং চৎপী অনি থুপচিন্দুনা পুখম মথক্তা থনম্বা উবকখি।

অঙকপা পুকচেল চাউববা নীপানো মহাক্কুম্বা পুকচেল চাউববা মীওই অমতং ওইববশু নুমিৎ খুদিংগী লম্বী অসিদা লাকপীববদি চহি অনী ফাওবগী মনুংদা মখোল অনিগী দলান্দী শোইদনা শাবা ঙমগনি। মচিন্না মবুকচেল শেংনা নিপা অদুদা অশিবর্বাদ পীবমই।

ইবুংঙো মঙ্গোল ওইজৌ মবক মবক্তসু লাকপীয়ুকো লম্বী অশোমদা। হে ঈশ্বব ঙসিগীদি য়াম্না ঙন্না খুলাম খাংদা লুপা ২০০০ ফংজবে।

ননায় ঐখোয়গী অৱাবশি লক্ষ্মী ইমা ইবেম্মানা উবিদুনা শেঙ্গাও পাইবা সাহেপ অমা থাবীবক্লীবনি। যাইফবে ইমা য়াইফ মঙ্গোল পীনবীবে।

মন্দোমচা পৈশাদু পুবদুনা হৱাও হৱাও চংলকই। বানিবালাদি মতমদুদা চাক মৈ কন্না থাগৎন্নবা হোৎনবি। মন্দোমচানা পৈশাদু হৱাও হৱাও চাকখুম মমাংদা থাদবগা হায়বকই -

- "ইবেম্মা বানিবালা তু অমুক্তা ওম্থোক্লগা য়েংলকউনে। ঙসিগী দাও খুকাশে। লুপা লিশিং চপ্পী অনি থুপচিনলগা মখোং শেকপা নুপা নহা অমনা নবুংগী মমাং পুখম মথক্তা ধক থনল্লগা চৎখিবগী ৱানি। ঐসু নিপা অমা মমাংদা লেপখি পৈশাদি শোইদনা নুংশিবীবদগী থাদবীবমগনি হায়দুনা চংশিল্লুবদা হবি হবি লিশিং চৎপী নোট অহনবা অনিশি নুংঙাইনা নবুং বিশ্ববজিৎকী মমাংগী পুখম মথক্তা হঙোয় বোবাবী শাদুনা কুন্দুনা লৈবম্বগী ৱানি। দাও যাই উদঘাদন ফৈ ইবেম্মা ঙন্তানা থ ২।৩ গী পৈশা মিনিট অমগী মনুংদা তানবা ঙমলে। হায়যু কবি ঙা চাশিগে ঐহাক বজাবদগী লৈথকগে। কুবি, ইলিশা, বৌ . ?

বানিবালা পৈশাদুগী মাযকৈদা য়েংলকপগী মহুৎতা অবোনবা পিবাং চদুম চদুম কায়ববা থম্মোযবু থেমজিনবা ঙমদবদগী শিন্থবক্লি।

থম্মোযদা মথন্তা চৈজবি - "হে মীনুংশি খংদবী থম্মোয কবিগী নহাক্লা নশানা নশাবু নমথাক তৌদুনা পাউখুম পীখিদে। চন্নবা ৱাহৈনা তবাম্না ওকুনা পুক্লীংগী অশেংবা মপাউদো খবদং ওইববসু তমদুনা তাহনখিবদা কবি কাযবগে? নহাক ৱাজৌ, কপ্পু নপুন্সি চুপ্পা, ফক্ত্রবা মীওইবগী ৱাখল চেন্দ্রবা মীওইশিং অদুগী লৈফমদংসু হাযদোক্লুনা লমন খুমহনগদবা ৱাহে অমা ফাওবা কাথোকপা ঙমখিদে। আ পঙখবেদা, হে নুপী ওইবী! নখোয অশে কোন্না জ্ঞান তাবকপা খক্তা ওই . !

কযাদা ৱাবৌবমগদবা মহাক্লা ঐহাকপু, পুন্সিশি নমথাক্লী হাযদুনা তুক্কচনা খনখ্রগনি। অদুগা মহাক্লী মখোঙ নাম্মা শেক্লুনা চৈশু পাইবগা চৎখি হাযবদুনা কবম তৌবিবা ? পাম্মুবা মাগী মশক ফাওবা ইনাক্তা লাক্লা লাক্লা পাপ চেল্লবী ইমিৎ অসিনা পেন্না য়েংজবা ফাওবা ঙমখিদে। ঐবু মীবোৎপীবা? ঐগী কবি ইবাল লৈ। অদুবু পুম্নমক হৌজিক্তি অপঙবী ঐহাক্লী ইবাল ওইহৌবে। খোইশাউনববী ৱাখলনা ওমচাক্লে মথন্তা।

মন্দোমচানা মঙোন্দা য়েংলদুনা হায়বকই -

- "কবি অঙাংনো মসিবু, মবুংনা তানবা পৈশানি হায়দুনা কায়থোক্লীংদদুনা তৌবিবা জাৎলা । শে শে ইবেম্মা থমজিঞ্জবো। নন্দোবচানা নবুক য়েংবনিদা।"

মন্দোমচানা মাগী কাদা চঙখিদুনা মফি হোৎনা হায়বকই, ঐহাক হুবেল নুমিদাংগীসু যাওনা শবজি খবা লৈশিনহৌকখিগে। চৎলে চৎলে পৈশাদো থমজিনজবো। পাউখুম পীবা নংহৌদ্রবী কবিনো হায়ফম খংখিদবে চেনথোক্নুনা মপি তৈথোক তৈথোক্লা লুপা লিশিং চৎপী অনিদু পুবগা মন্দোমচাগী মখুত্তা শিন্নজে। অদুগা কপ্পা কপ্পা হায়জবম্মী।

- "ইন্দোমচা অদুম্না ব্রাখল লান্না লৌবীগনু পৈশাশি ইন্দোমচাগীনি। ঐখোয়দি নচাগুম্বনি শৈদাংবা লাকচবা। লৌশিনবীয়ু শিজিন্নবীয়ু নচাখোযনা ব্রাবৌবা কবিসু লৈজদে।"

পৈশাদু লৌশিল্লগা মন্দোমচানা হায়বকই -

- "যাবে ইবেম্মা লুপা লিশিং অমা অনিসিদি নখোয কাকানা নোংমদা তাল্লিবনি। কবিশু ওইনা খনবীবা জাৎ নত্তে। মাগী ঙাওশিন্নবা অদুদা অমুক চৎখিবগী ব্রানি। হলকপদা চাক লোইবমদবা যাদে। কদায! "

পৈশাদু পাযবম্বদগী মুল্লগা মাগী বেক্তা হাপচিন্দুনা বজাব চৎখবে। বানিবালা কপ্পা কপ্পা হঞ্জিলক্নুনা চাক থোংই।

বানিবালাগী ককাদি যাম্না পুকচেল চাউবা নীপানি। অদুবু ড্রাইভব ওইবনিনা হপ্তা অমগী মনুংদা নোংমা নিনিখক্তং যুমদা তহা তহা লৈববনি। মহাক্না কন্না হোৎনবীদুনা মহাকপু ডোন বোস্কো স্কুলদা ওজা ওইহনবীবম্বনি।

মহাক্কী লমন্দী বানিবালা অমসুং বিশ্ববজিৎনা কৈদৌঙৈদা শিংবা ঙম্নবোইদবনি। হন্দক্কী মপোক অসিমগী। ঙাওবা, নুংঙাইবা মতমদা অদুক নুংঙাইথোকপনি। মহাক্কী পূক্লীংদা অমকপা লৈতে। মহাক্কী নুপি অসি হোজায নিঙোলনি। মচা পোক্তে। মীনুংশি খংদে। মহাক্না অনকপদগী অঙাং নুপীমচা কযা মনাক্তা মতেং পাংবী ওইনা থম্বীবমই অদুবু মহাক্কী মবৈদা চহি ফাদে মচাশিংগী মতৌ য়েংবা ঙম্নদদুনা পুনখিবা ঙাক্তনি।

নোংঙানবদগী ঙাংবগা চৈবগনা মহাক্কী মথৌনি। মহাক্না থবক অমা নৎত্রগা অমদা অদুম শিজিন্নদুনা লৈহনবা পামই। মহাক্তি মশা কোম্না নান্না লৈন্নবা হোৎনগনি।

মমাংগী চহীদগী অৱাবা কয়া মাযোক্লবকই। মহাক্লা অনকপদগীদি ময়ুমদসু ঙায়হাক লৈতনা চেল্লী হায়দুনা খবা লাপ্পা মণিপুবদগী অনকপা মবি মতা থিবকঙৈ মযাম্বগী মচা অৱাফমদা তাবল্লবী বানিবালা অমসুং বিশ্ববজিৎপু মতাং চানা থেংনদুনা মখোয় অনিবু য়াম্না ৱানা থেল্লগা হাতিখালি নম্বব ২ ময়ুম অসিদা পুবকখি।

মবুক ফজ্রবী মহাক্কী নুপীনা শোইনাইববা বিশ্ববজিৎপু শেন্দান লম্বীদা শিজিন্নবি। মখোয় অনী লাকপদগী মহাক্কী মবুক্লীং যাম্না হবাওখবে। য়ামদ্রবদা বিশ্ববজিৎ নোংমগী মনুংদা লম্বী অচৎ অওক্কী মীশিংনা লুপা ১/২, ৪/৫ থাদবীবমদুনা যামদ্রবদা পুন্না লুপা ২০/৩০ দি তাদুনা মতেং পীবি। অমবোমদা বানিবালানা যামদ্রবদা থা অমদা লুপা ৩০০০ বোমগী মযাদা পুশিলকই। হৌজিক মহাক্কী খবচ ৱাংতবে। লৈকায় কোযবগী চাং হেঙ্গৎলকখবে। ৱাখলনা ফুংবংনহৌববী বানিবালা মহাক্কী অৱাবা ৱাবীশি কনাগী মফমদা শাদোক্তে। লৈতাফম খংদে নোংমা নোংমগী অৱাবা ৱাখল হেঙ্গৎলক্কী।

কনাদা তেংথাকগনি ঐগী পুক্নীংগী অৱাবা, ঙমগনি খাঙবা মলেমদা অশুম, পীবীযু দন্দ লাইববী ঐঙোন্দা খাঙজগে মপোক্কীনি খন্দুনা।

“ফত্রিবা মীওইবা কিজবদগী
তনৌববী থম্বালনা ঈযাইদা
শাৎত্রিব্রা তনিক্লা খেঞ্জোংলক্তা।”

*****

## নিপানগুবা পন্দুপ

বিলাসিনি ওফিস কাকনবা মফি মবোল শেৎচিল্লি। প্রমোট অঙাংশিং থিন্দোক্লবগা ফেন মমাংদা ফমদুনা মশা ঙায়হাক ঈংথহনলি। অচৌবী চাক চাবা তোক্লকপগী ঙমশা মখুৎনা তৈথোক্লদুনা চাকশংদগী যুমজাওবোমদা চঙশিনলকই।

মপান্দা ওক্তো গাডী অমা থৌজিনলকপগী মখোল তাবকই। মপা অচৌবীনা ইঙক ঙক্লা যেংলগা মথন্তা হাযদোক্লকই -

- "কনানো হৌজিকপু ওক্তোদা পুবক্লীবসিনা কৈদৌনবাকা যাওববা জাৎনো?"

মপান্দগী খোঞ্জেল অমা তাবকই,

- "তামো প্রমোট, ইতৈমা! কনা অমত্তা লৈতবা জাৎলা ?"

খোঞ্জেলদু তাবদা মপা অচৌবীনা খুন্নকই,

- "কনানো ইবুংঙো ? লৈয়ে।"

অহল লৈ খংলবদা অচৌবীবু কৌবকই,

- "পাবুং অতৈ কনা অমতা লৈতববো? ঐখোয তযাই প্রকাস লম্বীদা ৱাম্থদুনা লৈবম্বদগী ঐনা থেংনদুনা ওক্তো অমা ফাবগা খুদক্তা পুজবক্লীবনি। মসি কবমাযনা তৌশিগে।"

প্রকাসকী ৱাহৈ তাবকপদা মতৈমা, মযাম্বা, মপা অহুম্মক চেম্থোক্লকই অদুগা মনাওবু যেংলমই। কোন্না থোক্লকপা অচৌবীনা পুবক্লিবা অদুদা ওনশিন্দুনা হংলকই -

- "কবি হাযবা ইবুংঙো ? প্রকাসপু কৈদৌবে হায়বনো ?"

- মপুবোইবদা ওনশিন্দুনা বিলাশিনিনা হংলকই "মায পাবুং কমাযনা তৌশিগে?"

- "তপথখো মহাক ইমুংদা পুশিনলশি। ইবুংঙো নঙ মতেং খবা পাংবীয়ু অশোমদা, পাবুংনা অশোমদা পাইবিবো।"

- " তপ্পা তৌবীয়ুকো" মতৈমনা পাখৎতুনা হায়জবকই।

মখোয় অহুম্না প্রকাসপু মহাক্কী কাদা পুশিনলকই। মতৈমনা মহাক্কী ফমুং ফিবোল লোয়শিনবীদুনা মফম শেমই। য়াম্না তপ্পা হিপথহল্লি, চনিং তানা শ্বোব হোম্বহল্লি। মতৈমনা হংলকই -

- "হোসপিতালদা য়ৌহৌবনা ফবোইদবো ?"

- মপুবোইবনা খুন্নকই, "ঙাইখো ঙাইহাক য়েংখিশি ঐ ডাক্তব বনবীবদু মযুমদা লৈবিববা অমুক্তা ফোন্দা পাউ লৌগে।"

প্রমোটনা মহাক্কী কাদা চঙদুনা ফোন তৌবম্মী অদুবু মশা লৈবমদবনা অবেম্বা তাবম্মী। মপা অচৌবীনা মচাগী মনাক্তা ফমদুনা লৈহৌই। বিলাসিনিনা প্রকাসপু থিনবীবক্লীবা নুপাদা লুপা ৫০ চৎপী নোট অমা পীবগা হাযবকই,

- "ইবুংঙোনা থেংনদুনা নয়াম্ববু পুবীবকপা য়াম্না নুংঙাইজে। ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচবি।"

- "পাবুং অদুদি অমুক য়ৌজবে।"

নীপাদু ওক্তোদুদা তোংদুনা চৎখবে। বিলাসিনি চংশিন্দুনা মনাও প্রকাসকী মবাযবক অমসুং খুদাং মিহুন পাইদুনা হাযফেৎ যেংই। অদুগা চাকশংদা চংদুনা গ্যাসতা ঈশিং অকবা কেটলিদা থাংগৎলদুনা লুমখি।

প্রমোটনা ফোন অমুক তৌদুনা যেংই

- "হলো। ডাক্তব সাহেপ ওফিস চৎখ্রববা ?"

পাউখুম পিবকই মহাক্কী নুপীনা

- "হন্নকপদা ঙাযবি। কবি তাকপীগদবা?"

- "ঐ প্রমোটনি মহাক্কী মকপ যাবগদি অমুক্তা উন্নজগে।"

- "অহোয। ঙাইহাক্তং ঙাইবীখোকো কৌজকখিগে। ফোন থনম্লগা মপুবোইবা কৌবা চৎখিবমই। ঙাইহাক ঙায়ববা মতুংদা পায়বকই -

- "হলো ! ডাক্তব সাহেপ।"

- "হলো মকপ ! অদোমগী কবি মতেঙ পাংজৌ হাযবগে ?"

- "সাব, ঐখোয ইনাওদো ওবাং দিমাপুবদা মমান্নবা উন্নবা চৎখিবনি অদুবু হনলকপদা লম্বীদা ফিভম চাদনা লৈবমদুনা মমান্নবনা ওক্তোদা পুবিবক্লে।"

- "ও ! মহাক ছুটি থোক্লক্লববা ?"
- "অহোয ছুটি থোক্লকপনি। মমান্নবা উন্নবা চৎলুবা হলকপদা . ।"
- "যাগনি ঐহাক ওফিস থোক্লকপদা শোযদনা হাযজিনজবক্নে। ঙাইবীবস্মু।"
- "থেঙ্ক যু সাব। অদুদি থমজবগে অমুক।"
- "থেঙ্ক যু।"

প্রমোট থোক্লুনা মনাওগী মনাক্তা চঙশিনলকই মনাক্তা ফমথৈ। মপানা খঙনিংবা অমগা লেযননা হংলকই -

- "ডোক্তবদি কবি হাযবকই ?"
- "মহাক্কী ওফিস কাবকপদা শোইদনা চঙশিনলক্কনি হাযবকই।"
- "ফবে। ফবে অদুদি।"

প্রমোট কোযনা যেংলগা মহাক্কী নুপীবু কৌবকই -

- "তাবিববা?"
- "কবি হাযগে ঐ চাকশঙদা লৈযে।"
- "ডাক্তব লাক্লগনি ঈশিং খবা থাংগৎলু। অদুগা মমায মমিৎ মোৎলিবসে হান্না খবা তাথোকপীযুশে।"
- "অহোয তাথোকচগে।"

ঈশিং পুবদুনা ফি খুদৈ অমা পাইবগা থোক্লকই। মাগী নুপীদগী ঈশিং অমসুং ফদিদু লৌবগা মনাওগী মমায মমিৎ তৈথোকপীবমই।

মতম অদুদা মপান্দা গাডী অমা থৌজিলকপগী মখোল তাবক্লমই। ডোক্তব লাক্লমলগনি খংবনা বিলাসিনিদা পুন্নমক শিনবন্নগা ডোক্তব সাহেপপু ওকপা থোক্লকই।

- "ডোক্তব সাহেপ লেঙশিনবীবকশি।"

ফিদা থাদুনা ফমহল্লি। অদুগা মহাক্কী নুপীদা থৌদাবকই -

- "হায তাবিববা! নঙগী ঈশিং অশাবা হাযবদো মিনিট ১৫ ফাববদি য়াবন্নগনি পুবক্লোদনা।"
- চাকশঙদগী খুন্নকই, "অহোয় পুজবক্লগে।"
- মপানা হায়বকই, "ইবুংঙো লৈবমদুনা লেঙবিবকপসি যান্না নুংঙাইজখবে।"

- "পাবুং ঐহাকসু ঙসিদি হকচাংশে খবা নুংঙাইতবদুদা ইমান্নবা দেবগা তান্নজকবনি অদু নত্রবদি ঙসায়না ওফিস যৌথ্রগবনি।"

- "অদুদি লাইবক ফবগী ব্রানি।" প্রমোটনা খুম্নকই।

মহাক্কী নুপীনা ঈশিংদু টেবল মথক্তা থন্নগা হায়বকই-

- "ঈশিং হায়বদু অসিদা লৈবে।"

- "য়াম্না নুংঙাইজবে।" ডোক্তবনা খুম্নকই। মহাক্না মহাক্কী বেক হাংদোক্লুনা মিহুন, মচিন মখা, বি পি যেংলবা মতুংদা হিদাক খবগী মমিং চেদা ইবদুনা প্রমোটতা পীবমই। অদুগা হাযবকই -

- "হিদাক অসি হৌজিক লৈবিকখো অদুগা নোংমদা অনিবক পীজবীয়ু। মসিদি ভীতামিননি চাকচাববা মতুংদা পীথকপীয়ু।"

- "ইবুংঙো হিদাকশি চাববদি শোযদনা ফবক্কনিকো।" মপা অচৌবীনা হংলকই।

- "পাবুং শোইদনা ফবক্কনি। মঙোন্দা অতৈ লায়না লৈবা নত্তে। ঙবাংদগী মবুকশি হাংদুনা লৈবা মল্লে। অদুনা নুংশাগী মৈশাদা ব্রাম্থবকপা ওইবমগনি।"

প্রমোট হৌগৎলি ডাক্তবসু হৌগৎলি অদুগা অচৌবীদা মখুৎ লোন্নবদুনা হাযবকই -

- "পাবুং নচা অমুক যৌশিঞ্জখ্রগে হুবেন হেন্দা হেঞ্জিলক্লবদি হোসপিতালদা হেক্তা পুখৎপিবকউ।"

- "যাম্না নুংঙাইজখবে। অদোম্না মতম কাযথোপীদুনা লেংশিনবীবকপসিমক ঙমখৈ লৈতনা থাগৎচবি।"

মপান থোক্লকই, গাডীদা কাখৎলমদাইদা মখুৎ শোক্লবদুনা হাযবকই

- "কবিসু মীপায়নিংঙাই লৈতে তৎথবগা অমদু দোজ খবা হেঞ্জিলখিবদগীনি। দোন মাইন।"

- "থেঙ্ক যু, সাব।"

- "ডাক্তবনা অচৌবীদা ওনশিন্দুনাহাযবকই - "পাবুং নচা অমুক যৌজবে। মকুপ্তা ইদুনা পীবম্নবীবা হিদাকশিং অসি মতম চানা পীজববদি অদুম ফজবক্কনি থব্রায় ব্রাবীকগনু।"

- অচৌবীনা হবাওনা খুন্নকই "অহোয় ফবিবকপা ওইসনু ইবুংঙোগী কৃপাদগী।"

ডোক্তব বনবীব প্রমোটকা খুৎ শোক্লববা মতুংদা চৎখবে। মপা মচা পুনশিনহৌই, অদুগা মপানা হায়বকই,

- "ইবুংঙো ননাওগী হিদাক্তু লৈবীকবো।"

প্রমোটনা মহাক্কী নুপীদা ওনশিন্দুনা হায়বকই,

- "তাবিববা ঐগী মনিবেগতু অমুক্তা পায়থোক্লকউ হিদাক লৈকগে।"

মহাক্কী নুপীনা মনি বেগ পুথোক্লুনা পীবমই। প্রমোট মহাক্কী গাড়ী ইপ্নোক্লুনা হিদাক লৈবা চৎখ্রে। ইমুংদা মচানুপা প্রকাসনা জ্ঞান তাবক্লুনা হংলকই -

- "ঐগী চৈশু কদায়দা থম্বীখ্রবগে ?"

মপা অমসুং মতৈমা মাগী কাদা তুংথ মাংথ চঙশিনলকই। মপানা হায়বকই,

- "ইবুংঙো নঙগী চৈশুদি ঐখোয খংদে। নহাক্লা তুদুনা লৈবম্বা মফমদুদা শোইদনা লৈহৌবন্নগনি। নৎত্রগনা মীনা পুদুনা চৎলন্নগনি।"

মতৈমনা হাযবকই,

- "হোইনে ঐসু ইবুংঙোদুদা হংহৌদবে।"

ব্রাফমদু মথক্তা মথৱায নুংঙাইতনা মক লুকথবগা লৈখিবমই। মপানা হংলকই -

- "নঙবু কবি তৌগে হাযবনো ?"

মপাগী পাউখুম পীদনা মতৈমদা ওনশিন্দুনা হংলকই -

- "ঐগী চাক হাপ্পবা ইতৈম্মা ?"

মপা মতৈমা হবাওজে। মতৈমা বিলাসিনিনা খুন্নকই -

- "হাপ্পী ঐ পুবক্কে অদুম লৈবম্মু।"

পোপ তুদুনা নাবদি নৎতবনিনা শিফায় পুক্সিগা ওইবনিনা ইকায়দুনা হায়বকই -

- "য়াগনি ইতৈম্মা কিচন্দা অদুম থম্বীবম্মু। ননাও লাকচগে।"

মতৈমা চাকশংদা চাক থিকনবা চঙখবে। মপানা মচাদা য়েংলগা হায়বকই-

- "নঙবু চৎপা ঙমগদবো ? হৌগৎতুনা চৎপদা তুশিল্লবদি কমদৌবা ?"

- "ঙমগনি।"

হৌগৎতুনা য়াম্না রাম্না চৎপা হৌবকপদা মপানা মতেং পাংবী অদুগা চাকশং য়ৌশিল্লকই। মতৈমনা খুদক্তা চাক থীবীবমই। অয়াইবা অঙাংশিংগী থম্বীবা বৌগী মপুম অমা মুন্না লৌবগা চালুক মচিদা থাথবীবকই। কাংশোই থোংবনি (খামেন অশিনবা আলু খবা হাপ্তুনা)। মদু পুক্রীং লৈতনা খবা চাবম্মী।

নিংশিংলকই প্রকাস থরায় নুংঙাইতবদগী নুমিৎ নিনি চাক চাদনা মিট প্লেট অমদা হুইসকি ক্লাটব লোইশিল্লুবদগী নুংশাগী মৈশা মবক্তুদা হায়থবকখিবনি।

মহাক্না তুদুনা লৈবিঙে মঙোন্দা য়াওবা শেলফম ফত্তবা মীওইশিংনা লৌথোকপীখ্রবনি। মবায়বক ফবদগী মখোয় খুনগী ট্র্যাসন হল্লকপদা মহাকপু নুংশিবীবা অঙাং অমনা লম্বীদা লাকপা অহাংবা ওক্তো অমা খুদক্তা ফাদুনা পুবিবকপনি। খবা লাপতক্লা মপা অচৌবী ফন্নি। মতৈমা বিলাশিনিনা খবা নক্লা অরাৎ অপা য়েংলদুনা হায়বকই মমৌ নুপী বিলাসিনিদা -

- *"ইবেম্মা নঙনা কুঠি য়েংলুবদুদি কবি কবি মবোল হায়বকই ?"*

- "পাবুং অনকপা মতমদা হন্দক্কী মঙানি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎ অসি যাম্লা ফৈ। অদুগা খবা লাপথোকখিবদনা মথং থাগী তবাহুমদোইনি পানবা যুমশকৈশ নুমিৎতা তাবে।"

কুঠিশিং অদুদা চান্নবসি কৈন্যা অহুমকক্তনি। মখোয় অহুমদুদং ইবুংঙোগা উন্নহন্দুনা মহাক্কী অপাম্বা খনহনলশি হাযদুনা ঙবাং মখোয় পাবুংগা রাবী শান্নে পাবুংদি মসিদা কবি খনবীবিবগে ?

- "ফৈ মদু ঐসু য়ানিংই। মশাগী অপাম্বদি মশানা খঞ্জবা তাবনি।"

চাক চাবিঙৈদা পলক্লিবা রাহৈশিং অদুনা যৈবববদা কবম্বা থম্মোযনা তুমিন্না লৈথোকপা ঙন্নগনি অপনবা লৈত্রবসু হৌনা খৌদেল্লকই -

- "অহুম ! অহুম !"

মপানা পাখৎলদুনা হায়জবকই -

- "হাই ইবুংঙো! ঈশিংদু খবা থকচিনলুনে হাবিবদো।"

বিলাসিনি - "ইবুংঙো পুন্সি হায়বসি কবিশু নতেকো। ঙসি নহাক্কী অনৌবা মপোক অমা পোক্লবনি। ঐখোয়দি অশুম্না ফবক্তুনা জ্ঞান তাবক্কনি হায়বদু থাজকদ্রবনি। ঈশ্বর অমনা ইনশিনলক্তুনা ইবুংঙো বিনোয় থেংনবদগী নহাকপু খুদক্তা ওক্তো অহাংবা অমা ফাবগা পুবিবক্তুনা যুম অসি য়ৌনা থীনবীবক্লীবনি। মদু নৎত্রবদি নহাক্কী পুন্সি তাইবঙসিদা অমুক উবা ফংলমলবোইদনি।"

অচৌবী - "নযাম্বনা ফোন তৌদুনা ডোক্তর বনবিব সিংহ মশামক লেংবিবক্তুনা কবি কবিনো মাগী খুৎশু খুৎলায যন্ত্রশিং থাদুনা য়েংবদা কবিশু থোইদোকপা লাইওং লৈতে হায়বমই। মানা ইবম্বা হিদাক মমিংদুনি নয়াম্বনা পুদুনা লৈকগনি হায়দুনা চৎখ্রিবদু।"

বিলাসিনি - "নযাম্বানা ঙসি ওফিস হাগৎলুববদি নঙোন্দা তাংদাংবা অমা খংলগা ইনভাইটেসন কার্ড অমসুং বার্তোনশিং পুলপ্লা নমথোক্লক্লবা তৌবক্কনি। যাদ্রগা য়াদবে ঐঙোন্দা খবা হংলম্মু হায়বম্বনি।"

অচৌবীনা ব্রাবী মখা শমথবকই,

- "কবিগুম্বা নঙনা য়াদদুনা নযাম্বা নপাগী নীংজবিবা আশাগী মাযোক্তা লেপ্তুনা নহাক্কী ননিং তৌবকপা তাববদি ঐখোযগী ইজৎতি লোযবে। অষ্টি লৌখৎতুনা শ্রদ্ধ শোনবা যাবগদবনি।"

প্রকাস চাক চাবা তোক্লদুনা মখুৎ হামই। তপ্লা হৌগৎলি। অুগা গমশা পাইবগা মচিন মখা লৈথোক্লকই। মতুংদা মাগী কাদা মপানা চংশিন্দুনা মতেং পাংলগা চংমিন্নখি। ফমুংদা ঙাইহাক তুমিন্না ফন্নীঙৈ ময়াম্বা প্রমোট মহাক্কী হিদাক লৈকবা হলক্তুনা মাঙ্গোল কাখৎলকই।

অব্রাবগী শাংলবা শ্লোব অমা হোম্বুবগা চঙশিন্দুনা হংলকই -

- "কমদৌবি নহাক্কী ফববা ?"

য়াম্না লুন্নবা ব্রাহৈনা খুমন্নকই -

- "উম।"

মপানা ব্রাহৈ মখা মতেং পাঙলদুনা খুন্নকই -

- "চাক খবাদি চাখবে।"

মযাম্বনা হিদাকশিং লৌথোক্তুনা টেবলদা থমই অদুগা চাবগী নিয়ম তাক্লকই।

- "মসিনা চাক তোক্লকপদা চাগদবনি। মসিনা কোক ঙাওবা ফন্নবনি। মসিনা হকচাং চোকথবিবদু ফন্নবা ভিটামিনশিংনি।"

মপানা খংনিংদুনা হংলকই -

- "পুন্না পৈশা কয়াদি চংশিনখবে ?"

ময়াম্বনা খুন্নকই -

- "অতৈদি মমল থোইনবু য়ামদে। মসিগী ভিটামিন লিক্লিসিদা খবা হায়জিনখবে। পুন্না লুপা ২০০ বোম হায়বদুনি।"

- "ফবে ফবে। মশাবু কনখৎলক্লবদি শেলদি অদুম লাকচবনি।"

হিদাক পীজন্নবা মাগী নুপী কৌবকই -

- "তাবিববা ? নঙবু কৈদৌবিবগে ?"

চাকশংদগী খুন্নকই -

- "হো ইবুংঙো চাবগী কোল লিক লোইশিনলিয়ে কবি হায়বগে !"

থবক তৌবি খঙলবনিনা চাকশঙদা চংলগা ফিল্টবদগী ঈশিং গীল্লাস অমা লৌবগা মনাও প্রকাসতা হিদাক পীথক্রবা হোৎন্নবমই। হিদাক্কী দোজ চপ চানা যেংলগা মনাওদা পীবদুনা হাযবকই -

- "শে থকচিল্লু। ঈশিংনা অসিদা লৈবে। ঐসু ঙসিদি থবকশি যামখবে।"

মনাওনা ময়াম্বনা পীবকপা হিদাকশিংদু মথং মথং ঙাইহাক কান্নবগা থকচিনলমই। হিদাক পীথকপা লোইববা মতুংদা ময়াম্বনা ব্রা মখা তানা হাযথবকই -

- "য়াবিবা মখৈ নাদনবা কন্না হোৎনশিকো। হকচাং ফববদি পুম্নমক ব্রাখল লৌশিং থোকই। অনাবা লৈবা ইমুংদা কৈদৌঙৈদা শান্তী ফংদবনি।"

ব্রাহৈ অদু হাযবল্লগা ময়াম্বদি মপান থোকখবে। মপা অচৌবীনা মচানা ফম্মুংদা হিপথপ্রবা মতুংদা খুদৈ মচা অমা পাইদুনা মচাদা তোংবা হয়িং তিনকাং তাম্থোক্লনা লৈহৌই। মপাগী অব্রাবা মতৌদু উবদা মচানুপানা নুংঙাইবক্রদুনা হায়বকই -

- "পাবুং পোত্থাবীকবো ঐ কবিসু তৌদবে, ফবে।"

- "হিদাক লাংথক থকপগী মতাংদি নযাম্বদা হংহৌবা যাদবো। পাখৎলদুনা মপা অচৌবীনা মচানুপা প্রকাসতা হায়বম্মী।"

মচানুপানা হায়বকই,

- "হংদ্রবসু য়াবে। চেদা লোয়ননা ইদুনা য়াওববনি ঐনা পাজবগা মতম চানা থকচবগে।"

- "ফবে ফবে ঐসু চাক চাথোকউবগে।"

প্রকাস ব্রাখল নৈতাফম খংদে খোইবাং খোইশাওনবা ফত্রি। মপা অচৌবী মপান থোকউবগা অমুক হঞ্জিলক্লুনা হায়বকই -

- "ইবুংঙো নয়াম্বা ওফিস কাগদৌবিবশিদা নহাক্কী চৈশুদু তপফৌগদবা ?"

- "পাবুং মদু অশ্বাইদা লৈবা মিষ্টি অমদা শাহনলগে।"

- "হোয অদুমাযনা তৌবো। নহাক্কী অপাম্বা মওংদু শাহন্নবা ঐ হুবেল নঙ মাম্মা লুব্রাংদু মখোয থবক হলকপদা ঙাইহাক্তং চংবীবকউ হাযদুনা অঙাং অমদা পাউ হাযখ্রগে। মপানা ব্রাহৈশিং অদু হাযবন্নগা চৎখবে।"

মচানুপা প্রকাসতি ঙাইহাক্তং তুমিন্না লৈবকপদা পূক্লীংদা বানিবালাগী ব্রাখল হেক্তা খনবা হৌবকই। কবিগীনো মহাক্লা ঐহাক্কী ইশক উবা পামদ্রিবা ঐনা মাগী মফম ঙসি ফাওবদা অকাযবা ফত্তবা ব্রাখলদি খনখিবা ফাওবা যাওদ্রি অদুগা মহাক্লা লৌনমদুনা ঐগী ইফমদবু ইমিং মান্নবা ওইবমগনি হায়দুনা ইম্পোকপীবকখি!

ঐহাক্তি মহাকপু লৈখাতাদুনা মাংলগদবা পুন্সি মবেল অদুদগী চিংখৎতুনা নুংঙাইববা পুন্সি মবেল অমদা খুৎশম্না হিংমিন্নবা পামই। অদুবু আশা খুদিংমক অবেম্বা তাম্রে।

হৌজিক্তি ঐহাক মহাক্কী মবমদা খজিক্তং ফাওবা খম্নদুনা মতম মাংহনলবোয। ঐগী শাগৈগী ইজৎ সন্মান ঙাক্লবা পাবুং অমসুং ইযাম্বা ইতৈমাগী ব্রাফম খুদিং ইল্লগনি।

অবোইবা ওইনা চিঠি অমতংদি পৈশাগা কোন্না মতেং পীবিখিগে। মতুং তাবদি মাসু মানা থোকপা ঐসু ঐনা থোকপা নীংশিলবোয় অমুক খল্লুবদা কান্নদ্রবী মহাক্কীদমক অবেম্বদা মথা শাহনখ্রবোয।

*****

# মাপনশুবা পন্দুপ

মথংগী নুমিৎনি। মতৈমা বিলাসিনিনা থবক চৎলমদাই থোক্লকপদা ফোটো অহুম খক লৌথোক্তুনা থল্লগা হায়বকই -

- ইবুংঙো মখোয় অহুমশি নঙগী কুঠিগা চান্নবনি। মসিনা নঙগী তামো অমদি পাবুংনা খনগৎলবা মীওইশিংনি। মখোয় অসিগী মনুংদা নহাক্লা অপাম্বা অমা খনগদবনি। মখোয়গী ফোন নম্বর মখোয়গী ফোটোশিংদুগী মনঙ্গলদা ইববনি হন্দক্কী হপ্তা অসিগী মনুংদা অসিদা মঙানি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎতা অনৌবা মওং অমদা ঈশৈ নোংমায় তৌদুনা য়াম্না চাওনা হোৎনগনি হায়দুনা নযাম্বনা হায়বমই। ঐসু ঙবাং থবক চৎলুদবগী ঐখোয় ওফিসাবনা শাওবমলগনি। ৱাখল নুংঙাযনা লৈথোকপা তমমু নশা শোম্বুহলগনু নহাক নুপা মচা অমনি অদুগীসু মথক্তা এক্টিভ সাবভিস তৌবিবা । কবিগুম্বা নহাক্লা কোযনিংবা চৎনিংবা লৈববসু ঐখোয় ইবেম্মা ঙসিদি স্কুল ছুটি থাবগী লৈহৌবনি মঙোন্দা হায়বম্মু পাবুংসু হনবুদি হলক্লগনি চৎলেকো। হিদাকশিংদো মতম নাইনা চাবা কাওগনি।"

মতৈমানা ৱাবী মযাম অমা হায়বল্লগা চৎখবে মহাক্কী থবক মফমদা। প্রকাস হিপ্লম্বদগী হৌগৎলক্তুনা টেবল মনাক্তা চঙশিনলকই। ফোটোশিং অদু লৌখৎতুনা পাইবগা টিভি সেবিযেল যেংলিবী কমলাবু কৌশিনদুনা হায়বকই,

- "কমালা ?"

- "কবি হায়বগে কাকা ?"

- "কবিনো অমা য়েংজক লাও।"

অঙাংশিংনা হবাওনা টিভি মুথৎলম্লগা হৌগৎতুনা প্রকাস্কী মনাক্তা চেনশিল্লকই। অদুগা হংলকই -

- "কবিনো কাকা ঐসু য়েংগে।"

ফোটো অহ্মদো টেবল মথক্তা পবেং শানা থল্লগা হংলকই,

- "মখোয় অহুম অসিগী মনুংদা কবম্বনা হ্বাইদগী বাশি লৈনা ফজে মদু খল্লকউ।"

কমলা ফোটো অহুমদু অম্মমতা ওইনা থাঙ্গৎতুনা মুন্না মুন্না য়েংলুববা মতুংদা তুমিন্না টেবলদা অমুক হান্নগুম থল্লগা হায়বকই -

- "মসিনা।"

ফোটো প্রকাসনা লৌখৎতুনা য়েংলুবদা পঞ্জাবী অনিতা সেঠি হায়না মমিং থাবীদু ওইবন্নে। মানা খলম্বগা মান্নবম্বা অদুদা ফোটোদু য়েংলগা হৌনা নোক্লদুনা হংলকই -

- "ইবেম্মা মখোয অনি অসিদি খন্দনা পঞ্জাবী কুবিয়া অসি কবিগী খলক্লীবনো?" নোক্লগা হায়বকই -

- "অদুবুবো মখোয়গী ইন্ট্রভিয়ু লৌবা নুমিৎতুদা মশক তশেংনা উহৌয়ে। অদুননে।"

- "ঙাইখো ঙাইখো অদুদি মধুবালা অমসুং প্রিয়ানা কবি অশোযবা লৈবিবা?"

- "মুন্না অমুক্তা যেংবীয়ু কাকা। মৈতৈ লৈশাবী অমনা ফনা ফজদুনসু অশোয়বা অমদি হেক্তা লৈবমগনি।"

- "কবিদা ?"

- "নম্বব ব্রান অশোইবা মনাতোন।"

- "মনাতোন্দা কবি শোইবিবা ?"

- "নখাং শাংবা নত্রগা নাতোন নম্বী নত্রগা নখাং তেকপী। যেংবীয়ু অনিতা সেঠিদা মনাতোন অসি তুমতক পীকতক পাল্লিবা মিন্না অনি মওংতানা পান্দাবা? হোয তুং ওম্বোক্লববদি মশমদা মধুবালানা মখোয মযামদগী শাংবা ফজবা হেনবনি, ব্রাংবা চাউবা ফিভম মুর্ত্তি ঈংজবা তপচবা মধুবালানা হেনবনি।"

ব্রা মবক থৎনা হংলকই -

- "ঙাইখো ঙাইখো নঙনা অদুক যাম্মা খংলবদি মধুবালাবু কবিগী খলক্রিবনো?"

- "মা খল্লুববদি পঞ্জাব কোইবা ফংলবোই ঐনা হিন্দি খংনিংলিবসিসু ফংলবোই অদুননি।"

প্রকাসনা মনা পাইবগা হাযবকই- "অদুদি অনিতা সেঠিবুদি মধুবালানা হেল্লি ওইদবা ঙাংলে। ঙাংখিগদবা?"

- "কাকা থাদোকও ! মিস প্রিয়াগীসু হায়বীবক্কে। অয়ো ইমা ! থাদোকও কাকানা স্না যানবা যাববোই শে! কমলানা প্রকাসকী মখুৎ পায়দুনা থাদোকখিনবা হোৎনৈ।"

- "হাযয়ু প্রিযানা কমদৌবা ?" প্রকাসনা খঙনিংদুনা হংই।

- "মাদি মশক যাম্না ফজবগসু যুম পুগদবা নুপী মান্দে।"

- "কবিগী ?"

- "ইন্টুভিযু লাকপদবু খোঙ্গাও শেৎলকই। কেজবা মৌজবতা পামজবী নুপীনি। হযেং কাকানা ব্রানা মীবমদা লৈদুনা দ্যুটি তৌবগা শেল থাবকপদু মহাক্লা অশোমদা মকে শেন্দদা পালব চংবদা লোযনা চংখিনি অদুনা ঐনা খন্দবনি।"

- নোক্লদুনা প্রকাসনা খুমই "চুমই মদুমা । অদুদ্গী ।"

- "মখা তাবদি কাকানা দাইবেক্ট উনবীবগা খনবীবনা পুক্নীং লৈতাগদবা মাল্লে।" হাযবন্নগা চেনখিগে তৌবদা মখুৎ ফাবদুনা মনাদা পাযবগা হাযবকই -

- "ব্রা ঙাংবদা কংকং লাওখিগদবা হা !"

কমালানা মনা পাইবদুদা নাবদুনা লাওবগা হাযবকই -

- "পুপু কাকানা না লৈবদা না তৎকদৌবে অমুক্তা কনবীযো অযো ইমা।" মপান্দা মপুদু শ্রদ্ধ চৎলুবগী হলকপা মপা চাকুবনা মাঙ্গোল কাখৎলকপদা হাযবকই -

- "হায কৈদৌববগে ইবেম্মা ?"

মপাগী মখোন তাবদা মনা পাইবম্না থাদোকই। কমালা মনা পাযদুনা মপু মনাক্তা চেস্থোক্লকই।

মপুনা মশুদা হংলকই,

- "নমাদি থবক কাখিববা ? ইবেম্মা!

- "কাখি পুপু।"

- "নঙ কাকাদি খবা ফবববা ?"

- "ফদনা ঐগী নাসে লৈবদা তৎকদৌবে।"

- "ফবে ফবে ! অদুদি ইবুংঙো মচাদি ?"

- "ঐখোয় বটনদি তুন্নি। পুপু হৌদোক্লকউ হায়বিবো ?"

- "হুম ! তুমজবশনু শে মাগী ময়োম মচাশি খাকপীবো অদুগা অচৌবসিনা নঙগী কাকাগা চামিন্নবো।"

পোৎতু পীবল্লগা অচৌবী মফি হোংদোকপা মাগী কাদা চঙখবে।

- মথন্তা শোল্লি "ইমায পেম্মা শাখবে শাখবে নুংশাসি। ঐদি নোং খবা মঙই হাযদুনা ছাটিন পুহৌদদনা লৱাযগী শম খবা হৌবিবসি কেনখিগদৌবগুম হেক শাই। মতমসিদি অদুঙৈ মণিপুবদু নত্তবে হৈ ইবেম্মা।"

প্রকাস কমলা শ্রেচিদু লাগী চামচনা শাবগা কোৎতুনা চামিনবি। চাবা লোইবে কমালানা ঈশিং পুশিলক্তুনা প্রকাস মখুৎ মশা হামদোকই। প্রকাসনা ফোটো অহুমদু অমুক পাইখৎতুনা যেংই। অমনা অমবু অহেনবা লৈতে চপ মাননা ফজে। মখোযগী চমজবা মওং মতৌ অদু ঙাযহাক মুন্না যেংঙুবগা হায়বকই -

- "ইবেম্মা মখোযগী ফোন নম্বব অসিদা মখোযগা অমুক্তা পাউ ফাওনকুগেবা?"

হবাওনা হাযববই কমলানা,

- "যাই কাকা। কদায মখোযগীফোন নম্ববদি ঐঙোন্দা ইবগা পীবকও।"

ফোন নম্বব প্রকাসনা ফোটোদু ওইনা পীবগা হাযবকই,

- "ইবেম্মা শে অসিদা ইবিবনি।"

- "কবি কবি হায়বীখো হাযবিনো কাকা ?"

- "নুংঙাইবিববা কমদৌবি! কবি খনবীবিবগে ঐখোয কাকা থোক্লক্লে, নখোযগী অবেপ্পা অমা অথুবা মতমদা শোইদনা খংহনলক্লগনি, অতৈ নঙনা হাযনিংবা খবা।"

কমলা মাগী কাকানা হায়খিবা ৱাহৈশিং অদু য়ামনখিদুনা কাওথোক্লদুনা অমুক হংলকই -

- "কাকা অমুক্তংগা হনবীবকউ।"

প্রকাসনা হন্না হায়বা তল্লদুনা চেদা ইবগা মখুত্তা পীবগা হায়বকই,

- "শে অসি য়েংলগা মথং মথং হংঙুকো।"

- "ওকে কাকা।"

প্রকাস তুমিন্না রাখলদা তাউদুনা লৈহৌই। কমলা মপাগী কাদা চগুদুনা ফোন তৌনবা নম্বব নম্বা হৌবকই। মতাং চানা মৌপ্পা বটন হৌবক্তুনা কমলাগী ফমুংদা তুন্নিবা বটনবু কোনখৎপীবমই।

মতমদুদা মপুসু মফি হোংদোকপা লোইবদুনা থোক্লকপদা মশুনুপীনা মৌপ্পা থেমদুনা লৈবদু উবগা হায়বকই -

- "ইবেম্মা নৌপ্পাদু অসিদা পুবকউ। কদায কদায ইশুগী অচাপোৎতু পুবকউ চেচে। মবম ওকপনি ইশুদি ইশ! ইশ!"

মশু অদু পল্লদুনা লৌহৌবে খেট্রি অদু তেঙ্গোৎ অমা হাপ্লদুনা চামচ অমগা ঈশিং থক্রবগা মপুগী মনাক্তা থাংজিন্দুনা থমই। অদুগা হাযবকই -

- "পুপু ঐ ফোন অমুক্তা তৌকখিগে য়েচিসি পুপুনা খবা ইনবিবো।"

কমলানা ফোন পনলকপদুদা মপুনা লাওবদুনা হাযবকই -

- "ইবেম্মা ফোন্দো অঙাং নখোযনা শান্নবা পোৎ নত্তে খংলব্রা মদো পৈশানি। ঙবাং ঙহান্তা বিলদা লুপা লিশিং অনি তাবন্লে হাযদুনা নপানা থিকবদা ঙায়বিবনি। নমান্নবী অমদসু পেং পেং। কবিগুম্বা অনম কন্দুনা তৌবম্বা থেংনববদি ঐদি নমাদা হেক্তা হাযাদোকদবনি খংলববা।"

মকোক হোৎলগা হৌগৎতুনা মখোয কাকা প্রকাসকী মনাক্তা চৎলগা তম্মুবে।

- "কাকা পুপুনা তৌগনু হায। কবিগুম্বা ঐনা অনম কন্দুনা মানা হাযবা ইন্দদুনা তৌবম্বা থেংনববদি ঐখোয মামাদা হায়দোক্তুনা ফুহনগনি হায়বকই।"

- "ঙাইখো ঐনা হাযববদি য়াগনি।" মপাবু কৌবদুনা হায়বকই,

- "পাবুং কমলানা ফোন খবা তৌহনবীবো ? ঐদি চৎথোক চৎশিন তৌবদা নুংঙাইত্রি। ইমান্নবা অমা অনীদা অকব্বা পাউ হায়হনখিগে তৌবনি।"

মপানা মচাগীনি হায়ববা অদুদা মশুনুপি কৌবদুনা হাযবকই -

- "ইবেম্মা তৌকুবো ঐদি নমান্নবীশিংদা হাযশিন্দুনা তৌগদৌবিববা খনলুবে।"

- "পুপু ইমাদা হাযদোকপীব্ববগনুকো।"

- "হোয় হাযদোকলোই তৌকুবো।"

কমালা হবাওনা ফোন নম্বব নম্নদুনা মিস মধুবালাবু হান্না তৌবমই। ফোন পাইবকই -

- "হল্লো কনা ওইবিববনো?" মধুবালা লৈবমদুনা পাইখৎলকই।

- "ঐ কমালানি প্রকাসতো ঐখোয কাকানি।"

প্রকাসকী মমিং তাবদা মিহুন ঙাইহাক্তংদি লেপ্পুবগুম তৌকই। হবাওনা নোক্লদুনা হংলকই -

- "ইবেম্মা নখোয কাকা ছুটি থোক্লকপা কযাম কুইববগে?"

মাগী কাকানা ইবা চেদু যেংলগা মথং মথং পাবদুনা হাযবকই -

- "নুংঙাইবিববা কমদৌবি ? কবি আশা তৌবিবগে? ঐখোযগী কাকা ছুটি থোক্লকলে। নখোযগী অবেপ্পা ইন্টিভিযুদু মথং হপ্তাগী ৫ নি পানবা নিংথৌকাবা নুমিৎ অসিদা শোইদনা তৌন্নবা শিন্নবি। যাবগদি নোংমতং কোইথোকপীবকউ চা কপ অম্মতং হাওববসু হাওত্রবসু থকমিন্নশি, ওকে।"

ফোন্দা শৈবেং থিবগুম মথং মথং হাযথবকপদুদা খুমফম খংদ্রদুনা হাযবকই -

- "হোয হোয।"

- "অদুদি অমুক থমজবগে।"

মধুবালা মথন্তা নোকখিবগী মখোল হাযফেৎ তাহৌই কমালা। অদুবু মথং তৌগদবা লৈবনিনা অমুক থাংগৎতুনা ৱাহং পাউহং তৌকদবে মধুবালাদা মথং নম্বব মুন্না যেংলগা অনিতা সেঠিদা তৌবমই। মহাক্তী থবক অমা চৎথোকখিবম্বনা মমানা পাইবকই -

- "হেল্লো কনা ওইবীববনো?"

- "অদোম কনা ওইবীববনো?"

- "ঐহাক অনিতা সেঠিগী মমানে কবি তাকপীগদবনো ? ইবেম্মা হাযবীবকউ ঐহাক মাগী মফমদ' অদুম তমজগে।"

মমা ওইবম্বদুদা ব্রাবী মখা শান্নাবা তল্লদুনা কমালানা মমাদুদা হায়বকই "মশা লৈত্রবদি থমজবগে।"

ফোন থমথস্ত্রে। মথং প্রিয়াগী ফোন নম্বব নমদুনা তৌবমই। মতাং চাকদুনা মশামক্তা পাইখৎলকই। অদুগা হংলকই -

- "হল্লো কনা ওইবীববনো ?"

কমলা চেদা ইবকপদু য়েংলগা খুন্নকই -

- "ঐহাক কমলানি। প্রকাস ঐখোয কাকানি।"

প্রিযা হবাওদুনা মমিং মবক্তা য়াওবকখিবা অদুদা হবাওদুনা হংলকই -

- "ইবেম্মা নখোয কাকা ছুটি থোক্লক্লে হাযবা ?"

- "অহোয়, মহাক্লা হাযবিবা অদোম নুংঙাইবিববা কমদৌবি ?"

- "নুংঙাইবি হায়না খবা তস্বীযু।"

- "কবি আশা তৌবিবীবগে ?"

- "আশা হাযববু নখোযগী নন্দোমচা ওইন্ননবা ফেংজবি হাযবা তাবে হা।"

- "ঐখোয কাকা ছুটি থোক্লক্লে।"

- "হোয় তাবেনে। মখাদি?"

- "নখোয ইন্টভিয়ু অবোইবদো মথং হপ্তাগী নিংথৌকাবা নুমিৎ অসিদা শোইদনা তৌননবা শিন্নবি।"

- "হোয় হোয। মখাদি ?"

- "নোংমতংদি হাওববসু হাওত্রবসু কাকাগা চা কপ অমমমতা থকমিন্নশি।"

- "অদু ওইববদি হযেং হেক্তা লাকচবগে য়ুমদা লেংদনা লৈবীবম্মুনা খবা হায়বীয়ুকো ইবেম্মা কাগনু, ওকে।"

- "ওকে, থেঙ্ক যু।"

ফোন থন্নগা ফোটোশিংদু পুবক্লগা প্রকাসতা খুৎশিন্নৈ। প্রকাসনা মখোয়না পীবকপা পাউখুমদু তানিংবনা লাংতক্লদুনা কমলাদা হংলকই,

- "ইবেম্মা মখোয়না কবি কবি হাযবক্লীবা ? মখোয় অহুমমক উন্নবকপবা?"

নোকমি নোকমি তৌবদুনা চংলক্লগা হায়বকই -

- অহানবদা মধুবালাদা তৌএ অদুদা কাকানা ইবশিংদো অমতা চিংথদনা হংজিনবদা হোয় হোয় হায়বল্লগা তোকখবে।"

প্রকাস কমলাগী পাউদমদুদা নোক্লিংবনা হেনমনখিদুনা হৌনা নোকথোক্লকখি।

- "হা ! হা ! ফোন তৌববু অদুম্না তৌন্নববো পংখবেদা ইবেম্মা নহাকশে চাউগদবা য়াম্না ৱাৎলিদা। শৈবেং থিবগা চপন্নবল্লগনি।"

কমলানা খুম্লকই ,

- "কাকানদি অদুম্না হাযননবা চেদা ইবগা পীবক্লগা ঐবু অপঙবা তাহনলি।" কমলা ৱাবৌখবে খংলবদা থেন্নদুনা হাযবকই -

- "হোয যাবে অতৈ পাউ মখাদি কমদৌবা ?"

- "অতৈ পাউ মখাদি মাগী নোকখিবগী খোঞ্জেল খজিক্তং তাহৌই।"

- "অদুদগী ?"

- "অদুদগী মিস অনিতা সেঠিদা তৌই। মহাক্কীদি মশা লৈবমদে মমানা পাইবকই।"

- "অদুদগী ?"

- "অদুগী মতুংদা মিস প্রিযাদা তৌবে, মহাক্তি মশামক্লা পাইবকই। অদুগা হয়েং হেক্তা কোযজবক্লগে হাযবকই।"

- "ও ! য়াম্না নুংঙাইবে।"

মোন মখাদগী লুপা৫০ গী নোট অমা লৌথোক্তুনা পীবমই - "ইশ খুশি পবশে, লুপা ৫০ সি পুবগা থমস অপ নৎত্রগা পেপশি বোটল অনি লৈকুবো থকতোকশি।

পৈশাদু পায়বগা মহাক্কী সাইকল ইপ্পোক্তুনা দুকান চৎখিবমই। প্রকাস ৱাখলগী দুনিয়াদা তাউদুনা লৈহৌই।

". মবাইবক খীববী বানিবালা কমদৌহৌবিবা ? মহাক্কী পুক্সিদি অমুক হন্না মুৎলবোইদবা দাক্লা মচু তবেৎ থোক্লা শঙখ্রবনি। শোইনাইববা পুক্সি অদুদা অমুক মুৎলবোইদবা দাক অমা . ! তান্নবা লমদম অদুদা ...। কবিগীদমক্তনো ঐহাক্কী ইশক যেংনিংদ্রিবা ? ঐহাকসু মহাকুম্না শোইনাইববা

পুন্সিনি। ঐহাক্না মহাকপুদি ইশ্লোকখিবা লৈতে ? কনানা মঙোন্দা ঐহাক্কী মবমদা কবি হায়জিন্দুনা অদুক ৱাবৌখিবা ঐদি খঙদে।

মতমদুদা মপানা হংলকই -

- "ইবেম্মা কমলা ননাওশে শান্নববো লাওনহে। ঐ ঙবাং শাহনলম্বা নঙ কাকাগী চৈশুদু নুংশা নেমথবকপসিদা লৌশিনবীকগে।"

প্রকাসকী মংলান কায়খবে। মহাক্না কমলাবু পাউখোন ওইনা থাখিবনিনা খুন্নকই -

- "কমালা দুকান থাখ্রিয়ে, পাবুং।"

- "কবি লৈবা থাখিবা ?"

- "ঐনা অঙাংবা থক্লীংদুনা পেপশি অনিদং লৈকনবা থাখিবনি। ইবুংঙোদো অসিদা পুবীবক্নো।"

মপানা বটনবু মনাক্তা পুবক্তুনা থমই। বটন্না মাগী চান্নবা থন্নীবা অচাপোৎশিং পুথোক্তুনা পিজৈ।

মপানা হায়বকই -

- "হিদাক মতম চানা চাদুনা নশাদো ফগৎন্নবা হোৎনৌ। ঐ ঙবাং শাহল্লম্বা নঙগী চৈশু অদু লৌশিল্লুখিগে। পৈশাবু কয়া লৌগে হাযবক্তদৌবিবনো খংদে।"

প্রকাসনা লুপা ৫০০ চৎপী নোট অমা পীবদুনা হায়বকই -

- "পাবুং পৈশাশি অচোইবা লৈতবে মসিদগী ওইনা পীবিবম্মো।"

মপা অচৌবী পৈশাদু পুদুনা মপান্দা থোকখবে।

মচানুপা প্রকাস বটনগা ফম্মীন্দুনা লৈহৌই। বটননা টেবলদা লৈবা ফোটোশি অদু উবদুনা মাগী কাকাদা হংলকই,

- "কাকা ! ফোটো অমুক্তা য়েংগে।"

টেবলদগী ফোটোদু লৌবদুনা বটনদা য়েংহনলমই। অদুগা হংলকই,

- "ইবুংঙো ফোটো অহুমশিগী মনুংদা কবম্বনা খ্বাইদগী হেন্না ফজে ?"

মুন্না য়েংলগা বটননা হায়বকই,

- "মসিনা খ্বাইদগী হেন্না ফজে কাকা !'

প্রকাসনা ফোটো অদুগী মনমদা য়েংলগা মমিং পাকুবদা মধুবালা ওইবমলে মহাক্না লৌবগা কমপিয়াব তৌবমই। য়েংবগী পেনবা নাইদ্রবা মায়থোংনি। পুক্নীংদা মওন মওন খলকই।

ঐ মখোয় অহুম্মু কবম্মা মওংদা ইন্টুভিয়ু লৌশিগে? মখোয় অহুমমক ঐগী ওইগে হায়বদি য়াবোয়। ঐবু হযেং ফোন তৌবগা প্রোগ্রাম চৎলুশিবা? রাখলদা মওন মওন খনবা হৌবকখি। মখুদাং থাংগৎতুনা য়েংলুবদা পুং ৩ ৩০ তাশিনখিবন্নে। হিদাক চাবগী মতম হেন্দোক্লমলে। খুদক্তা হিদাকশিং অদু মতম য়েংলগা চাবমই। মনাক্তা মতৈমনা বটলদা হাপ্তুনা থন্বীবন্নবা ঈশিং গীলাসতা হৈদুনা থকচিল্লমই।

মনাক্তা ফল্লিবা বটননা অঙাং ওইবগী খংদ্রদুনা মাগী কাকাদা হংলকই-

- "কাকা ঐসু খজিক্তা চাগে ?"

প্রকাসনা মঙক হাযবদুনা নোক্লগা হাযবকই -

- "হুম ! মসিদি ইবুংঙো নঙনা চান্নবা মিঠাই নত্তে। হিদাক্কি অখাবা। নঙনা চানিংলবদি হুবেল চেচে লাক্লগা মসিগা হাযফেৎ মান্নবা গুলি মিঠাই লৈহনলুগে অদুগা চাউকো যাববা ?"

অঙাংদুনা মঙক নোন্নদুনা হাযবকই -

- "উম যাই।"

মতমদুদা মচে দুকান চৎলুবা হলক্তুনা মাগী গাডী ইনশিন্দুনা থমখি। অদুগা চেখাওদা থমস অপ লিক্কি অনী হাপ্পদুনা প্রকাসকী কাদা পুশিল্লকখি। চঙলকপগা হায়বকই-

- "কাকা শেল অচোযবা লৈত্রদুনা মীঠাই ওইনা অহুম হাপ্লগা পৈশা অসি হল্লকই।"

প্রকাসনা পৈশাদু লৌশিল্লগা হাযবকই -

- "যাবে যাবে। মিঠাইদু ইবুংঙোদা অনী পীবো অমদুনা নহাক চাজবো।"

থমস অপ লিক্কিদু মখোযনা পুথোক্তুনা মখুম হাংই অদুগা থকপা হৌই। মচিন মৌপ্পানা গীলাসতা যেন্নদুনা থকমিন্নে।

নুংশাগী মৈশানা খবা নেমথবকপনে মমান্নবীশিংনা কোম্থোংদা শান্নদুনা লৈহৌবনে মাগী কাকাদা হাযজবকই,

- "কাকা ঐখোয় কোম্বোংদা ঙাইহাক্তা শন্নজকবগে।"

প্রকাস নোক্লগা ফাগি তৌবকই -

- "নখোয় শান্নবা চৎনিংলববো ?"

বটন্দা ওনশিন্দুনা হংলমই। বটননা মঙক নোম্লদুনা হায়বকই -

- "কাকা চৎনিংঙে।"

নোক্লগা মনঙ্গলদা নুংশিনা নানবীবগা হায়বকই -

- "নঙদি কবিগা শান্নগদৌবিবা ?"

মখুৎনা ঈঙ্গিৎ তৌবদুনা হায়বকই,

- "তাক, থোম্বা ক্রিকেট! ঐখোয় মামিনা লৈবিবকপা লৈযে। মদুগা শান্নগদৌবিবা।"

নোক্লদুনা হায়বকই,

- "ও ! অদুদি ইবেম্মা ইনাওশে ননাক্তা উকমদা শান্নহল্লুকো।"

- "হোয।" হায়দুনা মৌপ্পাবু পন্নগা মপান থোকখবে।

মখোযনা শান্নবা চৎথোকখিবদা ইচিক চিকহৌই।

প্রকাস ঙাইহাক ফমদুনা ব্রাখল ভৌকবদা খঙহৌদনা থৌবাং অমা নীংশিংলকখিবমই। থৌবাং অদুমক থবক ওইনা পাঙথোকলগে হায়না পূক্লীংদা চপ যুংনা লেপ্লম্মী।

ফোটো অহুমদু যেংদুনা অশুম লৈবম্মদগী প্রকাস মঙলানগী সংশাবদা তপ্লা তপ্লা চিংথোকখবে।

অঙকপনি মঙলান হায়বা অসিমক তাইবংদা থোকখিবা অমসুং তুংদা থোক্লকদবা থৌদোক কয়া মাংজৌননা উহনবীবকপসু য়াওই। অঙকপা, অকিবা, নোক্লিংবা, অৱাবা, নুংঙাইবা পুম্নমক মতম মতমগী ওইনা অঙকপা তাইবঙ শংশাব অমা তোঙান্না লৈবগুম উহনবা ঙমই।

মসি ঐখোয তাইবঙ মীওইবতা নত্তনা থৱায পানবা ব্রাখল খনবা ঙম্না খুদিংমকশু মাগী মাগী পুন্সি মবেল অমমদা মঙলমগনি। কৈ, নোংশা, শমু, শজি, শওম, যোং, জেব্রা জঙ্গলদা লৈবা শা কয়া অদুগা যুমদা তাইবঙ মীওইবনা যোক্লিবা ষন, ইবোয, হুই, উটনচিংবা কযাশিং মখোযস ঙাইহাক্তং পোত্থাবিঙে

মখল মখেল মগুলান্দা তাউবমগনি। খল্লুবদা নোক্লিংবা তাইবগু লিলানি। হিংলিঙৈ শংশাব অসিদা ঙাইহাক্তং মখল মখেল।

কোম্বোংদগী যাম্না নাল্লবা ভান অমা থৌজিল্লকই। শঙ্গোয় মনাক্তা খামই গাডী অদুদগী ঙাংলৈনবা স্টাইলগী আনোক অমা উপ্লদুনা চোইজানববা শল্লাংনা মলাংদা পায়বদুনা নোকমি নোকমি তৌববা মায়থোংনা প্রকাস লৈবীবা কা তম্না চংশিল্লকই।

প্রকাস থোংনাউদগী য়েংথোক্লকপদা মধুবালা গাড়ীদগী কুমথদুনা চগুলকপা উবমই। হান্নদগী ফি শেৎতুনা লৈবম্বনা খুদক্তা মপান থোক্লক্লুনা তবাম্না মখুৎ তিংথোক্তুনা ওক্লমই।

মধুবালানা মখুত্তুদা পায়বগা মাঙ্গোল কাখৎমিন্নবক্লমই।

- "ৱেল কম, মিস মধুবালা।"

- "থেঙ্ক য়ু।"

নোক্লদুনা কা মনুংদা চগুলগা ফম্মিনবমই। প্রকাসনা হৌগৎলগা হায়বকই,

- "এক্সকুয়জ মি, ঙাইহাক্তং ফম্নীবম্মুকো।"

- "থেঙ্ক য়ু।"

চাকশংদা চংগুক্লগা যেকম থমফমদগী যেকম ৪ লৌথোক্লগা ওমলেট হৌবমই। শঙ্গোম গীলাস অনি খুদক্তা শেল্লদুনা পুবক্লমই।

এলবম যেংদুনা লৈবম্বা মধুবালা খুদক্তা শঙ্গোম, ওমলেট প্লেট অনী হৌবদুনা পুশিল্লকপদা ইগুক গুক্লমই। মমাংদা সাইড টেবল থাংজিলক্লুনা মাযগা মাযগা ওনশিন্নদুনা চাবা হৌবমই। চানা চানা হায়বকই -

- "মী কনা অমতা লৈত্রবদি ঐঙোন্দা হায়বীবকপা যাবনি।"

প্রকাসনা নোক্লদুনা পাউখুম্লকই -

- "এ ! মসিদি ঐগী তৌফম থোকপনি হয়েং কোন্নগীনা কোন্না।"

- নোকফেৎ তৌবগা মধুবালানা হায়বকই "থেঙ্ক য়ু।"

- "পায়বশি।"

- "ওকে।"

মধুবালানা চানা চানা হায়রবকই -

- "অদোম্না ঙবাং ইবেম্মা কমালাদা ফোন তৌহনলকপদু ঐদি ইমান্নবী অমগী থবক অমা চৎমিন্নগদবগী ফি শেৎতুনা মপান থোকউববনি অদুবু ফোনগী বিং মখোল তাবদা অমুক হঞ্জিলদুনা পাইখৎলুবদা নহাক্কী ওইবমদুনা ইমান্নবী ঙাইহাক ঙাইহনহলন্নবনি। অদুগা মহাক্তী অদোম্না চেদা ইদুনা পীবীবকপা চে অদুমক্তগী কোপী তৌদুনা শৈবেং থিবগুম পাথবকই। ঐদি ইথস্তা নোক্লবনি।"

প্রকাস খম্বুক্কবদা নোক্লিংলদুনা হৌনা নোক্লগা হায়রবকই -

- "ওকে। ওকে। ঐঙোন্দা মহাক্লা তন্নম্বনি। সোবি ঐহাক্লা তৌগবদা অঙাংদা পাখোন ওইনা তৌহনখিবগীদমক।"

- "মবক থৎনা ব্রাহং অমতং হংজগে ব্রাবৌবিগনুকো।"

- "এ: কবিগী ব্রাবৌকগদৌবিবা তাকপীয়ু।"

- "অদোমদি ঐনা অমদি ইতৈম্মা পাবুং তামোনা খনগৎলবা থব্রায়গী মবেম্মনি।"

- "অচুম্বগী ?"

- "অচুম্বগীনি।"

- "অদু ওইবদি হংদ্রবসু যাবে। ব্রাফম অদুগী মবমদা হংজগে তৌবনি। থেঙ্ক যু মাই দিযাব, I love you very much লাকও হৌগৎলো ঐগী গাডীশিদা ঙসিদি চৎলসি নুংঙাইববা ফিলম অমা যেংমিনক্কবশি হোলদা।"

মখুৎ পাইদুনা কোইনবা ব্রাখল থমদনা মশামক্কীনি খঞ্জবগা চিংদুনা পুখবে। গাডী মনাক যৌবক্লে। মমাংদা ওইগা যেৎকা ফম্মিন্না শুমাং অদুদা মমায় লৈবগা থোক্লকপদা প্রিযাসু মাগী গাডী ভান অমা তোংলদুনা থোঙ্গালদগী থৌজিলক্লে। মধুবালানদি গাডী খামদনবা হোৎনবি অদুবু প্রকাসনদি লাকপীনবা কমলাদা হায়হনখিবনীনা মধুবালাদা হাযজবকই -

- "প্লিজ মধুবালা অমুক্তা খাম্বীযু ব্রাহৈ অমতং হাযবমদ্রবদি ঐহাক্কী ইজৎ লৈববোয়।" ব্রাহৈ অদুমক অবেম্বা তাববদা তৌফম খংদ্রদুনা থোংনাওদগী মকোক থিন্দোক্লগা হায়বকই -

- "হেল্লো প্রিয়া ব্রাবৌবীগনু হযেং ওইনা লেঙবীবকও।"

ব্রাহৈদু তাববদা মিস প্রীয়া খুদক্তা গাডী মমায় লৈবদুনা তান্নবক্লমই। খবা অবাপ্পদা অনিতা সেঠিসু মবুং বনজিৎ সিংহনা স্কুটব অমদা পুবদুনা লাকপদু উবমই।

হৌজিক কবি তৌশিগে মিষ্টব প্রকাস খনফম খঙদবে।

" হা উবোক তুনানবী
মাংদনা লাং
তুংদনা তেন
কমদৌসিগে নহাকপু
লুখবে মতাংশে।"

প্রিযাগী ব্রাখল কবি খল্লিবা গাডী নক্কা থৌজিল্লক্কুনা তান্নবক্লী।

প্রকাসনা পুম্নমক শোইনবা তাবে হাযদুনা মধুবালাদা অমুক্কা হন্না হাযজবকই -

- "প্লিজ মাই দাবলিং। অমুক্তা খাম্বীযু মাংদা লাক্লীবসি অনিতা সেঠিগী মবুংনি ঐবু উবগা কৌনদনা নাথৈদুনা চৎথ্রবদি মহাক্কা কবি খনগনি। প্লিজ।"

প্রকাসনা যাম্নমক হাযজবক্লবা অদুদা উপায লৈত্রদুনা গাডি খামই। তুংদগী প্রিযাসু গাড়ী থৌগৎলক্লগা নাকন্দা খামই। মাংদা লাক্লীবা স্কুটবসু খামই।

প্রকাস উবদা বনজিৎ সিংহ হবাওনা হাযবকই -

- "হেল্লো প্রকাস। সসিবিকাল।"

প্রকাসসু নোক্লদুনা খুম্নকই -

- "সসিবিকাল মেজব। কি গল হৈ ?"

- "গল চঙগা হৈ। হৌজিক নহাক কদায চৎলুগদৌবিবনো? ঐদি ইচল পুদুনা নযুম যেংনবা পুবক্লীবনি।"

- "ওহ! সোবি অদুদি কমদৌনি। ঐদি অকুবা থবক অমগীদমক যুমদগী থোক্লক্লবনি। হযেং ওইনা লাকপীবো। মবক থৎতুনা প্রিযা গাডীদগী কুমথবক্লগা হাযবকই

- তামো লাকচবিবশি যুমগী অচিনবা থবক কযা কাযথোক্লগা ঙবাং তামোনা অঙাংদা ফোন তৌহনলকপদুদা পুম্নমক কেনশেল তৌবম্লগা লাকচবিবনি।

তামো ওইদবা ঙাংবীগনু। গাডী মনুংদা ফন্নীবী মধুবালাখত্তুনা হায়বা ইনবীগদবা নত্তে। হৌজিক মহাক্কী ওইদ্রিবনি।"

মধুবালা গাড়িদগী কুমথবক্লগা য়াম্না শাউনা চংশিলক্তুনা প্রীয়াগী মখুৎ পাইবগা হায়বকই।

- "কবি নঙগী ব্রাবি শান্নফম থোকপা অদুম শানগেদি হাযদ্রদুনা ঐগী মিং অমুক নপশিল্লগা৷ তামোদা হু কাপশিল্লি।"

য়াম্না শাওবিবা প্রীযানিনা মখুৎ অদু কনথোক্তুনা মুন্না যেংলদুনা হাযবমই

- "হায! নঙ ঐ কনানো মশক খংববা ? নশম অশাংবদু পাইবগা লম্বীশিদা হাযহৎলম্মুবা।"

- মখ্বাং মেৎলদুনা চঙশিল্লদুনা মধুবালানা প্রিয়াদা চাগদবগুম যেংলগা হাযবম্মী "ঙন্নবদি হায়হৎলম্মুনে শে !"

মখোয অনী শাওবনা মৈ হৌখিবনা প্রকাসকী মমাংদগা ওইবনে ইকায নুংশি য়ান্নখবে। শিবা নাবা খংদবে।

শাংলবা মশম পাযদুনা চিংগে তৌবকপদা মহাকসু প্রীয়াগী মশম পাযবনা হানখিবনা মশম ফোইনবা হৌখবে।

নুপী ঙাক্তা খৎনবনিনা নুপা ওইবা মখেদি ঙাযহাক তৌফম খংদনা যেংউবগা যেংবদা নুংঙাযজদ্রবা বনজিৎনা প্রকাসতা ওনশিন্দুনা হাযবকই -

- "অবে প্রকাস মখোয অনি খৎনবে কমদৌনি নহাক্লা খবা খাম্বীযু।"

প্রকাস অমগীদা মনাক্তা চংশিনদুনা হাযজৈ,

- "মধুবালা প্লিজ।"

অমগীদা মনাক্তা চঙদুনা হাযজৈ -

- "প্রিয়া প্লিজ।"

খামফম খংদবে। মমৈথংদা বনজিৎ সিংহনা মচননুপী অনিতা সেঠিদা হায়বকই -

ইবেম্মা নঙনা খবা মখোয অনিবু খামদোকপীবো। মশম ফোইনবদা মকোক্তা মশম অমতা হৌববোই মক কোক্লগনি। ঈহিং নাহিং শাবগনি। চৎলো চৎলো য়েংদুনা লৈবগনু। লেপ্তুনা ফোইনবম্বদগী ব্রানবক্তুনা ফমখবে। লম্বীসু

নোং তাখিবগী ঈশিং লৈবিবনি লৈখোম মবক্সী। অকবা ফিবোল পুন্নমক অশাউবনা হেনমনখিবনা লৈখোম লৈনাং খংদবে। অঙকপা শক্তম ওইখবে। অনিতানা প্রিয়াগী মখুৎ লৌথোক্লবা হোৎনবি। প্রকাসনা মধুবালাগী মখুৎ লৌথোক্লবা হোৎনৈ। যাম্না ৱানা হোৎনববা মতুংদা তোংঙান তোংঙান খাইদোক্লবে। ফুইনা ফুইনা শ্বোব হোন্নবি মচিন্না অকনবা ৱা হায়নদুনা চিনগী লান অমুক হৌনবে।

প্রিয়া - "হিংচাবী।"

মধুবালা - "হিংচাবীদি নঙনিনে। কোৎচাবী ?"

প্রীয়া - "কোৎচাবী নঙনি। কললেনে নঙ মঙায়বেনে। অমুক কাওবা লোইগদবা নঙগুম্বনসু মীগী শম ফোইবা শাই।"

মধুবালা - "কাউবকও য়েংগে, অঙাওবী মীঙন্বী। নমা নপানা ৱাবক্তবী।"

ৱাফমদুদা মৈ হৌগ্রবী প্রীয়ানা চোংশিন্দুনা কাওবকপদা ফজনা মধুবলাগী মবুক্তা পানখবে। মতুংদা লেপ্লমবা প্রকাসতসু কাউবকপগী ফোর্স অদুনা পুখ্রিদা মখোয় অনিমক জম লাওনা তাশিনখবে।

মতমদুদা প্রকাস পাখৎনা লাওবদুনা মীকপ থোক্লকই - "হায় ?"

হৌনা লাউবকপা খোঞ্জেল তাবদা মপা অচৌবীনা মচাগী চৈশু পুবকপদুগা কৈদৌবগে হাযদুনা চেনশিনলকই। থোংজিন্দা মশুনা শান্নগে হাযদুনা পুথোক্লুবগা পুদুনা চৎখিদ্রবা ক্রিকেটকী বেট অদু ফৈনা তাদুনা লৈবন্মী। অহল ওইববা মপুনা অঙানবদগী চংলকপদা উখিদবে লময়াইদা খুবৌ থাংদুনা পদ্রাক তুশিনলে। মচিন্দা তুশিল্লবনিনা লাউবকই -

- "হায় বাম ! অযো ! ইশ ! নাখবেদা ! অঙাংশিংশিদি ফৎখিদবেদা কবিনোনে লাং থাক্লুনা থনন্নীবা। ফুগেদা হায মাগী মচা লমহেনবশিংদো।"

মাদুনা য়েংলুবদা মশুনুপা বটনগী ক্রিকেট বেটতু ওইবন্নে।

প্রকাসনা অফিং অফায মপা তুখিবগী মখোল তাবকপদুদা শেক্লবসু চেনশিনলক্লুনা মপাবু হৌগৎপীবন্মী।

মচানুপানা কবিসু তৌবমদনা লৈবন্না অদুদা মপা অচৌবীদু শ্বোব চনিং তানা হোম্বুজে অদুগা হবি নাম শোলকই।

- "কৃষ্ণ কৃষ্ণ দশা অমা হৌখবে, শে শে নঙগী চৈশু হায়বদু মখোক্তী নঙনা পামজবা মওংদু হাপ্পবা হোৎনবদা খবা থেংদোকখবে পাইবদা নুংঙাইববা য়েংউ।"

মচানা চৈশুদু পাইদুনা য়েংলমই। মানা পামজবদুমক শাবীবকপা অদুদা পেনখ্রদুনা মপাদা হায়বকই -

- "পাবুং পৈশা কয়াদি হায়বকই ?

মপানা ফুবিৎখাউ হুমলদুনা পৈশা লৌথোক্কদবগী মাবা হৌবকপদা হায়বমই- "অদুম হাপচিঞ্জবো পাবুংগী খবচ ওইনবা।"

মপানা হবাওনা মখোং য়ৈশিনখিবদু নাল্লাগা হায়বকই,

- "নুংঙাইবে ইবুংঙো নপাসু হন্দক মবকশিদি খবচ লৈত্রদুনা ঙাওকববনি।"

মপানা হবাওজবা উবদা মবুক্লিং পেঞ্জববা প্রকাস মহাক্কী কাদা অমুক হঞ্জিলদুনা চঙখি।

মপানা হংলকই,

- "কবিগীনো নঙনা অদুক কন্না লাওবক্লীবদুনা তুমথক্ববববা?"

- "মঙ ফত্তবা অমা মঙলুবা অদুদা লাওখিবনি।"

- "ও ! নশাদু লোংনা তুন্নগা নখুৎনা নথবাক্তা শোইদনা থনল্লগনি অদুননি।"

- "হোয় অদুম্না তুন্নল্লগনি।"

মখা তাথনা অচৌবীনা হংলকই -

- "অঙাংশিংদি ?"

- "ঙাইহাক্তং শান্নজকগে হাযদুনা থোকখিবনি। কোম্হোংদকা লৈবমগদবা? ঐসু তুমথক্ববনিনা খঙদবে।"

- "লৈবল্লগনি, অদুদি ঙাইহাক শন্নজবশনু।"

মখোং শেক শেক্কুনা ফমেন্দা ফমখবে মখুবায় য়ৈশিনখিবদু তপ্না নাল্লি। মথন্তা শোল্লি। ...

- "ইম্হোকপা হাযবদুনি পাঙ্গলশি খুদি থিদুনা তুশিনলবা মতমদতা ইথন্তা খঙজবকই। ইপাঙ্গল ফবা ওইবল্লবদি আক থিনা তুশিনলমলোইদবনি। ইম্হোকপা হায়বদুনি। অশুক য়াংখ্রবা অঙাংগী চৈশু মচা অসিদা অচৌবী ঐগী প্রাণ থাগে তৌবম্মী।"

মথন্তা খম্নুকবগা নোক্লিংবসু ফাওবক্লি। মতম অদুদা ইমুংদগী মচানুপা প্রকাসনা মপাবু কৌবদুনা হায়বকই -

- "পাবুং! পাবুং। অমুক্তা চঙবীবকও।"

মখোঙ নাল্লম্বা তোকই মশা চৈশু মচাদুদা ঙাক্লৌ ওইবগা হৌগৎলদুনা চংলকই। মোড়াদা ফন্মী অদুগা মচাদা হংলকই -

- "কবি হায়নিংবগে নঙবো ?"

প্রকাস ফন্মুংদা ফমই থোংনাওলোমদা যেংঙুবগা হায়বকই -

- "পাবুং ঙসায় ইতৈমনা পিবম্বা ফোটোশিংদো নচাসু যেংজবে।"

- "কমদৌই ?" য়াম্না খঙনিংনা মচানুপাদা অচৌবীনা হংলকই।

মচানুপা প্রকাসনা খুম্লকই -

- "অহুমক পাবুং ইতৈমা তামোনা খনবীবক্লবনিনা ঐসু অদুমক য়াই হায়জবা তাবে। মখা তাবকপা নচাগী মোৎতি লৈকায অসিগী মীওই কনাগুম্বী কনাগুম্বা অমত্তদসু ঐগী হকচাংগী মবমদা অমতা হায়বীকবগনু।"

- "অদুবুদি নঙনা লৈকাযদা কোযথোক্লুদ্রবনিনা কনাসু খংলমলোয়দা !"

- "খংদবদুনা ফৈ। মবমদি হন্দক্কী অবোইবা ইন্টুভিযু অসিদি নচা মিৎতাংবগী বোল লৌদুনা থোকচবা তাবে।"

- "অদুদি কবমাযনা তৌগদৌবিবা ?" খংদবনিনা মপানা প্রকাসতা হংলকই।

মচানুপা প্রকাসনা খুম্লকই -

- "নুমিত্তুদা তৌগদবা থৌওংশি ঐনা ইতৈমাদা চেদা ইদুনা পীজ্রবগে। পাবুংদি শুপ্নতগী ঐগী যেৎথংবদা ফমদুনা লৈবীবো। হুবেল কৈন্যা অহুমদুনা প্লেট ফোর্ম মথক্তা কাখৎলকপা মতমদা পাবুংনা ঐবু ঙাকলৌ ওইনা লৈবীয়ু। ঐসু ওইথংবা খোংদি যাদবনিনা চৈশু অসিনা ঙাক্কুনা লেপচগে। মাইক্রফোন্দা ঐগী ইবমদা ব্রাহৈ খবা হাযহল্লগা কৈন্যাশিং অদুনা মা মাগী ব্রাখলগী মতুং ইন্দুনা অঙৌবা কুন্দোগী পবেং অদু হুকচগনি।"

মচাগী ব্রাফমদু মপানা যানিংদদুনা হায়বকই -

- "ইবুংঙো মখোযদি মমিৎ তাংগেবা মখোং তেক্কেবা ইপুবোইবা অমতং ফংজববদি হাযদুনা লৈববা ঙাক্তনিনা অহুমক লৈবাংদু পাইবগা হুক্কে হায়না

চংশিনলক্লবদি মীয়াম মমাং অদুদা তাশ্লোকপসু ঙমদা ইবুংঙো ব্রা কায়নগনি। যুকশে কলি যুক্তি ইকায় ইকি খণ্ডনদ্রবা। ব্রাফমদু নপাদি য়ানিংদেবো।"

মপাগী মবুক্রিং থেমজিল্লদুনা হায়বকই -

- "পাবুং ! শোইদনা য়াগনি। কলি যুক্তা দ্রমা অসিমক শোযদনা তৌফম থোক্লীবনি। খোংতেকপা মিৎতাংবা শোইনাইনাইববা পুক্সিবু নুংশিবীবা মীওইদি পাবুং কলি যুকশিদা য়াম্না তাংলবনি। মখোযগা ঐগা উন্দুনা পুক্লীংগী ব্রাফম ফোংদোক্লখিবসু লৈতবনিনা ঐবু নুংশিবা ঐগী পুক্সিবু অৱাংবা থাক্তা পুখৎপীগে হায়বা পুকচেল চাওবী যুক অসিদা খবা তাংগনি। পবিক্ষা অদুমক নচানা লৌজবা পামই। মীযাম্না কুম্মৈ অদুম যেংজশনু নোক্কেবা কপকেবা?"

ঐহাক্না গীতাবু থাজে, কুবানবু থাজে, বাইবলবু থাজে ধর্ম্ম অহুমগী গুরুনা শোনবগী দবকাবসু লৈতে। মখোযনা হাযবিবা লাইবিকশিং অদু মচিন্না শোনবগী মহুৎতা মখুৎনা পাইবগা অশিবর্বাদ ওইনা পীবীবকপদো অদুখক্তং পামজে অবোইবদা পাবুং, তামো, অমসুং ইতৈমাগী নুংশিববা ব্রাহৈনা অশিবর্বাদ ওইনা পীবিবকপনা থৌবম অদুগী অবোইবা পন্দুপ ওইহঞ্জনিংই।

মখা তাবদি মতম ঈশৈনা অহিং অদুমা কৈবোল লৈকায ইচিন ইনাওশিংনা নুংঙাইনা তাজবসনু।

অউন পোৎকী চবাংনবা পামজদে। মীঙোন্দগী পোৎপাং লৌবসু পামজদে। ব্রাফম অসিনি পাবুংদা থমজনিংঙিবা।

মকোক হোৎলগা হাযবকই -

- "অউনপোৎ লৌদ্রবসু পোৎপাং চৈবাংদি লৌনিংই নপাদি। কবিগীনো হাযবদা নপানা ইচাগীদমক্লী হাযদুনা নমান্নবা, ইমান্নবা কযাগী লুহোংবদা চৎতুনা পুং ঈশৈদা শেনসু থাকই পোৎপাংসু ২০০/৫০০ ঙাক্তনি পাংলুবিবা। মদু হলকফম থমদ্রবদি ইপাদি মাংজৈনে।"

- "পাবুং শেলদি তাল্লগা ফংবনি ইজৎতি তাল্লগা ফংদে। শিৎতোখ্রবা তিনদো ঐগীনি হাযদুনা নচাদি অমুক হন্না যোৎশিন্নীংবগী ব্রাফম নচাদি পামজদে। ব্রাখল চাওথোকপীযু।"

- "খংদবে ইবুংঙো নঙনা থোকপা তৌবো। ইপাদি নোংমা নোংমগী অশুম শোঞ্জিলক্কদৌবিবনি। সেবা সেবী তৌবিগদবদি নখোযনি। হাযদি হাযবীগে নখোয নতৈমাগা নয়াম্বগদা হুবেল থবক হলকপগী অদুদা। য়াববা অতৈ ব্রাফমদি?"

- "পাবুং যাবে ! ব্রাফম অসিদং তামোগা ইতৈমাগদা মযেক শেংনা লিদুনা তাহনবীযু।" মৌপ্বাবু পোশিল্লগা মতমদুদা কমালা কাদা চংশিনলকই। অদুগা মবুবোক্তা হায়বকই -

- "পুপু ! পুপু !"

- "কবি হায়বগে ইবেম্মা?"

- "ঐখোয কাকা কুমাবদো মাবোটি ভেন অমদা টেজপুবদগী লৌকবে হাযদুনা ময়াম লাংনহৌই মদু য়েংঙুগে?"

মপুনা লাউহৎলদুনা হাযবকই -

- "হায ঙাওববা নখোযবো হা ! মী ব্রাখল চোইদনা আ অসামগী পাগান খানা টেজপুব হাযবুদা থা ৩ /৪ পুদুনা লাইযেংলুবদুবু নখোযনা লিলাদৌনা যেংঙুগে হায়বিদুবু নখোযসু ঙাওবগে হাযববো ? লম্না অসিদসু নত্তবা অতোপ্পা খুন্দা লৈবগা তুমিন্না লৈযু।"

- "ইমান্নবীশিংদি শাইকল তোংলগা যেংঙুনি হাযদুনা লোযনা চৎনখবে।"

- "ইবেম্মা নঙসি ইম্পোক্লা পঙখবেদকো মীনা অমাঙবা নেৎলে হায়দুনা নঙসে চোংশিল্লগা নেৎলুগে হাযবিববো? অখঙবা নঙদি উববদি কানদুনা চৎকদবনিনে। লমশাং লাকপগী ব্রাবনে অনাবদুনা যেং ঙমদ্রে হাযদুনা পুবকপা ওইবন্নবদি নখোযদা মমা মখুবাশিং অদুনা শাউনিংলোইদবা ফম্মু অদুগী শরুক চাবাদুম ব্রাম্পোক্রবা তৌবো। নপুদি নঙগী কাকাগী মামান্নবা ওইবনিনা অনাবদু খবা ফবক্লববা হাযদুনা হংবা চৎলুদবা যাদে। যুম চৎথোক্কনু নমা হল্লক্লগা চৈগনিকো ইবেম্মা।"

- "হোয পুপু চৎথোক্লবোয।"

মশুদা ওনশিন্দুনা হংলকই -

- "ইবুংঙো বটন! নহাক্কী ক্রিকেটকী বেট অদু কদাযদা লংথোক্লগা থনমই হাযযু ।"

মখুৎ থিল্লগা হাযবকই -

- "আদা থনম্মে পুপু।"

মপুনা লাওহৎলদুনা হাযবকই -

- "দৎ নচিন থিবা! নঙগী বেটাদি পুপুগী খুবায় যৈখায়নবা থোংজিন অসিদা ফৈদুনা থনম্লগা। তু য়েংঙু অযো নাবে। পোম্লে। মতুং মনাও অশুম্না লংথোক্নুনা লমযায়দা থনমগনুকো। থনম্লবদি পুপুনা ফুগদবনি খংলববা?"
অনাবদুদা মশু বটননা মুন্না য়েংলগা হায়বকই -

- "চেচে তু পুপুগী অয়ো।"

মচেনা হাযবকই -

- "মসে নঙনা নত্তবা মতুং মনাও অশুম্না তৌবোইশিকো যাববা?"

মৌপ্পানা হবাওনা মকোক হায়বগা হাযবকই -

- "যাই চেচে ঐসু যাই। আই এম সোবি।"

*****

# তবাশুবা পন্দুপ

কৈবোয লৈকাযগী মীওই কযা কুমাব টেজপুব হোসপিলদগী পুবক্লে হাযদুনা চংশিন্নবকপনা ইমুং মাঙ্গোল শুমাং পীক থল্লী। পীক্লীবা অঙাং কযা মমানা পমদুনা পুবকই। মচেনা পমদুনা পুনবকই। মপানা পমদুনা পুনবকই।

অঙাংশিং অদুনা মপান্দা ইমুংদা চেন্দুনা চোংদুনা শান্নবি খবানা নুংশিবীবা কযানা হংনবকই - হান্না ফমদুনা লৈবম্বা মীওইশিদা -

- "মাগী অনাবদুবু পুংফ ফদুনা পুথোক্লক্লিববা নৎত্রদুনা যেংবা ঙল্লবোয হাযদুনা পুথোক্লববা ?"

কনাগুম্বনা মফম মবাং খংদবনিনা হাযবকই -

- "ঐখোযসু লাকপদা ঙাইর্জবিযে।"

উহৌবা হংবদি হংহৌদবা কাংবুনা খুল্লকই -

- "মাগীশি পুংফ ফদুনা পুথোক্লপা মাল্লিবো। মবমদি ঐখোযনা উজহৌবদা মমা অমদি মখুবানা নাক যেৎতা চপ্লগা যাম্না জ্ঞান তানা গাডিদগী কুমথবগা ইমুংদা চংমিন্নখিবা উজহৌই।"

মখোয মশেল অশেংবমক খংজদ্রবসু ভাপ্পা পংখন খন্নদুনা লৈবি।

- "হোযনে টেজপুব হাযবসিদি যাম্না চাউখ্রবা অঙাওবা-ব্রাখল চোইববা চোইববী কযাগী লাইযেংশঙ অমনি হাযনবিবনি। ফবে ! ফবে মাগী মশা শোন্থজবা অদুদি অশাবা লম ওইবদুদা চিঞ্জাক ঈশিং-নুংশিৎকী ফিভম ওন্নবদুদা তৌবিবা ওইবমগনি। মণিপুবদা যৌবক্লবদি ঈশিং নুংশিৎ চিঞ্জাক অফবা ওইবনিনা মশা কনখৎখিবা কুইহৌবোয।

অমনা হাযবকই -

- "মশা নাহানে মানা চানিংবা চিঞ্জাকশিংদু হপ্তা অমতং পীজবদা হান্নগী ফিভমদা পোপ তাবক্রদৌবিপোৎনিদা।"

মতম অদুদা অচৌবী গাডী সাইকল অদু শঙ্গোয মাংদা ইনশিন্দুনা শো

লোনশিল্লগা মানা তোংলকপা শেন্দন্দু চুবি মখাদা থনমই। লাইবক কংলগা মাঙ্গোল কাখংতুনা ইমুংদা চঙশিলকই।

হান্না লৈবন্নশিংনা ফিদা থাবদুনা হায়বকই -

- "খুবা অশোমদা লেংশিনবীশি।"

- "*ইবেম্মা য়াবেদা ? নখোয় অদুম ফমজৌ।*"

- "খুন্না ফম্বীয়ু ঐখোয়দি মখাদা অশুম ফমজবগে।"

অঙাং অমনা চুরুপ মচৈ অমগা মৈখেৎকা অচৌবীদা পীবদুনা হায়বকই

- "পুপু চুরুপ পায়বিয়ু।"

- "ইবেম্মা য়াবে য়াবে নপু চুরুপ বিড়ি খৈনি নিশা পুম্নমক থাদোকপা চহি অমা ফাজিলক্লে। মদু অমুক হন্না য়েংগ্রবোয।"

ব্রাফমদু তাবদগী অঙাংদু চংখবে। অচৌবীনা কুমাবগী মমা মেম্মাদা ওনশিন্দুনা হংলকই -

- "ইবেম্মা ইবুংঙোশিবু খবা কান্নবকপবো কমদৌবকই মীবমদা পুরুবদি?"

মেম্মানা অব্রাবগী শ্বোব অমা শাংনা হোন্থবগা হায়বকই -

- "খংদেদা তাদা! অমুকসু ফবগুম তৌই। অমুকসু হেক চোইবোল পাবোল পংলোন্দ লোন্দুনা ঙাংবগা কপ্পগা চৈবগা হেক্তা মহৌই। ঐদি হায়ফম খংদে। মশাসু য়াম্না শোন্থবে। মদুদা মখুবা-মতোনা কান্নপোৎ নত্তবে য়ুমদা মশা ফহলগা মণিপুবগী অহৈবা ডাক্তবশিংগা অশুম তান্নবনা ফবগনি হায়দুনা পুথোক্লবনি।"

- "হোযদা ইবেম্মা ! লমগী ষন্না মচি শাংবা হেল্লি হায়বদুগুম্বনি। মণিপুবদসু য়েংবা ঙম্বা ডাক্তব কয়া লৈবে হাযনা তাই। মমিংদি ঐসু খংদেকো মখোযগসু খবা হেক তান্নবগা লোয়বে।"

- "অহোয় তাদা অদুম্না তৌবশি হায়দুনা ঐখোযসু তান্নজববনি। মাগী লাইয়েংবদি শেনবু ইচং চংদে গাডী ভাবা হেনগৎস্ত্রবনিনা অনাবা হংবা উন্নবা চৎপদা পৈশা য়াম্না লোইশিনখবে।"

- "খংদবেদা ইবেম্মা অনাবা যাওবকপদি পোৎথাফম খংলম্মোইদো ! কনাদা তেংথা রুগনি নথন্তগা ঙাইবে। ঈশ্ববু কন্না খুরুম্মু। কনানা খংগনি ফবিবকপসু।"

অনাবনা অচৌবীগী খোঞ্জেল তাবদা শাওনা হায়বকই -

- "ইমা কনাগনো ৱাবী শান্নবিবদো ? মীফৎতদুবা ?"

মচাবু থেমজিনলদুনা হায়বকই -

- "কবিনো ইবুংঙো নঙনা হায়বিবদুবো অতৈ নত্তেয়ে নঙ খুবা অচৌবীনি।"

অমুক্তা শাউনা হায়বকই -

- "অচৌবী হাযবা মীদুদনি নচা ঐনা হায়জবিবশে। মহাক ৱাদনা নুংঙাইবা পাম্বা মীগী অৱাবা খংদবা মীওইশিংগী মবক্তা অমনি।"

মমানা মচিন মেনশিন্দুনা থেমজিল্লি।

- "বিষ্ণু বিষ্ণু ! ইবুংঙো নঙবু তুমিন্না লৈয়ুনে।"

কুমাব হৌগৎতুনা ফমগে তৌবকপদা মনাক্তা লৈবা মীওইশিংনা চঙশিন্দুনা মখোং মখুৎ ফাদুনা অমুক হিপথহল্লি।

অচৌবী কুইনা ফম্বা ঙমশিনলক্তবে। ময়ুমদা হনখিনবা বহনা অমা তৌবদুনা হাযবকই-

- "ইবেম্মা অদুদি ঐ অমুক যৌশিনব্রগে। হযেং অমুক মতম শংবদা কোইথোক্লগে ইবুংঙো কুমাব ! নঙগী মৰুপতো ঙহান ছুটি যাম্লা ৱানা থোক্লকই মাসু নাবি। ফববা মতমদা কোইথোকহলক্কে। যৌবে যৌবে ইবেম্মা ময়াম লৈবীহৌখো।

ময়াম্না খুম্লকই -

- "অহোয় তাদা।"

- "অহোয় খুবা !"

- "অহোয মামা ঐখোয়দি ঙাইহাক লৈজহৌখিগে, হানবীবম্মো।"

খবনা ঙাংনহৌই -

- "ইশ ! ইকাযবম্লগনি। কুমাবশিদি হাযনি হাযবোয খংদবা জাৎনিনা। ফত্রিবো, কবি অমতা কান্নদে আ ! মীবমদা পুদুনা লাইযেংলুবশিদি।"

অমনা হাযইবকই -

- "খুবা অচৌবীগদি যাম্না নুংশি চান্না লোনদিনবম্বদাযনে।"

খংহৌদনা কন্না লাওবদুনা কুমাবনা হাযবকই - "মৰুপ প্রকাস ! ঐবু ঙাকপীযুকো ঐবু হাৎতোকপীগনু পুম্নমক নহাক্কী মীনুংশি খংদ্রবা পাবুং

অচৌবীনা শীনবা ঙাক্তনিকো। নুংশিববু লুকমায়দা হাপ্পুনা য়োন্নবা থৌবাংবনি নঙ ব্রাবৌগনুকো ব্রাখল থেন্নবনা পুম্নমক থোকহনখিবনি।

ঐবু থাদোকও ! ঐ কবিসু তৌদে মবায়বক থীববীদো অমুক্তা লৌবিকগে ইমা ! হো ইমা ! নচাবু অমুক্তা নুংশিবীয়ু !

নত্তে ! নত্তে ! প্রকাসতো ঐগী অনাবা হংবা লাকহনগনু। মহাক্না ঐবু শোইদনা থৌবি মেৎকে হাযবক্কনি।

মকপ ! ঐদি লান্দবনি। নঙনা ঐবু হাৎলবদি ঐগী ইমাদি কনাগা লৈহৌগনি। হায়য়ু নহাক্না মহাকপু নুংঙাইনা সেবা তৌবীগদবা? তৌবোয়, মবমদি নহাক্কী নমা শংশাব অসিদা লৈতবে। চঙশিনলক্কনু নহাক !

মমানা থেমজিনলি - "ইবুংঙো নঙবু কনাশু লাক্তেনে তুমিন্না পোখাদুনা লৈয়ু।"

- "অদুদি ইমা, মখোয মপা-মচাদো লাকহনগনুকো। ঐ মিহুন কাংলক্কনি।"

- "হোয়নে ইবুংঙো চৎখবে। নঙনা ইকাযবা পীদুনা অমুক হন্না কৈদৌঙৈ লাক্লবোয়নে।"

- "লাক্তবনা ফৈ। ঐ পোখাগে মযাম লাংহনবিবক্কনুকো। পলেম ইমা লাইববী।"

কুমাবনা শিন্থুবম্না মপি থাক্লগা মপি তৈথোক্লগা অমুক হায়বকই-

নখোয চৎলো চৎলো। মখোয অসিগী মবক্তসু শি আইদি শাবা যাওবমগদৌবিবনি। পুম্নমক তাম্থোকপিখ্রো। পলেম ইমা অপোকপী! নচা যাম্না ব্রাই খল্লুবদা।

মমানা কপ্লদুনা হাযবকই -

- "ইবুংঙো নঙবু মীনা নুংশিববোইদকো। অনাবা হংবা লাকপা মীওইশিং পুম্নমক তুমিন্না ফম্বা ঙমশিনলক্তবে। কুমাবগী ব্রাহৈশিং অদুনা খোইবা মহুমগী মনিংদা মৈখু কাহনবগুম থোকখবে। অমা পাইখি অনী পাইখি অহুম পাইথোকখি মমৈথংদা খোয়বা মথক্তা পীক্লীবা মচা অদুগীদমক্তা থব্রায কৎথোক্লবী অমা অনি লেমহৌবদো অদুগুম্না তপ্না তপ্না হৌগৎতুনা চৎনখিবনা শুপ্নগী মকওইবা মমা মখুবা মন্দোমচা,অনকপা মবি মতা খক্তা ঙাইহৌবে। মখোয মশেলসু অমনা অমদা যেংনবগা নাম্থোকখিন্নবা হোৎনবি।

## তবামাথোইশুবা পন্দুপ

"খাম্বী মৈদি মৈবাবা
ঙক্লোয় থম্বা উৎনা- ৱাইনা কুপ,
চাক্লক্কনি মৈবি থোক্লানোংমদি
ফংখিবদা তাঞ্জা মালং শাহুম অমুক্তং।"

অৱাবা মতম্না লাঙ্গোয় চল্লবী বানিবালা অৱাবগী চিন্তা হেনগৎলক্লে। থাগী খোংকাপ লেপখবে খংলবদা মন্দোমচা বাধাসু মিপায়বা য়াওবক্লে। মহাক্লা মপুবোয়বদা পাউ পীখবে। অথুবা মতমদা য়ুমদা অমুক্তা হলকপীয়ু। অক্বা ৱা খবা তান্নগদবা লৈবে।

মন্দোমচানা নোংমা অয়ুক্তা বানিবলাগী মনাক্তা চংলক্লগা হায়বকই -

- "ইবেম্মা নঙোন্দা ঙসিদি ইন্দোমচা ৱা অমতা হংগে পুকচেল শেংনা খুল্লকউকো ?"

বানিবালা তপ্না খুল্লকই -

- "কবি ৱানো ইন্দোমচা ?"

- "কবিশুবুদি নত্তেদা ? ঐগী হিংশাপ্তা নঙগী থাগী খোংকাপ লাক্তবশি থা অনি শুজিনলক্লে চুমববা ?"

বানিবালা মক লুকথদুনা তুমিন্না লৈখি খুল্লক্তে কবম্নাশু খুল্লক্কনি। ইকায থীবা নুজানি মমিৎতা মপি শিন্থবকই ফিজিনা তৈথোক্তুনা তুমিন্না লৈখি।

মখা তানা অমুক্তা হংলকই -

- "অদুনা অচুম্বা ওইববদি ঙসিমক ডাক্তবদা চৎলগা লৌথোকলুনবা তৌকশি। হয়েং তুং কুইথম্ববদি ইমায়শে পুবা ঙল্লক্লোয় পুম্নমক্কী য়াইফন্নবগীনি ঐনা হায়বিবশে তাশিন্দবা তৌগনুকো। লৌথোকউবশি নশা কবিশু শোক্লোয়। নোংমা নিনিদং স্কুল ছুটি লৌথোক্লগা লোয়বে। মদু য়াদ্রগনা অতোপ্পা উপায় থিবকদৌবিবা ?

কপ্লদুনা মন্দোমচাদা হায়জবকই -

- "ইন্দোমচা !"

- "নঙগী ইন্দোমচা হায়বগা কপশিন্নবদুনা নবুকক্তা লৈবা নচাদু লোৎশিনবা য়াবোযনে। চাকতো পবপ-পবপ থোংবা লোয়শিনল্লু। মৈদো চাক্তবে শীং ইনশিল্লু। কপ্তুনা লৈবে।"

মতম অদুদা দিপক দাস শঙ্গোম য়োনবা সাইকল মন্দিল্লা খিংলদুনা থোঙ্গালদগী লাউবগা হাযবকই -

- "ধুদ, দহি ! ধুদ দহি !"

চাকশঙদা লৈবম্বা বাধা ধুদ ব্রালা দাসকী খোঞ্জেল তাবদা মপান থোক্লকই। অদুগা হংলকই -

- "হো দাস ! লাকখো লাও ! ঙবাংগী পৈশাসু পুখবো ব্রাবি খবা শাখিশি।"

গাডী থোঙ্গালদা খান্নগা শঙ্গোম হাপ্পা পাত্র অদু পাইবদুনা বাধাগী মমাংদা থমই। অদুগা হায়বকই -

- "ঙবাং শেব অমা থনম্বনি। ঙসিগীনা কযা লৌবিহৌগদৌবিবা ?"

- "ফম্মু মোডা অসিদা ! ঐ পৈশাগা পাত্রগা পুথোক্লকখিগে।"

- "যাবেদা ভাবি। অশুম লেপচবগে।"

বানিবলাদা হংলকই -

- "ইবেম্মা নঙোন্দগী লুপা ৫০ দং পীবকউ। ঐ হয়েং অমুক হঞ্জিনবিবকে।"

বানিবালা হৌগৎতুনা পৈশা পুথোক্লগা পীবমই।

- "অসিদা লৈবে।"

- "শঙ্গোম হাপ্পবা পাত্র অসিগা শঙদোক্লকউ।"

শঙ্গোম হাপ্পবা পাত্র শঙদোক্তুনা পীবকই -

- "অসিদা লৈবে।"

শঙ্গোম হাপ্পবা পাত্র পাইবদুনা দাসকী মনাক্তা থনমই। অদুগা হায়বকই- "ঙসিগীনা পৌব্রা অনিদং থম্বীবম্মো? শে লুপা ৫০ অসি পায়শিনখবো অহেনবদুনা হয়েংগী ওইবো য়াবেকো।"

- "য়াম্না নুংঙাইখবে ভাবি য়াবে। ধৈন্যবাদ !"

কবি নীংশিংলক্কবনো অমুক বাধানা দাসপু খান্নদুনা হায়বকই -

- "ঙায়খোনে দাস ! নঙসিমা ঙায়হাক্তং ফাওবা ফমদে। ঐদি ব্রাবী অমা শানিংঙি কানশিদা।"

মোড়াদা ফন্নগা হংলকই -

- "ভাবি ঐগী থবকশে য়াম্মে অদুনা ফমদবনি। কবি ব্রাবীনো হেক্রা শাবিবো।" অতৈ মফম কয়াসু পীকগদবা ব্রাৎলি।

- "হোয়নে মদুনা নঙগী জিবিকা ওইবিবনি।"

- "নোংমা চৎহৌদবদা ভাবি ঐদি য়াম্না মাংজৈ ব্রাববুদি ব্রাদে। অদুবু নোং কন্না তাববসু ছাটিন তুপ্তুনা চৎত্তবা য়াদে।"

- "অদো নঙনা অসুম কোইনা চৎপা কৌবনিনা পাউ অমতং তাবকউদনা?"

- "কবি পাউনো ?"

- "অতৈ নত্তেদা পাখঙ অবিবা নত্রগা মচা পামজবা নুপা অমতং ঐখোয ইবেম্মাগী বব ওইনবা পামই।"

- "এ· ভাবি ইবেম্মাগীদমক্তী অফবা বব নহাদা থিবীগদবনি। কবিগী হনুবা, মচা পামজবা নুপা থিকগনি। তৌবদবু ভাবিসু খংলিবদুনি মফম অসিদদি য়ামদ্রবদা দহেজ পচাস (৫০০০০) হজাবদি লৈতবা যাবোযনে।"

- "মদুবুদি পীবগেনে তৌবদবু বদনাম লৈববী নুপীনি। হয়েং তুংদা তাম্ছোপগী থবক্তুদি য়াবোয় অদুগুম্ব নুপা অমতা থীবীবকউ।"

- "অহোয় য়েংজবক্কে। ফংগনি শোইদনা। ফবে ব্রাফম অসিগীনি ঐনা নঙবু খাম্বদি।"

- "অদুদি অমুক য়ৌজবে ভাবি।"

- "ইবুংঙো কাউবদি য়াদেকো।"

- "অহোয় ভাবি কাউজবোয। হয়েং লাকপদা খঙনশি।"

- "ফবে ফবে। অশুম লৈহৌবেকো।"

বাধা শঙ্গোম পুবদুনা চাকশঙদা থন্নগা হাযবকই -

- "শে মসি নবুং চবি তৎশে পীথকউ চাক্কা মবুক থন্না পীজকবগনু। মথি মযুং যাম্না কামখৎলক্কে। লোন ফাওনববদি ফবা।

মনিং খজিক্কং থুংদবদা মখোং মখুৎনেনা উতুপ উবা মানবশিনা পোৎ চৈদা তাইন্দুনা পংলংদা লংই কাওই ঐদি শেন্নবগা কিশিলক্নে নঙনা স্কুল কাকগে হায়বদি ফজনা ঙাংনজবস্মু নত্রগা স্কুলদা পুগেগা পুখ্রো।

মশিগুম্বা কান্দ্রবা মীবেমসিদি হু পীজদনা হেক হাৎতোকখিবা অদুগা ফগদবনি। ৱাখবে ৱাখবে হিংমিন্নবা, কয়াম কুম্না ৱাদুনা লৈখিগদবনো খঙদে।

*****

## তবানিথোইশুবা পন্দুপ

ঙসি চবাংনবে প্রকাসকী পূক্লীং। মযাম্বা প্রমোটনা মতেং পাংশিনবীদুনা প্রকাসকী পুন্সি লিপুন মপুং ফানা নুংঙায়না পাংথোক্লবা হোৎনবি। অনৌবা যুক্তি অনৌবা অসাগী ফুবানি। তোঙানবা মওংদা পামজবা ৱাখলদা পোৎপাং লৌদনা, অউনপোৎ যাওদনা, মীযাম মমাংদা যাম্না লেম্না পুন্সি লিপুন শেমগদৌবি। অবোইবা নুংশি পবিক্ষানা অহানবা থৌবম্নি। অনিশুবকপদা ধর্মগুরুশিংগী অশিবর্বাদ অমসুং পুন্সি লিপুন। অহুম শুবকপদা বব কৈন্যাগী তেল্লবা পূক্লীংগী ৱাফম খবা মবিশুবকপদা নুংঙাযববা ঈশৈগী থৌবম মবক্তা পুংখায অমা চাংগী ব্রেক মথংদা অহিং চুপ্পা তাবিযু নুংঙাযবিযু আশিবর্বাদ পীবীবম্মু পুন্নমক্লা।

লম্বী শবক্তা চেগী পবেং পবেং থেৎলি। অঙাং-নুপীশিংদি হবাওজবনা ফুল কাগনি হাযবা ফাওবা কাউখ্রে। মপা মমানা স্কুল চৎলু হলক্লগা যেংউ হাযবা য়াখিদবে। অনাকপা অবাপ্পা খুঙ্গং কযাদগী ঈশৈ নোংমাযদা পামজবা কাংবুদি মাগী খোঙবু শেমদুনা প্রকাসকী লুহোংবা যেংলুশি ঈশৈসু তাকশি হাযদুনা খন্নবা হৌনখবে।

লৌ-শিংনা কোম্নবকপা মতম্নী থাজগী মাযথোংসু মপুং ফাগৎলকপা মতম্নি শাবি-শানৌ কযাগী পূক্লীংদি ইনৌতা নৌথগ্রবা মতম্নী। যেংখি য়েংখিবা মাযকৈ খুদিংমক্তা পাইমা পূক্লীং নুংঙোল্লী।

নুংশি লম্বীদা নাথৈবীবন্নবা মখোয অদু খক্তনি কাযনা মৈশা লাংদুনা অৱা মৈচাক মৈৱাযনবিবা। থুংনববা শাবি-শানৌ কযাদি থাবল ইপোমদা ফন্নি তুংগী আসা কযাগী মঙলান ৱাংলবা দল্লালগী মথক্তা মঙমিন্নবি কেমিন্না।

অযুক অঙনবদগী চেন্নবনি লোযশিনবা লৈতে থবক্তা। মতমগী ঈচেলদি লেপ্পা লৈতে। হৌখি, চৎখি মাগী খোংথাং, সেকেন্দনা খবা যাংনা মিনিটনা খবা তপথনা, পুংনা চপ চাবিদা।

অয়ুক্তা থোক্লম্বা কোবৌ নুমিদাংব্রাযবমগী কোবৌ ওইশিনখবে। চৎখ্রে উনা উনা লোইবী চীংলোন মাপল লান্দুনা । অম্মবা মঙালনা তপ্পা-তপ্পা লাকশিনবা হৌবকই। অদুবু চাউখৎলবা বিজ্ঞানগী যুক অসিদা নাথৈদুনা তাম্থোক্লী অকিবা ব্রাখল পোক্তনবা থৌদোক থোকফমশিংদা খুৎশেমগী মৈঙালনা মপুং ফানা ।

অয়ুক্তগী শেমদুনা থম্লবা মফম্নি। গাডী থাফমশিংসু তোংঙান তোঙান্না, সাইকলশিংগী কাংলুপ্পা কা অমা,মোটব সাইকলশিংগীনা কা অমা,চাক্কা মবিশিংগী থাফম্না তোঙান্না,ফমফমসু অদু মঙায নুপাশিংগী নুপীশিংগী অমসুং অবাপ্পা ইনভাইটেস কয়াগীনা তোঙান্না ফজনা লৈতেংদা। অউবশিংগী মিং থকহল্লি। পাক্লবা লমহাংনি শেম্লীংবতা শম্বদা যাববা।

ঙসি কোবৌ নুংজাদি অবোইবা ওইনা খনগদৌবিবী কৈন্যা অহুমগী পুক্লীং থক্কৎতুনা চাক চখোম অমা ফাওবা নিংথিজনা চাজবা ঙম্লবক্তে। ঙহান মখৈদি চবাবু ব্রানবাও! অচাপোৎপু চাবাও! মনিং তম্না চাবম্বদো। মমানা পুকচেল খবা চাউথোকপনিনা মচানুপীদা থেমজিনলদুনা হায়বকই -

- “হেবা ইবেম্মা নুপীমচা নত্তগুমই থবক্কী ইন্ট্রভিয়ুসু নত্তবশিবু চাক্তো নবুক থন্না চাশিল্লু খলকএ ফবে খলক্তবে কৈদৌনেগে ইচাবু পুকংবী হাযনা মীযাম মমাংদা কনানসু হাযবক্লোইদা মাবু অচৌবা ওফিসাববো। মতুংদসু কোতো অমা লাকখিগনি। চাউ ইচাশি নবুক থন্না চাথোকউ।

পীক্লবসু চাওববসু মিং পন্দুনা মীযাম মমাংদা লৌগদৌবিবা ইন্ট্রভিয়ুনি মসিদা খন্দোকখিবা মীশিংনা কবিসু নত্তে। অদুবু খঞ্জিলুবা তাববদি খ্বাইদগী লুববা পুন্সিগী ইন্ট্রভিয়ুনি।

ইবল লৈবে হাযদুনা লৈবা যাবা নত্তে মীওইবগী পুক্লীং। পুক্লীংনা খোইদাববা ব্রাখল পুকচেল যান্দুনা থম্মোয থম্মোয় নুংশিন্নবা চংই তঙাইফদনা৷

মমা ওইবিদি মচাগী পুকচেল খংই। মহাকপু পীশক পীক্লিডৈদগী চাউনবা য়োকপীবকপনিনা হাযবদি লোযন্দুনতা লাকখিবনিনা । মচানা নুংতিগী চাবম্বা চাংদগী চখোম অমতং ব্রাৎনা চাবকপা নুমিৎতা মচাদা হংই -

- “ইবেম্মা কৈদৌবে নশা ঙমদ্রববো ?”

অনা-অযেক যাওবকপদা তুমদা চাদবা মখৈ শেনজবিবী মমাশিংনি। অদুবু সমাজগী চৎনবী লিপুন অমনা মৌ ওইথ্রবদি মচাব নুংশিজবম্বা কিশি অদু থাদোক্তুনা মকু মনেম ওইবী অদুগী মখুৎতা খুৎশিনৈ।

- "ঐগী ইচাশে ঙসিদগী অদোমগী ইচা শক্লা নাওযোক নাওকোনবীয়ু কো! অশোয় অঙাম যাওবক্লবসু নচানি নমৌনি হাযদুনা ব্লাবক ব্লাতেম্বীয়ু নখুৎ চান্নবা।"

মতম নকশিনলক্লে। পুং ৭ চপ চানা তাখবে। মযাম পুম্নমক ফমফম্লাংদা ফমদুনা লৈনখবে। ধৰ্ম্মগুরু অহুমসু মাগী মাগী গীতা, কুরান, বাইবলগী থাববা ধম্মগী লাইবিকশিংবু নাল্লবা ফি অম্মম্না যোমশিলদুনা মখুৎনা নাকন্দা কোল্লদুনা ফমফমলাংদা ফমদুনা লৈখবে। প্রকাসকী মপা মতৈমাসু থোক্লতুনা লেপ্লে। ঙসায মখৈ চবাংনবম্বা মীযাম্নী মতম নকশিনলকপনা তুমিন তুমিন লৈনখবে।

লুহোংবগী ধোন-বেন খোংদুনা লাক্লবদি নুপী অঙাংশিংনা অচিনবা থবক ফাওবা খুৎ থাদোক্তুনা থম্নগা চৎলো ইবেম্মা বব লাকএ বব যেংলুশি হাযদুনা চেম্থোক্লে কুম্মৈ ওইনা থোঙ্গাল থোঙ্গালদা যেংনৈ।

বব অদো নুমিৎ খুদিংগী মখোযদা লাক্তুনা মবুং-মৌপাগুম চামিন থকমিনবম্বা ওইজববসু য়েংনিংবা অমা ফাওহল্লি। শক্তি অমা হাপ্তুনা লাকপগুম্না।

লুহোংবা হলকপদনা ববদি যেংনদবে। মযাম হুপ্তুনা যেংন্নৈ। "হোয়, কৈন্যা থিলক্লে লাক ও হে কৈন্যা যেংলুসি। থাউমৈগা থাউমৈগা মৈবাগা মৈবাগা থোঙ্গাল খুদিং পবেং লেপ্লে। ফিজেৎতুগা লৈতেংদুনা মকেদা ফজনা শেম্বীববনিনা কৈন্যাদুনা কপ্লগী অখিবা শক্তম অদুসু অদুম ফজবে।

উবগা হাযনৈ- "ব্রা! ঙসিগী কৈন্যা অসিদি ফজৈ হায় ফজৈবো" কপ্তুনা পৈদুনা চৎলবসু ফজবগী ব্রাখলদা লৈববনিনা ফজৈ, নুংশি কবিগুম্বা কৈন্যাদুনা মশাগী ফজববা শক্তম উৎথোক্লগে হাযদুনা নোকফেৎকা তৌশিলন্নবদি যেংহৌবিবা ভাবোকশিং অদু কৈদৌহৌগনি ?

ঙসি প্রকাসনা পামজবিবশি অতৈ নত্তে। ঐহাক্কী লোয়ন্নবী ওইবা তাববদি নহাক্লা কদায ফাওবা কৎথোকপা ঙম্বীগদবগে। কবিগুম্বা ঐনা মিৎতাংবা অমসুং খোং নাম্মা তেক্তুনা অব্রাবা ফিভমদা লৈবম্বা তাবমদি .. ।

মীযাম্না চোল্লবা প্রকাসকী কৈন্যা ইন্ট্রভিয়ুগী অবোযবা নুমিৎনি হান্নদগী ঙাংন্দুনা থম্লবা মিযুজিকশিংনা অব্রাবগী শুবদা তপ্না তপ্না খোংবা হৌবকই। বব থোবকপা মতমদা।

মীযাম্না ঙাংনৈ -

- "কবিগীনো বব থোক্লকপদা অৱা-নুংঙাইতবগী মিয়ুজিক খোংলক্লিবদি। মিয়ুজিক ৱালাশিং অসিবু ঙাওববা জাৎলা ?"

মীওই অনীনা নাকলদা চপ্লদুনা মমিৎ অমদা অঙৌবা ফিনা চেৎনা পুন ফিজি অদুদা ঈ মবিক খবনা ঙাংবা পকই। প্লেট ফোর্ম মথক য়ৌবকপদা মযাম্না প্রমোট অমসুং মতৈমা বিলাশিনিনা মতেং পাংলদুনা মপাগী মনাক যৌনা পুশিন্দুনা চৈশু অদুগা মহাক্কীদমক থাবিবা ফিদা অদুদা য়াম্না তপ্না ফমহনখবে।

মপানা হায়বকই -

- "ইবুংঙো ইবেম্মা ননাওদো তপ্না তপ্না ফমহনলুকো। খংদবে ইচাগী মবাযবকশি ইম্বোক্লা থিনা তন্নকত্রবোই।"

ববনা ফমফল্লাংদা লেংশিনবিশ্রবা মতুংদা মি· জেমস এনাউন্সমেন্টনা থোক্লক্লনা মীযাম মমাংদা চিং লেম্না হায়বকই -

- "এটেনসন প্লিজ ! ইকাযখুম্নজববা খুম্নজববী খ্বাই পুম্নমক্কী মফমদা ঐগী মাংদা লেংশিনবিশ্রবা ঐখোয ইযাম্বা প্রকাসকী মাইকৈদগী নোংল্লুক্লা ইকাযখুম্নাবা উৎতুনা তবম্না ওকচবি। লোয়ননা খঙহনজনিংবা ৱাফম অমনা পুন্সি হাযবশি তম্বা ঙমদে। ঙসি ঐহাক মযামগী মমাংদা লেপ্পুনা ইযাম্বা প্রকাসকী মবমদা ৱাহৈ খবা ঙাংজবগী যাথং ফংজবদগী প্লেট ফোর্ম মথকশিদা কাখৎতুনা ৱাহৈ খবা ফোংদোকচবি। অদুবু হুবেল থংনবা মিৎকুপ্তা কবি থোক্লকনি হাযবদুদি ঐহাক ইশানা লেপচবা ঙমজদে।

অদুগুমদুনা অশোমদা আসা চাওনা থমদুনা তামো প্রমোট ইতৈমা বিলাশিনি লোযন্না পাবুং অচৌবীনা মচাগীদমক্তা অফবা কৈন্যা অমা মমৌ ওইবা পামজদুনা ইন্টরভিয়ু ঙসিগা থানা অহুন্নক শুনা লৌজগদৌবি। অদুবু অৱাবদি ইযাম্বা প্রকাস হৌখিবা মমাং চহি অনি মখায বোম I P K F কী পুন্সিদা মখোযগী ইয়ুনিট বাটালিয়ন শ্রীলঙ্কাগী L T T E অমদি শ্রীলঙ্কা সবকাবগী শংদাযনবা ওইনা লৈজকই মফম অদুদা বটালিযন কযাগী অথৌবা শিফায কযা থৱাযনা মফমদুদা লৈহৌবগা হকচাংনা মযুমদা য়ৌনবকপা য়াওনবকখি।

এম্বুস কয়াদা মাযপাক্নুনা হলকখি ঐগী ইয়াম্বা প্রকাসকী কাংবুসু। অদুবু নোংমদি L T T E গী বমগী লাংদা থুংখিবনা লাইবক থীববা থৌদোক্তুদা

মীযাম্না উবিবিবা শোযনাযববা পুন্সি হাযবদু ওইদুনা লৈহৌবমই। মহাক্তী শিবে হাযদুনা মফম অদুগী নালাদা L T T E গী কাংবুনা কাওথদুনা থম্বীবমখি হায়। মসিনি মীওইবগী পুন্সি কনাসু তম্বা ঙমদে। ঙসিগী নিংথৌ হয়েংনা চাক্লীবা ওইবকপা য়াই। মবম অদুননি মহাক্কী কৈন্যা ইন্ট্রভিযুদা অহুমলক মীয়ামগা মান্নদনা লৌজবিবশি।

হৌখিবা ইন্ট্রভিযুদা হাযবদি অনিবকশুবদা মীওই অহুম খক খনগৎচৈ।

মখোয়শিং অদুদি - ১ অনিতা সেঠি

২ মধুবালা দেবী

৩ প্রিযা দেবী

ইযাম্বা প্রকাসকী পুকচেলদি যাম্না চমই। মহাক্রা "অউনপোৎকী চৎন্নবি নুংশি লিপুন" মুথৎপা পামজৈ। জাৎতি ধর্ম্ম মশক ফজবা ফজদবগী ৱাখল লৈতে। ঐখোয মীওইবা জাতিনি ঐখোয নুংশি চান্না হিংমিনশি হাযবা ৱাখল্লোন্নী। লুহোংবগী পুং চোলম কোবতাল মখোলদা পৈশা লংশিনবদুসু মহাক পামজদে। মহাক্তী ধর্ম্ম খুদিংমক লুনা খঞ্জবা মীওইনি। ঙসি মাংদা লেংশিনবীবিবা ধর্ম্ম অহুমগী গুরু পণ্ডিদ ঙাক্তনি। মখোযগী মফমদগী আশিবর্বাদ লোযন্না শেংলবা ধর্ম্মগী লাইবিকশিং গীটা, কুবান, বাইবল পাইদুনা অচেৎপা ৱাশক লৌদুনা তিনবীবিবা মীযাম অসিনা শাখি ওইবিবগা মহাক্কী পুন্সি লিপুন শেম্বা অদুনি।

ৱাহৈ খবা অসি থমজবগা লোযন্না ঐনা মীং পাথোকচখিবী অহুম অদুমক প্লেট ফোর্ম অসিদা লেংখৎপীবক্লো। অমুক হন্না কৌথোকচবি -

১ মিস অনিতা সেঠি

২ মিস প্রিযা দেবী

৩ মিস মধুবালা দেবী

- "ৱেল কম ! লেংশিনবীবকশি।"

প্রীযাগী মমানা মথবাক যৈবদুনা মথন্তা শোঞ্জে -

- হে বাম ! মাংজবেদকো ইবেম্মা ! মিৎতাংবা খোংতেকপা অসিদা ঐগী ইচা অপঙবী অসিনা ঙাওবি ফৈবি কুন্দোগী পবেং অসি হুকচিল্লুববদি । মপুন্সি

চুপ্পা কাংখথাং ওইদুনা মকুনেনা শুনিংদবনা নাববশিগা লৈমিনকুগনি। হে ঈশ্বব মদুদংদি থোহনবীগনুকো মীৎতাংবা অসিদা লৈগদবগী শক্কপুদি মপুক্সি চুপ্পা কুমাবি পুক্সিদা লৈজবশনু কমদৌ দৌবিবনোনে ঐবো ! অপঙবীশিদা ব্রাহে অমা ফাওবা পুকমেল পাউমেলবা নংহৌদবে।"

মধুবালা প্রকাসকী মশক হেক উবদা পুক্লীংদা অকি তুজুংবা ফাওবকখি মথন্তা খঞ্জবা হৌবকই -

- "হৌজিক ঐবু কবমাযনা তৌবশিগে ? মমিৎ তাংলবা মখোংসু তেক্লবা অসিনা মা মাদুনা ঐঙোন্দা মাগী লৈ পবেংদুনা হুকচিলক্লবদি কমদৌনি। মসিদি মশক্তা উবদা অকিবা তুজুংবা ফাওবে। হৌজিকসু ঐগীদি মী ব্রাৎতেনা নোংমতা কাংদে লাক্লীবা মশক মতৌশু ফজবা ঐবু লমকোযবা পুবিগদবা নুপা থীকবগী ব্রানি। অশুম্না শুকক থিবা শোইনাযববা মীওইনি হাযবা খংজবন্নবদি ইন্ট্রভিয়ু অমতা যাওজবন্নোযদবনি। ফবে অদুবু ইমিং পন্দুনা কৌশিলক্লবনিনা ঙাযহাক্তং ব্রাববসু ব্রানা লেপ্পীকবগে লৈবাং পবেং পাইদুনা শক্তাথি অসিগী ঙকশমদা হুকপদি তৌখববোয।

অনিতা সেঠিগী মবুং বনজিৎ সিংহনা মচলনুপীবু নুংশিনা থেমজিলদুনা হাযবকই-

- "ইবেম্মা ! কোয় গল নহিং হৈ। মৈংভি ব্রাহাংপব হোতা তো ৰৈশা হি ঘায়ল হোতা, যেতো কিসমটকা খেল হৈ বহিন ! চিন্তা ন কবনা চল!"

ঙসি অশুক যান্নবা মীযাম মমাং অসিদা জাতি বিজাতিগী ব্রাখললোন থন্নীদনা ইচলগী নুংশিববা মিং কৌশিনবীবক্লে। অদুগা ইচলনা মবাইবক থীববা শোযনাযববা প্রকাসপু নুংশিদে মশক থী মহাক্তী মখোং তেকই মমিৎসু তাংলে হাযদুনা চংবীদ্রবদি কমদৌনি।

অতৈ অদুনসু নংগুম্নী ঙাক্তা ঙাইবন্নবদি প্রকাসকী নিংজবিবা অসা পুন্বা কাযখিবা তাবনি। ইকাযজবনা মফম অসিদা মহাক্কী পীকথববা পুক্লীং অশুম লোয়খিবা যাই।

কবিগী মীওইবগী মশকতা যেংলিবনো ? মহাক্কী পুক্লীংবু য়েংউ -

চহেবাকো মত দেখো বহিন ! দিলকো দেখো ! চহেবানে লাক্ষাংকো লুতা হৈং। চহেবা জুঠা হৈ দিল সাচচা, ঐসা পতি কো পানা খুদা কো পানা

বাডাবব হৈ। শোয়নায়বা কনাবু সেবা তৌবীবা হাযবশি পুন্যাগী মশক্কী ইবেম্মা চৎলু নঙগী নবায়বক্সি খন্দোকউ। নবুং ঐখোয়সু লৈবিবশিদি।

ইচলনা পাম্বা মফম অমদা নখোযগী দুকান অচৌবা অমা শাবিগনি। দোন মাইন্ট ইবেম্মা ৱাখল পীকথগনু।"

মচলবু থেমজিনবীববা মতুং শিন্থবম্বা মিৎলুগী পিবাং তপ্পা তৈথোকপীবম্মী। মবাযবক্তা নুংশিনা চুক্লীবগা মকোক্তা নান্থবীবদুনা প্লেট ফোর্ম কাখৎফম অদু ফাওবা থীনজিনবীবকই।

মধুবালা, প্রীযা অমসুং অনিতা সেঠি মখোয অহুম পবেং শানা লেপ্পদুনা লৈবম্মী। মতম অদুদা কৈন্যা থোক্লকপগী নুংশিববা ম্যুজিক্তনা মফম অদু পুকনিল নিলমই। মায়গৈ খুদিং মক্তগী খুবাক খুজিলকপগী মখোলতনসু নাকোং পংশিনবগুম নিল্লি। মতম অদুদা হান্নদগী শেমদুনা থন্নবা কুন্দো পবেং অমা অদুগা প্লেট অনীদনা খুদোল পোৎ ওইনা শেন্নবা লৈবাংগী মখোক য়াওববা প্লাস্টিক অবংবনা ফজনা যোমশিনলবা সাবী হাপ্লী।

নিল্লবা মযামগী খোঞ্জলনা খবা নেমথশ্ববদা এনাওসমেন্টনা লাউথোক্লকই -

- "এন্টেসন প্লিজ, হৌজিক ইন্ট্রভিযুগী অবোযবা তাঙ্কক যৌশিলক্লে। মযাম মমাংদা লেপ্লীবী অহুম অসি, মমাংদা তৌখ্রিবা ইন্ট্রভিযু অদুদগী খনগৎচববা কৈন্যাশিংনি।"

হৌজিক ঐখোযনা লৌজগদৌবিবা অবোইবা তাঙ্ককী ইন্ট্রভিযু অসিদি কৈন্যা অহুম্না যাম্না পুক্লীং লৈতানা খন্থবীবগা ববগী ঙকশমদা অদোমগীদমক থৌবাংজবিবা অঙৌবা কুন্দো পবেং অসি হপীগদবনি। কবিগুম্বা অদোমগী পুক্লীংনা ববগী শোইনাইববা শক্তম অসিবু উবগা মীপাইদুনা য়াবিনিংদবা লৈবগদি নিংথিজনা শেমজববা লৈবাংগী খুদোল পোৎ অদু মখুৎতা শিন্নবীবল্লগা মঙ্গোল আশিবর্বদ পীবিবম্মু মদুনা মহাক্কী পুন্সিদা য়াইফবা ওইশনু থেং যু। নীংশিংজবা লোযজবে। মযাম্না মুন্না যেংনবি মখোল থোক্লদে। মমিৎ মনা ফজনা উবা ঙমজদ্রবা অহল অমা খক্তী প্রকাসীদমক মথ্বায যাম্না ৱাজখি। মহাক্লা হাযবকই -

- "ইম্থোকপনিদা ইবুংঙো প্রকাস! নবাযবক ইম্থোক্লা থিদা। হৌজিক্কালগী অউ অউবা পামগনবী নুংঙাইনা মখুৎতা হামদুনা চানিংবা ঙাক্তা ঙাইববা যুক

অসিদা নঙদি নখোংসু তেক্লেয়ে, নমিৎসু তাংলেয়ে। ফংলবোয় ইশুগী কৈন্যা!" লাওথোক্লীবা নিপা অসিনা ওন্ননা হায়খবে। নহাক নশা মক্কা নখুৎনা মাগেবা খোংকেবা তৌদুনা খঞ্জহনগদবনি অদুবু তৌহন্দবে।

ও! নুংঙায়তে তাবদা। মখুৎ চল্লবা ঙা ফাবা হৈতবনা অমুক চোংথোকহনখিগদৌবে পামুইদা।

মধুবালা অমসুং প্রিয়ানা নংহৌবোয় মতাগুম্মা চংশিন্দুনা লৈগী খুদোল পোৎ অম্মম পাইখৎলমই। অদুগা চংশিন্দুনা তুমিন্না ফন্নিবা প্রকাসকী মখুৎতা লৈনা শেন্নবা খুদোল পোৎ অদু খুৎশিন্নবমই অদুগা হায়বকই -

- "যাইফবা ওইয়ু পুন্সিদা।"

প্রীয়াসু প্রকাসগী মখুত্তা লৈগী খুদোল পোৎ অদু খুৎশিন্দুনা পীবগা হাযবকই -

- "যাইফবা ওইয়ু অদোমগী পুন্সি। হয়েং মপোক্তা ওইনা ঙাইজবন্নগে লৈবাং ওইনা শাৎ খোইমু ওইনা ঙংবীবকউ।"

মথন্তা লেপ্তুনা লৈহৌববী অনিতা সেঠিনা মবুংনা ফমহৌবা মায়কৈদা নুংশিনা পিবাংনা লুপ্লবা মায়থোংনা থাজগুম লমঙান্না অমুক্তং হন্না য়েংঙক্লন্নগা যাম্না লুন্নবা খোম্থাংদা তপ্না তপ্না থাংদুনা চঙশিলকই। অদুগা মযাম থাঙ্গৎপা কিববা অঙৌবা কুন্দোগী পবেং অদু যাম্না চিংলেম্না লৌখৎলম্মী অদুগা ঙাযহাক্তং অদুদা মোমোন নোকপা মায়থোং উৎলগা চংশিনলকই প্রকাসকী মনাক্তা তম্না। মহাক্কী মতৌদুদা পেঞ্জববা মীযাম্না খুবাক খুজিলকপগী মখোলতনা পুমনিল নিল্লমই। খবানা লাওশিলকই -

- "যাইফবে যাইফবে।" খংহৌদে লাংনবিঙে লৈ পবেং অদু হুকপীখিবা, প্রকাসনা মদুগী ইকায খুম্নবা উৎপা ওইনা মঙক্তগী লৌথোক্লগা অনিতা সেঠিগী মঙক্তা নুংশিনা হুকপীবমই।

মখোয অনি খুৎশম্না ধর্মগুরু অহুমগী মনাক্তা চংশিনলক্তুনা খুরুমজবমই অমসুং ধর্মগী লাইবিকশিং অদু মখুৎনা শোক্লমই।

গুরু অহুম মক্কা বব কৈন্যা অনিমক্তা মঙ্গোল অশিবর্বদ পীবিবকই -

১- "মঙ্গোল ওইয়ু বব কৈন্যা অনিমক পুন্সি নুংশাংবা ঈশ্বরনা পীনবীবা ওইশনু মঙ্গলম মঙ্গলম হো!"

২- হে অল্লা ঙসি ইমাংদা লেপ্পবিবা বব কৈন্যা অনিশি পুন্সি নুংশাং পীনবীয়ু।”

৩- হে যীশু খৃষ্ট অদোমগী নফমদা পর্থনা তৌজবি মদুদি ঙসি ঐগী ইমাংদা নহাক্কী বাইবল পাইদুনা নুংশি লিপুনগীদমক্তা ব্রাশক লৌবিবা বব কৈন্যা অনী অসিগী য়াইফ মঙ্গোল, পুন্সি নুংশাংবা পীনবীয়ু অমি অমি। (অমেন)”

ধর্ম্ম গুরু অহৃমগী কৃপা ফংলবদা তপ্না লৈথোক্লতুনা মপাবুং অচৌবীবু খুকমজবমই। মপানা মঙ্গোল ওইয়ু ইচাশা ! ঈশ্বরনা পুন্সি নুংশাংবা পীনবীবা ওইশনু। মথংদা মযাম্বা প্রমোটকী মনাক্তা চংশিন্দুনা খুকমজবমই। মনাওগী নুংশিববা মওং মতৌ অদুদা মবুক্লিং পেন খ্রদুনা মনাও প্রকাসপু কোনখৎলগা মথানুংদা চেৎনা কোঞ্জে।

নোংঙ্গাখ্রবী মমাবু নীংশিংলক্তুনা হিক্লা হিক্লা কাপমিন্নখি -

প্রমোট- “ইমা ! ইমা লাইববী। ইমা নঙদি নচাশিংগী ইতৌশে উবা ফংলম্ল-বোয়দকো লাইববী ইমা ! নুংঙাইবা মশক খংদনা নোংঙ্গাখ্রবী ইমা !”

মমাগী মমিং পন্দুনা মচাশিংনা থম্মোয পুবা যাবক্রবা অচৌবী কংলুববা মিৎলু পিবাং ইবা হৌবকখি কুমগী নোংহৌগুম থিংবা ঙমদনা। মখুদৈ অমোনবা অদুনা মীযাম মমাংদা মখোল থোক্লা কপ্পচবদি ঙমজদা তৈথোকচৈ শিন্থবকলিবা পিবাং তপ্না তপ্না !

মতৈমসু মপী নৌবী ওইবনা হিক্লা হিক্লা তেংথাদুনা কপচখি। মপুবোইবা অমসুং মনাও প্রকাসকী। নুংশি ইফুৎ কাইবকপদা অউবা কযাগী থম্মোযনুংদসু হৌবকখি পিবাং ! কাযনবা চৈথেং ফংলবী পিনৌবী কযাসু পিবাং তৈথোক্লবী। মযাম্বগা মতম খবা কপমিনকুববা মতুংদা অমুক মতৈমগী মখোংদা তুববে।

মতৈমনা মখোয অনিবু যাম্না নুংশিবা মিৎযেংনা যেংলদুনা হাযবকই-

- “মঙ্গোল ওইয়ু ইনাওশা ! নুংশি চান্না হিংমিন্নশি ঐখোয।”

মথংদা জেমসনা লাউথোক্লকই -

- “এন্টেসন প্লিজ, হৌজিক ঐখোয়গী থৌবম মখা শমথজবকপগা লোযন্না হৌজিক লৌবিবশি বব কৈন্যা অনিগী অবেপ্পা পূক্লীংগী ওইবা ব্রাফম খবা অহানবদা, ঙসিগী বব ওইবিবিবা ঐগী ইযাম্বা শক্লবা প্রকাসকী মফমদগী তাবীবশি।

- "লেংশিনবিবকশি য়াম্নুং অদোম্বু ময়াম্না খৌবাংনা ঙাইদুনা লৈনবে।"

প্রকাস তপ্না জেমসকী মতেংনা মাইক্রফোন পাইবগা হায়বকই -

- "নুংশিজববা ঐগী লমদম অসিগী অমদি অবাপ্পা মফমশিংদগী ঐবু নুংশিবীদুনা লেংবীবক্লিবা খ্বাই পুম্নমক্কী মফমদা তোল্লবা শোইনাইববা প্রকাস ঐহাক্না অহানবা মক্তদা নোল্লক্না খুরুজবগা লোয়ন্না তবাম্না ওকচবি।

ময়াম্না খুবাক পেন্না খুনবকই। হুইশেল হৌনা খোংজিনলকই।

মতম ঙাযহাক লৈবগা মখা তাথবকই-

- "ঐহাক হিন্দুনি অদুবু ঐখোযগী ধর্ম্মদা শেমদোকচনিংবা কযা য়াওই। অদুমক্কনি ঙসি ঐনা পোৎপাং-অউন পোৎকী থৌবাং তৌহন্দ্রীবশি।"

ঐখোয় খুদিংমক্না ধর্ম্ম খুদিংমকপু ইকায় খুম্নগদবনি। মসিনা লৈবাক ইবাং হৌবিবশি খবা মখৈদি শাফহনবা ঙমগনি। ঐহাক শ্রীলঙ্কাগী শাথিববা L T T E গী এম্বুস অহুম শুবা ওইনা হকথেংনজবক্কবা I P K F নি। অহুম্লকশুবা এম্বুসতি বমগী লাং ওইবম্বনা ঐগী য়েৎথংবা খোংদা শোকখি। অদুবু ঐখোযনা অঙম্বা থৌনা উৎতুনা লাম্থেংনবদগী ঐখোয়গী কমান্দবগী পুন্সি কনবা ঙমহৌইখি। লানফম অদুদা ঐগী খোং শোকচখ্রবসু সিফায অমনা পাক ফংঙমদ্রবা প্রমভিব চক্রা হন্দক লাক্কীবা অগষ্ট তাং ১৫ দা ভাবতকী প্রসিডেন্না পীগনি হাযদুনা ঐখোয ইয়ুনিট কমান্দবদা চে লাকখবে। ঐহাক্কী ফিভম অসিনা তুং কোয়না থবক তৌজববো হাযদুনা মেডিকেল ডিচাজকীদমক্তা দবখাষ্ট থাবস্লে। ঐখোযগী ওফিসাবশিংনদি চহি ১৫ ফাওবা থবক তৌহননিংই অদুবু ঐগী পুক্নীংনদি মদু পান্নক্তবে হৌজিক ঐহাক থবক ফজনা তৌবা ঙমখিগনি। ইমিৎ তাংদে। অশেংবা নুংশিবা খঞ্জনবগীদমক্তা মিৎতা অঙৌবা ঈ তৈশিনবা ফি মচেৎ য়েৎশিঞ্জবনি। থেং যু অনিতা সেঠি। I love you Very much অনিতা হবাওজবনা ইকাযজবগী ব্রাখল মীয়াম মমাংনি হাযবা কাওখবে। নুংশিনা চেনশিন্দুনা মপুবোয়বা ওইববা প্রকাসকী হকচাংদা চেৎনা কোনশিঞ্জবমই। মধুবালা অমসুং প্রীয়াদি ইঙক ঙক্না য়েংদুনা লৈখি।

মখোয অনিগী মতৌদুদা মবুং বনজিৎ সিংহ হবাওজবনা পঞ্জাবী জগোয শাবদুনা প্লেট ফোর্ম মথক্তা কাখৎলকখবে। মখোয মতৌদুদা মিযুজিকশিযানশিংসু মতাং চানা পঞ্জাবী ভাঙ্গাবা ডান্সকী জগোযগী তান যৈদুনা ভাবোক অঙাওবা কয়াসু হবাওনা লাওদুনদা জগোয শামিন্নবমই।

- "বল্লে বল্লে ! হোয় হোয় !

মেবে পীয়াবে বহিন ! ঐনা হায়দবা।"

ঙায়হাক জগোয শামিন্নবা লোইববা মতুংদা বব কৈন্যাগী মফমদা লেংশিনখবে। ঈশৈ শকপা কালাকাবশিংনা নাকল অমদগী পবদা হায়দোক্লতুনা থৌবম অদুগী পূক্লীং চিংশিনখি। অহিং চুপ্পা নুংঙাইনা হবাও তয়াম্না অঙনবা য়ুক্কী কোবৌ মশক উদ্রিবা ফাওবা মথং মথং অপান্না ঈশৈ খন্দুনা শকহনখি। ময়ামগী অপেনবনা প্রকাসকী অপেনবা ওইখি।

*****

## তবাহুমদোইশুবা পন্দুপ

বিশ্ববজিৎ য়াম্না কন্না নাবে। মবুংগী অব্রাবা মচল য়েংবা ঙমদ্রদুনা লোন্না থুপ্না থমজবমকবা পৈশা ফাওবা পুথোক্তুনা হিদাক লাংথক লৈদুনা পীথকই পীজৈ। অদুবু ফবক পগী মহুৎতা নোংমা নোংমগী অনাবগী ফিভম শোকচিন খবে।

মচলনা সেবা তৌজৈ স্কুল ফাওবা কাদবা মখৈ। লমদম অসিদা কনা লৈবগে মতেং পাংবীনবা মচিন মনাও নত্তনা ! মন্দোমচা বাধাদি হেন্না হ্বাওখ্রবনি। মহাক্তা শিখ্রবদি হায়দুনা। বানিবলা অশোনবা মবুংগী মনাক্তা অহিং চুপ্না সেবা তৌদুনা লৈবকপনা মশা য়াম্না শোঙ্খবে। ঙসিদি মিৎলু পিবাং মবক্তা লোন্না লোন্না নোংঙ্গাখ্রবী মমাবু কৌদুনা কপ্লগা মতম লেল্লি শিবগী অবোইবা পুংজা ঙাইদুনা ... !

"হে ইমা ! নচা ঐখোযবুসু লৌশিনবিবো ! কযাম কুইনা অশুক ব্রাববা ঈপাকশিদা ঈবাক্রদুনা লৈখিগনি। নুমিৎ ১৫ চুপ্না ডাক্তব মাইবা কনাসু কৌবিদনা লৈবকপদুনা বিশ্ববজিৎকী অত্মা শাওখ্রমালে। নুংশিববা মচলবু হন্না য়েংলমদনা তাইবঙ মপুগী শমু হকচাংনা মলেমদা শিন্নবম অম্মমথবৈ কুমখ্রে। তুম্বা চাবগী ব্রাখল থাদোক্তুনা মবুংগী সেবা তৌজবকপনি। অদুবু চৎলমদায়গী মতমদা মিৎকুপ অমতং পোৎথাজবিঙে মচলবু হৌবিবমদে চৎলগে হায়বা ব্রাহৈ অদু ফাওবা পলমদে তুমিন্না থোকখবে, বিশ্ববজিৎকী খাংবদা ব্রাববা অত্মানা।

মচলনা মিৎকপ থোক্লকপদা হান্নগা মান্নদে মশা য়াম্না ঈংশিন্দুনা লৈবমই। হকচাংগী মিহুনশিং মথং মথং পাইদুনা য়েহলুবদা ...। মবুংগী হকচাংদি নুংশিববা অত্মনা থাদোক্তুনা চৎখিবা ওইবন্নে।

পাখৎতুনা নুংঙাইনা তেবা মোনপাক মোন্দুম মথক্তা চেপ্না লোংনা য়াতাবিবী মন্দোমচা বাধাবু যাম্না কিনা কিনা হৌদোকচৈ।

- "ইন্দোমচা ! ঐখোয় তামো কৈনো অমা তৌবন্নে।"

বানিবালা পাখৎতুনা হায়জবিবা অদুবু বাধানা তুম্বা কায়ত্ত্রগনি হায়দুনা তাশিন্দনা লৈখবে। কৌবদা খুন্নীবক্তবে। যেত্তা য়াতাবম্বা বাধা ওইবোমদা চেপ্তুনা তুমথবা থেমখি।

বানিবালা ! মহাক্কী অব্রাবা তাইবঙ কনানসু তাবিদ্রবদা অদুদি কবি তৌবশিগে রাখল মণ্ডল মণ্ডল খনবা হৌবক্লে। ঘড়ীদা হঙ্গৎনা যেংঙুবদা পুং ২ ৩০ দা তাবল্লে। অথেংবা অহিং অসিদা নুপী ওইবী মহাক্লা কনাদা কবি হায়দুনা হৌদোক্কুগনি। মফম অসিদি তোংঙান তোংঙানবা মফমশিংদগী লাক্কুনা খুন্দাবিবা বিফিযুজি ঙাক্তনি। বেঙ্গোলি,অসামি বিহাবি উবিষ্যা অতৈ নগাশিং।

লুপা অমা হংলুবদা পিনদবা মফম্নি। হৌজিক নুংশিজববা মবুংদু থব্রায়না কান্নদ্রবা হকচাং পোল্লাং থাদোক্কগা চৎখ্রে খংলবনিনা মনাক্তা মথন্তা ফমদুনা লৈগদবদু কিবক্তুনা ফৈজুপ্না মমায কুপশিনবিবল্লগা মহাক্কী কাদা চংদুনা হিক্লা হিক্লা তেংথাদুনা মথন্তা কপচখি।

নোংঙাল্লমদায নুংশিৎ মালযা হুল্লক্লে লিবি লিবি তাইবঙদা অনৌবা মপাউ পুবদুনা ! নুমিৎ কযানি মমাংদগী তুমদা চাদা মফম খংদনা মবুংগী সেবদা লৈজবকপনি। অদুবু ঙসিদি মবুংগী থব্রাযনা অম্মথবৈ কুল্লমদায অব্রাবা চৈথেং অমদি চল্লবী বানিবালাগী থম্মোযনুংদগী শৎতোক পীবমই। ইচলশি যাম্না রাজবে ঐ লৈবদগী।

তাইবঙদা হাযনবিবনি অনাবগী সেবা শিবমদায মৈচাক,থব্রাযগা হকচাংগা খাযনবমদায় ! নুংশিববা মবিনি শংসাব অসিদা, ইপু-ইবেল, ইমা-ইপা, ইচল-ইচে, ইয়াম্বা-ইনাও, অতৈ খুবা, মামা, তাদা, ইমাবোক, ইন্দোচা, ইনে, ইবায অতৈ মবিমতা মকপ মপাংনি পুন্নমক্লা লৈকায অমদা লৈমিন্নবা হাযবশি !

অদুবু লৈফম্না মওং চাবক্তবা, ফিভম লাক্লবদি হোংখিবা তাবকই নুংশিববা ইপা ইপুগী মফম, পোক্লফম লমদম। নোংঙালে। তুম্না পেল্লে। বাধা হৌগৎলক্তুনা বিশ্ববজিৎকী মমাযদা কুপশিলিবা ফিদু খংদবনিনা হায়দোক্লমই অদুগা বানিবালাবু ঙাংবা হৌবকই -

- "কদায চৎখবে ? অনাবা মবুংসি মমাযদা মফি অথাবশি কুপশিন্দুনা থনল্লগা বানিবালা ! বানিবালা !"

মতম কুইনা পোৎথাজবা ফংদনা তুমথকুবনা তাখিদবে মন্দোমচা বাধানা কৌবদো। কৌবম্বদগী খুন্নক্কুবা অদুদা কোইনা থিবকই। বানিবালা ফম্মুংদা মখোং যাম্নবগা তুমদুনা লৈবমই মদু উবদা খংশাও শাওবদুনা মমাযদা খুপাক্লা থাবমই অদুগ্যা মখুৎ পাইদুনা চিংখৎলগা হায়বকই -

- "মীনায় নুবী নঙনা তৌবিবশি কবিনো হা ! অহিংদনা তুমহন্দে কপশিনবগা লাওশিনবগা হৌগৎলু ! তুমগে হায়বসু ইমুংগী থবক লোয়শিলগা তুম্মু ! নখোয তাৎ পাৎকী থবক্তো মফম অসিদদি য়াবোয় খঙলব্রা !"

তুম্নুববনিনা মবাল লানখবে। খুমফম খংদবে ঙবাং শিখ্রবা মবুং বিশ্ববজিৎ হিংলিবগুম্না পূক্লীংদা লৈবি। ইঙাও ঙাওখবে হন্না ফাওবা যেংনবা মতম লৈতবে ইমুংগী থবক ৱাযশিৎ-লমশিৎ কোল-লিক ফেংবনচিংবা মথং মথং হৌবকই।

কোন ফেংনা ফেংনা ঙবাং অহিংগী থৌদোক খংনিং নীংশিংলকখিবমই। কোন অফেংবা লোইবদুনা চাকখুম মমাংদা হেক থম্বগা মন্দোমচা বাধাবু কৌবদুনা হায়বকই -

- "ইন্দোমচা ঐখোয তামোদো !"

কোম্থোংদা মমান্নবী অমগা ৱাকোয শুনবম্বনি। ৱা মবক থৎলকপা অদুদা শাওবদুনা হাযবকই -

- "অঙাওবা- অঙাওবী নখোযগী ৱাদো ঙাইহাক্তা পুথোক্লখিগনু মফম অসি কোম্থোংনি খংলবা কোন্না ঙাংনশি।"

অদুনা হংলকই খংনিদুনা -

- "মহাক অসিবু কনানো ঐবু ঙহান মখৈ উদেনে।"

- "উবোই ইবেম্মা ! আ. মণিপুবদগী কোনা অমদগী ইতেং ওইগদবা হাযদুনা থেন্নগা,মখোয ককানা পুবক্লিবনি। মহা উবিদ্রোপ্পী। মবুং মমিৎ তাংবা, মখুৎ মখোং যাদবা অমশু চেন্নবকই মহা বৈবিনি ইবেম্মা! অৱাবদা অৱাবা হাপচিনবীবিবা। হন্দক্তী নাদুনা সেবা তৌবদা অহিং মচেৎ অমা তুমফম খঙলক্কুবনি। উবৱা হকচাং কাশে থবাক্লীশক ফাওবা উবিবসিনি।"

- "হোযনে ! ইমুং অমদা অশোন অনা অমা লৈবা হায়বশি খুবৌগী খুবৌ থাংবা ঙাক্তনি। পূক্লীংসু লৈতাফম খংদবনি।"

- "অদুনি ইবেম্মা ! ঐঙোন্দা মখোয় মচিন মনাওনা ওৎপীবিবা ! মীনদি ঐবু ফওবী চিনগনবী শৌ শৌলাওবীনি হায়নবিবা।"

- "ইবেম্মা মীগী মচীনবু কনানা মেনবা ঙমই হায়বগে, হায়নিংবা মখৈ হায়নজশনু তাবিগদবা ঐখোযনা নাদা হাপ্তুনা তুমিন্না লৈথোক্লগা লোয়বে।"

ইমুংদগী মবুংগী থব্রায য়াওদ্রবা হকচাংবু চেৎনা কোঞ্জবগা কপ্তুনা লৈবা খোঞ্জেলদু বাধা অমসুং মমান্নবী ফম্মীনবীবী অদুনা তাবদুনা চংশিনলকই।

বিশ্ববজিৎ শিবে খংবগা চংশিনলক্লুনা হংলকই -

- "কয়াম কুইববগে ইবেম্মা ?"

কপ্না কপ্না খুল্লকই -

- "ঙবাং অহিংদগীনি।"

ব্রাহং মখা কোথদুনা অমুক হংলকই -

- "অদুদি নঙনা কবিগী ঐঙোন্দা খঙহনলক্তে। ইশ ! মসিদি কবম তৌগনি।"

- "ঐদি হাযজবনি ইন্দোমচাদা অদুবু ইন্দোমচানা তাবিখিদবনি।"

বাধানা লাওহৎলদুনা হাযবকই -

- "নচিন্দু থিগনুনে নবালদো থৈদোক্লবা বানিবালা তুমিন্না লৈখি মশানা অবানবা তাজবে। মথন্তা শোঞ্জে হৌজিক্তী নুমিৎ আ: য়ৌথ্রবনিনা লৈকায়গী অহল-লমন পোৎলোয়বীগদবা নহাবোল পুম্নমক মহৈ মহৈ মাগী মাগী মথৌদা চৎথোক্লবন্নগনি।"

মমান্নবী অদুদা যেংলগা হাযবকই -

- "ইতা লাকও লৈকাযগী অহল লমন নহাবোল পুম্নমক্তা পাউ হাযদুনা মথৌ মঙম পাংথোক্তবা যাদে।"

বানিবালাদা ওনশিন্দুনা হাযবকই -

- "ইবেম্মা নবুংশে পোৎলোযন্নবা টৈযাব অমনবা অমা অদুগা মৈচাক ওইনা থান্নবা শীং মোন ৫ দংগা লৈদবা যাবোই পৈশা থৌবাং তৌবম্মু।"

অদুগৈ প্রকাসনা থাবীবকখিবা থব্রাযদগী হেন্না লুনা খঞ্জদুনা থমজবিবা পৈশা অদু নত্তনা অতৈ পৈশা লৈত্রবীনি। হৌজিক মন্দোমচানা মবুংগী হকচাং পোৎলোযন্নবা হাযজিল্লকপদা ফুম্বংম্না লৈহৌই।

ওজা ওইবগী থাগী টলবসু লুপা ১ ফাওবা খাকহৌদনা পীশিলিবনি অদুগী মথক্তা মবুং অশোনবা অদুনা নোংঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা লম্বী চিদায়দা পীক্লবা খাংপোকশং অদুদা উফুল মবক্তা ফমদুনা তালকপা শেনফম অদুসু মন্দোমচাদা শিকি কাইথোক্তানা লৌশিলিবনি। অদুগা ঙসি ব্রাববা চিববা মতম অসিদা পৈশা পুথোক্লউ হায়বক্লি। পৈশা অদুদি নোংমা মতাং চাবা অমদা হন্দোকপীখিদবা শেনফম্লি। অবেপ্পা লৈত্রিবা !

মী খোম্বা চৎপ্রবনিনা মীদি য়াম য়ামদবা খবা লাক্লুনা মহাক্কী হকচাংদু তুমহন্দবা য়াবোয় পুথোক্লগনা মীয়াম মমাংদা কোৎচি থাংদুনা ঙাংলক্কদৌবি হৌজিক কবি উপায় লৈবি।

খনবা য়াবা মখৈ খল্লুববা মতুংদা মহাক্কী মফি মবোল হাপ্পা উপু অদু হাংদোকই। মথক ইথং থংবদা মবুং বিশ্ববজিৎকী মনাও শুধিবনা লৈবিবকখিবা অমুক অনিবক্তগী হেন্না শেৎনখিদ্রিবা ফুবিৎ ফিবোল য়াওবমই ফিশিং অদুবু চেৎনা থাগোন্দুনা হিক্লা হিক্লা নোংঙ্গাপ্রবা মবুংগী মমিং কৌদুনা তেংথাদুনা কপ্লকই -

- "হো তামো ! নহাক্কী ফুবিৎ খোঙ্গ্রাও অসিবু কনাগী মফমদা শিনকৃগদগে। নোংমতা কেজ নৌজবা সংসাবগী নুংঙাইববা কুম্মৈ কযা উবা ফংজদনা নোংগাখবেদকো তামো নঙদি।"

পলেম ইমা লাইববীনা খৌবাংনা ঙাইবল্লগনি মহাক্কী মনাক্তা চংঙুকো তামো! ঙসি ফাওবদা লাইববী শোইনাইববী ঐহাক্লা লৈখিদ্রবী ইমা পাবুংগীদমক্তা কবিগুম্বা বস্তু(পোৎশক) মফমদা অত্মা শান্তীগীদমক কৎচবা ঙমদনা লৈবিবনিনে তামোচৌ।

মপান্দা মী লাকপগী মখোল তাবকই কপ্লম্বা লেপ্লগা ইমুংদগী লৈজবা ফিদা পুথোক্লনা থাই অদুগা ফমহনলমই। মতম্লা খুৎযৌনবকপনা মহাক্কী শাডী অহনবা মমল অয়াশ্বা প্রকাসনা লৈবীবকপদু ময়োম কায়দনা উপুদগী লৌথোক্লগা মহাক্লা হায়জবদা য়াগদবা অহল অমগী মনাক্তা চংশিলকই অদুগা হায়বকই -

- "পাবুং নচা তামোগী হকচাং পোৎলোয়ন্নবা শীং থাউ পোৎ-চৈ অমত্তা লৈতে অদুনা কুইবক্লোয় ঐহাক্কী ইমান্নবী অকনা খোয় ফাওবদা পোৎশি পুবগা শেল খাজিক্তা ফংগদবা য়েংজকৃগে।"

অহন্দুনা মচাগুম্বী তনৌবিবী বানিবালাবু মুন্না যেংলগা হায়বকই -

- "ইবেম্মা নঙগী পোৎতো থমজিনজৌ। তৌহৈদে মবুংগী পোৎলোইনবা পৈশা লৈত্রগা মচলগী শাডি যোন্দুনা পোৎলোযবা। ইপাগী দুকান্দা শীংসু টয়াবগু লৈবনি হযেং ইচানা তপ্পা হঞ্জিলকপা যাগনি।"

মতৌ অগুম্না ব্লাবক্লবা মতমদা মহাকপু নুংশিবা পুকচেল চাউববা অমা যাওবম্বদা বানিবালা ব্রাজবম্বা থব্রায খবা শাফজৈ। অহন্দুগী মখোং শোক্লা খুকমজদুনা মিৎলুগী পিবাংনা চামখি পুকচেল চাউববা নীপা অদুগী চবন অনিমক। হায়নবা লৈ অব্রাবা তাববা মতমদা মতেং পাংবিবকইবা মীদু অশেংবা মরুপ্পী।

মঙোন্দগী হেনবা ধর্ম অমা লৈত্রে সংসাব অসিদা!

মীয়াম্না মাঙ্গোল শুমাংদা লৈবম্বা উবদা বাধা যাম্না তফিং তফিং থবক ফবা শাবদুনা কোইচেন চেনশিন্দুনা লাউবগা হায়বকই-

- "কদাযনো ঐনা হায়বম্বা পোৎতো মযাম লাক্লে ইবেম্মা হৈশিংবী। পৈশানেনা টলব ফংলগা খজিক্তা ফাওবা পীশিলক্তবা।"

মঙ্গোলদা ফমলীবা অহল অদুনা তপ্পা খুম্নকই -

- "ইবেম্মা তপথখো ফিঙ্গৎখিগনু কো নঙনা হায়বা পোৎশিংদো আ শাশান ঘাটতা পৈদুনা লৈবম্লগনি। অশোমদা শর্ম্মানা শোনবা খোৎপা অদুগা মা পুথোক্লবা শেম্লীবা কাংথকশে অমুক্তা লোযশিনখিশনু অঙাংশিংদা পংচৈ চৈবীকগনু।"

তাবদা ব্রায। ব্রা মখা তাথবমদবে ইঙক ঙকখবে অহন্দুগী ব্রাঙাংদু তাবদা। নাকোযননা হায়বকই -

- "এ খুবা ইবুংঙোখোযসু লেংবীবক্লমই। খংদ্রেদা খুবা অশি অনা থোক্লকপা হায়বশে বিভুলা চুবা জাৎনি।" মপুক্লীংদদি খল্লী। মসি অঙাংশি মবানাই লোৎশিন্দুনা থনম্বা জাৎনি। খঙগনি! ঐ তৌগে অষ্টি শ্বার্দ্ধগী শেনফমসু মঙোন্দা ঙাশিনগে। ইমুং লোমদা ওনশিন্দুনা হায়বকই -

- "হায ইবেম্মা বানিবালা! চুকপ বিডী থক্লীংবা যাওবমগনি মদুসু পুখম অমদা হাপ্লগা পুথোক্লকউ। ঐদিনে খাগা-ব্রাংগা চেনবদা ফৈবাক্কাশে তাবে। অহিং শিবগসু শিবে তাক্লমদে নুংঙাইনা মাগী ফমুংদা কাখৎলগা তুমদুনা

লৈথোকই অশিবা মবুংদুনা ফৈজুপ অথাবদু শুপচিলগা থনমই। ইমায পেম্মা ঙমখ্রে ঙমখ্রে। লৈত লৈত অনাবা চান্নবা ঙা মচেৎ অমা লৈবীবকপদুসু স্কুল হলকপদা চবা ব্রাম্বোক্তুনা চাথোক্লমই। নুংমুক কনবা থম্মোযনি।

শর্ম্মনা শোন্দুনা থৌবাং লোইশিনখবে কুদা থাংঙ্গৎখবে। মচলনা মতুংদা ইন্দুনা কপ্পা কপ্পা পুবা য়াবা পোৎ পাইদুনা ইন্নবি। ব্রাখলনা খল্লি -

- "ব্রাবা খবা ফবকপদা মীয়াম মমাংদা মীৎলুগী পিবাং খবদি উহন্দবা য়াদে। "হো ইবুংঙো পুকফবা নন্দোমচা লাইববীবু ব্রাবৌবীগনুকো। নোংমতসু নপূক থন্না পীজবা ঙমখিদে। ব্রাবৌগনু ইবুংঙো বিশ্ববজিৎ।"

মচল মবায়বক থীবীবু থনমদুনা লমদম কৈদনোনে চৎলিবা ইবুংঙো! নন্দোমচা লাইবক থীবীবুসু পুবীবোনে ননাক্তা! কবিগী অব্রাবা ইপাকশিদা হুন্দোক্তুনা থম্বীবমই।

"হো ইবুংঙো বিশ্ববজিৎ।"

সংসাবগী ফজবা অথিবা মশক উবা ঙমজদ মফম মবাং খংদনা হেক লোইখিদকো পুঙ্গি! হলকখোনে ইবুংঙো নুংশিবা নন্দোমচাদা নবুক্লিংগী অব্রাবা মপাউদো অমুক্তা পেন্না তল্লমখো, হো ইবুংঙো বিশ্ববজিৎ! বিশ্ববজিৎ পুকফও! নন্দোচাবু থাদোক্তুনা, নচলবুসু থাদোক্তুনা লমদম কৈদনো চৎলিবা।

মীয়াম্না তেংথাজববসু শিথ্রবা থব্রাযনা কৈদৌঙে অমুক হলকখিবা লৈতে। ব্রাখল অসি খন্দোক্লগা নুপা ওইবশিংনা থম্মোযদা নুংঙাইতবা ফাওজববসু তুমিন্না য়েংলগা লৈনৈ।

মচল বানিবালাদি কপ্পাদা মপান লৈখিদবে। লৈকাযগী মনে মন্দোলশিংনা মহাকপু শেন্নবদা ব্রান্নবে। মখোল তাখবে মবোল থোকখিদবে। মিৎলুগী পীবাংলক্তা ঈবাক্লখবে।

চৎখ্রে শমু হকচাং দোলাই তোংদুনা হিপ্পবা শন্দুক থক,ফাওববোই মৈশা খাম্বীগী,তিনখ্রগনি ঙসিদগী মালেম লৈশাদা অমুক।

*****

## তবামবিশুবা পন্দুপ

কুমাব মাগী কাদা হিপ্লী। মমানা মচাগী অৱা-অনা য়েংশিল্লি। মবক মবক্তা তিল-কাং হযিংনচিংবা তোংলকপা অদু অমোনবা গমছা অমনা হুমদোকপীবি।

কুমাব টেজপুবদা লৈকুবদগী মশা যাম্না শোকচিনখবে। কৌবা ঙাংবা ফজনা খুম্মু হাযবা ফাওবা যাখিদবে। মহাক্কী লাইযেংন্নবা হোৎনবদা মবৌচা পবি অমা চৎখবে। মেম্মা মচাগী অনাবা সেবা তৌবিঙৈ ইখোল-শংবল যেনখা-লুখা নাপীশিংনা কযানা যোমখ্রে।

মহাক মশানা নোক্লগা নোক্লি। মচানা কপ্লগা কপ্লি। চাফম-থকফম খংলকতবা কুইববনা মেম্মাসু মমান্নবী কযাগী শক্তমদগী ফিভম হেন্না শোকচিনখবে।

মপান্দা কনাগুম্বা কনাগুম্বী গাডী তোংলগা চংলকখিবগী মখোল তাবকখি। থোংনাউদগী চেপথদুনা যেংথোকখিবদা প্রকাস অমসুং মহাক্কী লোযনবী অনিতা সেঠি তুংথা মাংথা মাঙ্গোল কাখৎলকখিবা উবল্লমই। মেম্মানা মখোয হেক উখিবদগী খুদক্তা ফম্মুং ফানুং টেবলদা মোৎলম্বা পোৎ-চৈ কযাদু নিংথিনা লোইশিন্নবা হোৎনবমই। চংঙকপনা হানখ্রে।

মাঙ্গোলদগী কৌবকই -

- "ইমা ! নচাখোয লাকচবি। মকুপ কুমাবদি !" পাখৎনা খুন্নকই -

- "ইবুংঙো প্রকাস লেংশিনলকউ । এ ইবেম্মাসু যাওবক্লি। চঙকউ কোইগনু ইবেম্মা! কাশে খবদি চাইবে।"

প্রকাস - "ইমা অনাবা যাওবদি হেক্তা যাদবনি।" অনিতাদা ওনশিলগা হাযবকই -

- "ফম্মো অনিতা ! মহাক ঐবু হেক পোকপী ইমাগী মমান্নবীনি। মবম অদুনা মঙোন্দা নহাক্লা ঐনা কৌবগুম ইমা হায়না কৌগদবনি। লাকও খুকমশি। অনিতা অমসু প্রকাসনা চঙশিলক্কুনা মেম্মাগী মখোঙ শোক্লা খুকম্মী -

- "ইমা নচা ঐখোয়না খুকমজবি।"

প্রকাস অমসুং অনিতাবু হৌগৎপীবদুনা হায়বকই -

- "ইচাশা হৌগৎলু। ইচাগী লুহোংবদু নমাসু লাক্লীংবনি অদুবু নহাক্কী মকপ্পা ফম্মুদা চেপ্লা লোংনা যাতাদুনা লৈখিবশিদা মীবোল লৈজদবনিনা লাক্লিংলবসু লাকপা ঙমখিদবে ব্রাবৌগনুকো।"

প্রকাসনা নোকফেৎ তৌবগা খুন্নকই "এ ইমা অদুম্মা খনবীগনু। অহানবদা মকপ্পা যাম্না ব্রানা চেন-চোংদুনা হোৎনবীবমই হাযদুনা পাবুংনা তাকপিবকই।"

মেম্মা - "খংদ্রে ইবুংঙো মীওইবগী লাইবক হাযবশে তম্বা ঙমদেনে। নঙগী অনিশুবা ইন্ট্রভিযু নুমিৎক্কী অযুক্কুদা মহাক্লা অকুবা থবক অমা চৎলুখিগে হাযদুনা চৎখ্রগা গাডী এক্সিডেন্ট থোক্কুনা ঙসিগী ফিভম অসি তাখিবনি। নুমিৎতুদা নযাম্বা প্রমোটসু মাগী স্কুটব তোংদুনা অকুবা চে-চাং লৌবা চেলক্লমই অদুবু হলক্কবনিনা পীখিদে। নমাসু ঙসি ফাওবা নুংঙাইত্রিবনি।"

প্রকাস অব্রাবগী শাংলবা খোব অমা শাংনা হোন্থবগা খুন্নকই "খংদ্রে ইমা মীওইবগী লাইবক হাযবশি তম্বা ঙমদে। নচাসু যেৎথংবা খোং অসি যেক্লবগী নোংমৈ গুল্লিনা পানখিদুনা মনুংদা যোৎ ফুন্নগা চৎলিবনি।"

- "ও ! ইচাসু খোং যেৎ য়াদ্রবোযবে। নুংঙাইতেদা !"

- "পুম্নমক ঈশ্বব মহাক্লা লাইবক্তা ইদুনা থম্নলবনিনা থোক্লীবনি।"

- "হোয অদুম্মা হাযবা তাবে। ইহে ! ঐদি ব্রাবী শান্নবিঙৈ ইকাওবু কাওথোক্লবে। ঐ চা লোনবীকখিগে ফম্নমু মকপকা !"

- "যাবে ইমা ! ব্রান্নবা লোনবিকগনু চাক চাবকপদা ঙাইবি।"

- "এ· কুইবোয় কুইবোয় ! লাকথোক্কুনা লাকপবু কবি অমতা চাদ থক্তা হনবা য়াববা ?" মতমদুদা অনিতানা মাগী বেক্কগী চান্নবা হাপ্লকপা অঙ্গুব বেস্কুটশিং মথং মথং লৌথোক্কুনা টেবল মথক্তা থমই। অদুগা হাযবকই -

- "ইমা শে ! অনাবনা চান্নবা।"

- "ঐখোযসু ৱাবীদা কাওথোক্লুবে।"

- "ইমায পেম্মা ! ইম্বোক্লা যাম্না পুবকখবেদকো ইচাশিংনা।"

মচাদা ওনশিলগা হায়বকই -

- শে, শোমদা অমুক্তা চেপ্লগা যেংলকউ। মকপ প্রকাসতো মাগী লোয়নবীগা নঙগী অনাবা হংবা লাক্লিবনে। ফম্মিনবম্মু ঐ চা লোল্লুগেকো !"

য়াম্না তপ্পা হংলকই মচা কুমাযনা -

- "কনা লাকই হায়বা ইমা ?"

- "নহাক্কী মকপ প্রকাস ! অসিদা ফন্নিবশে !" হাযদুনা মমানা মচাদা তাকই।

য়াম্না পাখৎনা হিপ্লম্বদগী হৌগৎলদুনা মমাগী মতুংদা লোৎলগা হায়বকই

- "ইমা ! নহাক চৎখিনু ঐ মহাকপু কিজৈ।"

মমানা নোক্লগা হাযবকই -

- "হায় অঙাওবাও ! কবিশু তৌবোয়নে নঙগী অনাবা হংবা লাকপীনিনে।" শে শে, মীগী মমাংদা ইকায়জৈ। ফম্লগা ৱাবী শান্নবম্মু।"

প্রকাস মকপ কুমাব থেমজিনবা ওইনা হাযবকই-

- "মকপ ! ঐ কবিশু তৌবোযযে মকপকী অনাবা হংবা লাকচবিবনি। খবা ফবববা কমদৌবিবগে ?"

মমাগী ইনফি মকমদগী লোন্না যেংলগা হাযবকই - "অদুদি হাযযু মহাক ঐগী মঙলান্দা তৎতনা লাক্লবোয হৌজিক প্রোমিস তৌদুনা হাযবম্মু।"

নোক্লদুনা প্রকাসনা হাযবকই -

- "ইম্বোকপনি ! মঙলন্দা কবিগী তৎতনা লাক্লগনি তাইবংদা ওইনা তৎতনা অনাবা হংবা লাকচবগে।"

- "ওহ ! নুংশিদা! হৌনা নোক্লবগা অমুক কপ্পদুনা কুমাবনা মকপ প্রকাসতা হায়বকই - "বানিবালা ! নহাক্কীদমক নুমিৎতুদা ঐনা কযাম ৱাজখি। ঐনা হাযদবা ঐগী মকপ লাক্লগা নহাকপু শোয়দনা হংলগনি। নত্তে নত্তে ইবেম্মা নহাক্লা ঐবু লান্না লৌবে। মকপ ! ঐগী থৱায়দগী কনবীযু ঐগী ইমাগীদমক খনবীবগা

ঐহাক্না ইখুৎ লোন্নদুনা খুকমজবি। মকপ ঐগী খৌবি মেৎতুনা হাৎপীগনুকো। ঐদি লাঞ্জদবনি।"

প্রকাসনা নোককেৎ তৌদুনা খুন্নকই "হাৎলোয়নে মকপ ! ঐ নহাক্কী পীশক পীক্লীঙৈদগী তিনবকপা মকপ প্রকাসতুনি। ইনাক্তা ফন্নী অসিনা নখোযনা খনবীবম্বা মিস অনিতা সেঠিনি। অমুক্তা যুন্না যেংউ।"

অনিতা - "নমসকাব ভৈযা।"

মঙোন্দা য়েংবগী মহুৎতা মথন্তা শোঞ্জে কাযববা অশাগী ঈপাকতা মথন্তা ইবাক্নহৌববী বানিবালা ! নহাকতি ইম্থোক্না পুকচেল চাউখবেদকো। অদুমক্কনি নহাক্না ৱাবিবা ! কলিগী যুকশিদা পুকচেলবু চাওথোকউববদি ইবেম্মা নহাক্কী চাক্লুক মুনখিগনি।

নাবক্তা শাৎচবী কেৎতুকিনা লৈবাংগী লৈনম থাদোক্লবতদা খোইমু খ্বাংজেংবশিং, কুবাক পদৎনবশিংনা লৈবাং শাৎলি হাযবা খংবিবকপনি।

নোক্লদুনা প্রকাসনা মমা মেম্মাদা ওনশিন্দুনা হাযবকই -

- "ইমা ! ঐখোয মকুপশিদি ঙাওবা নতে কবি চংলকপনি। মনাক্তা চেগা কলম নুংঙাযবা অমগা থম্বীযু। নীংশিংলকপদা পঙইদা ইদুনা লৈজবগনি। পৃক্লীংগী ফোংদোকচনিংবা ৱাহৈশিংদু ইথোকপা লোযশ্লবা মতুংদা হান্নগী নোবমেন্দা অমুক হন্থজবক্কনি।"

খংদবেদা ইবুংঙো ! চোইবোল্লা পাবোল্লা পংঙাংদা ঙাংই। মবক মবক্তা নহাক্কী নমিংসু অদুম যাওবকই।

নোক্লদুনা প্রকাসনা মমাদা অমুক হাযবকই -

- "এ যাওবক্কনি ইমা ! কবিগী যাওবক্লোয। পীশক পীক্লিঙৈদগী চাক পুখম অমত্তদা চামিন্দুনা স্কুল কোলেজ অমত্তদা বোল নম্ববসু থংন্না ৱান তুদা তাদুনা লাকখিবা মকপ্লু ! কবম্না হেক কাওথোপা ঙমগনি। নচাগী মঙলান্দসু ইমাখোযগী যুমজাও অমনবা অমা লৈবম্বদো মদুদা মকুপকা শান্নমিন্নবা লাযবিক ঔবাযমিন্নখিবা, পবিক্ষা ময়া নকশিনলকপদা অহিং তুমদনা ইমানা শঙবীদুনা পামিন্নখিবা লাইবিকশিং হৌজিসু নিংশিংলি অদুগা মবক মবক্তা মঙলান্দা পবিক্ষা থাখিগনি হাযদুনা থৱায় ৱানা পাবম্বা কযা অমসু মঙলকই।

মঙক হায়বদুনা কুমাবনা হায়বকই -

- "ইমা ! ঐ নখোয়না ঙাংনবিবাশিংশি তাবগা যাম্না নুংঙায়তে। ঐহাক ৱাবে ঙায়হাক্তা পোৎথজগেবা।"

মমানা হায়বকই -

- "কবি থবক শুবগীনো নঙনা ৱাবিবো ? নোং ঙানবদগী নুমিৎ তাবা ফাওবা ফমুংদগী হেন্দনা লৈবগা ! নঙগী মকুপশিং লাকক্লিংলবোয় নঙগী নওং নতৌশিদি।"

মচানা হৌনা লাওবদুনা হাযবকই

- "ইমা ! ঐগী কোকশে ঙাওবক্কদৌবে তুমিন্না লৈযো ! ঐ য়াম্না ৱায়যে।"

মহাক্কী মকুপ প্রকাসনা মমাদা যেংলগা হাযবকই -

- "ইমা ! মকুপসু পোৎথাজবশনু ঐখোযসু বজাব ফাওবদং মহাক্কী পোৎ-চৈ খবা লৈগদবা লৈ অমুক যৌশিঞ্জকখিগে। শে লুপা ৫০০ অসিদং মকুপক্কী হিদাক লৈন্নবা।"

- "ইবুংঙো যামমল্লীদা।"

- "ইমা লৌশিনবীযু।"

মচাবু ফম্মুংদা তপ্না অঙাং মচাগুম্না হিপথহল্লী অদুগা খুন্নকই -

- কপ্না কপ্না মেম্মানা প্রকাস অমসুং অনিতাদা সেঠিদা যেংলগা হাযবকই। "খংদবে ইবুংঙো, নঙগী মকুপকী মতৌশে পুবা অঙাং মচা শেন্নবগুম্বনি। নমাদি অহন ওইশিলক্লবনিনা ৱাবে। যুমগী থবকপু হোৎনগদবা, ইশ্চোলগী থবকপু তৌগদবা চেনথোক চেনশিন তৌবদা ঙমদবে মীবোলগা লৈতবনিনা। ৱাবৌগনুকো ইচাশা ! অনাবা হংবা লাক্লগা চা গীলাস অমা ফাওবা পীথকপা ঙমদনা হনখিগদৌবে !"

- "ইমা অদুগীদমক খনবীকবগনুদা। ঐখোযসু মতম শংদদুনা তৌবনি। মথং লাকপদদি মশা খবা কনখৎনবা মহাক্লা পামজনা চাবা বাসগুলা অমসুং ঙাদা ইলিশা কেজি ২,৩ যাওজবক্লগে।"

- "ইবুংঙো ঙাদি পুবক্লগনু। মহাক শা ঙা অমত্তা চাদবে।"

- "ও ! অদুদি খীবসু থাৱায তানা চাবনি মদু ওইনা হৌবগা পুগবক্লগে।"

প্রকাসনা চৎখিনবা ফন্নমবদগী হৌগৎলকপা উবদা কুমাবগী মমা মেম্মানা খান্নদুনা হায়বকই - "ঙাইখো ইবুংঙো ইমানা ঙবাং তানবা মুখি পালদু খবা লৈ। মদু নঙ পুজখবো।"

- "এ: ইমানা চান্নবা থম্বীবো য়াবগনিয়ে।"

মেম্মানা ঙমদুনা চাকশঙদা চংখিদুনা চেবংখাও অমা তঙ্খায যৌনা হাপ্লদুনা পুখোল্লই। মদু উবদা প্রকাসনা হায়বকই -

- "ইমা ! য়াম্মল্লে।"

- "এ: য়াবে লৈহৌবি। শে ইবেম্মা নমা অতৈ ইঞ্জাংদি হাপ্পা থীকবা ঙমদবে। ইঙ্খোল অশুক চাওবা পাকপশে থাজিনলগা শেম্বা ঙমদবনিনা নাপীনা ঙমদুনা ইশঙ শঙদুনা লেপমুক ব্রাংদুনা লৈবিবশিনি।"

- "হোয় ইমা থাবগা শেমজিনবীদ্রবদি কবি অমত্তা কান্নদে নাপীনা ঙমদুনা তোকই। অদুদি ইমা ঐখোয় অমুক যৌজবে।"

- "লৈহৌবেকো ইবুংঙো ! নমা থোঙ্গাল য়ৌনা থিন্দোকপা ঙমদবে।"

- "যাবেদা ইমা ! লৈবিহৌবো। ঐখোয় গাডী যাওবকই।"

মেম্মা মচাবু থনম্লগা মঙ্গোল ফাওবা থোকমিন্নবকই। মাঙ্গোল যৌবকপদা প্রকাস অমসুং অনিতা সেঠি অনিনা মখোং শোক্তুনা খুকমজবগা হায়বকই-

- "ইমা নচাখোয অমুক যৌশিঞ্জখবগে।"

- "মঙ্গোল ওইযু ইবুংঙো-ইবেম্মা মবক মবক্তা নখোয মকপকী মনাক্তা চৎথোক্লকউ।ইমা শোযদনা চৎথোকচবক্কে। গাডী মনুংদা চংদুনা, অনিতা সেঠি গাডীবু ইস্ট্রাট তৌই। চাউববা শুমাংদুদা কোইনা লৈবগা থৌদুনা চৎখবে।"

মথক্তা খলহৌই কয়া ঙকখ্রবা পুঙ্গিনো ? মহাক্না পীশক পীক্লিঙৈ ঐগী ইচাগুম্না য়ুম অসিদা লৈমিনবম্বনি। মপানা নিশাদা ঙাওদুনা মচা অনীদা পোকপবু যেংশিনবীবা ঙমখিদবা। লাইববী ইতা অদুনা যাম্না ব্রানা পেকক কেংঙোয হেক্তুনা নোংমগী চবা তান্দুনা পীক্লীবা মচাশিংবু কযাদা ব্রানা যোক্লকখিবা। লাইবিক লৈনিংঙাই লৈতবদগী ঐখোযদা অহিং-নুংথিল লাইবিক পামিনবম্বা

প্রকাসনি মহাক্কীদি হোৎনবা কনবনিনা সবকাবগী থবকসু ফংখবে। অদুগা অফবা লক্ষ্মীগুপ্পী লোযনবী অমসু।”

ঐগীদি কদায়! অঙাং ওইবিঙৈদগী মথন্তা পোকই হাযদুনা কেথোক মৌথোক্লা চানিংবা চাহন, থক্লীংবতা থকহন তৌদুনা মনিং তম্লা মহৈ তমহনলকখিবা অদুবু মবাযবক্লা ফত্রিবদি M A পাস তৌজববা ফাওবা সবকাবগী থবক অমতা ফংদে। শেল কযা মন্ত্রী মন্দল,খংনা-চান্নবশিংদা পঙনমদা নমশিল্লুই অদুবু কান্নবা ফংদনা পুখ্রি মনুংদা লৈতুম থাদবগা তুমিন্না লৈখিবগুম পুম্নমক মাংখবে থৌরুবসু ঙমদে। ব্রাখলনা লাইপু ওইব্বা মপাসু মনুং মতম চাদনা নোংঙ্গাখবে। মচানা মমান্নবা কযানা মচা নাওবোল অনি অহুম শুজিলখ্রবা ফাওবাদা ইমা নখোয অহল-লমন্না থিবীবা কৈন্যা পামজদে পুক্লিং তিন্নবা, ইমাগীসু মখুৎচাবা নমৌ মশক মতৌ চংখোনবী,লাইবিক-লাযশু নীংথিনা হৈববী,যুম পুবা ঙমগদবী অমা ফংনবা কন্না থীবিবনি হাযবগা গাডী এক্সিদেন্ট থোকপদগী হোসপিটালদা ফাওবা থা তকুক লুপা লিশিং কযা তিংদুনা যেংঙুবে। অদুবু কান্নবা কবিসু যংদনা মদুনা হেন্না মশা শোকচিন,পুদুনা লাকখবে। ঙসিদি মমা অশোনবী ঐ ইখন্তা,ফমশেন্নবী ওইদুনা লৈবে। চহি যামশিন-লকপগী হৌনবী ইশানা নোংমা নোংমগী পাঙ্গল হুন্থবক্লি। কবম হাযনা তৌগদৌবিবা।

হা কৃষ্ণ ! হে বাম ! তোল্লবী ননাইগী অৱাবশি উবিদুনা ঐগী ইচাশে অমুক্তা যহনবীবকউ ঐগী লৈজবা মাল-চাংশে লোযনা লৌবিশ্রবসু কবিসু অকাযবা লৈতবে। ঐগী ইচাগী মোমোন নোকপা মাযথোংদো অদুতনি মমা ওইবী ঐনা যেংবা পামজবিবা !

*****

## তবামঙাশুবা পন্দুপ

গাডী বজাব যৌবে সিনেমা হোলদা থেৎলিবা পোস্টব যেংলমই। প্রকাসনা অনিতা সেঠিদা হংলকই-

- "মৈতৈ লোননি। মসি যেংলশিবা ?"

মঙক হাযবদুনা হাযবকই -

- "উম হুম !"

মথংগী হোল মমাংদা খমদুনা যেংলমই। অদুগা হংলকই -

- "অসি ওইনা যেংলশিবো ?"

- "উম হুম !" ঙক হাযবদুনা অনিতা সেঠিনা খুল্লকই। অশুম থৌবকপনা উসা হোল মমাং যৌবে। মকম অদুদসু গাডী খাম্লদুনা হংলকই -

- "মসি হেক্তা যেংলশিদা ?"

- "উম হুম ! মঙক হাযবদুনা যানিংদবা ফোংক্লকই।" মমৈথংদা ঙাযহাক তুমিন্না লৈরুবগা হংলকই -

- "অদুদি ইংলিস ফিল্মদা ওইনা যেংলুবশি হাযবিববো অশেংবদো হাযবো থেংগ্নগনি।"

- "হিন্দী ফিল্ম নুংঙাযবদো যেংনিংঙে।"

- "ইবেম্মা অদুদি অসামদা ওইনা লেংঙুবা তাবা। কুইববনি মণিপুবদা হিন্দি ফিল্ম কাপ্লক্কবা নঙ খংদ্রিববো।"

- "মপান্দী থোক্তনা কমাযনা খংদৌবিবা ?"

- "ফবে অদুদি মতমসু ঙল্লিবনিনা সেন্দ্রাবোমদা হাযথক্পা লোক্তাক্কী ফজবা যেংলুশি য়াববা।"

- "হোয। য়াজবে।"

হৌনা নোকমিন্নে। গাডী মোইবাং তম্না থৌবা হৌবকই। ঙায়হাক থৌববা মতুংদা প্রকাসনা অনিতা সেঠিদা হংলকই -

- "তাবিবা ?"

- "তাবিয়ে হাযবিবকও । কোথবীবক্রুবসু ও কে !"

অদু ওইববদি হাযবক্লবোয।

- "তল্লীকো অদুম্না তৌববদি গাডীদগী চোংথজহৌগনি"।

- "ব্রা ! ব্রা ! শিফাযগী নুপীনিনা ইচংদি থৌই।"

- "থৌদদি কবিনো ? শে তানিংঙেবা হাযবিবো।"

- "অদুদি তাবোকো হাযবক্লগে।"

- "উম !"

- "ঐখোযগী হবমোনিযম প্রোগ্রাম অসিবু কবি লমদা ওইনা তৌকশিগে অদোমগী মোৎ অমুক্তং তাবা পামজৈ।"

- "ঐগী মোৎতদি হবমোনিযম প্রোগ্রাম কেন্সেল ! শেল অবেম্বদা মাংহনবা পামদে।"

- "হযেং নঙবু নিংঙন্নক্লোযদা।"

- "পৈশা অসিবু উথক্তা পানববো ?"

- "অদুবুদি পান্দে। পুক্লীংনা শকহেনবী নঙবু পুদুনা জম্মু কাশ্মীবগী ফজববা দৃশ্যা। কযাদো ইনাক্তা ঙাথদুনা ফন্নগা যেংমিন্নবা পামজবগী ব্রানিদা।"

- "জম্মু-কাশ্মীব সাইদতি ঐনা যেংদবা যাওদবে। ঐখোয পুপুনা ঐনা অঙাং ওইবিঙৈ দিল্লী,মুম্বায,চেনায লোযনা কোইবদা পুবিখবে।"

- "অদু ওইবগা ডার্জিল্লিং শিল্লোং সাইদ ?"

- "উম ! মদুমা ঐ খজিক্তং যানিংঙি। মবমদি মফমশিং অদু ইনক নক্লা যৌশিলুবা ঙমদ্রি।"

- "ফবে ! অদু ওইববদি শিলোং 15days দার্জিলিংদা 15days নুমিৎ ৩০ নি থা অমা Correct "

- "No 5days+5days =10days ok "

- "মদুদি নুংঙায়ফম খংলোয় My Darlıng "

- "অদো ঐ ব্রা অমতা হায়জগে য়াবিবক্কদবা ?"

- "Why not My darlıng ঐনা মতম পুন্বদা অদোম্না হাজবকপা যাদুনতা লৈগনি O k "

- "হন্দক নহাক্না ঐখোয অনিদংগী ওইনা হবমোনিযম কোইবা চৎলুশি হায়বশিগী মহুৎতা ঐখোযগী ইমুং পাবুং-ইতৈ ,ইচে, কমলা অমসুং বটনসু যাওনা পীকনিক প্রোগ্রামদা ওম্ব্রোক্লবদি কমদৌবা ?"

- "অনিতা! ইবানিগী নুংঙাযববা ব্রাবী অসিগী মবক্তা অহল-লমন, অঙাং-নুপীগী প্রোব্লেম কহাংশে অ বহি হো ! মখোযগা চৎমিন্নববদি অচৌবা জমেলা অমা শোইদনা লাক্কনি।"

- "কবম্না নুংঙাইগদৌবিবা নঙসু কুমাবদৌনা পাগল ওইবক্লববো হা ? যাবে প্রোগ্রাম কেনশেল তৌবে।"

- "Please My Darlıng নঙগী হবমোনিযম কেন্সেল তৌজববসু ঐগী পিক্নিক চৎপগী প্রোগ্রামদি কেন্সেল তৌবিগনু।"

- "10 days দং ওইববসু পাবুং-ইচে-ইতৈ,কমলা বটনবু পুবিদুনা অনৌবা পুন্সি অনৌবা সংসাব অমদা মবুক্নীং নুংঙাইজনবা কোইমিন্নকশি।"

- "কযাম নুংঙাইগনি খংলবা, ঐগা নঙগা নাকল অমদা ফমিন্না, ইচেগা ইতৈগা নাকল অমদা।"

- "অদুগা পাবুংনা কনাগী কনাগা ফম্নি হনগদৌবিবা ?

- "মশু অহলনিনা নাকল অনীদা ok "

- "শিল্লোংগী উচাল মবক, দার্জিলিংগী শঙবানববা চীংমায অদুগা পীক্লবা ডিবাশিংনা শমজীন্দুনা শেন্নবা ট্রেনদা তোংদুনা কোইবা কযাদা নুংঙাইগনি পুক্নিংশে।"

- "কোযবীকবো অদোম্না লিদবসিপ ওইদুনা ঐবা য়ুম শঙজহৌবগে মখোয হলক্লীবা ফাও।"

- "Please Darlıng য়াবিয়ু।"

- "হোয় যাবে চৎলশে। মফমসু যৌবে কুমথবশি।"

মতমদু নহা খবা চংশিল্লকই অদুগা হায়বকই-

- "তামো গাডীশি অশোমদা থৌজিনবিয়ু। অদুগা লুপা ১০ পীবা টিকেট অমতং নপশিনবীয়ু।"

- "প্রকাস গাডী মনিং হল্লগা মখোযনা হাযবা মফমদুদা থৌজিল্লগা খাম্মী। বশিপ চে মচেৎ অমা কল্লমই। অনিতা অমসুং প্রকাস হি তোংন্নবা চীল্লবা মীযাম মবক্তু ফাওদুনা লাক্লমই।"

- "হো হিহোনবা ! লাকও কোইকশে পৈশা কযা লৌগনি ?"

- "মী কযা ওইবীববনো তোংগদবা ? লুপা ১০-১০ দংনি।"

- "ঐখোয অনিদংনি। লুপা ১৫ পীবগে যাববা ?"

- "সাহেপ লুপা ১৫ গীদি যাম্না কুইনা কোইবা যাবোয। লুপা তবামঙাদং হাপচিনবীবগা খবা কুইনা অবাপ্পা থম্বাল মবক অসিদসু নত্তনা অতৈ মফম কযাসু যৌকশি হাযবদা যাই।"

পুক্লীং খন্থকগা অতৈ মফমশিংসু যৌনিংবা কযা লৈবনা পৈশাদু লৌথোক্তুনা পীখিবমই। মখোয অনী হিদা কাখৎতুনা তোখৎলে। হিহোনবা নিপা অদুনা হি হোনবা হৌই।

- "যেংবগী পেনবা নাইদ্রবা চাংজৌ মান্নববা লোক্তাক্কী লাইজনি ঈপাল লাং। নাপীনা থল্লবা ফুম কযা মচি মচিদা তাউবি। পাৎ অসিদা যুম মচা শাদুনা তাওবি। পাৎ অসিদা ঙা কযা লৈ অচৌবা ঙাশিংনা প্রকাস অমসুং অনিতা সেঠিনা তোংলিবা হিদু উবদা কিদুনা ঈথক ঈপোমগা ইবোযনা মাংনা নাকল যেৎলোমদা যাইবি থৱাযনা হিংন্নবা চেল্লী। মহৈ মহৈ। মুকাঙা ডুববিন ঙা, মৈতৈ ঙাখা, ঙমু মচা, পোবোম মচা, ঙপায মচা, উকাবী মচা, ফাবৌঙা মচা কযানা মপীনা চেনখিবা মাযগৈদা শঙ্গু শঙ্গু চেন্নবি। পাৎযাই অসিদা মহৈ মহৈ। খবা থেনগৎপা মফমদা থম্বালশিংনা থম্না খেঞ্জোং মবক্তা মনিং তম্না হেকপীনবা কনাসু লাক্লবোয হাযবগী মতাগু মনিং তম্না শাৎলি ফুগাযনা। আ কযাদা ফজখ্রবা থম্বালশিংনো যেংবগী অপেনবা নাইদেদা প্রকাস অনিতাগী পুক্লিংশে ঙসিদি ! হযেং শাৎকদবী পোম্মুম তৌবী থম্বালশিংনা থম্না খেঞ্জোং মকম থুপ্পা লোৎচবি ইকাযনা। লৈবাং লৈনানা কেনখ্রেবদা লমহেনবা খোইমুশিংনা হন্না

য়েংবিবদবে। লৈমন চন্নবী লৈবাংশিংনা নিংবা কায়না লাইজ ঈপাক্তা হন্না যেং মীৎলু পীবাং ঈবাক্লবি লাইজথক। ইকায়বগী ব্রাংমা লানশ্নবী কযানা থমচেৎ ওইনা চাবোল শুবোলগী খন হিংলি শিবা ঙায়না লৈনালক্তা !

মবক্তুনা থৌজিলকই হিহোনবা অদুনা হিমায চুন্নদুনা প্রকাস অমসুং অনিতানা মনিং তম্না হেক্লী মযুমদা পুন্নবা থন্নী। থমচেৎনা থমচেৎকী থমফমদা থম্বালনা থন্বালগী থমফমদা। হেকপা লোয়বে যেংবসু পেল্লে। অনিতানা তনৌববী মখুৎনা লুববা লাইজবু শোক্তুনা অঙাং মচাগুম শান্নজবি মপুবোয়বগী মমাংদা মনিং তম্না হাযনা হুম্না। প্রকাসনা মশানৌবী মতৌ অদু যেংলগা হন্না হন্না নোকচবি মবুক্লিংদা।

অদুবু খংহৌদে মীওইবগী পূক্লীং যৌনিংবা মফমদা যৌবা ঙম্বনিনা চন্নবী বানিবালাগী মনাকসু খংহৌদনা য়ৌশিনখি।

মনাক্তা ফন্নদুনা হংলমই -

- "বানিবালা নহাক্লা ঐবু কবিগী ইম্থোকপীবক্লিবনে ? হায়যু ঐনা নহাক্কী নফমদা কবি অকাযবা ব্রাফম ফোংদোকখিবা যাওশ্লবগে? খুন্নকউনে বানিবালা,কবিগী তুমিন্না লৈবিবগে ? ঐগী কবি ইবালনো নহাক্লা অদুক ব্রাবৌনা লৌখ্রিবা। কবিগুম্বা নহাক্লা ঐগী নুংশিববু ফাগীনি হাযনা খনবীবমদ্রবদি নুমিৎতুদা থোক্লক্তুনা পূক্লীংগী অব্রা-নুংঙাযগী ফুমদুনা থমজবিবা ব্রাফম কযাশে তাবিবমগদবনি। ঐহাক ঙসিদি খংজবে নহাক অহেনবতা পাম্বী মীনুংশি মশক খংদবী নুপী ওইবীশিংগী মবক্তা নহাকসু অমনি।"

উনা উনা তাম্লখবে। ফবে মদুমক্লা নহাক্কী অপেনবা ওইববনিনা ঐসু নহাকপু ঙসিদগী কাউথোকপা ঙম্না হোৎনজবগে। ব্রাবৌবিগনু বিদায বানিবালা বিদায়।

ঙসায মখৈ নোক-খেদুনা ব্রাবী তৌদুনা লাকমিনবম্বা মপুবোযবনা তুমিন্না লৈখিবা অদুদা ঙক্লদুনা হংলকই-

- "তামো ! নহাক কৈদৌবে ? হকচাং নুংঙাইত্রববো ?"

- "মঙলান অদু কাযখি। ঈপাক অদুসু চৎখি। মাংদগী তাম্না অশুম অশুম !"

ঙাযহাক তুমিন্না লৈকববা মতুংদা তপ্না খুন্নকই-

- "কৈশু তৌদেদা! ৱাখল অমা খংনিং নীংশিংলক্কুনা তুমিন্না লৈরুবনি। শান্নৌ শান্নৌ য়াম্না পকচৈ। লেপকনু। নুপী ওইবশিংনা মপুবোয়বনা হৰাওবা নুংঙাইজবা উবগা মখোয়গী পুক্নীং পেঙ্গবনি। অদুবু কবিগুরুনা ঈচেল অদুনা হেক নাথৈখিবদা থাজবগী ৱাংমদা লৈদুনা অৱাবা ঈপাক্তা ঈবাক্লে।"

ঈচেল অদু লৈক্লবা হোৎনবদা মতম কযা চংই। থাজহনবা কয়া তঙাযফদনা উৎতুনা মবুক্লীং লৈতাহনবা দবকাব ওই।

অনিতা নুপীমক ওইজববসু য়াম্না হৈশিংবী মীগী ঈংঙৎ-ইবাং খুদক্তা খংবা ঙম্বী অমনি। মহাক্কীসু লৈবন্মী অমা অদুঙৈ লৈশাবী পুংকক ফাবকপা মতমদা অদুবু লায়বক থীমনা খোইমু অদু মীবমদা মমা মপানা মহৈ তম্বা থাখিবদগী অদুম লাপ্পকখিবনি।

ঙসিদি অচৌবা ওফিসাব অমা ওইদুনা মমা মপানা হায়নবা নুপী অমগা যাম্না চাউনা লুহোংদুনা লৈখিবদগী অসা অদুমকখবনি । মবক মবক্তা নীংশিংলক্তবদি নত্তে অদুবু থম্মোয়না ইম্লোক্কুনা থমখিবা ঙাক্তনি।

অনিতা মপুবোযবনা ফনা যাম্না হায়জদুনসু অমুক হন্না শান্নখিদবে ৱাবৌখবে মবুক্লিংদা।

মওং অসিমক প্রকাসনা খংলদুনা হিহোনবা অদুদা হায়বকই -

- "ইবুংঙো অমুক হন্নবা তৌবশি যাবে। ঐখোয লমদম তাম্না লাকখবে। ইমান্নবা অদুনা ঐখোয বজাব চৎখি হাযদুনা লৈন্নবমগনি।"

- "হিহোনবনা হিমায লৈদুনা তোবর্বন্দ তম্না অমুক হোন্দুনা হলকখিবমই।

হিদগী অনিতা অমসুং প্রকাস তুমিন কৌনা ঙাংনদনা চীল্লবা মীযাম মবক খাযদুনা হলকখি। লম্বীগী চিদায় ওইবপ্পা হৈকক, থম্বাল, থমচেৎ যোলকলীবশিং অদুদগী কেজি অমগী হৈকক লৈবগা অনিতানা মাগী খাউদা হাপচিলমই।

প্রকাসসু মানা চানিংবা ঙা অযাইবা লুপা ২০গী লৈদুনা চেখাউ অমদা হাপচিল হল্লগা ৱাহৈ মচেৎ অমা ঙাংন্দনা গাডী মনাক য়ৌবকখি। গাডীদা তুমিন তুমিন কাখৎন্দুনা ফন্নমই। প্রকাসনা গাডী থৌবদুনা হলকখিবমই।

শাংলবা লম্বীনি ৱাবী শান্নদে। অনিমক মাংদা যেংলদুনা গাডীদা তোংলি। মবক মবক্তা গাডী থৈনবা লম্বী ফওবা যাওবকপদা অনিতাদা হেক হেক

য়েংলকই। খম্বুববদা মখোয় অনিমক মথন মথন্তা নোক্লিংবা ফাওবকখি। অনিতাদা হায়ফেৎ নোকশিল্লগা প্রকাসনা হায়বকই -

- "পকচদেকো।"

অহানবদা অনিতা তাশিন্দনা লৈজবম্বনি অদুবু মপুবোয়বনা নোক্লগা হায়বকপদুদা পুক্লীংদা লৈবম্বা নুংঙায়তবা পুম্নমক কোকখিবনা ঋাহৈ অদুদা নোক্লিংবা ফাওবকখি। অদু ওইজববসু খংয়া য়াবদি ফজদবনা তুমিন্না মওং য়েংল্লি।

প্রকাস নোক্লদুনা অমুকসু হায়বকই-

লেমজদেকো হন্দমুক্তি নোক্লিংবা ঋাখল ফাজিনবা ঙন্নক্রবা মাল্লে হৌনা নোক্লদুনা হায়বকই

- "নুংশিদে কৈশু ! হায়বিবকনু।"

- "অচুম্বগীবো ?"

- "অদুদি কৌন্দনবা।"

অনিতানা মতাং চাবিঙৈ অঙাং মচাদৌনা মপুবোযবগী মখুৎত্তা তনৌববী মখুৎ অদুনা কাজপী শাদুনা চপ্পগা লৈবকপদা প্রকাসনা খংহৌদনা হৌনা লাউবকই -

- "অযো নাযহৈ।"

অনিতানা খোঞ্জেল অদু তাবগা হৌনা নোকচৈ - "হা:হা· !"

সিফাযসু চৈনাখোল ফাওবোইবে।

*****

## তবাতককশুবা পন্দুপ

অনিতা মপুবোযবগী ফিশিং ইষ্ট্রি তক্লি। মতমদুদা ফোন লাকই। ট্রুট ! ট্রুট ! মপান্দা মশুশিংগা ফাম্মীন্নবিবা অচৌবীনা তাকই। মহাক্না কমলাদা থৌদাবকই -

- "ইবেম্মা হৌগৎলু ফোন লাক্লীবশে অমুক্তা পাযখৎলুচো।"

- মশুনুপী কমলা "হোয পুপু।"

- "হৌগৎতুনা কমলা চেনশিনখবে। ফোন থাঙ্গৎলি।

- "হল্লো কনা ওইবিববনো ?"

ফোন্দা হাযবকই-

- "ঐ বনজিৎ সিংহনি অনিতাগী সিঠিগী মবুং অতোনবা।"

- "ও মাম্মা ! কবি হাযবীগদবনো ইন্দোমচাদা !"

- "ইবেম্মা মহাক লৈববদি ফোন্দা অমুক্তা পাইহনবীবকউ।"

- "অহো মাম্মা ঙাইবিযু কৌকখিগে।"

- "হা হা।"

ঙাযহাক তুমিন্না বনজিৎ সিং ঙাযবি। কমলানা ফোন মনাক্তগী থোক্লতুনা মন্দোমচা ইষ্টি তাক্লিবা অদুদী মনাক্তা চেল্লক্তুনা হাযবকই -

- "ইন্দোমচা নহাক্কী ফোন লাকপনি অমুক্তা লেংশিনবীযু।"

- "ইষ্টি তকপা লেপ্লগা শুইট Off তৌবমই।" অদুগা কমলাদা হংলকই -

- "ইবেম্মা ফোন্দু কনানা তৌবকপনো?" নঙ হংহৌববা ?"

- "হোয হংহৌই" মাম্মাতোন বনজিৎ সিংহনা তৌবকপনি। ফোন থাঙ্গৎতুনা পাইখৎলি।

- "হাল্লো।"

- "হায় ইবেম্মা অনিতা ! ঐ নবুং বনজিৎ সিংহনি। নুংঙায়বিববা কমদৌবি?"

- "ভৈয়া ! নুংঙাইবি ! দেদি মম্মী, বহিন খোয়দি অনা-অয়েক য়াওদবা নৎত্র?"

- "য়াওদে ! মখোয় লোয়না নুংঙায়বি। প্রকাসতি লৈব্রা ?"

- "মহাক্তী লৈতে। মমান্নবা অমগা চৎথোকখি। কবি হায়গদবনো ঐ হায়জগে?"

- "নচে, নতৈ পাবুংদি লৈববা ?"

- "পাবুংদি লৈ। মাগী মাগী থবক লোযনা চৎথোক্লখি।"

- "ও ! অদুদি ফবে নঙোন্দা হেক্তা হাযবগে ? হন্দক লাক্লিবা ববিবাবদা !"

- "কবিনো তাতোন !"

- "ঐখোয় দেদিনা শিন্দুনা ঐখোয ইমুং মনুং মখৈ শকখঙ মায়খঙন্নবা ওইনা চাকলেন মচা অমা ইম্ফলদা শিল্লি।"

- "মসিদা নখোয ইমুংগী মীওই অমত্তা চিৎথদনা লাকপিন্নবা নহাক্লা পাউ অশে খবা খঙহনখ্রো ঐহাক লাকপা চৎথোক্লকপা ঙমদবে।"

- "হোয ভৈযা।"

- "নুংঙাযনা খৎনা চৈন্দনা নহাক্কী অশেংবা যুম্লি খন্দুনা লৈয়ুকো বহিন !"

- "অহোয ভৈযা।"

- "নপুবোযববু ঈশ্বরনি হাযনা খল্লু। মঙোন্দা কৈদৌঙৈদা ব্রাবৌবা শাউনিংবা থন্নুগনু। পাবুংগী মবুক্লিং নুংশিহনগনু। নহাক পঞ্জাবীনি জাৎ তোংঙানবনি হাযবা উৎথোক্লুনা ঐখোয শাগেবু বদনাম তৌহনগনুকো ইবেম্মা।"

- "অহোয ভৈযা তৌজবোয।"

- "নচে, নতৈ মখোযগী মচাশিং নহাক্কী হেক পোকচবা ইচাগুম্না লুনা চান্না তৌবিগদবনিকো।"

- "অহোয ভৈযা।"

- "ঐখোয় মীওইবা সমাজদা জাৎ-পাৎ ধর্ম্মদা খেৎনবা থমদুনা পুকচেল-খোইজেল তিন্নদবদগী ঙসিগী ভাবত সান্তীগী নুংঙাযববা মপাউ তাবা ফংজিনলক্লীবসিনি।"

- "অহোয ভৈযা।"

- "পুন্সি হায়বশি কবিনো চৎনবী হাযবশিনা কবিনো সমাজ অসিনা কবি পান্নীবা মদু খংনা পুক্লীং ফাথদুনা চৎকদবনি। নহাক্কী পীশক পীক্লিঙৈগী নুংঙায়ববা নয়ুমগী ব্রাখল চৎনবি ব্রা ঙাং শাঙাং পুম্নমক কাওথোক্লো। অনৌবা সংসাব অমদা, অনৌবা মপোক অমগুম লৈমিন্নবিবা মীওইশিং অদুগা হিংমিন্নবিবা, নুংশিনা পুকচেল শেংনা মদুনি নবুংখোয়না পামজবিবা খংলবা ?"

- "খংজবে ভৈযা।"

- "নুংঙায়বা পাউ অমনা, ঐখোয় ইয়াম্বা কিবন সিংহনা কাংচেৎ মচুগী ভেন অনৌবা মওংগী অহানবা থোক্লকপদো ইচলগীদমক্তনি হায়দুনা লৈশিলগা থম্লে হায মদু হযেং মানা মণিপুব থোক্লকপদা পুথোক্লগে হায়বগনি। অদুগা তথাই বনবিব সিংহনা নখোয় নচে-নতৈ খোযগীদমক্তা কাব অমা লৈদুনা লৈবে হায়। মথংদা নবুং ঐদি কববাব ব্রালা নত্তবনিনা ইচলগীদমক কবিনা খুদোন তমগনি হায়দুনা খল্লি। মিৎলুগী পিবাং খবা অসি নত্তনা লৈতবি।"

- "তাতোন অদুম্না হাযগনু। নুংঙাইতে।"

- "তম্নীংঙি ইচলগীদমক্লী হাযদুনা ঐগীসু ইযাম্বশিং অদুনা লৈবীবিবা ভেনশিং অদুবু দাও যাদবা সিফাযগী পুন্সি ওইবনা ঙমদ্রি ইচেগীসু, নহাক্কীসু মতিক চাবা খুদোল পোৎ মীযাম্না শকখঙন্নবা। ঙবাং ইতৈমা বিজাযাগা বজাব চৎতুনা নখোয মৈতৈগী চৎনবী ফনেক মপান নাইবা অমা অদুগা ইনফি লৈকবে।

- "অদুবু পাবুং ইমানা মদুদনা য়াদবনি মপামদা চৎথোক চৎশিনগী অতোপ্পা মমল অয়াম্বা মুগাগী ফিশিংসু দবকাব লৈবনি হাযদুনা তাকপীবকপদগী ঙসিসু অমুক চৎপা তাবি। নখোয় ভাবিনা হায়বিবনা মহাক মথন্তগী লৈবা য়াবোই নখোযগী নচেদুগীসু লৈগদবনি চপ মান্নবা মচুদা। ফবে, মসিদি ঐগী প্রোবেম্নী নবুংনা থোকপা লৈবগনি। অতৈ অব্রাৎপা কবিনো হৌজিক হাযবক্লো লৈবা চৎলিঙৈ লৈহৌন্নবা।"

- "তাতোন অব্রাৎপা অমত্তা লৈত্রে ইচে অমদি ইতৈনা লোইনা লৈবীবে।"

- "অদুদি ফবে। নুংঙায়না লৈযুকো ইবেম্মা ফোন থন্নগে ?"

- "ঙায়খো ভৈয়া ঐগী ম্নাদি ?"

- "ও ! মদুদি মম্মী, দেদিনা শাবম্লগনি। মখোয়না ঙহান সনা শাফমদা চৎলুগনি হায়নখিবনি। অতৈ অব্রাৎপা লৈবিব্রা ?"

- "অতৈদি লৈতবে।"

- "ইহে ! নুংঙায়ববা পাউ অমগা চিৎথহৌবে ঐখোয় নানাজিনা অমেবিকাদা নহাক্কী নমিংদা-ফ্লেট অমা লৈবীনবা কনা হোৎনবি হায়না পাউ থাবকখ্রবনি মসিনি খঙহননিংবা, যাবেকো ইবেম্মা থল্লে। ফোন থমখ্রে। অনিতা মপামগী পাউদা মপুক্লীং হবাওজে। ঙসায হৌবদগী লেপ্লগা তাদুনা লৈবম্বা কমলাবু অনিতা সেঠিনা উবকপদা হবাওজবনা হেনমনখি পল্লদুনা ব্রাংনা থাঙ্গৎ ইমুংদুদা কোয়না লৈবম্মী (উংলম্মী)।"

মতমদুদা কমলানা নোক্লগা হায়বকই -

- "ইন্দোমচা, যাবে ঐ কোক ঙাওবক্কদৌবে !"

মপান্দা মকুনা খঙদবনিনা হংলকই -

- "হায় ইবেম্মা কৈদৌববগেনে।"

বটন্না ইমুংদা চেনশিন্দুনা য়েংলুবদা মচেবু নুংশিনা চুপ্পীদুনা লৈবম্বা উবমই। মদু উবদা ইকাযজববা বটন মখোং নাম্মা কানশিনলুববা মখোঙ অমুক থাংদোক্লগা মপুগী মনাক্তা লাক্লুনা হায়বম্মী।

- "পুপু কৈশু তৌদেয়ে।"

- "কবিনোনে ইবুংঙো হৌজিক্কী খোন্দাদুবু নচেগী নত্তবো ?"

- "হোয মানে।"

- "অদুদি কৈদৌববা ?"

- "অদুবুবো ইন্দোমচানা ফাগী তৌবদা পাখৎতুনা লাউবিবা ?"

ইস্থোকপা অঙাং হাযবদুনি। ঐদি কবি কবি তৌববোই নিংঙুবে। ব্র াফমদু হায়বগা মশুবু পম্বীখি। অনিতা অমুক হঞ্জিলক্লুনা ফি ইস্ত্রি তাক্লখি। কমলা মহাক্কী কাদা চঙদুনা লাইবিক পান্নবা হোৎনখি।

*****

# তবাতবেৎশুবা পন্দুপ

যুমগী থবক লোইশিন্নবা হোৎনবদা মতম হৌখিবা খৎহৌদে। মন্দোমচাদি হান্না ফম্মুং চংদুনা পোৎথাখববনি। মহাক্তী মীগী খদাং মখা থংনিংদবদগী মহাক্কী মথৌ থেংলবা ফাওবা থাউমৈ থান্দুনা লোইশিন্নবা হোৎনজে। ফমুংদা কাখৎতুনা হেক হিপথবগা মণ্ডলান অমা মণ্ডলকই।

ঙসি লুহোংবা নুমিৎনি। সাধু বস্টিদা পুমনিল নিলখবে। বম্বলা কযা থাদুনা কৈন্যাবু লৌবা ধোন-বেন খোৎল্লদুনা ববাট লাক্কুনা বব থুংলখবে। বাধা খোযগী পীক্লবা শিবা মন্দিবগী নাকলগী লমপাক্তা।

অঙাং-নুবী, লৈশা-পাখঙ, হনু-হান্না, সাধু-বৈষ্ণব পুম্নমক যেংনবি ঙসিগী বব কৈন্যা অনিমকপু চাগদৌবগুম চবাংন্না। মিঠায় পীকেট পীকেট যেল্লী অবাংফম্না অবাকপ্পা মবিমতাশিংনা অঙ অঙম্বা পোৎপাং পাংলবি। যাম্না পীক্লা হোংজবা লুহোংবনি অদুবু লাকপীবিবা মীয়াম্না হেনমনখিবনা লম্বী শবক ফাওবা পীক থন্না ক্রিক ক্রিক ইন্নখবে।

হিন্দু ধর্ম্মগী মতুংদা নুপীবোমগী মপী মপা শক্লবশিংনা কৈন্যা দান পীবীববা মতুংদা তবেৎলক কোইদুনা তিনবীবিবা মীযাম মমাংদা চাওববা ব্রাশক লিপুন শেমখবে পুম্নমক চাইথবকপা লৈবাংনা বব- কৈন্যা অনিগী মফমদা লৈনা নোং ওইনা চুখবে। মমা মপা ওইবশিংগা মন্দোমচা মখুবাগা খুৎশিনবে বানিবালা পিবাংনা লুপ্পবা মাযথোংনা মীয়াম মবক্তুদা কোইনা য়েংজবকই লোন্না, মিৎযেং অমতং ৷ পাম্মুবা নহাকসু ঐগী লুহোংবদা অশিবর্বাদ পীবদি লাক্কেকো।

বব কৈন্যা চংশিনলক্তুনা মখুবা মন্দোমচাগী মখোং শোক্লা খুকমজে। মখোযনা হবাওনা বব-অশিবর্বদ পীবিবমকই -

- "ইবেম্মা বানিবালা, নখুবাবু ব্রাবৌগনুকো নহাক্কী ননিং থুংহনবা ঙমখিদবে। নখুবাসু লাযববা ওইখিবনা। হযেং তপ্পা তপ্পা ব্রাৎহৌবিবা অউনপোৎশিং

তপ্না তপ্না মপুং ফান্নবা তৌবককেকো ইবেম্মা ! মঙ্গোল ওইয়ু। ইন্দোমচা অমুক চৎলুখিগে।"

ঙহান মখৈদি নুংশিবমদবা থম্মোয়নি বাধা অদুবু ঙসি বানিবালানা নীংঙোল ওইবগী মপামদগী অবোইবা ফিজোল শেৎতুনা পুক্সিগী খোংবুবোয ওইগদৌবিবা অদুগা নাকল য়েৎলোমদা লেপ্তুনা খুকমজবকপা অবোয়বা বিদায নিবকপা অদুদা পীক্লবা থম্মোয়দু পুবা ঙমখিদে। চেৎনা কোনশিঞ্জে পীবাংনা পিবাংগী মগুন খংনখি। থম্মোযনা থম্মোয়বু জোয় তৌখি। হায়বকই -

- "ইবেম্মা! বানিবালা নহাক নন্দোমচাবু ব্রাবৌগনুকো নন্দোমচাদি পুকফত্তবীনিনা ইচাবু ফত্তবা ব্রাখলতা খন্দুনা লাকখিবনি। অদুবু ইচাগী চন্নবা থম্মোযদুনা পুন্নমক জোয় তৌখবে। ইন্দোমচা য়াম্না লানখবে ঙাকপীয়ুকো ইবেম্মা ! ঙসিদি নন্দোমচাগী থম্মোয়শে য়াম্না কাযনা অৱা মৈচাক পুহৌবগনি। ইচা নিংঙোলনা লৈবিঙে ইনিংতম্না কোইজবা ঙমজখিবনি হয়েংদগীদি মদু ফংলবোযকো ইবেম্মা। কবম্না ইচাবু বিদায পীবসিগেনে বানিবালা। নহাক চৎব্রবদি নন্দোমচাদি কনাদা চৈহৌগনি কনাদা ঙাংহৌগনি ইবেম্মা !

ফনা কুইনা কপমিন্নব্ববা মতুংদা অবোযবদা বিদায অশিবর্বাদ পীদবদি যাদবনি। পিবাংনা চামথোক্লবা মক্তবা থম্মোয়না ঙসিদি কপ্না কপ্না বানিবালাগী মকোক্তা হন্না হন্না নাম্থবীদুনা আশিবর্বদ পীবকই -

- "মঙ্গোল ওইয়ুকো ইবেম্মা নকোক ফাওবা চিক্তনা পুন্সি নুংশাংনা ননেম নকুগী সেবা নপুবোযবগী শেবা তৌবা ঙমজবা ওইয়ুকো।"

মথং মথং অহল-লমনশিংদগী আশিবর্বদ ফংলক্লবদা লেংথোক্লে বব-কৈন্যা তপ্না তপ্না ধোন-বেলগী নুংঙায়ববা তাম্থাদা মতক্তা তুংথ মাংথ তপ্না তপ্না হাথিখালি খুঙ্গং তম্না।

ঙাওজবা পামজবা খুঙ্গংগী নহাবোল কয়ানা মফু-ফুবিৎ ফাওবা লৌথোক্তুনা শাবি জগোয় থেক্লা নৌনা অনৌবা মতমগী অনৌবা তাম্থাদা "ডিসকো থিচুং থিচুং ইয়া !"

মতম মতমগী ঈশৈনি খোংলিবা বেননা য়ৈবি তান চান্না ধোন মাষ্টবনা নিক্লদুনা ঙমজবা। থাবি মমাংদা বম্বলা বম কয়া মবক মবক্তা মথক্তা মখাদা কাপ্পী বোকেট বোমসু অতিয়াদা পুমলং লংনা দাং ! দোং !

য়ৌখবে গাড়ীদগী কুমথৈ। থীঞ্জনলকই ময়াম্না কৈন্যাবু ইমুং ফাওবা খুৎশম্না মনেম-মকু ওইগদবশিংগী মখোং শোক্লা খুকমজে। বেঙ্গোল্লীগী চৎন্নবী অমনা ঈশ্বব খুকমজবা মতমদা মখুৎনা মবৈদা থল্লদুনা মচিন্না কন্না লুলু ! লুলু! লুলু ! কপ্পা লাউবা ভক্তিগী ছন্দদা। ময়াম চংদুনা লাউই । কৈন্যাবু আশিবর্বাদ পীবন্নগা থিনবীবক্লীবা ময়াম্না অউনপোৎশিং অদু মফম চানা খিনবীবম্মী। ফম্মুং ফানুং থাবিবমই। মতম খংহৌদে হৌখি। অবাপ্পা মবি মতাশিংনা লেক্লবা চান্নবা মফম শিন্নখি।

নাল্লবা কানি পীকতক তৌববা। লৈবাং পবেং কয়ানা পবেং পবেং য়াম্বুবি উবিগুম ফম্মুংদুগী অকোয়বদা, লৈনম্না হাববা ফমুংনি মন্দিবগুল্লবা ঙসিদি। ইকায থিবী মপোক্কী অবোইবা মিৎকুপ পুংজানি লোৎতুনা থমজবকপা মতম অসিতগী। পূক্লীংগী ব্রাখলনা ব্রাখলগী, থম্মোযনা থম্মোয়গী অবেপ্পা ব্রাশক লৌগদৌবিবা !

খনখিবা লৈববা কনাগুম্বনা লুহোংদ্রিঙৈ
হাযনখিবা লৈববা কনানা নুমিৎশিগীদমক
অপাম্বনা কদায়নো নুংশিবনা কবম্বনো ?
অপাম্বগা নুংশিবগা লৈববা খেৎনবা ?
ঙসিগী তাইবঙ মঙলান চাশিদা !

পামদা পামদা থাংদুনা লাকখিবনি নীংঙোল ওইবী বানিবালা। পম্বুংফম খঙদ্রবা লশ্বীনি, উনা উনা তামহৌববা।

লৈবাংগী লৈনম্না হাববা মোল্লবা তেবাগী মোনপাক্লি অদুবু তিঙ্খংগুমই ফমথকবদা ফম্মুংথক। তাবক্লি খোঞ্জেল অমা কন্না নোকপগুম কনানা খাক্লা খাক্লা লক্কাগী বাবনগুম-

- "হা ! হা ! হা ! হি ! হি ! হি ! মবক্তুদা নিংবা কায়ববা কনাগুম্বা অমগী খোঞ্জেলনা কৌবক্লি তনিক্লা -

- "ঐগী বানিবালা! নহাক্তী ঐহাক খক্তগী ওইনা লৈশাৎ তমগদবা নত্তবাবনে চান্নবী !"

নুপী ওইবী কনা অমনা তুক্কচনা নোক্লদুনা হাযবকই -

- "নোকচনিংদবা বানিবালা নহাক্কী পুন্সি অশে ! নহাক্কী জাতি থাদোক্নুনা নখোয় নন্দোমচাগী ব্রাহে লাংদা থুখবে। হৌজিক্কী ননিং তম্না লৈশাৎ তন্নোকো কনাগী চিন্তা লৈতনা হা ! হা ! হা !"

পুম্নমক নমথাক্নী। ঐহাক ঙমলোয় ঐহাক লৈশাবী নত্তে শাশিন্নবীনি ! কবিগী ইন্দোমচাগী ব্রাহে লাংদা থুদুনা চৌধুবি শাগৈদা অমুবা কালি তৈশিল্লুগনি। চৎহৌবনা ফৈ ঐহাক মফম অসি থাদোক্নুনা ! অদুবু চৎকনি কনাগী ময়ুমদা ! কদায়দা ঐগী পচ্ছুংফম ওইক্বগনি। ফত্রবা হিংচাবগী লৈবাক অসিদা, তোল্লবী নুজা ঐহাক্না, অহিং তাংলৌ অথেংবা মীচিক মীবাওখোল তাশিনলত্রবা মতম অসিদা !

খঞ্জানবিঙৈ চংশিলকই শকহেনবা বব মনাক্তা তপ্না। ফম্মুংদা ফমদনা থোংনাউদা য়েংদুনা লৈবম্বা অদুদা চিংনবদুনা তপ্লবা ব্রাহৈনা চিংলেম্না হংলকই - "বানি ! নহাক হৈন্নদ্রববো ঐগী পীক্লবা কা অসিদা। দোন মাইন ! মসিদি মতম খবদংগী খাংন্নবা শাবা য়ুম্নী। য়াম্না থুনা লম্বী মনাক্তা হোংদোক্নবা লম লৈদুনা থন্নবনি। প্লিজ কম ওন। নঙগা ঐগা ব্রাবী কয়া শান্নগদবা লৈবিবনি কম ওন। দাবলিং।"

বানিবালাগী তনৌববী মখুৎ পাইদুনা ফম্মুংদা চিংশিলি অদুগা ফমহল্লি। মিপায়জববা পুক্নীংনা খাংজবি কবি হংলক্কনি কবি ব্রাবী শাবক্কদৌবিবা ?

- "য়েংলকও শে ঐঙোন্দা ! ঐহাক নহাক্কী নপুবোয়বনি। ঐসু মণিপুবদা মিষ্ট্রি ওইনা চহি ৪-৫ লৈবকপনিনা নখোয়গী লুহোংবগী চৎনবী লোয়না খংই।"

ব্রাবি মখা তাহনিংদবী বানিবালানি কবম্না হোয় মায় যানিংবা য়ানিংদবা হায়কগনি। খুমফম খদে লাংতক্লে।

ব্রাবি মখা শমথবকই -

ঐহাক উবিপোক্তা, থাংমৈবন্দা, অব্রাং বি ও.সি.দা য়ুম দল্লান কয়া ঐনা লুচিংদুনা হোৎনবম্বনি খংলববা ? অদুদগী অবাপ্পা মহাজন কযাগী দল্লান কয়া শাবদা কোয়না কোয়না মণিপুব তখ্খায় অমবোমদি ঐসু অদুম কোইখবে। নখোয়গী চাক ইঞ্জাং ইবোম্বা, উৎতি থোংবা হৌজিকসু ঐদি কাওবা ঙমদবি। নঙসু হৈবমগনি ঐনা বিশ্বাস ফজনা থমই। নঙনা ঐবু জাৎ তোঙানবনি মৈয়াং মচানি হায়দুনা খনবীগনু ঐনসু নহাকপু জাতি তোঙানবনি হায়না কৈদৌনুংদা

খল্লোয। ঐগী ইমা ইপাসু নঙগী মমিং তাবদা অদুম পাশ্বীবনি। মৈতৈ নুপীদি থৌনা লিংজেন যাম্না খাবীনি হাযবসু মখোযনা লোযনা খংবনি। অদুনা নঙ ঐবু হঙ্গোযবীগনু। ঐনা নঙবু যাম্না নুংশি নঙনসু ঐবু যাম্না নুংশিবীয়ু বানি।"

ঐখোয বেঙ্গোলিদি Love Marriage তৌবশে য়াম্না পাম্নদবনি। অশুম্না অহল লমন উন্নবগা ৱাবী শান্নবা দহেজ পীবা ঙম্বা ঙমদবগা ৱাবীদা চৎন্নবনিকো। ঐসু খংই নখোয লাযববা ইমুংগী মীওইনি। ঐহাক্না নহাকপু যাম্না পামজৈ দহেজ কবিশু পামজদে খঙলববা ইবানি চঙদুনা ইমা ইপাগী সেবা ফজনা তৌশি মসিনি ঐগী পুক্নীংনা পামজবা।

মতমদুদা বানিবালানা কপ্পুনা লৈবম্বা উবকপদা মহাক্না চিংনদুনা হংলকই "কবিগী ঐগী ৱাবি তাবগা কপ্পবা? ওহ ! অদুদি ঐ ৱাবি শাবা তোক্লগেকো। নহাকসু ৱাবম্লগনি ঐসু হকচাংশে যাম্না চোকখবে পোৎথানবা তৌবশি।"

ঙালম্বা থাউমৈনা ইকাযজখবে। লিবি হুম্লকপা মালংবসু নাকোন্না হুমখবে। তাম্লবদা তাবক্লি বেল গাডী অমনা লুম্লবা মাল পুদুনা লাকপদা থৈদোক্লবা হাযদুনা খোংলকই হের্নি টু টু টু।
মিৎকপ থোক্লকই ফমুংদা ফমদুনা ৱাখল তৌই।

*****

## তবানিপানগুবা পন্দুপ

থোঙ্গালদা মবুং অতোনবা বনজিৎ ঙাইদুনা লৈবমই। প্রকাস মহাক্কী গাডী থৌজিলকই। গাডী খামই। মবাইবু খুকমজৈ -

- "খুকমজবি।"

নোক্কুনা হৌগৎলগা লেঙ্গোলনৈ অদুগা হায়বকই -

- "মেবে সালা, ঐসা মত কবো ন। আপতো মেবাদোস হৈ।"

মচলসু কুমথবগা খুকমজৈ।

- "য়াবে য়াবে ok হৌগৎলো।"

প্রকাস গাডী থোং হেক হাংদোকপগা মবায় প্রমোট, বিলাশিনি, বটন, কমলা, মপা অচৌবী মথং মথং ওইনা কুমথবকই-

বনজিৎনা মৈতৈগী চৎনবী খংবনিনা বিলাশিনিদনা নমচ্চৈ অদুগা অচৌবী অমসুং প্রমোটতনা মখোং শোক্কুনা খুকমজবমই -

- "খুকমজবি পাবুং।"

- "খুকমজবি ইবায়।"

কমলাদা মমিং হংলকই -

- "ইবেম্মা নঙগী মিং কবি কৌবগে ?"

- "কমলা।"

- "Very sweet name "

- "ইবুংঙো নঙগীদি ?"

- "বটন সিংহ।"

- "Very sweet name"

মখাতানা বটনদা হায়বকই -

- "লাকও ঐ নওবু পশ্নীগে। য়াববো ? তনববো ?"

- "য়াবে মাম্মা ! Thank You "

- "Ok you are very smart boy অদুদি লাকও অশোমদা।"

- "Thank You ঐদি Mammy গা লাকচবগে।"

মমানা গাড়ীদগী পোৎ চৈশিং মন্দোমচাগা থাংথবদু য়াওবগা চংম্নিন্নবেকই।

বনজিৎনা লশ্বী তাক্লদুনা মপা অচৌবীগী মাং থাবদুনা চংশিনমীন্নবকই।

ইমুং-মনুংগী মীওই খুদিংমক থোক্লতুনা মচানুপীবু ওকই। অমগা অমগা খুকমনৈ। ফমফম লাংদা ফন্নদুনা ৱাবি ৱাতায় শাবা হৌবকই।

মপা কুনবিব সিংহ যাম্না নুংঙাযজৈ ইমুং মনুং অহন লমন অমতা চিৎথদনা লেংবিবকপা অসিমক ঈশ্বরনা থৌজানবীববনি খঞ্জে।

ললিতা - "ঐদি যাম্না নকশিন্না নুমিৎ লেপশিনলোয়শি হায়বজবনি অদুবু মখোয পাবুংনা এ মখোয থবক নোংমাইজিংদি শংনবমগনি। নুমিৎসু ফৈ। পোৎসু লৈশিনলুবগা মীগী মীৎযেং চাওখ্রগনি হাযদুনা অদুম ইবুংঙোতোন্না টেলিফোন্দা পাউ মচলদা খংহনখ্রে হায ।"

অচৌবীনা খুন্নকই -

- "ঙহাল ইশেলদা হাযজখিদবেনে। অউনপোৎ-মীয়েং চাউবা পোৎশি তৌবিবক্কনু লৈকায মমাংদা উৎথোপা পামজদে।"

নোক্লগা কুনবিবনা হায়বকই-

- "এ ইবায হাযজশনু। ঐনা ইচাগীদমক্তা ঙমজবা খবাদং তমজবকপদা মখোযনা পাউথোকফম থোক্তে। মসিদি নিংথৌ হাংদক্তগীনি চৎনবক্লিবা কৈদৌঙৈদা মুথৎপা ঙন্নবোইদবা। ইবায ৱাখল পীকথবীগনু নশেল লৈবি।"

মচানুপা বনজিৎনা মপাদা হাযবকই-

- "ঐখোয পাবুংশিদি বোস খুতৌ অমনি। মমা ঐখোয় পাবুংশে গপ খবা কনবনি ৱাবৌবীগনুকো মামা !"

অচৌবীনা নোক্তুনা খুন্নকই কুনবিব-

- "ৱাবৌদেদা ইবুংঙো হায়জশনু শেংনা হায়ববু।"

কুনবিব- "অচুম্বনি ইবায়, মীওইবগী মচিন্দী কৈদৌঙৈদা মেনবা ঙমলোয় মখোয়গী মবা লৌবিকগনু। ইবায়নসু নশেন্না অসি হায় হায়দুনা ব্রাবৌবিগনুকো।"

- "এ. কবিগী ব্রাবোবগদগে ময়েক্তা হায়বকপনি। হৌজিক হৌজিক চৎনবিবনি।"

বনজিৎ মমাদা হায়বকই -

- "ইমা নুমিৎশে আ: য়ৌম্রবনে নচানুপীদা কবি কবিনো পীগনি হায়বদো পুথোক্লওদনা কৈদৌবিবগে ?"

মমানা নোক্লদুনা হায়বকই -

- "হোয়, হোয় লোয়শিঞ্জবে ব্রাবীকা। ইবেম্মখোয় চঙলশি লাকও।"

- "ইমুংদা কনা লৈ ?"

শুবমিলানা মমানা কৌবা তাবদুনা হাযবকই,

- "কবি হাযগে ইমা ঐ লৈয়ে।"

- "ঙসায ঐনা টেবল মথক্তা থনম্বা নচেগী স্না হাপ্পা উপুদু খবা পুথোক্লকউ।"

- "অহোয ইমা পুথোকচবক্কে।"

মতৈমা বিলাসিনিনা মনে ললিতাদা য়েংলগা হায়বকই -

- "ঐখোয় ইনেখোযশিদি লক্ষ্মী ইমা শোইদনা পুজা তৌবমগনি।"

নোক্লগা কুনবিব - ললিতানা খুম্লকই -

- "অদুবুদি ইবেম্মা যাহৌবদগী জয় ধনপতি বাবা গনেশ দেবা ঔব ললগী মবেম্মা মাতাজীগী মমিং শোন্দুনা হৌগৎচবক্লবনি।"

জয়ন্তি মচেনসু হায়বকই,

- "ইবেম্মা অদুবুদি কববাব ব্রালানি তুম্বা চাবা মতম পুম্নমক্তা শোন্দবা য়াদবা।"

প্রমোটনা নোক্লগা হায়বকই -

- "অদুনবা খংদে ইনে ঐখোয়গীদি শেলশি কাবকপগা চৎকদবগী মখোং কাম্থোক্কুনা মবম অমা হেক্তা লৈবমই।

- "হো ইনে হোয়দৌনা লক্ষ্মী ইমা, ধনপতি বাবা গনেশজিবু শোন্দদুনা তৌবিবনি।"

- "অদুদি হযেংদগী শোনবা হৌবা তাবেবো।" নোক্লদুনা প্রমোটনা হায়বকই।

নোক্লদুনা কুনবিবনা হায়বকই,

- "হয়েং কবিগী লাপ্না থন্নুগনি হৌজিক্তগী শোল্লো জয গনেশ ! জয় লক্ষ্মী মাতা। জম ব্রায গুরু।"

- "অহোয অদুম্না তৌবা তাবে।" মচাদা ওনশিন্দুনা অচৌবীনা হায়বকই -

- "তাবববা ইবেম্মা- ইবুংঙো নখোয পুপুখোযনা হাযবিবশে কাওগনু।"

মমাদা শুববালানা সনাগী উপুদু পুথোক্তুনা পীবমই। মমানা সাইদ টেবলদা থমই। উপু হাংদোকই।

অচৌবী - "ইশেল ঐদি অউন পোৎকী ঝমেলাশি মুথৎপা পামজদুনা লুহোংবা কাশি অনৌবা মওংদা হৌদোকচববনি অদুবু ইশেলগা ইচলগনা তৌশিনলকপশিদা ঐবু কবি হাযরুগদবনো খংজদবেনে।"

ললিতা - "ঐখোযসু লাংজদ্রবনি, অদুদা মচেনা মদু যাববা দেবা কর্ম্ম, লুহোংবা থোক্লকপা যাওবকপদা ইনাওনা কবিসু য়ানীংঙায লৈবোয ইমা শাবিখিশি হাযদুনা কন্না তকপদুদা নুংঙাইত্রদুনা ঙহান খুদক্তা চৎলগা হেক্তা লাংজকবিবা জাৎনিদা হান্নকা থৌবাং তৌদুনা থমজবা নৎচদে।"

অনিতা - "স্নাদি ঐখোয় ইচেনা শাবিদুনা যালক্লীবশিনি ঐনা যেনিংলিবদি গাডি হাযবদুনি। ঐখোয তাম্মোচানা ফোন্দা হায়বকপদো।"

বনজিৎ সিংহদি মচিন পাইদুনা মথন্তা কন্না নোক্লিংবা খাংলি।

মপাগা মমাগা মচেখোয মুন্না যেংলগা হাযবকই -

- "অদুদি ঐখোয় তামোচানা ইচে লাক্লিংনবা হায়দুনা ফাগী তৌখিবনি। ঐসু মানা হায়খিবদো তাহৌই।"

মচল শাউনা মবুং অতোনবা বনজিৎ সিংহ কদাযদা লৈখ্রবগে হায়দুনা মতুংদা কোয়না য়েংলমই। বনজিৎ সিংহ মপাগী মতুংদা লেপ্লম্বদু মচলনা কোইনা য়েংলকপা অদুদা উদনবা খংপাক পাকথদুনা লোৎখিবমই। মদু উহৌবদুনা অনিতা খোইদৌদা তানা থিনবগুম থোকখি। মহাক্তী চাক ইঙ্খাং

ম্নাদা মিকাবা মী নত্তে গাডি য়াম্না পামজবী নুপীমচা ওইনা হৌবকখিবনি। পীশক পীক্লিঠৈদগী কাংচেৎ মচুগী ভেন ফজবা অমতা লৈবিয়ু হায়দুনতা লাকখিবনি। ব্রাহৈ অদু মবুংতোন বনজিৎনা খংনিং নীংশিংলকপদগী ফাগী তৌদুনা ফোন্দা খংহনখিবনি। ঙসি ব্রাফম অদু ফাগী তৌবা ওইবম্বদুদা মচল শাওনিংবনা লোইখি। মকু মপুবোইবা ফম্মীন্নবি হায়বা থাদোক্কুনা ফম্লম্বদগী হৌগৎলি। মফি ফনেক খোমগৎলি অদুগা তান্নখি। মবুংনা মাগী কা থোং লোনশিন্দুনা খাংখি। মচলনা থোং হাংদোক্লবা খুৎতুম্না শুবদুনা মপান্দা কপ্লগা লাওবদুনা হায়বি, চৈবি।

- "থোং হাংঙো চিঙ্খিবা। কবিগীনো নচিন অদুক য়াম্না থিবিবা? চাবিবোয়য়ে নখোয় চাক কাশে ঐখোইসু হাওনা চাজৈ।"

মপুবোইবা প্রকাসতা ওনশিন্দুনা হায়বকই -

- "তামো ! চৎলশি ঐবু থিনবীবো য়ুমদা ! ঐ খোয়দৌ যাম্না শাওগৎলি।"

মপানা খান্নদুনা হায়বকই,

- "ইবেম্মা নঙবু তপথখোনে। লাকখো ও ইপাগা ব্রাবী শাখিশে।"

শাওবদা ব্রাখল ফাথবা ঙমদ্রবী মচানুপী অনিতানা কপ্লদুনা হাযবকই -

- "তল্লি। নখোযগী ব্রাবিকা অমতা তানিংদে।"

মপানা মমাদা ওনশিল্লগা হাযবকই,

- "হায় মমা নখোযবু কৈদৌবিবগেনে। চৎলু ইবেম্মা জয়ন্তি, জয়া নখোযবু নচে নীংঙায চাওবীশে অমুক্তা থেমদুনা পুশিনলকউনে। ঐ ইবায মমাংশিদা ইঙ্খোক্লা ইকায়জখবেদকো। মবুংমক্কী মতৌনে।

অচৌবীসু মচানুপাদা য়েংলগা হাযবকই,

- "ইবুংঙো, চৎলু অমুক্তা থেমদুনা পুশিনলকউ।"

মচানুপা ফম্লম্বদগী হৌগৎলি অদুগা হাযবকই,

- "হোয় পাবুং।"

ললিতা জযন্তি, জযা, বেনু, বিজয়া, শুবমিলা মখোয়গী মমাং থাবদুনা হায়জবকই,

- "কান্নদে ঐবু থিনবীবো চিনথিবা চিনথিবীশিং অসিগী মশকশিংশে

য়েংনিংদবে। লাক্কনু নুংশিদে। থমজিনজৌ নখোয়গী স্না সন অমা অনিগী তাং পাংতা ঐনা মিকাগদবোয় নিংববো ?"

প্রকাসনা অনিতাগী মনাক্তা তপ্না চংশিনলক্তুনা মনাক্তা লেপ্লগা হায়বকই -

- "প্লিজ অনিতা ! পাবুংখোয়না কবি খলন্নগনি অমুক্তা তপথখোমি।"

অনিতানা ব্রা মবক থংতুনা হায়বকই -

- "নঙসু যাওবক্লববা ? খংঙে নঙনা ঐবু নুংশিবীদদুনা হাযবক্লিবনি। হৌজিক ঐ ইথন্তা শুইসাইদ তৌদুনা শিজখবো হায়বিবো অমুক্তা খুম্বীবকও।" মমা মচে মনাওশিং মচিং ফত্তবী অনিতাগী মনাক্তা চংশিনলুবা ঙমদনা লাপ্তক্লা কুম্মৈগুম য়েংলি।"

মতম অদুদা ময়াম্বা প্রমোট অমসুং মচে বিলাশিনি মপান থোলক্তুনা চংশিল্লকই। মতৈনা থোক্লকপদা মকোক খুমই মিংলুদা শিম্বুবকপা মপি পাইবিবা কমান মচাদুনা তৈথোকচৈ। ঙসিনা শেংপা অহানবনি ফনেক মপান নাইবা অদুগা চান্নবা ব্রাংখৈ ফিগী ফজববা লৈবোং হাপ্পবা ইনফি পুম্নমক মফম চানা লৈতবে মবুং অতোনবা বনজিংপু ফংনবা তান্নবদা। নুংশিববা চিংহি মনমগী পুনখংলবা শন্নাংলক্তগী নাকন্দা হেন্দোক্তুনা তাথবক্লীবা শন্নাং অমা অনি অদুনা মালংগী শাহুন্নক্তা পাইবি মনিং তম্না। মৈতৈগী চংনবীবু মতৈবু উবদা কলক্লবিবনি পৃথিবীনা। মতৈ অমা মমাংদা লেপ্লী হায়বশি শাওজববসু জাংতি তোংঙানবদগী ওংজববসু থম্মোয়নুংদদি কাওজদ্রি ঙসি অনিতা সেঠিনা। মক লুকথৈ ফিজি পাইদুনা গাডী মনাক্তা লৈবি।

- "ইবুংঙো চংলো চঙলম্মো। ঐ ইবেম্মাগা ব্রাবী অমত্তা শাবকখিগে।"

মতৈমগী যাথং ফংলবদা অমুক হায়নবা তৌদনা ইমুংদা হঞ্জিন্দুনা চংখি। মপা মকুনা মবায়না হংলকই,

- "ইবেম্মদি লাকহৌববা ?"

খুমফম খংদনা প্রকাসনা খুন্নকই -

- "অহোয পাবুং ইচেগা লাকহৌবে।"

মবুং অহল কিবন্না হায়বকই -

- "মাদি অঙাং ওইবিঙৈদগী নিংঙায় অদুম চাউখ্রবনি। "

মপানা শাউনা হায়বকই -

- "মসি পুম্নমক নখোয় ননা ননিনা (নপু মবেল) থোকহনবা ঙাক্তনি। মহাক্না হায়বতা ইন্দুনা লাকখিবা।"

নোক্লদুনা অচৌবীনা থেমজিল্লগা হায়বকই -

- "অশুম লোনদিন্নবগা ফজবক্কনিদা। মদুগীদমক খনবীকগনু।"

- "ব্রাগনি ইবায়। ইচাশে মচিং ফত্তবনি। ইবুংঙোদা ফজনা ব্রাবী তৌবীয়ু।"

- "তৌজগে তৌজগে।"

ব্রাবী শান্নবিঙৈ মচেনা মখুৎ পায়বদুনা তুংথ মাংথা চঙমিন্নবকই। মপুবোইবগী মনাক্তা ফমই। কপ্পুবগী মপিদি পকলি।

মমা, মচে, মনাওশিং চংলকপা উবদা মপানা হায়বকই -

- "চৎলো অমুক হঞ্জিলক্লগনু সান্তি ওইবিঙৈ চান থক্লবদো থৌবাং তৌহল্লো মতমসি থেংলবনি।"

মপাগী য়াথং ফংলবদা মচানুপা অহলনা মনাওদা হায়বকই -

- "উঠো ভাই ! হমভি মদট কবতে হৈং।"

- "হায়নবা তৌদনা হৌগৎখি বনবিব সিংহসু অব্রাবগী শাংলবা বোব অমা হোম্বুবগা হায়বকই -

- "হা, আতা হুং ভৈযা।"

প্রকাসশু হৌগৎকে তৌবকপদা বনবিবনা হায়বকই -

- "আপ তো বেঠিযেন। বাদ মেং কুস আপকো খবব দেংগে।"

হৌগৎকে তৌবস্না প্রকাসনি অদুবু ব্রাহৈ অদুনা অমুক ফমথবে। মপা অচৌবীনা হায়বকই -

- "ইবুংঙো নখোয়সু চৎলো মতেং পাংশিনলুচোদনা।"

মচানুপা অনি হৌগৎলি অদুগা বনবিবখোয়গা চৎমিন্নখি। অনিতা, বিলাসিনিসু হৌগৎতুনা চৎখবে। অহল অনী খক্তা ঙাইহৌবে। মমা ললিতা সেঠিদি চাকশঙদগী থোক্লক্তুনা মপুবোইবদা হায়জবকই -

- "জী ! তাদাদা চাকপাউ হায়বিবো। থৌবাং পুন্না লোইহৌবে।"

নোঙ্গগা কুনবিব সিংহনা হায়বকই -

- "ইবায়, চাকতাকচবি জয় জয়। লেংশিন্নীনবা তৌবশি।"

অচৌবীনা ওঙ্গদুনা খুন্নকই -

- "জয জয ইশেন লেংশিনলসি।"

তুংথ মাংথ ব্রাবী শামিন্নদুনা চংশিনলকই-

- "ঙসিগী থৌদৌশে ইস্থোক্লা ইকায়জখবে ইবায মীঙোন্দা ব্রাবী ওইনকা শাদোকপীকুগনুকো।"

নোঙ্গদুনা খুন্নকই,

- "কবিগী শাকুগনেগে ইশেন। শাববসু কনানা তাবীগনি।"

মশেন মবায় চাকশঙ য়ৌবে। চাবমদাইগী ময়াম চবাংনবি। নঙনা অশোমদা ঐনা অশোমদা। ঈশিং ব্রাৎলি ফম্নবা চৌক্রি পোবকউ।

ময়াম ফমখবে। নুপা মখৈনা পবেং অমদা, নুপী মখৈনা পবেং অমদা। অহানবা মকোক্তা অচৌবী, মথংদা কুনবিব, মথংদা কিবন, মথংদা প্রমোট, মথংদা বনবিব সিংহ।

নুপীগী মকোক্তা ললিতা, মথংদা জয়ন্তি, মথংদা বিলাসিনি মথংদা কমালা দেবী, মথংদা জযা মথংদা শুবমিলা মথংদা বেনু সেঠি।

মতৈমা অহল উবমিলা অমসুং মতৈমা যাইমা মমতা চান্নবা অব্রাৎ অপা হাপথনবা হোৎনহৌবি। মখোয মচাশিংসু নাকন্দা পবেং শানা ফন্নি।

ময়াম ফমখবে খংলবদা বনজিৎ মাগী কাদগী মপান থোঙ্গকই অদুগা হংলকই - "ময়ামগী অব্রাৎ অপা হাযবীবকউ।" বটন্দা কৌবগা হায়বকই -

- "বটন কবি হাপচবকউ হাযবগে ঙা থোংবা ?"

- "যাবে মাম্মা। লৈবি" মমানা ইনশিন্দুনা খুন্নকই।

মথংদা কমলাদা হংলকই -

- "ইবেম্মা কমলা। কবি কবি হাপচবকউ হাযবগে ?"

নোঙ্গদুনা ইকায়না খুন্নকই -

- "মাম্মা কোন্না হায়জবক্লগে।"

বনজিৎনা নোক্লগা হায়বকই -

- "ইবেম্মা ঐখোয় ইমুংদি কোন্না হায়বা ব্রাহৈদো অশাউবীনি। হৌজিক খুদক্তা হায়হৌগদবনি মবমদি কবিগীনো হায়বদা ।"

মমা ললিতানা হায়বকই,

- "ইবুংঙো নঙসিদি !"

- "মবমদি ঐখোয়গী ইমুং অপীকপা ইমুং ওইদে অকোনবদি ফংদবা নৎত্রগা যাম্না ! থাজদ্রগা নদোমচা অনিতাদা হংউ ঐখোয় কবম হাযনা চাউবকই।"

খৌদেল্লগা মপানা হায়বকই,

- "অহাম ! তাবদা ব্রাবক্কদৌবিদা।"

মতৈমানা হায়বকই,

- "ইবুংঙো নঙ ব্রাবীশুদনা লৈবে ঈশিং অব্রাৎ অপাকা খবা য়েংশিনলু লাকওশে।"

ঈশিং কেটলি পাইখৎতুনা ঈশিং অব্রাৎপা যেংশিল্লি। মতৈমা অনিনা মথেল মকোয অব্রাৎ অপা মথং মথং য়েন্দুনা চাবী।

ঙাইহাক চাববা মতুংদা মযাম অবাম খৌবাং কোক্লখবে। অহল অনি লেংখৎখবে। মনিং খোমহৌবা অহুম মচি অমদা চাহৌই। ক্বা অশেন্বা মতপশিং মচানুপী বিজয়ানা মথং মথং যেল্লি।

অচৌবীনা মবুক নাম্থবদুনা হায়বকই -

- "ইশেল ঙসিগী ইঞ্জাং মথেলশিংশিদি ইম্বোক্লা যামখবেদা লোয়না হেক হাওই অমত্তা অসি ব্রাৎলি হায়নিংঙাই লৈতে।"

- "ইবায়না পংথা মথাগৎপীবে। অঙাংশিংনা থোংবনি চাবা য়াসিল্লমদদুনা ওপোজিৎতা তাকপীবক্লীববা খংদে।"

- "অশেংবনি মামা। ময়েক শেংনা হাওই। ঐখোয় ভাবিশিং অসি পাবুংনা ট্রেনিং কদায় কদায়দা থাবীক্ববনো নচাসু খংজনিংখবে নোক্লগা খুন্নকই।"

- "এ! নখোয় ভাবিশিংশি ময়ুম ময়ুমদা লৈবিঙৈ কদায় কদাযদা তল্লকপনো খংদে। ঙসি ফাওবা হংদ্রি হংঙু কোইক্নু মশা মশাদা ?"

মমা ললিতানা নোক্লগা খুন্নকই -

- "হো ইমানা ইম্ফালদা হোংলক্লবা মতুংদা সোট কোস ওইনা তম্বীখিবনি। ময়ুমদগীদি উৎতি থোংবা কবিনো? অমেৎপনা কমদৌই খংনা লাকখিবা নত্তে, ইবুংঙো।"

ময়াম ব্রা লাওনা নোকমিন্নে। কিবন্না নোক্লগা খুন্নকই -

- "ঐখোয় ইমাশিদি ময়েক্তা হায়বেনা ইশেন্দা। ঐখোয়গী মায়শিদি থমফম খংদবে। কবি উপায তৌদুনা লোৎশিবা বেনু, বিজয়া নখোয় ইমাবু খবা থেমজিনলো চৎলো হায়বো নখোয়সু মণিপুব ভাষা খংবা নত্তবা ? কবিগী তুমিন্না ক্বা চাশু চাদনা উম উমদুনা লৈবা ?"

- "নোক্লগা আ. ভৈয়া ! হমতো নহিং জানতে হেনা।"

অচৌবী - "যাবে যাবে ঐসু ময়াম ঙাংলিঙৈ চিন্না বার্টোন অমতং থমজবক্কে।"

নুপী মপানা হায়বকই -

- "হেক্তা কোইবীদনা হায়বীয়ু ইবায।"

- নোক্লগা অচৌবীনা হায়বকই - "ইবেম্মা অনিদি চাক চাবি মালে ইবুংঙো বনজিৎকা মখোয়সুনিকো ঐনা হায়জবিবশে।"

বনজিৎ - "তাকপীয়ু মাম্মা।"

অচৌবী - "নিংঙোল চাক্কৌবা হায়বা কুম্মৈদু থা অমতা ঙাইশিনলক্লে। ইশেনসু খংবীবমগনি। "

- "খংজে খংজে মতমদো কববাব ব্লালাশিংনা শেল কোৎহৌবা মতমনি। তাকপীশি।"

- "মদুদা ইশেলগী ইমুং মনুং মম্মা ইনেকো য়াওনা পুলপ্পা নবায় ঐনা চাক্কৌবা বার্টোন ঙসি চিন্না হেক্তা থমজবল্লবনিকো শোযবা য়াদে।"

- "ইশ ! ইবায অদুম্না তাকপীগনুদা ঐগী পবিবাবশিদি মপাল লমদা লাইবিক তমখিবী থাবগা পুলপ্পা ১৫ নি। মথং চহিদগীবুদি তোংঙান পিজখিন্নবগী থৌবাংবুদি লৈবে।"

- "ইশেন্না ঙসিদি পীজবগা নবায়নদি কবিগী তুমিন্না লৈগনি। অদুগা কুম্মৈ অসিদি কুম অমদা নোংমখক্তং লাকপনি। শোয়বীগনুকো ময়াম পুম্নমক।"

- "তাববা নখোয় পুন্নমক! হৌজিক্তগী খুজিন খুয়া ফেংদুনা লৈনহৌবো। নখোয় মাম্মানা লাওথোক্লীবসে।"

- "তাহৌবে পাবুং।"

- "তাহৌবে ডেদি।"

- "তাহৌববদি শোইবিবকপা য়াদবেকো ইচল।" ললিতাদা ওনশিন্দুনা হায়বকই।

- 'খংদবেনে তাদা ঐবু কবি হায়গদবনো মীয়ামশিগা ?"

- "এ: য়াদবা য়াববোয় নুংশিবগী মবি হেঙ্গৎনবনি। শোইবা য়াদ্রবনিকো ইবেম্মা, ইবুংঙোখোয় নঙ মাম্মানা ঙসি হায়জবল্লিবসিনি।"

মতমদুদা মকোক খবা তাহৌবগা ব্রাবোইশিন তাহৌদবগী তাহৌন্নবা বনজিৎ মখুৎ ফদিনা তৈথোক তৈথোক্লা চেলক্লগা হংলকই -

- "কবি হাযবা মাম্মা নামক্তী তাজহৌদবে অমুক্তা হনবীবকউ।"

মাম্মা ললিতানা হায়বকই,

- "মথং থাদা ঙসিগী অসিগুন্না মখোয়দা অমুক চাক পাল্লা তৌখিশি হায়য়ে মদুদা নপাগা ঐগনা তৌকবনু ব্রান্নবনি হাযদুনা ঙাংনবল্লিবা।"

- বনজিৎনা, "এ অদুদি অহাওবা পাউনি। য়াই মামা। ঐদি থা খুদিংগী পাংথোকশি হায়বিবনি। হকচাংশে খবা ফন্নবা।"

- "নঙদি হবাওবিনি চাবগী প্রোগ্রামনিবু হায়ববদি। পুকচাওবা ওইনা তৌবদনা। নমায়দো খবা ইকাযযুকো নচেখোয় নবায়খোয়গী মমাংদা ঐ ব্রা মখা তানিংদে।"

বনজিৎ নোক্লগা উপায় লৈতনা মকোক হোৎলি তুমিন্না লৈ।

মতমদুদা মনম্মাশিংনা শাড়ি মখল মখল, ফনেক মপান নাইবা ইনফি মবোল মবোল পুথোক্লনা মচলগী মমাংদা থম্বীবম্মী। অনিতাদি মিৎচনা ফাওবা য়েংলমদে। মাগী মতৌদুদা মমানা হায়বকই -

- "ইবেম্মা মচু মবাংশে পামই পামদে অমুক্তা খুন্নকউদা।"

মনাওনুপী বিজয়ানা হায়বকই -

- "হো নঙগী ফিশিং অসি নত্তে নচানুপীনা পাল্লিবদি কান্নবোয় হংলুদনা লাকও গাড়ীদা হাপচিনবীকবশি।"

- "মসি পুম্নমকসে মবুং অঙাওবশিনা তৌহনলিবনি।"

অনিতানা শাওনা হায়বকই,

- "গাউীদা নত্তে হায়বক্লীবা ?"

- "অতৈ কবি কবিসু হায়জিল্লকইবা" মচেনা হংলকই।

- "ঐখোয় নানা নানিনা অমেবিাকাদা ঐগী ঐখোয় তামো প্রকাসকী মমিংদা ফ্লেট অমসু শাবা হৌম্লবনি মফমদুদা নখোয় ইমুং নুংঙাইনা লৈব্বা য়াবগনিসু হাযবক্লিবনি।"

মমানা মমিৎ লাওথোক্লদুনা হাযবকই,

- "ইমায পেম্মা নখোয় নানা নানি অবিকপদুনা মশুগীনি হায়দনা বস্টু অমা ফাওবা তম্বীবক্লিবা অসিদা অদুক যামম্লবা ডোলব কযা চংদুনা ইচাগীদমক শাবীগনি হায়বা, থাজব্বিবা নঙসিসু অঙাওবীনি। তুমিন্না লৈয়ুকো ওইথোক্লবা ৱানি। খবা তম্লীবশে হবাও হবাও নচেগা য়েংমিন্নৌ নচেদা অমমম খাইবীগদবনি।"

- "যাগনিদা ইনে ঐগীদি লৈবি।" বিলাশিনিনা হাযবকই।

- "এ অদু যাপোৎ নত্তে লৈমিন্নববশি অৱাৎ অপা তাথোক তাশিন তৌগদবনি। অৱা অনা অমা তাবকপদা মতেং পাংনগদবনি খংলববা? চেকতা চেকশিল্লকপদা নচিন ননাও খক্তনি লৈকায অদুদা খংজিল্লু। পুংশু আ তাশিনখবে। ইবেম্মা লোযববা পোৎচৈ। তাদদি চৎনিংবনা লোইবল্লগনি।"

- "এ ইবেম্মা থবক লৈতবনিনা হান্নগী হান্না অহ্মানি কবিশু কাযদেদা।"

মতমদুদা কিবন হৌগৎলদুনা প্রমোটতা হাযবকই -

- "ইশেল লাকও ঐখোয ইমাগী ক্বাশি মহাও যাদে দুকান্দগী চাকশি।"

- "ইবায় য়াবেদা।"

- "এ· মদু য়াবববানে লাকও।"

মখুৎ পাইদুনা চৎমিন্নখবে। মথংদা কুনবিবসু মবায় অচৌবীদা ওনশিল্লগা হাযবকই,

- "চৎলো ইবায, ঐখোযসু চাবা তুম্লবা দুকান ফাওবদং অশুম মবেং মবেং লেংথোকউশি।"

- "হোয় মদুনা ফবগদবা !"

মখোয়সু হৌগৎতুনা চৎথ্রবা মতুংদা মমা মচা মমৌশিং খক্তা ঙাইহৌবে। মচানুপী বেনুনা কমলা অমসুং বটনবু য়েংলগা হায়বকই -

- "ইবেম্মা ইবুংঙো লাকও ঐখোয়সু দুকান্দা চৎলুসি।"

মচেনা মমাদা য়েংলগা হায়বকই,

- "ইমা চৎলুগে।"

বিলাসিনি পীক্লীবা মচাশিংবু মপান্দা থোকহন্নীংবগী ব্রাখলদি লৈজদবনি অদুবু চৎলুনু হায়বা ব্রাহৈদু মতাংদুদা হায়কবা যাদবনা মচাদা নাকোযননা হাযবকই -

- "কবিনো। ননাওদি খবা শেন্নবীযুকো।"

- "হোয় ইমা।"

ঙাযহাক ঙাংনববা মতুংদা মখোয অহুমসু মপান থোকখবে। হৌজিক মনমশিং, মমা, মচে খক্তা ঙাইহৌবে। মখোযদি শাডিশিং অদু তিংথোক্তুনা অপাম পামদা যেংহৌই। ঙাযহাক যেংলবা মতুংদা মচেদা অনী মমানা খাইবিবে অদুগা ফিশিং অদু পুথোক্লকুনা গাডী মনুংদা হাপচিনবীখবে।

মখোয অতৈসু ক্বা চাকবদগী হনজিন্নবক্লে।

মমা ললিতানা বিলাসিনিদা হাযবকই

- "ইবেম্মা ইচলশে খবা পঙজবনিকো নহাক্লা মৈতৈগী চৎনবী কবি কবি তৌগদবা থকশি খাশি ব্রাঙাং সঙাং খবা তন্নীযু। অদুগা ঙসায়সু নঙনা উবিবদুনি মহাক্কী মফৎতা শাওবা ব্রাবৌবা মচিং মশোন অমা লৈবনি। মবুক্লিংদবুদি কবিশু থমজদবা।"

বিলাসিনি নোক্লদুনা খুন্নকই,

- "হোযদা ইনে অঙাং ওইবিদনা তৌবিবনি।"

- "খংদে ঐদি নঙোন্দা শিন্নবিবসিনি নহাক্লা মমানি নহাক্লা মচেনি।"

মপানা অবাপ্পা দুকান মমাংদগী মচানুপীদা হংলকই -

- "ইবেম্মা নমানা কবি কবি হাপ্পীববগে ? নখোয়গী ব্রাবী ব্রাতায শান্নবা লোইবববো?"

মচে বিলাসিনিনা খুমই,

- "অহোয মাম্মা ঐখোয অমুক চৎননবা তৌজবগে।"

অঙাংশিসু থুংলবে গাডীদা কাখৎনখবে। মবুংশিং মনম্মা মচেশিংনা য়াইফ মঙ্গোল পী - "ইবেম্মা মঙ্গোল ওইয়ুকো।"

মনাওশিংনা মচেগী মখুৎ চুপ্লদুনা কপ্লগা হায়বকই -

- "ইচে চৎলোকো। ঐখোয় অমুক লৈহৌবগে।"

মবুং অতোনবা বনজিৎতি খবা লাগুক্লা য়েংলগা লৈহৌবে।

অচৌবী - "ইশেল অমুক য়ৌশিঞ্জবে।"

কুনবিব - "ইবায় অশুম লৈজহৌবে।"

প্রকাস মযামদা হায়জবকই -

- "ঐখোয, অমুক য়ৌশিঞ্জবে।"

- "ইনে ঐখোয অমুক যৌজবে।" প্রমোটনা হাযবকই।

- "মাম্মা ঐখোয অমুক য়ৌশিঞ্জবে।" বিলাসিনিসু হাযবকই।

কমলা বটন্না মখুৎ হাযবদুনা বিদায় পীবমই মখোয ময়াম মখুৎ হাযদুনা লৈহৌই।

মচেনা, বনজিৎনা তুংদা তুমিন্না উযুংগুম লেপ্তুনা লৈবম্বা অদুদা হাযবকই -

- "ইবুংঙো নঙদি অসিদা কৈদৌবন্নিবা ? ব্রা লাংকা অমতা ঙাংদনা। নঙগী মাম্মা ইনেনা কবি খল্লমগনি।"

- মমানা ব্রাদু ককলগা হাযবকই, "এ. ইবেম্মা মচিন্দো থিকবা অদুনা চোপ্পা নংলিবনি। নঙশনু অঙাং লক্লববদি চোপ্পা নংলেদনা মদো চুমথ্রবা মৈতৈগী পাউবৌনি।"

অতৈ চংনখবে অদুবু বনজিৎ মথব্রায় নুংঙাইতনা লেপ্তুনা লৈহৌই। মথন্তা খনলকই, ঐনা ইচলগী মনিং শোইদনা থুংহনগনি ঐহাক সবাপ থক্লবোয মদুগী পৈশাদুনা জি পি.এফ তা ওইনা তুংশিনগনি। হযেং ঐনা সার্ভিস লোইদুনা পেন্সিল থোক্লকপদা ইচলগী গাড়ী লৈন্নবা।

মহাক্কী মচল জয়ানা কৌবকই

- ভৈযা ! ভাবিনে বুলাযা হৈং।

পাউখুম পীদনা তপ্না তপ্না লুপ্লবা খোম্বাংদা ময়ুমদা হঞ্জিন্দুনা চংহৌই।

*****

## তবামাপনশুবা পন্দুপ

শুধিব মখোয়গী থোঙ্গাল মপাদা গাডী খামহল্লি। মহাক্না থোংঙ্গালদা নুপী অমা পোৎফম ফমদুনা লৈবম্না অদুদা ইঙক গুক্রদুনা মখুৎনা ঈঙ্গিৎ তৌবকই - "হা· হা: ইচে, ইমা, ইয়াম্বাখোয় য়ুম অসিদা লৈত্রববা মখোয় কদাযদা চৎল্রবগে ?"

নুপী অদুদি ঈঙ্গিৎতা ব্লাবী শান্নবা হৈজদবনিনা খংদবে, হৈতে। মখোয অমতা লৈতবে লোয়না আদা চৎখ্রবনি হায়বকই।

শুধিব শাওনিংবনা লোয়বে কবম তৌগনি হৌজিক খল্লকই মতমদুদা মখোযগী থোঙ্গাল ওইবম্না অদোমদগী নুপী মচা অমা দুকানগী পোৎ চৈ খবসু কোম্পাক অচৌবা অমদা হাপ্লগা পুথোক্লকপা উবমই। ইঙক গুক্লা যেংই অদুগা নুপী মচা অদুদসু মখুৎনা ঈঙ্গিৎ তৌবদুনা হংলকই,

- "হা. হা· আ· চৎ: চু আ:।"

(পোৎফম ফম্বীনা হায়বিবা য়ুমশিদা ঐখোয়গী ইমা, ইচে, তামো লৈবম্বদু আদা চৎখবে হায়বিবসি চুম্ববা)

অঙাংদুদি মহাক্কী মখুৎ মশা হায়দুনা ঙাংবদুদি মঙদা জগোয শাবগা চপ মান্নবদুনা খুমফম খংদদুনা হায়বকই -

- "ঐদি খংদে অদা হংলুচো।"

পূক্লীংনা উপায় লৈতনা কোযনা য়েংই। পুক্সি উপাল য়মুফম পুম্নমক অশেংবা মমা মপানা লৈবম্না মফমদুনি। অদুদি মখোয লোয়না কদাযদা চখ্রিবগে য়ুম অসি থাদোক্কুনা ? ঐ হৌজিক কনাদা হংলুগনি। মকোক হোৎলি, কোইনা য়েংই কনাদা হংফম লৈতে। মবোল থোক্কুনা মীবোল ঙাংনবা ঙমজবন্নবদি থোইদোক্লা ব্লানিংঙাই লৈতবনি। অদুবু হৌজিক মহাক্লা খংজনিংলিবশিবগা মীওইশিং অসিগা লোন ফাওনদবে।

- "আ: তোল্লিদা হে শোযনাইববা ঐগী পুন্সি। হৌজিকপু ঐহাক কবি তৌশিগে?"

ঙাইহাকতং থোঙ্গাললোমদা ওনশিন্দুনা ফম্লুবগা হৌগৎলক্তুনা অনকপদা দুকানশিং মথং মথং শাগৎনবল্লীবাশিং অদুগী মনাক তান্না থোবকই।

মফম অদুদা নোংঙানবদগী ৱাবেমতা শুজবগা নুংঙাইজবা কাংবু অমা থেংনবমই। মখোযনা শুধিব উবদা চংশিন্দুনা মখুৎ শোক্লবমই। হবাও তয়াম্না ওক্লমই। মখোয়শিং অদুনা মখুৎ মশানা ঈঙ্গিৎ তৌদুনা নহাক্লা লৈকবা মফম অদুদি কমদৌই ? নুংঙাইববা ? পৈশানা কয়াম পুথোক্লকপগে হংলমই।

মহাক্লা খুল্লকই (মখুৎনা ঈঙ্গিৎ তৌদুনা)

- "যাম্না শাই ৱাবনা হেল্লী। লুপা লিশিং মঙাখক পুথোক্লকই হাযদুনা মখুৎনা ঈঙ্গিৎ তৌদুনা হাযবমই।"

মযামগী মবক্তা অমনা হাযবকই,

- "নখোয ইমা হা ! হা ! থাংনা চক চক হা ! হা ! থিন্দুনা ফত্তবা মীওই অহুম্না অহিংদা হাৎতোক্লমলে। নঙগী তামোবুসু হা! হা! চৈনা পোপ পোপ থাদুনা অযো অযো ফুবিবল্লে। মদুদা নখোয ইচেনা কন্না লাওবদগী লৈকায তাবক্তুনা মহাক্না তামোগদি কলহৌবে।"

মহাক ডিমাপুবগী আ লমডিং যৌখবে। নঙসু চৎলো ঐখোয মহাক্কী লৈফম চেদা ইবিগে যাববা হা ?

ৱাহৈশিং অদু ঈঙ্গিৎ হৈবা অমা যাওবমদুনা ফজনা ঙাংনবে অমসুং দুকান্দগী চে মচেৎ অমা লৌবগা মচেগী লৈফমশু ইদুনা ফুবিৎ খাউদা হাপচিনবীবমই।

- "শে চে অসিদা ইববনি ফুবিৎখাউ অসিদা হাপচিনবীবগেকো মাংগনি তু তু । কুদামকা পানশিনবীববনি।"

- "অদুদি লাকও হোটেলদা।"

শুধিবসু মঙক হাযদুনা য়াবে। মকুপশিং অদুবু লোয়নমক দুকান্দা কৌশিন্দুনা হায়বকই মখুৎনা ঈঙ্গিৎ তৌবদুনা,

- "আ আ চা চা !"

- "য়াবেদা মকপ ঐখোয় লোয়না কৌশিল্লবদি নওগী পোকেৎ খবচ য়ামলগনি।
শুধিবনা মখুৎ পাইবদুনা চিংশিল্লগা -
- "আ: চা চা।"
- "তল্লীহে ভায় নহাকসিদি!" মকপ অমনা হায়বকই।
- অতৈনা হায়বকই, "লাকও, লাকও পৈশা খবা য়াওবক্তুনা তৌবিবনি।"
দুকান মনাক য়ৌশিল্লকই অদুগা অমনা হায়বকই -
- "ইনে! ঐখোয় ব্রাবেমশুবা পার্টি চংঙক্লে চা মঙা তল মঙা পুথোকপীবমউ।"
দুকান্দাবনা খুন্নকই -
- "ইবুংঙো ঙসিদি শোৎপা য়াববোয় শগোলশেলনি।"
অতৈনা নোক্লগা হায়বকই -
- "ঙসিদি ঐখোয় মকপ শুধিবনা পুথোক্কদবনি, শোৎলবোয়দা।"
শুধিবনা মখুৎনা ঈঙ্গিৎ তৌবদুনা হায়বকই -
- "আ: চা· চা।"
দুকান্দাবনা শুধিবগী মখোল তাবদা হায়বকই -
- "ও! শুধিব নহাক্তী কৈদৌঙৈ থোক্লকইবা ?"
অতৈনা খুন্নীবকই -
- "ঙসি থোক্লকপনি অদুবু মযুম লৈবমদ্রবনিনা মচেগী মনাক্তা চৎখিনবা হায়দুনা মচেগী লৈফম ইদুনা পীবিববনি।"
দুকান্দাবনা নুংঙায়তনা হায়বকই,
- "হোযনে নুংঙাইতেদা। শে ! শে ! চা হাযবদো অসিদা লৈবে। তলদি লোইশিনখিবদা ঙাযবি হৌবিবল্লগে।"
চা পুথোক্তুনা মকপ অমনা টেবল মথক্তা থমই। অমনা হাযবকই,
- "ইনে বোড়া লৈবগনা লুপা ৫ গী প্লেট অমাতং ওইনা পুথোকপীবল্লবসু যাবনি। মহাক খবা থুববা মালে।"
- "দুকান্দাব, হোয হোয অদু ওইনা তৌবিবল্লগে।"
শুধিবনা চশিলক্তুনা দুকান্দাবদা লুপা ৫০ চৎপী নোট অমা পুথোক্তুনা পীবগা মখুৎ মশানা ঈঙ্গিৎ তৌবদুনা হাযবকই -

- "আ: চা আ: লু:।"

দুকান্দাবনা নোক্লদুনা হায়বই

- "হায় ইবুংঙো নঙদি চা ফাওবা থক্লিঙৈদা পৈশা হান্না পীশিনলক্লবো। হায়মা মাগীশে লুপা ৫০ চৎপীনিনে। পৈশা অচোইবা য়াওবগনা লুপা ২০ ওইনা থাদবক্লোদনা। মখুৎনা ঈঙ্গিৎ তৌই হা· হা থাদবক্লো যাওববদি খংলবা। পৈশা অচোযবা হন্নিংঙাই লৈতে।"

শুধিব পৈশা পুথোক্লুনা পীবমই -

- "আ আ· (যাওবে যাওবে শে)।"

দুকান্দাবনা হাযবকই -

- "হো লুপা ২০ যাবে যাবে শে বোডা অসিগা পাইথোকখবো। যান্নবেকো। ইবুংঙোখোয।"

- "মকুপশিংনা ভাই চা ইংখিদৌবে লাকও।"

চা থকমিন্নৈ অদুগা হাযবকই -

- "নঙ হযেং আ যৌবগা অমুক হলকখিগদবো ?"

- শুধিব মখুৎনা হাযবকই, "আ আ.।"

- মকুপ অমনা হাযবকই "হলক্লবোযযে।"

- "শুধিব মখুৎনা হাযবদুনা হাযবমই - "আ· হা:।"

মকুপশিংনা হায়বমই -

- "হোয মবক মবক্তা কোইবা লাকখোকো ভাই। ঐখোযসু নখোয় ইমুংগী ঈ পাউ তানিংই। থীক তৌশি মীশক লোযনা খংই। ঐখোযসু মতেং শোযদনা পাংগে। অশেংবা, শেঞ্জাও পাইবা মীওই খবা চংদুনা তৌবিখিবনি।

ঘডি যেংই। গাডি লাকপা মখোল তাবকই। মকুপ অমনা হাযবকই -

- "ভাই গাডী লাক্লে। চাবসু লোযববনিনা অসিদা চংহৌবো মকুপ শুধিব।"

শুধিব মমিংতগী মপি তৈথোক্লগা মকুপশিংবু মখুৎ শোক্লৈ অদুগা চংলমদায বিদায পীবদুনা হাযবকই -

- "আ আ: বা!"

অতৈসু নুংঙাইতনা য়েংলগা হায়বকই -

- "ফবে নুংঙাইজবে মকপ নুংঙাইনা য়ৌশিনবীবো মঙ্গোল ওইবীযু কাওনগুমশিকো। লৈহৌবে বাই বাই।"

- শুধিব "তা তা!"

তপ্না তপ্না গাডীদু মীৎমাংদগী হেন্দোক্লুনা চৎখ্রে।

- মকপ ময়াম "য়ৌবোকো ভাই, মকপ বাই বাই।"

গাডী থৌদুনা চৎখবে, ময়াম যেংদুনা লৈহৌই। অসিনি পুন্সি কনাগুম্বগী অৱাবদগী হৌবকপা অদুগা অৱাবা ইপাক্তা ইবাক্লদুনা অদুম লৈবিবা। মখোয অদুগী মবক্তা শুধিববু কা হেন্না নুংশিজবা অমখক্লা যুগী নিসা হম্বুবকপাগা লোযননা মথন্তা তুমিন্না যেংলদুনা খলহৌই -

- "ওহ! নুংশিদা বিশ্ববজিৎ! ননাওসিনা কবম্লা যৌগদৌবিবা তাম্লবা মীবম লমডিং মদুদি অসামদনি। নাগালেণ্ডগী ডিমাপুব সহবদগী অমুক চৎলিবনি। লোনথোকপা ফাওবদা মপান্দা অমুক ফাওবা চৎলুদবা ওইববদি কিনবিবনি। মহাক্কী মবোলসু থোক্কে ঈঙ্গিৎনি মীবমদুদা লোললি ফাওনদবা। মচে অমদি মযাম্বা বিশ্ববজিৎপু থিবা চৎলুগদৌবিবা।অঙকপা থবক্লী। হুবান- চিঙ্থি দাকু কযানা খুবক হাংদনা লৈববা মফম অদুদা মচে অমসুং মযাম্বা বিশ্ববজিৎকী খোঙ্গুল লিবা অবায়বা নত্তে। কনাদনো মহাক্লা হংলুগদৌবিবা ... !

*****

## কুন শুবা পন্দুপ

শুধিব মবায়বক ফবনা অয়ুক পুং ১০ দা চৎকদবা গাডী ফংলমই। গাড়ী কাউন্টবদগী টিকেট লৌবগা মানা তোংগদবা গাড়ী তাকহন্দুনা ডিমাপুবগীদমক খোংশানখলম্মী।

ডিমাপুবদা পুং ৫ ৩০ দা গাডী থুংখবে। গাডীদগী পোৎ চৈ থাংথবদুনা কুমথবমই। মবাযবক ফবনা বেলৱে স্টেসন চৎকদবা মীওই খবা থেংনবমই। মখোযগা খোংবু ওইদুনা স্টেসন যৌবে। মহাক্না মীওই অমদা চেজেৎ অদু যেংহল্লমই। মীওই অদুনা চেজেৎ অদু যেংলগা হাযবকই -

- "ইনাও নহাক্কী যৌগদবা মফমদি লমডিংনি। লুপা ৫০ দং পুথোক্লকউ হৌজিক পেশেঞ্জব টিকেট ফংবা যাই। বিজি এক্সপ্রেসতা চৎকে হাযবগনা লুপা ৬১ চংগনি। হুবেল পুং ৭।৮ ফাওবা ঙাইগদবনি কবম্বা পামই।"

শুবিবনা হুবেল ফাওবা ঙাইবা পামদবদগী খুন্নকই -

- "আ যা। মখুৎ অমসুং মঙক হাযদুনা হৌজিক চৎহৌবগে হাযবমই।"

নীপা অদুনা মাগী পোৎতু শঙহনলগা টিকেট কাউন্টবদা চঙদুনা পবেং চিল্লবা মীযাম্নি ঙাযহাক্তংগী ট্রেন লাক্নুনা স্টেসন্দা খামখবে। নিপাদুনা টিকেট পুবক্লমই। মী অহাংবা মফম যেংলগা মখোযসু ট্রেন্দা তোংখবে।

নিপা অদুদি হোজায লঙ্কা যৌগদবা ওইবল্লে। ৱাবিদি ফাওনদবে। ট্রেন নুমিদাংগী পুং ৬ তাবকপদা স্টেসন থাদোকখবে। ফনা শাংলিবা লম্বীনি। শুধিব থোংনাও মনাক্তা ফমদুনা অবাপ্পা অনকপগী দৃশ্যা যেংলি। তুমিন্না চেল্লী গাডিদি লেপ্তুনা।

অঙ্গীংবা নুংশিৎনা লিবি লিবি হুমজিনলক্লী। চিল্লবা মীয়ামগী মীনিলনা পোত্থাফম খংহন্দ্রবা শুধিবনি। মপান্দগী অঙ্গীংবা নুংশিৎনা যৈবকপদা পোত্থাফম খংদ্রবা ৱাখল ঙায়হাক্তং পোত্থাহলগে হায়দুনা নিন্দ্রা দেবী ইমানা নাওশুম ঈশৈ শক্লবে। মুম্থখবে শুধিব। তুমথখবে ঙায়হাক্তং।

ঙাহাক লৈতনা লাংজববসু চা য়োনবা, ক্রা য়োনবা, মদাম য়োনবা, খিবা য়োনবা, চনা য়োনবা, ঘড়ি য়োনবা কয়ানা মাগী তুমনিংববু কোকহনবা ঙমখিদে। হোজায় লঙ্কা যৌগদবা লাকমিন্নবিবা নুপা অদুনা মশা নোমদুনা হৌদোক্লকই

- "হলো ভায়। লমডিং য়ৌবে। কুমথবিহৌবো।"

শুধিব মমিৎ পাংথোক্লকই। ফুবিৎ কুদাম পানশিনলি। মহাক্কী বেক লৌথৈ। লাকমিন্নবা মমান্নবা অদুবু বিদায় পীবল্লগা কুমথহৌবে মথন্তা খনবা হৌবকই - হৌজিক ঐহাক কনাদা হংলুগনি মচেগী লৈফম ? ইমিং ইথা লৈফম ইবা হৈবসু নত্তে। অদুগীসু মথক্তা মবোল থোক্তে ঈঙ্গিৎনা কবম্না পুক্নীংগী অনিংবা অপাম্বা খঙহনবা ঙমগনি খন্না খন্না

. তপ্না তপ্না স্টেসন অদুদা মৈতৈলোন খংবা কনা কনা লৈবগে কোযনা যেংবা হৌবকই। উবা ফংদে। শক্তা মান্নবা লোন্দা মান্নদবা ঙাক্তা ওইবমই। ঙাযহাক তুমিন্না অহাংবা মফম যেংলগা ফল্লমই। মহাক্কী ব্রাখল ফুন্বংনখবে। কবি তৌশিগে হাযবা মফম খংদবে স্টেসন অসিদা!

"ইচে বানিবালা! তামো বিশ্ববজিৎ !'নখোযবু কদাযদা লৈবগে ?" খন্দুনা লৈবদি কান্নদবে খংলদুনা মহাক ফল্লম্বদগী হৌগৎলমই। মশা নানবা মৈতৈ মানবা নুপা অমা লেপ্পীবদুগী মনাক্তা চংশিন্দুনা মমান্নবনা ইবিবকপা চেদু পীবদুনা যেংহনলমই। নুপা অদুনা চে অদু ঙাযহাক যেংলুবগা ঈঙ্গিৎ তৌদুনা হাযবকই-

- "সেন্ট বস্টিদি অশোমদগী জোড়াপুল লান্দুনা চৎলগা লৈবনি। ওক্তোদা চৎপীগে হাযবগনা টিকেট কাউন্টব মমাংদা ফংবীগনি পৈশাদি অহিং ওইশিল্লক্লবনিনা মমল দবল লৌগে হযবক্লগনি। লুপা ৫০।৬০।"

পংলাপ লাপ্তুবে মীঙোন্দা হংলগা শোযদনা তাকপীবক্কনি। অশোমদা খোংনা হেক্তা চৎপীখবো। মতমশি যাম্না ঙল্লী পুং ৯ ৩০ তাবদা ঙাযবি। অশুম বজাবশি লাম্হোক্তুনা বেল তাল্লি মনাব্বী খোং লম্বী অসিদা অশুমদা চপীযু অদুগা শিবা মন্দিব অমা লৈবনি। মনাক্তা দুকানসু লৈবমগনি মদুদা হংলবদি অদুম তাকচবক্কনি।

পুকচেল চাউববা নিপা অদুনা অশুম্না তাকপীবদুনা শুধিবগী ব্রাখল

চাউখৎহনখবে। মচে অমসুং তামোগী মশক উনিংবনা হেঞ্জিলক্লকখবে। মহাক স্টেসন থাদোক্তুনা লমডিং বজাব মনুং য়ৌবে। ঈবাং লৈত্রবা মফম্নী। অহিংদা মনিং তম্না দুকান হাংদুনা পোৎ য়োন্নবি। মদু উবকপদা শুধিবগী ব্রাখলদা কবি খলক্লবনো দুকান পবেং অদুদা চংশিনলকই। খবা চংশিনবদা শাডী পবেং য়াম্লিবা অদুদা মহাক্না অপাম্বা মচেগী কুৎচুগা চান্নবা খন্দুনা লৈবমই। দুকান্দাবনা হংলকই -

- "লে লো ভাই উশকা দাম ৬০০ হৈং। ব্লাউজ কেলিয়ে আপকো য়ে কপবা অচছা বহেগা। ৭০ টাকা হৈ।"

শুধিবনা মখুৎনা ঈঙ্গিৎ তৌবদুনা হায়বকই -

- "লুপা ৫০০ পীবগে যাববা?"

দুকান্দাবনা মঙক হাযবদুনা হায়বকই -

- "উম হ্ না' বহুট লোস্ট।"

শুধিবনা মখুৎনা লুপা চামা হেঙ্গৎপগী খুদম তৌবদুনা হাযবকই -

- "লুপা ১০০ হাপচিল্লগা লুপা ৬০০ তা পীবিবো।"

দুকান্দাবনা হাযবকই,

- "লুপা ৫০ দং হাপচিনলকউ।"

মমলদুদা যান্নবদুনা লুপা ৬৫০ দা লৈবগা মখুৎ ওইনা পোলিঠিন চেখাউদু পাইদুনা অতোপ্পা ফুবিৎ খোঙ্গ্রাওগী দুকান মনাক্তা অমুক চংশিনলক্লে। দুকান্দাবনা মঙোন্দা হংলকই -

- "কিযা চাহিয়ে ভাযত্রি?"

শুধিবনা মহাক্না পামজবা মচুগী খোঙ্গ্রাও ফুবিৎ অদু মখুৎনা থিল্লদুনা ঈঙ্গিৎতা হংলকই

- "মমল কয়া ওইবিববনো?"

দুকান্দাব অদুনা মখুৎনা ঈঙ্গিৎ তৌবগা হাযবকই -

- "লুপা ৬০০।"

শুধিবনা য়ামনলি হাযদুনা মঙক হায়বগা মখুৎনা ঈঙ্গিৎ তৌবদুনা হায়বকই -

- "লুপা ৫০০, লুপা ১০০ তবীবো য়াবো।"

দুকান্দাবনা মঙক হায়বদুনা হায়বকই -

- "ন ন।"

শুধিবনা হোন্দোক্লুনা চৎখিগে তৌবকপদা দুকান্দাবনা মখুৎ মখুৎ পায়দুনা খান্নগা হায়বকই -

- "ঔব ৫০ টাকা দিজিয়ে লে লো।"

শুধিবনা মদুসু লৈবদুনা ময়াম্বা বিশ্ববজিৎকীদমক পুবদুনা লাক্লমই। দুকান পবিংদা অশুম লাকপদা মিঠাইগী দুকান থেংনবে। দুকান অদুদা চংশিন্দুনা জিল্পিবী কেজি মখায় অমসু লৈবমই।

শুধিবনা অশুম থোক্লকপনা হান্নগী লম্বীদা তাবমই। বেল টাল্লি মথক্তা ময়াম্বা মচেগী খাউ অনিদু য়াল্লদুনা তপ্পা তপ্পা জোড়া পুল তম্মা চুমদ্রিং লাক্লমই। বিজুলি মৈঙান্না মীশক মীওই ফজনা খংহনলি। লম্বী অদুদা মী চৎপা লেপ্পখবে। ঘড়ি থাংঙ্গৎতুনা য়েংলুবদা পুং ১০.৩০ তাখিবমলে।

তপ্পা তপ্পা জোবা পুব যৌবে। জোডা পুল হৱাগাডীশিংনা লান্নবা শাবা থোং নত্তে। মসিদা মী, সাইকল, ট্রেন খক্তং লান্নবা শেম্বনি। থোং অনি শাই। অমনা ছোটি লাইন অমনা বডি লাইনগী ট্রেনশিংনা লান্নবনি। থোং অসি যৌদ্রিঙৈদা কলিমাই ইমাগী মন্দীব অমা খোংনাঙ মখোংদা শাদুনা লৈ। মফম অসিদা ৱাবেম ঙাংবা শুনিংদবা ফত্তবা থবক তৌবশিংগী কাংবুশিং মচোয় মচোয় ফমদুনা লৈনৈ। থোং অদুগী ৱাংমদা তিংখঙ পাম্বীশিংনা থল্লবা মোংশোংশিং লৈ। মতেক খবা অসিদনি থাউমৈসু মম্মবা খুদোংচাবা লৌবিবশে।। পৈশা যাওবগনা পৈশা মুলহৌই। পোৎ য়াওবগনা পোৎ মুলহৌই। মবক মবক্তা অশিবা হকচাংসু মফম অসিদা ফংই। পুলিসকী মীওইশিংনা খঙলবসু ফাবা ঙমদবনা উনা উনা অমাঙবা নেৎতুনা লৈনৈ।

লম্বী অদুদনি শুধিবনা ঙসি লাক্লীবসি মথন্তা। অখঙবা মীওইশিং খবনদি মবোন্দা ঙাংনহৌই -

- "কনানোনে অথেংবা অহিং অসিদা মথন্তা চৎখ্রিবশিবু ? মতম্মা থেংজিল্লকপা অসিদা মপোৎ মচৈশিং অদুগা পৈশাকা যাওববদি শোয়দনা মুনবীহৌবগনি।"

- "হয়েংদি ঘটনা অমা শোইদবে য়েংঙু শকখঙদবা নুপা অমা চৎলিবসে ! মপোৎ মচৈ ময়ামশে শোয়দনা মুনবীহৌবগদবনি।"

ঙাংনহৌবগী ব্রানি থোংঙ্গাল মনাক্তা ফমদুনা। মখোয়না লম্বীসি অহিং অথেংবদা চৎনদবনি হায়বদি খক হায়বীবকখিদে। মতমদুদা ট্রেন অমা গৌহাটিগীদমক হোবোল খোংলদুনা অকনবা মখাংজেলদা লাম্থোকখিবদা ঙাযবি।

অমুক য়েংবদা ফত্তবা মীওই অনি অহুমদুনা মীশক হেক্তা খঙবা ঙমই। মসি লমদম অসিগী মীওই নত্তে। পৈশা যামওমগদবা মাল্লি চৎলো ভাই। ঙসিগী দাও। মমিৎনা য়েংনৈ মখুৎনা ঈঙ্গিৎ তৌনৈ। ইকোয কোযনা হেক্তা লেপ্পী। মমাং থংবা নুপা অদুনা মখুৎতা থাং শুবি অবংবদু পাইবদুনা উৎলগা হাযবকই,
- "ককো !"

শুধিবগী ব্রাখলদা অশুম্বা তৌবক্কনি হাযবশি থাজকদবনি। অদুবু ঙসি খঙহৌদনা মমাংদা থৌদোক অসিমক হকথেংননা থোক্লকপা অসিদা পুক্নীংদা খঙহৌদনা মিপাযজবা ফাওবকখি। চপ লেপ্তুনা য়েংলমই। তুংহন্না য়েংখিবদা চৈতুপ পাযদুনা নুপা অমা লেপ্তুনা লৈবমই। নাকল য়েৎলোমদা নুপা অনি অমম্বা মপাদা। শুধিব মতৌ অদুদা উপায লৈত্রদুনা হৌনা লাউজবকই -
- "আ ঐ ক । কনা কনা লৈবগে ঐবু অমুক্তা কনবীয়ু।"

অদুবু তাববসু খঙলবসু মীহাৎপগী কেশতা যাওনিংদবনা কনাসু থোক্লবকখিদে। মদুগী মহুৎতা থোং থোংনাউ লোনশিন্নখি।

ফত্রবা মীওইশিং অদুনা শুধিবগী মকোক্তা চৈনা কন্না থাবমই। মবুক্তা থাংনা হান্না থিঞ্জন্দুনা অযাওবা শেনফম খুদিং লৌবগা খুদক্তা মফম অদু থাদোক্কুনা চৎখিবমই।

শিবমদাই মৈচাক্লা চাক্লবা থম্মোয়না মচে অমসুং মযাম্বগী মমিং অবোইবা ওইনা কৌবম্লগা বেল টাল্লি অদুদা মোনখাংনা থব্রাযনা হকচাং থাদোক্কুনা তিনখবে হাংলবা মালংদা মপু মহাক্কী লৈকোন্দা লৈবাং ওইনা।

মতমদুদা মাল পুবা ট্রেন গাড়ী অমা লাক্লমই। অবাপ্পদগী হৌনা লাউ খোংদুনা ! শুধিবগী থব্রায যাওদ্রবা হকচাংনা মোনখাংনবিবা টাল্লি অদুদা লাম্থোক্কুনা চৎখবে শাংলবা মাল পুববা গাড়ী। কোক্কা হকচাংগা তোংঙান্না তাদুনা লৈহৌবে কাংকৃক্লা থল্লবা লম্বীদুদা তনৌববা শধিবগী হকচাং।

অহিং অদুমক্তদা মচে বানিবালাগী খোমলেন মঙলান্দা মৌপ্পা শুধিবগী থৱায়না খঙহনলগে মতাগুম্না মঙফাওনহনখি।

. . ইচে নঙগীদমক শাডী ফজবা অমগা মদুগা চান্নবা ব্লাউজ অমগা লৈবকপনি। য়েঙুনে ঐনা বেক্তা হাপচিনখিবনি। ঐখোয় তামোগীনা খোঙ্গ্রাওগা ফুবিৎকা লৈবকপনি। ঐগী বেক অসিদা য়েংউতু অমত্তা য়াওবমদবে কদায়দা তাহৌববা জাৎনো ?

মচেনা নোক্লদুনা কবেম্নবগা হায়বকই -

- "এ: লৈদি লৈবক্তনা অঙাংশি ফাগী শন্নববেকো। মচেদবু।"

- "অশেংবনে ইচে। লাকও থাজদ্রগা থিমিন্নকশি।"

- "চৎলো চৎলো। মসি অঙাংসি লম খবা চৎথোক্লে হাযদুনা ওইদবা ঙাংবা যাম্না হৈখবেনে।"

- "ইচে ঙসি ফাওবদা ননাওনা ইচেগী নফমদা ওইদবা কবেম্নবা ৱা কৈদৌঙৈ ঙাংখিবা যাওদ্রি। মবমদি ঐ লোন নখোযদৌনা ঙাংবা ঙমদে।"

- "অদু ওইববদি নঙগী বেক অসিদা হাপখিবা পোৎপু কবিগী যাওবমদে।"

- "লম্বী য়াম্না মমই থাউমৈসু থান্দেযে অদুননি।"

- "হৌজিক্তি ঙাল্লীবশিদি?"

- "খংদে ঙসাযদি ইমম মমই। লম্বীদা গুন্দা কাংবু কযাসু লৈহৌই অদুবু ঐনা ফাগী তৌদুনা লোযনা থনম্বনি।"

- "উম তৌবল্লগনি ফাগী। লোনসু ফাওন্দনা। ঐ যাম্না থাজৈকো। কদায়দনো লাওনে কদোমদনো নঙনা লাক্লীবা লম্বী অদুবু অশোমদা নত্তবো।"

- "মানে মানে অশুম চৎলো। ঐ লম্বী তাকপীগে।"

শাংলবা লম্বীনি যৌবা নাইদে। ৱাবি শান্না শান্নদুনা মচিন মৌপ্পা লাকমিন্নবি লম্বী অদুদা। মচে বানিবালানা মাংদা থংই মৌপ্পানা মতুদং লাক্লী। মচেনা হায়বকই -

- "ইবুংঙো নঙশি নুপানিকো ইম্থোক্লা তপখবে।"

- "ইচে ঐগী খোংশে লমশাং লাকপগী ৱাদুনা থাংবা ঙমদবে চৎলু অশুম ইন্নবক্লিবশিদি।"

- "এ· জোড়া পুল হায়বদো যৌবে ইবুংঙো।"

- "ইচে মফম অসিদনি ঐনা যাম্না কিজবিবসে খবা তপ্না চৎলো ঙাইখো ইচে।"

- "লাকও কনাসু লৈতেনে লাম্ব্লোক্লকলো।"

থোং লাম্ব্লোক্কুনা মচেদি চৎখবে। মৌপ্বাদি লৈহৌবে। থোং ব্রাংমদগী মচেনা কৌবকই -

- ইবুংঙো! লাম্ব্লোক্লকও কবিসু তৌবোইয়ে।"

মনাওনা খবা লানবা হৌবকপদা থোং অদু তেকখিদুনা কল্লবা তুবেলগী ঈবৈ অদুদা ঈবাক্লদুনা মচেবু কৌবকখি -

- "ইচে ঐবু কনবীয়ো।"

উপায লৈজদ্রবী মচেনা মিপাযবদুনা কৌবমই -

- "ইবুংঙো শুধিব ইচেমগী ইবুংঙো ! ইখুৎশে পায়বকও।"

বানিবালা মিকপ থোক্লকখি। মথব্রায য়াম্না ব্রাবমই। হিক্রা হিক্রা কপ্লমই। মনাক্তা পীক্লিবা মচানা নিঙাইদনা তুমদুনা লৈবমই। নাকন্দা মপুবোইবা টৌপুদাসনা অশিবগুম ফৈবেং তুবেং তাদুনা অওবা মবক্তা হিপচিন্দুনা লৈবমই। ফুবিৎ খোঙ্গ্রাও অমত্তা হোংদোক্লমদে। মখোংদা লৈখোম লৈনাং ইতে তৈবমই। ঙাইহাক তুমিন য়েংঙ্গুবগা পূক্লীংদা অব্রাবা কিবন্বা ব্রাখল তুংওইনখবে। নমথিববা অওবগী মনম মবক্তুদা যুগী ময়াক অমসু হাপচিন্দুনা লৈবন্বা অদুদা খোমনৌবিবী বানিবালাদি মনমদুদা অব্রাবা ওইখবে মচিন খুমদুনা খাংলম্বদগী মমৈথংদা ঙন্নক্তুদুনা মহাক্কী পেল্লাদা ওশিল্লমই। মহাক্কী ওবগী মখোলদু তাবকপদা অহল ওইববী মনেম, অহল ওইববা মকুনা থাউমৈ মৈবি ব্রাংনা লৈখৎতুনা চংশিন্দুনা হংলকই -

- "ইবেম্মা নঙবু নশা ঙমদ্রববো ?"

খুন্বা ঙমদ্রবা মমৌনুপীনা মখুৎ খিল্লগা মচানুপা টৌপ্লবু দাসকী মওংদু তাক্লকই -

- "উম ! উম ! অওবা মবক্তা লৌব।"

মনেম মোনিকা দাসনা মচিন খুন্নগা চংশিন্দুনা মচানুপা টৌপ্লু দাসকী অওবা তৈববা ফুবিৎ খোঙ্গ্রাও লৌথোকপীবমই।

অওবগী মনম অদু য়াম্না কনমনখিবনা মমা মোনিকা দাসসু শেংদোকপা লোইবগা ওবা হৌবমই। ইমুংদনা মমৌ মপান্দনা মনেম ওবগী নমজেল তান্নবি।

- "ওক ! ওক ! ওক !"

মদু উবগা থম্মোয় কল্লবা মকু ইবুংঙো চিটবঞ্জন দাসসু ওনিং ওনিং তৌবকখবে। খবা চাখি থকখিবা চাক ইঙ্গ্লাং অদু মবুক্তা লৈবা ঙন্নক্তবে। মহাকসু মপান্দা মফম চানা ফমদুনা হন্দোক্লুবে। মবুক্তা লৈবম্বা খবদু হন্দোকখ্রবা মতুংদা শান্তি ওইনা নিংঙায়বা লৈতনা পোত্থানখবে।

মমৌ বানিবালাদি মমঙদা উবম্বা মৌপ্পা শুধিবগী ম্রাখল পোত্থাফম খঙদ্রবা ঈপাক্তা ঈবাক্রখ।

- "ইবুংঙো নঙবু কবম লেল্লিবনো ?"

কবি অম্রাবা তাববগে? ঙসি নচে পাঙ্গল শোল্লবী ঐগী মঙলান্দা লাক্লম্বদি!"

*****

## কুনমাথোই শুবা পন্দুপ

অঙনবা অযুক্কী মতম্গী। ললোন ইতিক তৌবা মীওইশিং চৎনবা হৌবে। জোড়া পুল মনাক্কী। ওক্না হকচাংগা তোংঙান তোংঙান তাদুনা বেল তাল্লি মথক্তা লৈবন্না অদুদা মফম অদুগী মীয়াম্না চবাংনবা হৌবকই। লম্বীদা চৎলিবা মীওইশিংনা মদু উবদা মচিন খুম্লে। নাথৈদুনা চৎনখি। অনকপা ঙবাং খোঞ্জেল ওইনা তাহৌবা মীওইশিংনা খঙনীংবা অমগা লোযনন্না মীশক অদু কনানো খংননবা চংশিন্নবকই। মীওই খবনা পুলিসতা রিপোর্ট তৌবা চৎনখি। অঙকপা থৌওংনি মীনুংশি খংদবা মীহাৎনি হায়নৈ।

অশিবা অদুগী মবেংজুমদা বেক অচৌবা অমা যান্দুনা তাবি। নিপা অদু খোংজুপ তোংদে শেন্দল অমনবা অমা তোংই। মখোংদগী নাম্থোকলগা মনাক্তা তাবি। ঈতনা লুপ্লবা ফুবিৎনি। মবুক্তা হন্না হন্না থাংনা থীলম্বগী তাবকপা ঈখেংতনা বেলগী তাল্লি মখাদা থাবিবা কাংকৃকশিং অদুদা যাওশঙগী অবেব মহি তৈন্নবদা চাইদুনা মচোয মচোয তাবগুম তৈদুনা তাবি। মখুৎ অনিমক মবুক্তগী তাবকপা ঈচেলবু থীংনবা হোৎনবদা শিজিন্নবন্বনা ঈতনা পুংলুপ লুপ্না তৈবি। কনা অমতনা মহাক্কী অশিবা হকচাংবু চংশিন্দুনা শোক্লবা ঙম্নদে। মীওই পুম্নমক্না হঙ্গোযনা অকি তুজুংনা যেংনবি।

অনকপদা মীওই খবানা ঙাংনবকই মখোয মশেল -

- "ঐখোযসু তাই মহাক্না কনবীযো কনবীয়ো হাযদুনা লাওবদো অদুবু মতম ফত্তবনিনা ইচা ইশুনা পীক্লীবনিনা মপান থোকউদবনি।"

- "ঐখোয়দি মতমদুদা হিপথবদা ঙায়বিবনি। ঐখোযদা চেনশিনলক্নদবা হাযদুনা থোং ফাওবা লোনশিন্দুনা খাংখিবনি।"

- "ঐখোযদি চাক কন্না চাবি ঐদি থোক্তুনা কুম্মৈদু যেংঙুগে হায়বগা ঐখোয় পাবা ইমানা যাদদুনা অদুম থোংনাউদগী উবোয উদবোয় অমম্বদুদা যেংলগা তোক্লবনি।"

- "*কনা অমতনা কনবীবা নুংশিবীবগী ৱাবী শান্নদে মফম অসিদা মীওইবা* সমাজ অমা খুন্দাজববসু মীওইবগী ধর্ম্ম মশক খংদবা খুঙ্গংনি খুন্দাবিবশি। শক্লী শোল্লী নুমিৎ খুদিংগী ভজন কৃটনদি ঈশ্বরগী মমিং শোন্দুনা অহিং চুপ্পা অদুবু কৎথোকপগী ৱাখলদি মখোয়গী মাথাদা ইবিবমদবা মাল্লে।"

অনকপা জঙ্গলদগী লমগী শমু অমা অনি লাকপদদি খুঙ্গং হুপ্পা থোক্লকুনা বম্বলা থাদুনা মৈবা পাইদুনা লাওনা তাম্বোক্লে। অঙকপনা থল্লবা লমদমনি। মীনুংশিগী ৱাখল চেন্দবা। পুলিসশিংসু অদু মঙায় মখোয়গী হুই পুবক্তুনা ফাগে হায়ববদি ইবায লায়না থীদুনা ফাবা য়াই। অদুবু তৌনিংদে লৈকায় অদুদা লৈববা মীহাৎপনি। মশা মশাদা থৌদোক অদু থোক্লতবনা কন্না থীজিন হুমজিনবগী থবক তৌদে। উববসু উশিন্নদবগী হৈন্নবী মশাদা লৈবে। মীহাৎপা হুবানবা লুটবশিং অদুগা হাযকদুনা কান্নবা লৈতে। শিবিবা অদুনা মাংজবে কনাদা তেংথাকপনি হলক্লবোযদবা থৱাযদুনা হাংলবা মালংদা তিনখিবা নত্তনা উপায় লৈতে।

বিপোর্টি অমা ফংলবনিনা তন্দে মান্দে পুলিসকী মীওই অহুম মবি খোংনা চংশিল্লকই। ময়াম হন্দোক্লে ঙাংনবম্বা শোন্নবম্বা যেংনবম্বা তুমিন তুমিন লৈনৈ। অশিবা হকচাং অদু হেক উবগা পুলিসকী এসাই অদুদি মচিন খুমদুনা লৈখবে। মখোয অদুগী মবক্তা হেড কন্সতেবল অদুনা মখুত্তা প্লাষ্টিকী হেন্দ গ্লোব অমা উপশিল্লগা অশোকপগী ফিভম য়েংশিল্লমই। কমান্দবনা মহাক্কী নোটবুক অচৌবদুদা তাবিক্কা কোন্ননা হংল হংলগা ঈশিল্লি।

মকোক্তা অহানবা থোমখিবনি। মথংদা মবুক্তা থাংনা থিনখিবগী মফম অহুম মবি লৈ। অতৈ অশোকপা মফম উবা ফংদে। মযা কাথোক্তুনা যেংই লৈতোন ফাজিল্লি। মসি মবোল থোক্লমগদবা মানদে। মমিৎ ফাক্তোক্তুনা যেংই মকোক্তা থোমখিবনিনা মিৎখাদা ঈ কাখৎতুনা লৈবা উই।ফুবিৎ খাউদা হুমদুনা যেংভুবদা লুপা মঙা চপী অমগা চেজেৎ অইবা অমগা য়াওবম্বা থেংনৈ মদু পুলিস ওফিসাব অদুনা লৌবগা থাঙ্গৎতুনা যেংই,

"নচেগী লৈফম,
লমডিং, সেন্ট বষ্টি
বানিবালা দেবী, অসাম।"

বানিবালা হায়বসি কনানো ? নখোয় খঙবা য়াওববা ?

অতৈনা খংদবগী মঙক হায়দুনা লৈথোক্লখি। মহাক্কী বেক্কী নাকন্দা চেন হাংদোক্লুনা য়েংঙুবদা মমান্নবা অতৈনা ইবিবা পৈশাগী হিংসাপ অদুগা মহাক্কী মমিং ইদুনা য়াওবমই - "শুধিব সিংহ।"

শুধিব হায়বসিনা কনা ? মহাক্কী মমিং শুধিব সিংহ কৌবা জাংলা? ট্রেনগী টিকেৎ অহুমসু যাওবমই। সুবটতগী গৌহাতি, গৌহাতিদগী বস টিকেট ইম্ফাল য়ৌবা। ইম্ফালদগী বাজধানি এক্সপ্রেসতা ডিমাপুব। ডিমাপুবদগী লমডিং ফাওবনা পেসেঞ্জব ট্রেন্দা তোংলকখিবনি টিকেট অসি। খুদৈ গমশাশিং অদু উবগা মনিপুবী, মৈতৈনি হায়বা খঙই। বেক মনুংদা সাডী ব্লাউজ, ফুবিৎ খোঙ্গ্রাও অহনবা প্লাষ্টিক পোলিঠিন মনুংদা ফজনা থুপচিন্দুনা লৈবম্মী। অশুম লৌথোক্লুনা যেংঙুবদা ডাইবি অমনবা অমা যাওবম্মী। মদুদা মচে বানিবালানা ক, খ, গ, ইবা অমসুং মখোয় ইমুংগী মী মমিং ইবম্বদু থেংনবকখিবম্মী

ইপাগী মমিং - তোমচৌ সিংহ

ইমাগী মমিং - শুববালা দেবী

তামোগী মমিং - বিশ্ববজিৎ সিংহ

ইচৈগী মমিং - বানিবালা দেবী

ঐগী ইমিং - শুধিব সিংহ

মণিপুব, ইম্ফাল।

মযেক পুম্নমক বেঙ্গোলী মযেক্না ইবনি পাবা থোকই অদুবু অর্থ লৌশিনবদি ব্লানবে। কলম মনিং চিক্লুনা ঙায়হাক উংলিঙৈ ঈশ্ববগী নোংদম্না কছাব মৈতৈ অমা লম্বী অদোমদা মমান্নবা বেঙ্গোলি খবাগা লোযননা খোঙনা বজাব থোক্লকপদা মীযাম ওমশিন্দুনা লৈবম্বদু উবকখিবমই। মখোয়সু কবিগী মীযাম ওমশিনলিবনো হায়বদু খংনিংবদগী অশিবা মনাক তান্না যেংবা চঙশিনলকখিবম্মী। মখোযনা অশিবগী মশাদু হেক উবগা কমাল লৌথোক্লুনা মচিন খুন্নগা য়ংলম্মী। তাঞ্জা অদুদা পুলিস অফিসাব অদুনা যোমশিন্দুনা কুম্মৈগুম য়েংলিবা মীয়ামদা হংলকই -

- "য়েংবিবিবশিং অসিগী মবক্তগী মণিপুবী ভাষা খংবা কনা কনা য়াওবীবগে?"

কছাব মণিপুবী অদুনা হংলকই -

- "সাব ঐ য়াওজবি কবি তাকপীগদবনো ?"

ডাইড়ি অদুদা ইবিবা ৱাবী মতেক মতেকশিং অদু পাদুনা মঙোন্দা অনুর্বাদ হন্দুনা হায়বক্লবা ডাইড়িদু পীবন্মী। মদু পাদুনা নীপাদুনা হায়বকই -

- "ঐ চাক চাবে - মৈং খানা খালিয়া।"

- "নঙ কদায়দা চৎকনি। তুম কহাং জানা হৈং।"

"ঐগী ইচে - মেবা বেহিন।"

"ঐগী ইমিং - মেবা নাম।"

পুলিস ওফিসাব অদুনা মখা তানা হংলকই -

- "আপ বানিবালাকো জানতে হৈং ক্যা ?"

পুলিস ওফিসাব অদুদা মুন্না য়েংলগা কৃষ্ণ চবন্না খুল্লকই -

- "জী হাঁ। জান্তা হুঁ। ৱহ ডোনবোস্কো স্কুলসে তিন- চাব মহিনা টিচবকা কাম কিয়া থা। অভি হাঠিখালি নম্বব দোমেং উনকা সাথি হোগয়া হৈং।"

মতম অদুদা পুলিস কমান্দব অদুনা মবক থৎলগা হায়বকই -

- "আপ উসকা ঘব জান্তে হৈং ক্যা ?"

- "জী হাঁ। জান্তা হুং।"

- "যহ খবব আপ থোবা পহুঁচা দিজিএ। হম ইস লাসকো পোষ্ট মোর্টেম কবনেকেলিএ লমডিং হোসপিতাল লে জাতে হৈং।"

- "অচ্ছা জী।"

পুলিসকী মীওইশিংনা শুথিবগী হকচাং থাংদুনা গীডিদা হাপকৎখবে। মহাক্লা পাউ পীবা বানীবালাগী ময়ুম তম্না খোংশানখিবন্মী। লাকমিন্নবা মমান্নবশিংনা লেপ্পুনা য়েংলগা লৈহৌই।

*****

## কুন্নিথোই শুবা পন্দুপ

কৃষ্ণচবন যাম্না খোংলৈ থুনা বাধাখোয়গী খোঙ্গাল মনাক য়ৌশিনলকই অদুগা কৌদুনা হংলকই -

- "হো ইতৈমা বাধা। মরুপ অমবু চংশিন্দুনা যেংহল্লুবদা যুম শো লোন্দুনা লৈবন্নে।" মহাক্না হায়বকই -

- "তালা লগাহুৱা হৈ দববাজ।"

ঙাযহাক খল্লুববা মতুংদা ৱাখল অমা লাক্লম্মী অদুগা হায়বকই -

- চলো ভাই লিখকব খবব পাহুঁচাতে হৈ।"

- "হাঁ জী। ঐসাহি কবতে হৈ । নহীংতো হমাবা কাম নহী বনেগা।"

ফুবিৎ খাউদগী চে কলম লৌথোল্লদুনা যাম্না চন্নবা ৱাহৈনা মযেক পৌবপ পৌবপ ইবমই।

মিসেস বানিবালা,

অদোমগী ইনাওনি হাযবা নুপা অমা জোডা পুল মনাক্তা দাকুশিংনা থাংনা থিন্দুনা হাত্তোক্লম্বদগী পুলিসকী কাংবু লাকুনা লমডিং হোসপিতালদা পোষ্ট মোর্তেম তৌব্নবা পুম্রে। নহাক্না অকুপ্পা ৱাবী খঙনিংলবদি হৌজিকমক হোসপিতালদা চৎপীযু। ঐখোয ননাক্তা লাকুনা পাউদম্নদবগীদমক ঙাকপীগনি।

অদোমগী নবুং শব্লবা

এ. কৃষ্ণচবন সিংহ

অৱাং কছাব।

চিঠি ইবা হেক লোযবগা মখোয হৌগৎতুনা খোঙ্গাললোমদা খোল্লকই। মখোয মমান্নবা অদুগা হাঠিখাল্লি নম্বব অনীদা হনখিগদবা মীওইশিং লম্বীগী মতাযদা লেপ্তুনা ঙাযহাক যেংলম্মী। তাঞ্জা অদুদা অহল অমা বজাব কাব্বগী খাউ মযোম অমা মখুৎনা যাল মশু নুপানা মাংদা থা হলকপা উবম্মী। মখোযনা

অহল অদুগী মনাক্তা চেনশিন্দুনা অকবা পাউগী চেনি হায়দুনা মবম খবা তাক্লগা শিন্নখিবম্মী। অহন্দুসু হোয় হোয় হায়দুনা মহাক্কী ফুবিৎ খাউদা হাপচিল্লগা ময়ুম মায়কৈ পাংখ্রে। কৃষ্ণচবন অমসুং মমান্নবশিং অদুগা গাড়ী অবাকপা অমদা তোংলদুনা লমডিং বজাব য়ৌশিনখি।

বানিবালা খোমনৌবী মমা ওইবনা অয়ুক্কী পুং নিপাল ফাওবা তাদবি। ফুনাক্তা মহাক মথন্তগী চাক থোংজবা লোয়বে। মপুবোয়বনা মচা পন্নগা ঙাযহাক চৎথোক্লববা মতুংদা হঞ্জিনলকই। মচাদু নুংশিনা চুপ্লীবগা মহাক্কী নুপী বানিবালাদা হায়বকই -

- "নঙগী চাক্তুবু লোইদৌবা কয়াম ব্রাৎলিবগে? ইবুংঙোশে তুম্লীংবনা মমিৎ কাশে পাংনিংঙক্তবে উইকম উইকম তৌবক্লে।"

ইমুংদগী বানিবালানা চাক থিনা থিনা খুন্নকই -

- "হো পুশিম্বীবক্লো, মবুক হাংনা তুমথম্ববদি মদু ফবক তাবক্তদৌবিবনি। ইমুংদা চংদুনা মমাদা অঙাংদু শিন্নে। বানিবালা চাক ইঞ্জাং ঈংহনলিঙৈ মচাবু খোল্লাং ইনবীদুনা শুন্নী।"

মকু চিতবঞ্জন দাসনা চিঠিদু অদু তহা তহা পুবক্লগা মহাক্কী মচানুপা টোপ্পুদাসকী মখুৎতা শিন্নে। পাউসি হায়ফেৎ খংবনা মহাক্কী নুপীদা খুদক্তা হাযবমদে। অদুগা মপাদা হাযজবকই -

- "পাবুং মহাক চাক চাগদৌববনি অঙাং শুমহল্লি। পাউ অসি খুদক্তা খংহনখিবোযসি।"

মপানা অৱাবগী নুংশাম্বব অমা শাংনা হোম্বগা মচাদা হংলকই -

- "কমদৌশিগে ইবুংঙো পাউ পীবক্লগা য়ৌশিন্দ্রবদি ঐখোযদা ব্রাবৌখিগদৌবি ?"

- "কমদৌনি যৌশিল্লুবা তাবনি। পুবক্লগা মাগী মথৌ মঙম পাংথোকপীবা নত্তনা কবিসু উপায লৈতে।"

- "মহাক তাক্লমদনা ঐখোয় অনী চৎলগা পুলিসকী পাউদু অচুম্ববা য়েংঙুবশি। মহাক চাক নে তানা চাজহৌবশনু।"

- "চিঠি কাশিদি যেংহন্দবনা ফবেদা। লাকপীবো পাবুং ঐহাক ওক্তো ফাজবন্নগে হুবেল পুবকপসু নুংঙাইনবা।"

- "ফাবম্মো, ফাবম্মো, ঐ ফি অমুক্তা হোংদোক্লকখিগে।"

- "কুইবিবক্লগনুকো পাবুং।"

- "হায় পৈশাদো ফুবিৎখাউদা খবা হাপচিল্লু। হুবেল ফবক তান্নগনি।"

- "য়াওবে য়াওবে যাবগনি।"

মচানুপা থোঙ্গাল ব্রাংমা লাম্থোকখবে। চিতরঞ্জন মাগী নুপী লৈবমদবনা উপু শো থিবদা ফুম কাং ওনখবে। মঙ্গোলদা লেপ্লদুনা কৌবকই -

- "হো টোম্পু মাঁ। কদাযদা চৎথোকপ্পবনোনে, মসিগী নুপীশিবো থবক্লা থুজিনলকপসিদা।"

মকুনা মনেম কৌবগী মখোল অদুদা মমিৎ শিংবা মচানুপা খংবোয় লাকপোয হিক্লা হিক্লা খঙকপ কপ্লকই। মমানা মনমদা পোপ পোপ থাবীবদুনা থেল্লা তুমথহন্নবা কন্না হোৎনবি। মতমদুদা মনাক্তা চঙশিন্দুনা চিতরঞ্জন শাওবনা মনাতোন চফুমুক চাউবদুনা অমুকসু কৌবকই -

- "হো তোপু মাঁ ! খোসদৌশে ইম্থোক্লা শাওগৎলেদকো মসি নুপীশে।"

মনুং অচৌবা চংলুবগী মখোং হামদোক্লগা তপ্লা মোং হাদনা খুল্লকই -

- "কৈদৌববগে, ল'ক্লে। খোং হাম্বকা হেক লোইশিনহলক্তে। কবি তাকপীগদবনো অদুক ফিংনা কৌবক্ললিবদুবো ?"

- "হায উপু শোদু পীবকউ। ফি লৌথোক্কেনে।"

- "ইঙক ঙক্লা হংলকই - এ ঙন্তানা কদায় যৌকগদৌবিবা ?"

- "অকবা অযাংবা থবক্লী থিল্লে নঙগী কোথবদো ঐঙোন্দা য়াদবেকো।ব্রা মখা হংলক্লগনু।"

উপুশো লৌথোক্লুনা মপুবোযবদা পীবমই। চিতরঞ্জন শো হাংদুনা মফি শেৎলি থোঙ্গালদগী মচানুপানা ওক্তোদা ফল্লদুনা কৌবকই -

- "পাবুং লেংথোকপীবক্লো।"

চিতরঞ্জন মাগী নুপীদা হায়বকই -

- "নঙবু অমুক্তা খুমখোনে।"

মাগী নুপীনা খুল্লকই -

- "থোক্লকএ, থোক্লকএ। ঙায়হাক ঙায়বমখো। মফি শেৎতুনা মপান থোক্লকই।"

মাগী নুপীদা হায়বকই,

- "ঙসি ঐখোয়গী চাক্তী থোংঙুবগনুকো। হেক য়ৌবগা শোয়বমদ্রবদি পুবক্কদৌবিবনি। উপু কাদু শো লোনশিনবা নংদবে অদুম লৈহৌববনি খবা লোনশিল্লু।"

বানিবালা অঙাংদি শুম্না য়াদ্রদুনা মচাদু পন্নদুনা মপান থোক্লকই।

মনেম্মা হংলকই -

- "ইবেম্মা নঙদি চাক লোয়বববা ?"

- "অহোয ইমা ! অঙাংশি তুমহনলগা চাবগে হায়দুনা ইংহল্লী।"

- " এ অদুদি চাক ঈংপ্রগনি চাথোকউবো। কদায় ইবুংঙোদো ঐহাক ঙাযহাক্তং পমথোক্কে।"

মশু লক্লদুনা মনেম কোম্থোংলোম থোকখিবমই। বানিবালা ব্রাখল লৈতানা চাক চাবি। ঙবাংগী মঙলান নিংশিংলকই। হাওনা চাবম্বা চাক খংহন হনখিবগুম তৌই। পুক্লীংনা নুংঙায়বক্তে। মতম কুইনা উখিদ্রবা মৌপ্পানা মচেগী মঙলান্দা লাক্লগা চাবমদায়দা নীংশিংবীখিদবে। চাক চদুম অহুমদং ওইববসু ইঙ্কাং মপঙ খবগা লা মচেৎ অমদা কৎথোকপিবমগদববু মথন্ত খঞ্জে। খন্না খন্না চাশিনখি পুক্লীং লৈতাজদ্রবসু অথিবা খবদুদি ঙমশিনখবে নুংঙায়তা নুংঙাইতনা। লুখাক চগুম লোইশিন্দুনা কোল লিক অমোৎপশিং মপান্দা সাপন্না শেংনা চামথোক্লবা হোৎনবি। মতমদুদা লৈকায়গী অহল খবা মনেমগা চঙলকই ব্রাবী শান্নদুনা -

- "কৈদৌবা য়াওবগে টোপু মাঁ ? নখোয় তাদা মপামচা ঙন্তানা ওক্তোকা ব্রাইখৎতুনা বজাব চৎত্রিবদুবু ? ঐদি নশু অতাংবদু ঙমদদুনা হোসপিতাল পুখৎকদৌবিববা হায়দুনা খল্লুবে অদুগা নঙনা পন্নগা নোকমিন্নদুনা থোক্লক্লে।"

- "ঐসু খংদেয়ে। ময়েক শেংনকা তাক্লমদে। অফিং অফায় মফি শেৎতুনা আ: ঙসিদি চাক থোংঙুবনু হেক য়ৌবগা শোয়বমদ্রবদি পুবক্কদৌবিবনি হায়বমই। কবি পুবক্কদৌবিবনো খংদে ঐসু জ্ঞান তাদনা অদুম য়েংদুনা লৈহৌবে ইবেম্মা।"

- "টোপ্পু মাঁ! ঐগী পৃক্লীংদা পুবক্কদৌবিবা পোৎতু অফবদি ওইবমগদবা মানদবে। অদুননি ঙসি চাক থোংঙুবগনু হাযবল্লীবদু।"
- "হোয় অদুনী ঐসু চিংনবিবা ?"
- "ইবেম্মা বানিদি ?"
- "এ· মাদি চাথোকহল্লবনি।"
- "মদুনা ফৈ পীজথোক্কদবনি।"

থেলাগাডী চিংবা অমা অকংবা শীং অমসুং টযাব অচৌবা অমা মাগী থেল্লাগাডি মথক্তা পীক থন্না হাপ্লগা থোঙ্গালদা থামই। মহাক্না ইল্লিবা খুদৈদুনা হুমাং তৈথোক্লদুনা মাঙ্গোলদা ফল্লীবী মোনিকা দাসকী মফমদা হংলকই -
- "মালিক পোৎসি কদাযদা থাদগদবনো ?"

মহাক্তি খংদবনিনা হংলকই -
- "কবি পোৎনো ইবুংঙো ?"

মখুৎ থিল্লদুনা হাযবকই থেলাগডি ব্রালা অদুনা -
- "শীংগৈবাক অখাযবা মোন মঙাগা টাটাগী টয়াব অমনবা অমগনি।"

থেল্লা গাডী ব্রালাগী ব্রাদু তাবদা মাঙ্গোলদা ফমদুনা ব্রাবী শান্নবম্বী অনীমক অকি তুজুংবগা মশাদু শ্বায লাওনা পাখৎলি। অদুগা হংলকই -
- "কনানা লৌবম্বনো ইবুংঙো শীং অসিবো ? ঐখোযদি খংদেনে।"
- "কোকায টোপ্পু দাসনা লম্বীদা থেংনদুনা ডিমান তৌবম্বনি ঐসু খংজদে।"
- "অদুদি চিংনবিবসি শোযদনা ওইবম্বা তাবে। ফবে ইবুংঙো মমাংগী সমসান ঘাট মযাদুদা হেক থম্বীবম্মো।"

নিপাদু যুম্নুগী অযাবা ফংলবনা মাগী থেলাগডী অদু ইল্লদুনা সমমান ঘাট ময়াদা খাল্লগা ফজনা পৈদুনা থম্বীবল্লগা চৎখবে।

বানিবালা মাগী চাম্বা লোযববা কোল লিকশিং অদু মফম চানা চাকশঙদা থম্নুবগা মচানুপা লৌথোকপা ওইনা মনেম মোনিকাগী মনাক্তা চংশিনলকই অদুগা হংলকই -
- "ইমা! কবিনো হাযনবিবশিবো ? কনা কৈদৌবা য়াওনববগে?"

মনেম্মা মশুদু মমাদা পীবগা হায়বকই -

- "খংদ্রে ইবেম্মা ! নঙ পাবুংখোয় তহা তহা কনা লৌরুগদবনো চাক থোংঙুবনু হায়বন্নগা ওক্তোদা চৎখ্রিবদুনী। তালকশিদা ইবুংঙোনা শীংগা টাটাগী টযাব অমনবদুগা থিঙ্গলমু হায় হায়দুনা ঠেল্লা গাডী মপোৎ অমা আ: সমসান ঘাটতা থাদহনলবনি। খংদবে হবে বাম। ঙসি হায়বা নুমিৎসি অফবা নুমিৎ ওইবোইদৌবি।" মমান্নবা লৈকায়গী অহল্দুনা হায়বকই -

- "ইবেম্মা নঙদি অসিগুম্বা অব্রা অনাগী পাউশে তানিংঙগনু চৎলো ইবুংঙোদো নুংঙায়না তুমখব্রবা মাল্লে শুন্নীরুচো।"

বানিবালা মচা পুদুনা ইমুং চংখবে মখোয অনিদি ব্রাবী শান্নহৌই -

- "নখোয় শাগৈদা খবা ঙনখৎপা যাবা অহনদি কনানো?"

- "খংদ্রেদা ইতা ! যুকসিদা নহা হায়বা লৈতে অহল হায়বা লৈতে চপ মান্নে। গাডিশু অযাংবা অমা থোল্লক্রেদো মসিদা জ্ঞান মেন অমত্তা তাবা নত্রে।"

- "অচুম্বনি টোপ্পু মাঁ ! ঐদিনে মাগী গাডী অয়াংবশিংদো অদুনা থেংলক্কনি হায়দুনা কিজবদা আ শোবোক্কী নালাদা যৌই থৈদুনা চৎচবিবা। ঐগী ইতৌদুদা ইশুশিংনা পংনোক্তা নোকই। কিজখবে কিজখবে। হায়ক কান্নদেকো।"

বানিবালা মচা শুম্না শুম্না পুক্লীংদা চিংনবগী চাং অশুম হেনজিনলকই। মথন্তা খনলকই - ঐখোয ইবুংঙোদুবু ঐগী খোঙ্গুল লিদুনা লাকপদা গাডী এক্সিদেন্টকা থোক্লবা জাৎলা ? নৎত্রগা ঐখোয শাগৈগী মচিন মনাও অহল লমনশিং শোকপা পনবা যাওবদগী হোসপিতাল য়ৌবগা য়াদবে হাযদুনা পুথবক্রদৌবিববা? অদু ওইববদি মীশক্তু কনা ওইবমগনি ? মাঙ্গোলদা ফন্নম্বা অহনশিংসু কোম্ব্লোং থোকখ্রমালে তুমিন্না লৈখবে। মতমদুদা ওক্তো অমা থোঙ্গালদা খামখিবগী মখোল তাবকই। তোপ্পু দাসনা মমাংদা চক মপুন অমগা মৈখেৎ খেৎতুনা থাদোকপা উবমই। হিপ্পম্বদগী হৌগৎলি মচানুপাদি নুংঙাযনা তুমখুন তালহৌবে। মখ্বাংদা পুল্লিবা খ্বাংচেৎ লেম্লক্তুনা কোম্লক্তুনা অমুক চেৎনা পুনশিল্লমই। ওক্তোদগী অশিবা হকচাং অমা ফি অঙৌবনা কুপশিন্দুনা থাংথখিবা উবমই। মপুবোয়বা অমসুং মকুবোক গাডিদগী কুমথবক্তুনা নাকল নাকলদা লেপ্পী। মনেম আন্দি দাসকা ব্রাবী কন্না শান্নবি।

- "কনানো অসিবু ইবুংঙো ?"

- "ইমা ঐখোয় ইশেল শুখিব হায়বদুনি। ঙবাং নুমিদাং লমডিং স্টেসন্দগী মচেগী লৈফম হং হংদুনা লাকপদা জোডা পুল মনাক্তা ফত্তবা দাকুশিং থেংনদুনা মাগী অয়াওবা পৈশা মখৈ মুন্নবা হোৎনবদা অহানবদা মকোক্তা ব্রাকোক্লা থোন্নগা মমৈথংদা থাং শুডিনা মবুকশিদা ৩।৪ থিঞ্জন্দুনা থম্বীবন্নগা অয়াওবা শেল মখৈ লোয়না পুবিশ্লবা জাৎনি।"

মমানা পাখৎনা মঙৈ নিক্লগা ঈশ্বরগী মমিং শোল্লকই - "হায় বাম ! মাঁগো বে মাঁ।" অদুদগী শেন্দু লৌববনিনা দাকুশিং অদুদি লৈকায়গী মীশিং খংলবদি ব্রা কাযনবক্লগনি হাযদুনা চেন্নখ্রবা জাৎনি। অশোকপা মাদি মবুক পাইদুনা মকোক্লা বেল তাল্লি মথক্তা মোনখাংনদুনা লৈবিঙৈ ট্রেন লাক্লুনা মশাগা মকোক্কা তোঙান তোঙান তাদুনা লৈহৌবে অদুনা মশক লাকশিনবা ঙমদবে।

- "হায বাম, ইম্বোকপা মতৌনি হায়দুনা মমা মবাযবক্তা মখুৎ থন্নগা ফমথখবে।"

মমাগী মতৌ অদুদা মচানা পাখৎলদুনা ব্রাবী শাবা তোক্লগা মপাদা হাযবকই -

- "পাবুং ঐখোয় ইমা কৈনো অমা তৌখবে।"

- "তৌবক্লবা নমাগী হৌনবী চৎলু ঈশিং লৌথোক্লুচো শাখোও ব্রাবীদো।"

- "মানা হংলকপদুদা শাবনি।"

- "চৎলুনে ঈশিংদু খবা থুনা পুবকউ।"

- "হোয পাবুং লৌথোকচকুগে।" মচানুপানা খুম্নকই।

- মপানা হাযবকই - "তানিংখোও নুংঙাযবা ব্রাবী ফাবক ইতা হেক তাবদনা। তারিবো নঙবো শে নকোক্তো কংলবা নপুবোযবগী শকুগী ফাইগনশিদা মোনগুম্না ঙাথবকউ।"

নাহেবি অন্দি দাস মপুবোযবগী মফাইগন্দা মোনখাংদুনা।

- "হুম ! হে বাম ! হে বাম হুম ! হুম ! মাংগোবে মাঁ হো মাঁ।"

- "চুপ ! ব্রানা হলকপশিদা তানিংদবে। কুইখবেদকো মসিগী মচাশিনা ঈশিং গীলাস অমা লৌথোকপা চংখিবদা। থা অমা ফাগদৌবে ফাইগনশে শিথবে।"

মমৌনুপী বানিবালা মপুবোয়বগা চেপ্পোক্লকই, বানিবালা পাখৎনা হংলকই,

- "ইমাবু কৈদৌববগে পাবুং ?"

- "এ· কৈশু তৌদে। মাদি পাখৎপা থুকৎপা যাজদবনি মহৌশানি।"

- "পাবুং খজিক্তং লৈথোকপীযু ঈশিং হৈথবক্নে।"

- "হায় বাম হায় মাঁ! হৈয়ে। ইশ! ইংখবেদা। যাবে যাবে।"

- "যাবে হেঞ্জিলুবনু লোক অমুক থুংলগনি হৌগৎলু ঐসু ফি হোংদোক্লখিগে। ব্রাবিদু ইবেম্মাদসু শাজিলম্মু ঈশিং ব্রাৎলগা ঐনা অমুক পুথোক্লকনবকো।"

- "কবিনো পাবুংনা হাযবল্লীবা অসিবু ?"

- "কবিশু নত্তে চে অসি বেকশিদা যাওবম্বনি হাযদুনা পুলিসনা পীবকপনি চিঠিদি পাবুংগী ফুবিৎ খাউদা যাওখ্রমালে।"

মমানা চংশিন্দুনা চেদু মুল্লগা শেগায়দুনা লংথোক্লগা হাযবকই -

- "কবিনো নঙবু ঙাওবববো ? মশে ঈ নৌবিবীনি। চৎলো লৈকায মীদুম চৎথোক্লদ্রিঙৈ খোমহৌকচো খবাগা, হুবেল নথস্তা ঙায়হৌগনি।"

বানিবালা মনেমগী মওং অদুদা চিংনবদুনা হংলকই -

- "ইমা হৌজিক্কী চেদুবু ?"

- "ইবেম্মা ইমা কোন্না ব্রাডি শাবগে চৎলো ইবুংঙো মচাদো হৌবল্লগনি অমুক্তা য়েংশিনলু।"

- "হৌজিক্তা শুলম্বদা ঙাযবি।"

- "অদু ওইববসু ঐনা হাযবিবসি নহাক কোম্থোং ব্রাংমা লানফদ্রিবা মতমনি। চৎলু চৎলু। ইমানা হাযবদা ইল্লু।"

য়েংবদা মনাও ওইবমগদবোয় নিংঙি। অঙৌবা ফিনা যোমশিন্দুনা লৈবিবা। খংহৌদনা মাযখুম হায়দোক্লগা মচেদা লক্লবক্কদবা মালি।

- "ইচে ঐনে! ফাগী তৌবনি। ঙবাং থুংলবনি।"

অঙাং ওইবিবঙৈ মতমদা ফাগীদা তৌদুনা লাকখিবা ঐনা শাউবগা নঙনা হবাওখিবদো ঙসিদগী অমুক হন্না উবা ফংলবোইদকো ইবুংঙো। নঙদি ঈশ্ববু থাজবনি। চেকশিন্দবনি অদুনা থোকলিবা থৌদোক্লি।

অঙকপা মতৌনি। খঙহৌদনা হুন্নকপা মালংবনা ঙসায় লংথোকখিবা চেদু লৈনা মমাংদা পাইবক্লগা উহল্লগে মতাগুম মমাংদা তাবকই। লৌখৎতুনা চেন্নাদু যেংলুবদা মহাক্কী খুৎইনি। অদুঙৈ মৌপ্পানা ছুটি অমুক থোক্লম্বদা মহাক্কী দায়বি অদুদা মখোয় ইমুংগী মমিং মথং মনাও নাযনা ইদুনা থম্বীখিবদো। মনমদা মনাওনা ইবা তম্বগী ময়েক ফৈবেং তুবেংনা ইবিবা - ঐগী ইমিং শুখিব কৌই। ইচেগী মমিং বানিবালা দেবী। চিংনবম্বা পুম্বা তশেং তশেংনা খংলে। কবিগুম্বা মহাক্লা মৌপ্পাগী মশক যেংজগে হায়দুনা থোক্লুবা তাববদি কমদৌগনি মনেম মপুনা হায়বদা ইন্দবী মৌ হায়বদু শোয়দনা ওইগদৌবিবনি।

খংহৌদনা শিন্থবকখিবা পীবাংনা মাযথোং অদুদি চামথোক্লে। অদুবু চমম্নববা পূক্লীংবুদি চমহনবা ঙমখিদে। কদোমদা খোং থাংশিগে হায়বা খংজিল্লক্তবে। তাঞ্জা অদুদা মকুবোক চিতবঞ্জন দাস ইমুংদা মফি হোংদোক্লুবাগী মপান থোক্লকপদা শুমাংদা মমৌ বানিবালাগা থেংনবে। তাঞ্জা ফংলিঙৈ মকুদা মমিৎতগী মপী তৈথোক্লগা খুকমজদুনা হায়জবকই -

- "পাবুং ইপ্পাগী অমুক হন্না উবা ফংলবোইদবা মশকশে অমুক্তা যেংজহৌগে।"

মকুনা ঙাযহাক ৱাখল তৌকবগা হাযবকই -

- "ইবেম্মা যেংববুদি যায অদুদা নঙদি নশাদু ঈ নৌবিবনিদো থুকৎপা পাখৎপা মাযয়োক্লবা যাদ্রিবনি। মশক্তী খংলবোয যেংলুবগনুদা নঙনা য়েংগে হাযববসু মাগা লোযনবকপা বেকশি যেংগদৌ মঙায়বে।"

ৱাফমদু হাযবগা বেক্তা যাওবম্বা ফিবোল পোৎচৈশিংদু য়েংহল্লম্মী। ফি বোলশিংদু উবগা হোন্না থম্মোয় কাযহল্লে। মনেম্মা হৌজিক্তা তানশিল্লক্লীবনি অদুবু মকুগী যাথং ফংলবদা মৌপ্পাগী মমিং কৌবদুনা মকুগী মতুংদা থোকমিন্নবক্লে। হৌজিক্তি মনেম্মা চংখবো হাযদুনা তানশিনবা ঙমখিদবে। মমৌদা হাযফেৎ যেংলুবগা মপুবোযবদা ওনশিলক্লুনা হাযবকই -

- "উমা হৌজিক্তা ঐনা ইবেম্মা নঙ খোমনৌবীনি নশাদু নুংশা মৈশাদা কুইনা লৈবা য়াবোয হায়দুনা চংহনখিবদা ঙাযবি অদুগা মকু মমৌ তুংথ মাংথ থোকমিন্নবক্লে। মসিদা ফত্ত- নুংদা থোক্লবদি ঐদি য়াবোয়দবনি ইমৌদা তাইনবোয মায পাবুংদা তাইনগদবনি ঐদি।"

চিতরঞ্জন দাসনা মাগী নুপীদা লাওহৎলদুনা হায়বকই,

- "তানিংদে নুপী কবিসু তৌবোইকো। শিবিবশে অতৈ নত্তে মৌপ্পা অশেংবনি। মচেগী লৈফম থিবকপদা থোক্লীবা থৌদোক।"

- "হোয় ! হোয় ! শোয়হন্নীংদবা ঐগী ইবাল ওইজবগে।"

বানিবালা মনাওগা লোয়নবকই হায়বা বেক্তু হাংদোক্লুনা যেংলমই, বেক মনুংদা মহাক্কীদমক লৈবিবকপা শাড়ী, ময়াম্বগীদমক লৈবিবকপা খোঙ্গ্রাও ফুবিৎ অমসুং মহাক্না শেন্ন ইন্নবা ফিবোল ফুবিৎ খোঙ্গ্রাওশিং য়াওবমই। পোৎশিং অদু উবগা অমুক্না হেন্না নুংঙায়হন্দবে বানিবালাগী পূক্নীং ! হিক্না হিক্না চংশিন্দুনা মখোং অদু পাইদুনা কপচবমই।

- "হো ইবুংঙো শুধিব। নঙবু নচে ননাক্তা য়ৌবা ঙমদনা লমদম কদায়দনো চৎলিবা ? নচে থোক্লক্নে লাওনে ইবুংঙো কবিগীনো নংনা নচে লায়ববীগী খোঙ্গুল লিবা লাক্লীবা! পাম্মুইদকো ইবুংঙো! খুন্নকউ ইবুংঙো অমুক্তা।"

তাইবংদদি যৌবকপা ঙমদদুনা খোমলেন মঙলান্দা লাক্লম্বা ইচেগী ইবুংঙো নুংশিবা অমুক্তা খুন্নকউনে ইবুংঙো। কবম্না কাওবশিগে ইবুংঙো নঙবো ! নচেগী নহাক্না লৈবকপা শাড়ীশে লৌশিনবা ঙম্লবোয়নে ইবুংঙো। নহাক্নদি নযাম্না বিশ্ববজিৎ তাইবঙশিদা লৈবি হাযদুনা মহাক্না শেৎন্নবা ফুবিৎ খোঙ্গ্রাও অহনবা লৈদুনা পুবক্নী মশিবু কনাদা শেৎহনগদৌবিনোনে ইবুংঙো! পাঙ্গল শোনবী নচেনা ইপ্পাবু ওকপা থোকহৌদবে। নচেনা লানবনিনে ইবুংঙো ফিশিং অসিবু কনানা শেৎন্নবনো অমুক্তা তাক্লমখো! নচেদি চাক্লেনে মৈবীনা।"

মীয়াম তিনবা হৌবক্লে। ব্রহ্মন পণ্ডিদসু থুংলবে। মতমদুদা মমানা মশু হৌবক্লুনা লৌথোক্লগা কপ্পা কপ্পা পন্নদুনা পুথোক্লকই। মচানুপা টোপ্পু দাস মীয়াম কৌকবা হলক্লমই। খঞ্জনদুনা ঙাযহাক লেপ্লিঙৈ মমানা কৌশিন্দুনা হায়বকই -

- "ইবুংঙো ইবেম্মদো অঙাং হৌবে। মহাক হুবেল লোযবা ফাওবা য়াওবা য়াবোয় থেন্নগা পুশিনবীবকউ। ঈ নৌবিবনিনে।"

- "অহোয় ইমা !"

- "হোয় নত্তেনে ইবুংঙো অঙাংশে মখোম লামদুনা কপ্পবনি থেন্নগা পুশিলকও মমাদো।"

ময়ানা হায়মনবা অদুদা চংশিনলক্লুনা বানিবালাদা হায়রকই -

- "তাবিববা! নহাক ঈ নৌবিবনিনা হুবেল লোয়দ্রিফাওবা য়াওবদু নুংঙায়গদবা মান্দে। অঙাংসু হৌদুনা ইমানা থেম্বা ঙমদবে অমুক্তা চঙলকখো হায়বকই।"

- "বানিবালা কপ্পা কপ্পা হায়বকই! কবিনো ? শিবিবশে ঐগী ইপ্পা অশেংবনে। মীতোপ নত্তে ঐগী ইবেমখাক অশেংবনে।"

- "হোয়নে, হোয়নে। কনানা নত্তে হায়ববগে অদুবু ইবুংঙো কপ্পীবসে অসিগী মনাক্তা চংশিন্দুনা অমুক্তা থেল্লমখো।"

- ময়াম্নসু হায়বকপা - "ইবেম্মা চৎলো চৎলো কোম্ফোং অসিদা অঙাং নুবী কপহনবা তৌহৈদে। মসি লমশি হায়বদুনি অদুননি কোম্ফোং য়াংমদা থপ্পীবা।"

- মাগী নুপানা হায়বকই -" নঙ ঐনা কপ্পগা হলক্কদৌবসু নত্রে মাগী মবায়বক্তা অশুম থোকউ হায়দুনা তম্লম্বদগী থোকখ্রিবা ঙাক্তনি। নাশাদো চোকথবক্কনি অঙাংসু হৌদুনা কপ্পগা লৈবে অঙাং লৌবীনবা লৈতে হায়বনি।"

- মপুবোইবগী য়াফমদু অচুম্বা ওইবনা, কপ্পা কপ্পা মনেমগী মনাক য়ৌশিল্লকই।

- "মনেম্বোক্লা হায় ইবেম্মা বালটিনদুদা ঈশিং য়াওববনি ইকথোল্লককউ। ফিবোল হোংদোক্লবা অসিদা লোয়না লৈবে।"

বানিবালা ময়াম্মা হায়বগুম পেঙ্গদবা কয়া মবুক্লিংদা লৈজববসু লমদম অসিগী চৎনবী ধর্ম্ম ঙাক্তবা য়াদবনা বালটিনগী ঈশিং অদুনা ইকজথোল্লগা মচা কপ্পীবদু মফি হোংদোক্লুনা থেমখি।

- মনেম্মা অঙাংদু মমাদা খুৎশিন্নবগা হায়বকই - "ইবেম্মা নুংশাশে য়াক্লা শাই। ঐসু পাউশে নকুদগী তাকবদা ঙায়হাক য়াম্ফুকবববনি। চঙঙো ইমুংদা নহাক্কী অরাবদো ননেমসু খঙই। শীঙ্গবা মহাক্তী অত্মা শান্তি ফংঙ্গবনি। হিংহৌবিবা ঐখোয়দি খবা চেকশিনবা তাবনি। মহাক্কী মথৌ মঙম নকুখোয়না ঙম্নমক হোৎনজবগনি পুম্নমক ঈশ্বর মহাক্কী লিলানি।"

য়াফমশিং অদু হায়বম্লগা খ্বাংচেৎ শেৎচিন্দুনা পোৎলোয়ফম তান্না চঙশিল্লকই। পণ্ডিদসু থুংলদুনা শুধিবগী থবায় অত্মা শন্তীগীদমক বেদা মত্র শোল্লম্মী। শ্রীবামগী মিংলেন শোল্লদুনা শুধিবগী থবায় য়াওদ্রবা শমু হকচাংবু লাইজ ঈশিংনা ইকজবীদুনা অনৌবা ফিজেৎ থোনবীবম্মী।

- "বাম নাম সচ্চা হৈ !"

- "ময়াম্না খুমই, বাম নাম সচ্চা হৈ।"

মমৈথংদা মীওই মবীনা শেমদুনা থম্লবা সন্দুকপু ইমুং মনংগী মীওইশিংগা লোয়ননা তবেৎলক কোয়ববা মতুংদা চিত্তা মথক্তা থমদুনা মফি মবোল হোংদোকপীখি। ময়াম্না অশিবা থবায় য়াওদ্রবা শুধিবগী হকচাংবু ইকায়খুম্নবা উৎতুনা খুকম্নববা মতুংদা মবায় টৌপ্পু দাসনা খাম্বী মৈ চুবম্মী।

মৈবীনা শুধিবগী মশা তুম্নবা চাক্তুনা উৎ ওনখি। অদুবু নুমিৎ অসিদা মহাক্কীদমক পিবাং মবিক অমা শিন্থবীনবা কনা থোক্লকখিদে। ময়াম তুমিন তুমিন য়েংনৈ ব্রাবীসু শান্নখিদে।

মচেদি কপ্পী ইমুংদা মচাবু হিপহল্লগা থোংনাউদা যেংলদুনা। উবিবমগদবা মহাক্না শিন্থবিবা পিবাং অসি মহাক্কী মনাও

শুধিবগী থবায় মঙানা

হাংলবা অতিয়াদগী

লৈচিনগী ফিজং হায়দোক্তুনা।

*****

# কুনহুমদোইগী শুবা পন্দুপ

ঙসি কয়াদা নুংঙাববা নুমিৎনো। পাইবি ভাবতকী লোয়শঙ কয়াদা মচু অহুমগী ফিবাল।মবৈবাক মজাতিগীদমক্তা থৱাযনা পোন্থা ওইব্রবা কয়াবু নীংশিংদুনা কৎলি লৈবাং খুজোক মখোয়বু নুংশিজবা তুংগী মীহৌবোল কয়ানা। ফম্লাইববা ফমনাইববী মহৈবোয় হৌগৎলক্লিবা নহাবোল কয়ানা ইকায়খুম্নবা উৎলি মখোয়গী অত্মাবু। নুংশিদবা ঙসি কেইবৌ নুংজাশে খন্থুকবদা হবাওজবগী পিবাং মিৎলু থন্না ইহৌবকই। ফত্রবা নিংথৌবেল কয়াগী মীওৎ মীনৈগী মথংদা মদুগী হোন্না ফত্রবা ব্রিটিশকী শাসন্না নিংহনবক্তুনা পুবা য়াবা পুখবে শুন্বা য়াবা শুমদুনা ফদি ফবা শানা লংথেপীবন্লে। ফুবাংজায় শাদুনা নৈখাযবন্লে ভাবতকী কাচিন কোয়া ফাওবা হৌগৎপদা ৱাববা পান্থীগী চবাগুম মবোমদোম থিনগৎচবক্লী ঙসি ভাবত অপুনবা খোল্লাওগা লোযননা জয ভাবত মতাগী। নোংপোক পনখৈদা মণিপুবনি। নোংচুপ পন্থুংদা গুজবাটনি। অৱাং ঙমখৈদা ঙাক্লী হিমালয় চীংজাওনা খাগী খুয়াদা চান্নী চাংজৌ মান্নববা সমুদ্রগী লুববা শেংলবা লায়জনা মতম চুপ্পদা জম জম!

মচাশিংগী পূক্লীং উবগা চায়োক হৈবী পলেম্মা হবাও মোমোন নোক্তুনা মঙ্গোল অশিবর্বাদ পীবক্লে হাংলবা অতিয়া মকোযদগী চাইথবক্লে কুমগী নোং ঝম ঝম! ৱা ৱা!

স্কুল, কোলেজ, সংস্থান কয়ানচিংবনসু মবৈবাক নিংবগী থৌবমগা মবি লৈননা থৌবম কযা কযা দিল্লিগী লাল কিলাদা খ্বাইদগী চাউনা পাংথোক্লী। থৌবম অসিগা মবি লৈন্না চাউববা কুম্মৈ কযা। জাতি কযাগী চৎনবী নাৎকী জগোয, ঈশৈ নাটক কযানা অযেংবা ভাবোকশিং পুক্লিং পেহনলি। মথৌ ফজনা তৌবা মবৈবাক্লীদমক থৱায় কৎথোকপা পামুদবা সিফাযশিংদা ভাবতকী প্রধান মন্ত্রি অমদি বাষ্ট্রপতিনা মখোয়না তৌখিবা থবকশিং অদুগী মথৌনাদা ইকায়খুম্নবা উৎতুনা মশক নাইববা মেডলশিং মথং মথং পীন্নবা কৌখৎলি।

লানফমদা থৌনা ফনা য়েক্লবশিংগা মায়োক্লবম্বা শিফায় কবিগুম্বদা মবায়বক থীবদগী লৈখিদবা ওইবগসু মহাক্কী লোয়নবী লৈত্রগা পলেম পষ্খৌদা মনা অসি পীবি। অশুম্না পীবা মনাশিং লায়বক ফবা মথৌনা ফবা মীওইখক্তা ওইগল্লি।

মমল লৈববা মেডলশিংগী মবক্তা পবমভিব চক্র, অশোক চক্র, অতৈ সেনা মেডল কয়া, শেলগী মনা কয়া মথং মথং কৌখৎতুনা মহাক্কী ভাসন পীবা হেক লোযবগা হৌবল্লি।

প্রকাসসু মহাক্কী পষ্খৌ মহাক্কী লোয়নবী অমসুং মবায বনজিৎ সিংহ যাওনা মনা অদু লৌননবগীদমক থৌবাংনা ঙাইজবি। মথং মথং কৌশিলকপনা মখোয ইয়ুনিৎকী কমান্দব য়াওনা মীওই অহুমদা তোংঙান তোংঙানবা মেডলশিং লৌবনবা এনাউন্সবনা কৌশিল্লকই। ভাবতকী প্রধান মন্ত্রিনা মেডল থেৎপীবদুনা ইকাযখুম্নবা ৱাহৈগা লোযননা খুৎ শোক্লবি। প্রকাসকীসূ মমিং লাওথোক্লকই অদুগা মহাক্কী তৌখিবা থাগৎনিংঙাই ওইববা মথৌনা অদুগী মবমদা খবদং শম্নপ্না হিন্দীদা পাথোক্লকই - "নম্বব ২৩০০৪৮৯ আব এফ প্রকাস সিংহ ৯ প্লাটুন, "সি" কোই ২৩ এ আব অপোকপা এম অচৌবী সিংহ। মহাক্লা শ্রীলঙ্কাদা এল টি টি ঈ. গী অকনবা লান্ম্ম অহুমদা অকি অখঙ লৈতনা মথৌনা পুথোক্তুনা ব্রিগেদিয়াব সাহেপকী থৱায ফাওবা কন্দুনা হোৎনখি। মহাক্কী বোকেট লোঙচবগী মমাংদা মথৌনা মবিংজেন পৃথিবী পুম্বনা খংনববা শ্রীলঙ্কান এল টি টি ঈ গী অচৌবা থৌবাং অহুম্নু উৎ তাদুনা মাংহনখি। লোযননা মখোযগা খোংবু ওইদুনা চৎমিন্নবিবা আই পি.এফ কযাগী থৱায কনবীখি। অকোনবগী লানফমদা মহাক্কী মখোংদা যেক্লবগী নোংমৈ গুল্লি পানখি অদুবু মহাক্কী চৈনা নাচুংখিদে ডিফেন্স তৌদুনা মখোযগী লুচিংবশিংবু কন্দুনা যেক্লবশিংগা লম্বা তৌবম্মী। মমান্নবা কযাগী পুন্সিদি হান্নদগী থাক্তুনা থনম্লবা বমগী লাংদা থুখ্রবনি। লেংবা ওৎপা ঙমদ্রবা ব্রিগিডিযাব শাহেপ্পু হুন্দোক্লম্বা তৌদনা কোযচেন চেন্দুনা যেক্লবা পুম্বগা লম্বা তৌখি। ৱাংলবা দলান্দগী যেক্লবগী এম এম জি গী গুল্লিগী নোংলিক মবক্তা থুপ্তুনা মহাক্কী সাটিনগুম্লবা বোকেট লোঙচবগী বাউন্না অমুক্তং তাঞ্জা ফংবদা কাপশিন্দুনা উৎ তাহনখি। যেক্লবা পুম্বা মায়কৈ খংদনা চেন্নবক্লবদা হাংদুনা লৈবম্লবা এম.এম.জি পাইখৎতুনা কুংলবা মক কযানা অমত্তা নাম্ভোকহনবা তৌদনা

মহাক্কী মখুৎ চন্দুনা নৈতাহনখিবা বহাদুব শিফায়নি। মবম অদুনা মহাকপু পবমবিব চক্র মেডল অসি ইকায় খুম্নবা ভাবতকী প্রধান মন্ত্রিনা পীবিগনি। লেংশিনবীবকশি ইকায়খুম্নজববা মিষ্টব প্রকাস সিংহ।

ময়াম্না খুবাক খুবক্কী মায়কৈ খুদিংদগী। মবক্কুদা চৈশু শুবদুনা প্রকাস মোমোন নোক্লগা লেম্না থোক্লকই। প্লেটর্ফোম মনাক্তা ফম্লবী মথকথোংবা ওফিসাব কয়ানা থাগৎপা ওইনা মখুৎ শোক্লনবা হৌগৎলমই। প্রকাসনা সেলুট পীবদুনা পুম্নমকপু খুৎ শোক্লমই। মমৈখংদা প্লেটর্ফোম মথক কাখৎতুনা ভাবতকী প্রধান মন্ত্রিবু ইকায় খুম্নবা উৎতুনা সেলুট পীবমই। প্রধান মন্ত্রীনা মহাক্কী বিবন্দা মেডল থেৎচিনবীবমই। প্রকাসনা সেলুট পীবমই। অতৈ খুদোনপোৎ কয়া মথং মথং পীবকই অদুগা খুৎ শোক্লদুনা মফমদুদগী থোক্লকই। ময়াম্না মাযকৈ খুদিংদগী খুবাক খুবক্কী। কুমথবকপদা মথকথোংবা ওফিসাবশিংনা মহাক্কী লংলবা মেডল অদুদা ইকায় খুম্নবা উৎতুনা সেলুট পিবক্কী।

ঙসিদি প্রকাস হবাওবগী ঙমখৈ নৈখিদবে। পোকপগী মহৈ যাল্লে। সাট খুন মাপ ওইবে। মপা অচৌবী মচা পোকচবগী মহৈ যাঙ্গবে। মচাদা ইকাযখুম্নবা মীযাম্না পীবিবক্কীবগী মতিক মপাগী পূক্কীং হবাওজৈ মহাক্কী নুপী অনিতা সেঠিসু হবাওজবনা লোযখি। মহাক্কী মবায বনজিৎসু মঙোন্দা মেডল থেৎপীবপগুম্না হবাওজখি।

থৌবম অদু যেংবদা নুমিৎতুমা কোন্নখি। নুমিংদাংগী থৌবমশু পুক্কীং নৈতানা য়েংখি। মথংগী নুমিৎতা অগ্রাগী তাজমহল, কুটুপ মিনাব অমসুং মখোযগী হৌবকফম পঞ্জাবতা পুদুনা মফম অদুগী মরু ওইবা লাইনিংফম গুরুদ্বাবদা চংলমই। মফম অদুদা রাইগুরুগী দর্শন তৌকববা মতুংদা দিল্লীগী য়েংবা য়াবা মফমশিংদা কোয়না চৎলম্মী।

*****

## কুনমবি শুবা পন্দুপ

“হিয়াঙ্গ থানা লাকপদা নীংশিংলকই পিবা চাক্লৌবা।” মৈতৈ ঐখোযগী অদুঙৈ ইবুধৌ পাখঙবা হাংতক্তগী চৎনবক্লবা কুম্মৈ। মসিগী হৌবকফমদি ইবেনধৌ লাইযাম্না মতম কুইনা মবুং পোইবৈতোনবু উদবা কুইবে হাযদুনা নোংমা মতম নুংঙাযবকপা ফৌ অনৌবসু লোক্লকপা মতমদা মথেল লুকোয কয়া অমা থোং থাক্লুনা পীজখি। মদুদা মবুং পোইবৈতোনগী পুক্লীং পেনখিদুনা মথং ওল্লকপা চহিদা মতম অদুমক্তদা মচলবু নিমন্ত্রন পীদুনা মশামক্লা মচলনা পামজবা ইঙ্খাং মথেল লুকোয কয়া থোং থাক্লুনা কৌবগা পীজখিবা মতৌ অশুম্না অতোপ্পা মবুং মৌপ্পা ওইবশিংনসু মখোযগী মতৌ তমদুনা মতম অমত্তদা মচল মচে ওইবশিংবু নিমন্ত্রন পীদুনা কৌবগা চাক ইঙ্খাং মথেল কয়া পীজনবা হৌখি। চৎনবী অসিদা হোংদোকপদি ঙমজদবা লাযববা মবুং মৌপ্পা কযাসু যাওবমই। অদুগুম্না মবুং মৌপ্পাশিং অদুবু মচল মচে ওইবীশিংনা মথং চহিদসু মখোযবু চাক্লৌবা ঙমজন্নবা চাকচা তোক্লকপদা পান্না হৈকক লালকপদা মঙ্গোল আশিবর্বাদ পীবমই -

লাযববা ইবুংঙো নচেগী যাথংদগী মপু ইবুংঙোনা কুবিদুনা নুংঙায যাইফ চা থকপা ব্রাৎতবা পীনপীবা ওইশনু। নুংঙাইবো যাইফবো ফৌ চেংনা কোৎ চোন্না হাপ্পা ঙমজবা ওইজবোকো ইবুংঙো।

অদুবু মতমগী যাওলনা পুবক্লুনা অবৈবা কাংবুশিংনা লাযববী মচলশিংদা দাক্ষিনা খুদোল ওইনা চান্না থক্লবা পোৎচৈ হাপ্নবা অদুগা শেৎন চান্নবা ফিবোল পীন্নবা য়াওনবকপদগী ঙসিদি মৈতৈ লৈবাক্তা মৈবিকপীদগী মৈজাওবী হৌনখ্রে। অমুক্তং লাকচবা নিংঙোল চাক্লৌবা লাক্কনি খনবদা লায়ববা মবুং মৌপ্পা ওইবশিংগী থম্মোয় লকানুং পিবাং পিখম্লবা যাওনবে।

চাক্লৌবা পাউ হাযবা চৎপদা কবি তৌবম্মু হাযবক্কনি খনবদা লাযববা মবুং কয়াদি মচলগী কোম্বোং কানশিনবা ঙমদবে। তঙায়ফদনা কানশিন্দুনা চংবা তাববসু ঈশ্বব খুকমদুনা নাতোন শ্বোব যেংদুনা চংনবসু যাওনবি।

- "হে ঈশ্বর ইবুংঙো হবাও হবাও যাবিবকপা ইচলদো মচিং ফত্তবনিকো। মনেম মকু মমাংদুদা তাচৌ ঐদি চাক্কৌ দক্ষিনাদা ফ্রিজ ওইনা তৌবমদ্রবদিনে যাবোয়কো হায়দোক্লবদি চোপ্লে।"

কনাগুম্বা মবুংনা শোন্নৈ অশুক নুংশিববা লাংলা অসিবু মবক্তা কিশি কিশিনবীবম্বা হে ঈশ্বর নহাকশে ফৈ হায়বা য়াদেকো।

- "মতাশিংগা হংনৈ ওনশিন্নদুনা, ইবেম্মা নখোয়গী কবি তৌবকই ?"

- "ইবেম্মা কবি ইঙ্গাং পীজবকই হায়না হংনবোয় মমিংতা ঙায়জববা চাক্কৌবনি। চাক চান্নবা কৌবা চাক্কৌবা ওম্ভোকপা যাবে অতোপ্পা মমিং মদুগী মহুৎতা নিংঙোল দক্ষিনা তৌনবা নুমিৎ।"

ঙসি নুংশিবগী লংলাগা মবি লৈননা অচৌবীনা ঙাইশেলগী মবী হেন্না চেৎশিনহন্নবা কুনবিব সিংহগী ইমুং হুপ্পা চাক্কৌবি।

মৈতৈগী চৎনবী মতুংইন্না নুপী ওইববসু নুপা ওইববসু চাক্কৌবা নুমিৎতা লাক্লীবা মীওই খুদিংমক খুদোনপোৎ অমমম তম্নবা ইমুং অদুগী যুম্নবেলনা শিন লাংজে। যাম্মা ফজবা অমনা খুদোল পোৎ অদুগা লোয়ননা শেলগী দক্ষিনা হাপ্পবগী নিয়ম অসিমক পৃথিবীগী অতৈ লৈবাক অমতদা মণিপুরগুম্না তৌনবা যাওদ্রি।

অযুক অঙনবদগী মৌ অনি চংদুনা হোৎজবদা মিনিট অমা ফাওবা শ্লোব হোন্দোক্নুনা পোত্থাজনবা মতম ফংদ্রি। প্রমোট অমসুং প্রকাসসু চাকখুম চঙদুনা মৈশা লাংলুদ্রবসু ঙা, ইঙ্গাং মনা মশিং মরু মবাং শেম্বা শুবদি যাওশিন্দুনা অঙম্বা মতেং পাংশিনবীবি।

অচৌবীনা মশু অনিগা ইমুং মাঙ্গোল শুমাং থেলোং হৈ-লৈগী গম্না কযা থাংদোক থাংজিন তৌদুনা মফম চানা চানা থিন্দুনা থল্লী। থোঙ্গালদগী চংলকপদা হৈকোল লৈকোল অমগুম্না উববা অচৌবীগী ময়ুম ওইবে ঙসিদি। হৈকোল লৈকোল শেম্বদা থরায যাওজবা ওইবনা পুখ্রি মপাল অকোযবসু হৈবাং লৈবাং কযানা মনিং তম্না লৈশাৎ তল্লীমনিংতম্না য়াম্ভদুনা পাল্লি। মফম খুদিং চৎতুনা ঈকজদ্রিঙৈ যেংশিনলুববা মতুংদা মশু অনিগা ঈকজ মাযথদুনা চন্দোল চরা ইবং লংনা থিন্দুনা কুনবিবগী ইমুং মনুং লাকপা ওক্লবা থোঙ্গাল থোবকই।

*মহাক্কী অহল ওইশিলক্লবনিনা অবাপ্পদগী পোৎশক ময়েক শেংনা খঙবা* উবা ঙমদবে মশুশিং কৌশিন্দুনা হায়বকই -

- "ইবেম্মা নঙনা অৱাংলোমদা য়েংঙুকো। ইবুংঙো নঙনা মখাবোমদা য়েংঙু।। লাক্লবদি মখোয় পুন্না লাক্কদবনি মী যান্বনিকো।"

- "মশুনুপা বটননা খুন্নকই, অহোয পুপু হাযবক্কে।"

অচৌবী মথন্তা শোঞ্জে .. -

- "কৈদৌববনো, পুং মাপল- তবা তাশিলক্লবা ফাওবা য়ৌবক্ত্রিবা অসিবু। গাডি ফবক তান্নববা জাৎলা ?"

মখোয অহুম্মা থোঙ্গালদা থোক্কুনা নৈবম্বা উবদা নৈকায়দুগী মচে মচল কযানা গাডিদগী কৌবমই -

- "হো মাম্মা? কনা চাক্কৌবা যাওবিবগে? থোঙ্গালদা নশুশিংগা ঙাইবিদুবু?"

অচৌবীনা তহা তহা খুমই -

- "ইবেম্মা ঐখোয ঙাযশেলগী ইমুংদু চাক চবা অমা পীজশিবা হাযদুনা শিনবনে অদুবু লাক্তে কৈদৌবনো খংদে।"

লেপ্তবা গাডিনিনা খুম্না খুম্না হংলকই -

- "হো নমৌগী ইমুং মনুংদুবো ?"

- "মান্নি ইবেম্মা অনিতাগী !"

ইমুংদা টেলিফোন লাকপগী মখোল তাবকই - ট্রুঃ ট্রুঃ ট্রুঃ ট্রুঃ ট্রুঃ ট্রুঃ!

বিলাসিনিনা তাবক্তুনা মপুবোইবা প্রমোটতা হাযবকই -

- "হো টেলিফোনদো অমুক্তা পাইখৎপীযো।"

মপুবোইবা প্রমোটনা ইঙ্খাং শেন্নম্বা তোক্লগা চেনশিন্দুনা থাংগৎলি।

- "হল্লো কনা ওইবীববনো ?"

ইফিং ফিংনা কুনবিব সিংহনা হায়বকই -

- "ঐ কুনবিবনি সিংহনি। ইম্ফাল হোসপিতালদগী।"

হোসপিতাল মমিং পল্লকপদা ইপা পাখৎনা প্রমোটনা হংলকই -

- "ও ! মাম্মা ! কনা ঙমদবা যাওববগে ? ঙসি চাক্কৌবা নুমিৎ অসিদা ?"

- "ইবুংঙো ঐগী ইশু অতোম্বদু থোক্লপদা গাডী অয়াংবা অমনা থোম্লমদুনা খুদক্তা ইম্ফাল হোসপিতালদা পুশিল্লে। ঐখোয় লোয়না নখোয়দা লাক্লবা গাডীদা কাখৎলবনি অদুবু মখোয মমানা মহাক্কী বেক ইমুংদা কাওবম্লে হাযদুনা চংখ্রিঙৈদা ইশুদুনা গাডীদগী কুমথবগা মমাগী মতুং ইন্নবা চেনবদা থৌদোক অসি থোকখ্রিবনি। ৱাফম অসি ইবাযদশু খবা তম্বীযু।"

য়াম্মা নুংঙাইতনা কুনবিবদা প্রমোটনা হংলকই -

- "মাম্মা ! ইবুংঙোদুবু কবম্বা ফিভমদা লৈবিবগে হৌজিক ?"

- "মকোক্তা শোকখিবনি হাযফম খংদবি। হৌজিক ডোক্তব অচৌবদু লাকপদা ঙাইবি। ঐ কবি হাযগদবনো চম্মনবে। ঙসিদি নুংঙাইগদবা মান্দবে ৱাবৌবীগনুকো ইবুংঙো থল্লে।"

ফোন থমখবে। প্রমোট নুংঙাইত্রবা পাউদু তাবদা মাশু ফোন্দু তপ্লা থল্লগা অৱাবগী শ্বোব অমা য়াম্মা শাংনা হোন্থবকই। তপ্লা লুল্লবা খোংথাংদা মাগী কাদগী থোক্লক্তুনা মহাক্কী মনাওনুপা প্রকাসতা হাযবকই -

- "ইবুংঙো ঐখোয অনী হৌজিক ইম্ফাল হোসপিতাল যৌশিনলুদবা যাদবে।"

ইঙক ঙক্লা মহাক্কী নুপীনা হংলকই -

- "কনা কৈদৌবা যাওববগে ? ফোন্দুনা কনাগী ওইববনো ?"

- "ফোন্দু ঐখোয মাম্মা কুনবিব সিংহগীনি !"

মনাওনা হৌগৎলগা হংলকই -

- "কবি তৌবে হায়বিনো তামো ?"

- "মখোয মচানুপা অহলগী মশুনুপা অতোনবদু মমানা ইমুংদা মাগী বেক কাওবমলে হায়দুনা লৌথোকপা চংখিবদা গাডীদগী কুমথবগা মমাগী মতুং ইন্নবদা অযাংবা মোটোব সাইকল অমনা থোম্লমই হায়দুনা হৌজিক ইম্ফাল হোসপিতালদা পুশিন্দুনা লৈবি হায়। মবম অদুনা ঙসিগী চাক্কৌবগী থৌবম অসি কেন্সেল তৌবা তাবে। ঙা থোংবা তাউবা হোকবদো কংনা থমখ্রো হযেংগী। ঐগা নঙগদি ঙায়হাক য়ৌশিনবীকখিগে।"

বিলাসিনিনা তপ্লা হায়বকই - "চাক অবোযবসি খবা থিদোক্লক্কে চামিন্নবগা চৎখবো।"

- "পাউশি তাবদা চাক লাল্লম্বগা লোয়না কাওখবেদা।"প্রমোট খুল্লকই।

মবক থৎলদুনা ময়াম্বগী মফমদা প্রকাসনা হংলকই -

- "তামো অনিতাসু পুবিবনা ফবোইদবা ?"

- "হা হা মাসু চৎনিংগনি হায়বীয়ু। ঐ পাউশি পাবুংদা অমুক্তা খংহনলুখিগে। নৎত্রবদি অদুম ঙায়দুনা লৈবগনি। অঙাংশিংসু কৌশিলক্লবা।"

প্রকাসনা অনিতা মনিংথোংদা য়োংচাক মকু খোৎলিবীগী মনাক্তা পাউ অসি হায়ননবা চংশিনলকই।

অনিতা মপুবোইবনা য়াম্না ফিংনা লাকপা উবদা হংলকই -

- "ভৈয়াখোয় লাক্লবরো ?"

প্রকাসনা অৱাবগী নুংশাশ্বোব অমা হোম্বগা হায়বকই -

- "ইবেম্মা লাকপদি লাযবদনা নঙদুম আদা চৎপশি যাওগদৌবীববা হংবা লাক্লীবনি।"

- "ঐদি কৈদৌবা চৎকদৌবিবা ? নখোয় নিংঙোন চাক্লৌবা অসিবু নিংঙোলনা মপামদা চৎনববো ?" অনিতানা মপুবোইবদা হংলমই।

- "হায় নঙ খঙদ্রিববো চৎনবনিনে।"

- "অদুগা ঐখোয় ইচেখোযদি কবিগী চৎহনদ্রিবা ?"

ইমুংদগী কৌবকই মতৈমা বিলাসিনিনা

- "ইবুংঙো চাক থিবে হায়, নঙ তামোসু কোম্মোং থোকখ্রগা হঞ্জিনলক্তবে। লাকও লাকও ইবেম্মাসু কৌশিনবীবো নখোয়গা চৎপা যাওমিন্নগদবা ওইববদি। হুবেল আদদি ফবক তাবা যাই। খবা চাবগা চৎখিবনা ফগনি।"

প্রকাসনা ৱাবি ফজনা হায়দোক্তবনা অদিতাগী পুক্লিংদা চিংনবা অমা লৈবে। মহাক্লা থৌশাদনা হায়বকই -

- "ইচে ঐদি কোন্না চাজগে।"

প্রকাস হৌজিক্তি হাযদোক্তবা যাবক্তবনা হায়বকই -

- "ইবেম্মা ! নখোয় ভাবি অহনগী মচানুপা অতোম্বদু চৎলমদাইদা গাডী মচা অয়াংবী অমনা ৱায়শিনবীবম্বদগী হৌজিক ইম্ফাল হোসপিতালদা অরুবা ফিভমদা লৈবি হায। মবম অদুনা চাকশি খবা চাথোক্লগা হাযগৎমিন্নরুশি হাযবনি। লাকও।"

ৱাহৈ অদু হায়বম্লগা প্রকাসকী মনাক্তগী চৎখ্রবদা খোইবাং খোইশাওনহৌববা অনিতানা ফুক হৌগৎলদুনা য়োংচাক খোৎলম্বা তোক্লগা মখুৎ তাপ ফাবম্মই অদুগা শাওনা হাযবকই -

- "কবিনো ! পাউ তম্ববু অদুম্না খোইদৌ শিক্লা শাউহল্লগা তম্নবো হাযযো অচুম্বগীবো ?"

- নোক্লদুনা প্রকাসনা খুম্নকই "অচুম্বনি।"

- "অদু ওইববদি নহাক যাম্না ফত্তে। অদুক লুবা পাউবু ফাগী তাহল্লগা তমই। ৱাহৈ অদু হাযবগা লৈথোক্তুনা মমিৎতগী খংহৌদনা শিম্থবকপা মপী তৈথোকখি।" প্রকাসনা অনিতা শাউখবে খংলদুনা মঙোন্দা ওনশিনলক্লগা মপি তৈথোকপীবদুনা হংলকই -

- "শাওনিংববনে ?"

- "শাওনিংদদি ! অঙাংদুমা গাড়ীনা শোক্তুনা হোসপিতালদা পুখৎখ্রগা নঙনা অশোমদা ফাগী শান্নশিন্দুনা লক্লদুনা লৈবে। মসিবু হৌনববো ?"

- I am sorry, অনিতা। নতৌ যেংনিংদুনা তৌবনি শাউবনু লাকও ইতৈমানা থিদোক্লবা চাকশে খবা চাবগা ঙাযহাক্তা যৌশিনবীকনবা তৌবশি লাকও শে যোংচাক অখোৎপা অসিনা নঙনা পুবো খোৎতবসিনা ঐনা পুশিনবীবক্লগে। ৱাহৈশিং অসি হাযবম্লগা প্রকাস ইমুংদা চংলকখিবমই। মতৈমা মাঙ্গোল থোক্লক্তুনা মপুবোইবা প্রমোট চংলকপা যেংলই। প্রমোট কোম্থোংদগী ৱাবী শান্নদুনা মচা মশুশিংগা লোযননা চংলকই।

- "ইম্থোকপা পাউনি নুংঙাইখিদবেদা ! মখোযগীদমক থোংজিনলুবিবা চাক ইঙ্খাং পুম্নমক অসিদি কনাদা পীজকগনি ঙসিদি যুমথোং খুদিংগী মচল মচে কৌনবা চাক ইঙ্খাং হাওনা হেন্না থেশংজিন্নবা ঙাক্তনি। পামুখবেদা অবেম্বদা মাংবা তাবেদো।"

মচা প্রমোটসু মকোক হোৎলদুনা নুংঙাইতনা হাযবকই -

- কমদৌনি অশুম থোকউ হাযদুনা ঙসিগী নুমিৎতা তমখিদনা তৌবিবনি।" লাকমিন্নবিবা মশুনুপানা খঙনিংদুনা হংলকই -

- "পাপা পুপুখোয লাক্লবোয হাযবিববো ?"

মপা প্রমোটনা কমলাগী মকোক্তা নাম্ভুবীবদুনা খুমই -

- "উম ! ঙসিদি ঙন্নবোয় মশুনুপা নখোয়গুম্বা অমা মোটোব সাইকলনা থোমদুনা শোক্লগা ইম্ফাল হোসপিতালদা পুখৎতুনা লৈবে হায়বক্লিবা।"

- "ইস! অদুদি নাবন্নগনিদা।"

- "কবিগী নাদনি। য়োৎনা থোন্নস্বনি। মবম অদুনা নখোয়সু ঙসিদি কোম্বোংদা থোক্তুনা শান্নগনুকো ইবুংঙো ! গাড়ি অয়াংবা য়াম্মা চেল্লি।'

মচানা য়ানিংনা খুমই,

- "অহোয় পাপা ঙসিদি মপান্দা শান্নববোয়।"

মপানা মচানুপী কমলাদসু ওনশিন্দুনা হায়বকই -

- "ইবেম্মা নঙোন্দসুনিকো ঐনা হায়বিবশে।"

মচানুপী কমালানা মপানা হায়বিবা ব্রাফমদু য়ানিংবদগী খুন্নকই -

- "অহোয় পাপা।"

মপা অচৌবী, মচানুপা প্রমোট মশুনুপী কমলা অমসুং মশুনুপা বটন মাঙ্গোল কাখৎতুনা ইমুং চংলকখি। মতম অদুদা প্রমোটকী কাদা টেলিফোন অমুক লাকপগী মখোল তাবকখি। "ট্রুঃ, ট্রুঃ, ট্রুঃ, ট্রুঃ, ট্রুঃ, ট্রুঃ।"

মপা অচৌবীনা মখোল অদু হেক তাবকপগা মচানুপা প্রমোটতা হায়বকই,

- "ইবুংঙো ফোন লাক্লীমাল্লে মখোল তাই।"

- "অহোয় পাবুং। হায়বদুনা মাগী কাদা চংশিনলকই। ফোনদু পাইখৎলি অদুগা হংলকই হল্লো কনা ওইববনো ?"

- "ফোন্দা খুন্নকই, হল্লো ঐ বনজিৎ সিংহ অনিতাগী মবুংনি।"

বনজিৎ সিংহনি খংলবদা অনাবগী পাউ খংনিংলদুনা প্রমোটনা হংলকই-

- "ওহ্ ! ইশেল, ঐ প্রমোটনি অশোকপদু কমদৌবিবগে ? ঐখোয়সু পাবুংগা তান্নবগা লাকশিবা হাযদুনা তৌবিবনি।"

- "লাক্তবসু যাবগনি ইবাই ! হৌজিক এক্সবে লৌবগা ডাক্তবদা পীশিনখবে। মখোং মখুৎ তেকপা য়াওদে। মাগী হাযববু মকোক্তা শোকখিবদুনি খবদি নুংঙাইতে। মদুসু ওপবেসন মচা অমা তৌবগা কবিসু তৌববোয়। অদুম ফহনবা ঙন্নগনি হায়দুনা মখোয়গী ডাক্তব অচৌবদুনা ঐখোয়দা তাকপীবে। অসিগী

মবমদা ঐখোয়গী ডেদীনা খবা খংহনবীখো হায়দুনা ফোন অসি তৌজবনি ইবায়। ব্রাবৈবীগনু ! পৈশা চংনা অহাওবা ইঙ্খাং কয়া চাক কয়া থোংহল্লগা মাংহনখবে।“

- “এঃ ইশেল ! অদুগীদমক খনবীকগনু মসি অচানক্কী ব্রানি। খংহৌদনা থোল্লকপা এক্সিদেন্টবু কনানা তম্বা ওম্ববা ?”

- “অদুনি ইবায় ঐখোয়সু চৎন্নবা হায়দুনা গাডীদা তোংখৎচরবনি। মদুদা অশুম থোকউ হায়দুনা লৈবম্বনা ইতৈমা অহনগী বেক মেকপ কমা কাওবন্নে লৌকখিগে হায়দুনা চংখিবদা মহাক্কী মচা অতোম্বদুনা খংহৌদনা গাড়িদগী কুমথগ্রগা মমাগী মতুং ইন্নকব্বদগী ঙসিগী থৌদোক অসি থোকখিবনি।”

- “অহোয় ব্রাফম অসি মাম্মানসু ঙসায় ঐঙোন্দা তল্লকখবে। ফবে ইশেল, হয়েং অশোকপদুনা ফবক্লবা মতমদা চামিন্নবা হায়বদুনি।”

- “অহোয় ইবায়, অদুম্না তৌবশি। মাম্মাদসু অদুম্না হায়বীবো অশোকপদুগীদমক থোইদেক্লা ব্রাবিকব্বগনু।”

- “অহোয় হায়জগে ইশেল।”

- “অদুদি ফোন থমজবগেকো।”

- “অহোয়।”

অচৌবীনা মপান্দগী হংলকই -

- “ইবুংঙো ফোন্দু কনাগী ওইবমলে ?”

মচানুপা প্রমোটনা খুল্লকই -

- “পাবুং ইশেল বনজিৎনা তৌবকপনি।”

- “কথি হায়বক্লিবা ?”

- “অশোকপদু অকবা ফিভম ওইদবে মদুগীদমক ব্রাবীকব্বগনু অসিনি।”

- “ওহ ! অদুদি চাকশি মেন তান্না চাবগা ঙাযহাক্তী হায়গৎপীকশি।”

- “হোয় পাবুং।”

*****

## কুনমঙা শুবা পন্দূপ

"ভাত্রি দিতিয়া" ঔব "ভাই" "ফুটা" কালিমাঁ পুজাগী মতুং নুমিৎ তবানি শুবা নুমিৎতা পাংথোকপা বেঙ্গোলি কুম্মৈ অমনি। কুম্মৈ অসি মণিপুরগী নিংঙোল চাক্কৌবগা অন্নানি। খেৎনবা হায়ববু মচল নত্রগা মচে অদু হপ্তা অমা ৱাৎলিঙৈ মমাংদগী মবুং নৎত্রগা মৌপ্পা অদুগী ময়ুমদা হান্না লাকনৈ। "ফুটা" নুমিৎতা মপুবোইবনা মাগী নুপী লৌবা লাকই। নুমিৎ অদুদা মখোয় অনিবু অহাওবা ইঙ্খাং মথেল লুকোয় পীজ পীথক তৌই।

নুমিৎ তাবমদায় সন্ধ্যাটিবগী মতমদা প্লেট অচৌবা অমদা খোই, (লড়ু), চিড়া (চেম্পাক), কেলা (লফোয়), মিটি (অথুম্বা মঠাই), উহৈ মখল মঙা, হৈনৌ, কোম্লা, চম্প্রা, কিহোম, সেম, অঙ্গুব, লৈবাং মখল অহুম।মঙা, টুলশি মনা ৩।৫, চন্দন, ধুপ বর্টি থাদুনা মবুং মৌপ্পাদা পুজা তৌদুনা অশিবর্বাদ পীগনি অদুগা চন্দন থিনবীগনি। মতুংদা মচলনা মবুং মৌপ্পাদা লড়ু ইনবীগনি। মবুংনসু ইনবীগনি। মতমদুদা মবুংনা দাক্ষিনা অঙম্বা মচল মচেদুদা হাপ্লীগনি। লোয়ননা মচল মচেগীদমক লৈবীবা ফিবোল শাড়িশিং মবায় মশেলগীনা ফুবিৎ খোঙ্গ্রাওগী ফিশিং অঙাং চেনবশিংগীনা অঙাংশিংগী মফি মবোল লৈবীদুনা খুদোলপোৎ পীগনি। অহিং অদুমা মপামদা লৈবগা মথংগী নুমিৎতা চৎখিগনি।

লমদম অসিগী চৎনবী কুম্মৈ অসি উবগা নুমিৎ অসিদা বানিবালাসু লৈখিদ্রবা মবুং মৌপ্পা পলেম পম্মৌবু নীংশিলকখি। ঙসি নিংঙোল চাক্কৌবা নুমিৎনিকো মৈতৈ ঐখোয়গী। চৎলমগনি ইমান্নবী কয়াদি মবুং মৌপ্পা নৎত্রগা মখুবা মতোন্না চাক্কৌদুনা। অদুবু ঐগীদি কদায় তান্নবা লমদম অসিদা ঐবু নীংশিংবীন্নবা কনা লৈবিবগে ?

খম্বুকবগা থোয়না হেন্না অৱাবা ওইহল্লে খংহৌদে পিবাংনা ইহৌবকখিবা ...' নীংশিংলকই অদুঙৈ অঙাং ওইবিঙৈগী থৌদোক অমা . .।

মমা মচা মফি মবোল শেৎলগা কোম্পাক অমদা লফোয় লফাং অমা, কোল্লা মবি মঙা, অঙাংশিংগী বেস্কুট পিকেট অচৌবা অমা, বস গুলা অমা, শঙ্গোম কৌতা অমা, সেম মঙা তরুক থক হাপ্লগা মকোক্তা মমানা থাংগৎতুনা খোংকাপ অহুম মবি থাংদুনা চৎপদা ঙায়বি মতুংদা মচানুপীনা য়ুবী অমা য়াল্লদুনা তুংদা ইলকই। মচানুপা অতোনবা শুধিবনা য়ুবী অমা য়ান মমা শুববালানা মমাং থাদুনা থোঙ্গাল তম্না থোক্লকই।

তোমচৌ কোম্ছোং হাংদোক্লদুনা মাগী থেল্লা গাডী ইনশিনলদুনা চংলকই। মখোয় মমা মচা অহুম্না মফি মবোল অহনবা শেৎ চান্না থক্লবা পোৎ চৈ কয়া পুদুনা মপামদা চাক্লৌবা য়াওননবা থোক্লকপা উবদা ইঙক ঙক্লা য়েংলমই। অদুগা হংলকই -

- "ঙায়খো নমামচা নখোয় অহুমক নপা ঐনা ব্রা হংখিগে ।"

মমানা ফিংনা হায়বকই -

- "কবিনো নপাগী হৌনবী তৌবক্লববা ? নখোয় নপা নচাগী চাক ইঙ্খাং খোংবা লোযবন্নবনি। থিবমদে ঈংগনি হায়দুনা। ঈকজবগা থিদুনা চাবীবো।"

তোমচৌ য়াম্না শাউনা মখুৎ হায়বদুনা মহাক্কী নুপীদা হংলকই -

- "নঙগী চাক্তুদি চাববসু য়াই চাঙ্গবসু য়াই। ঐনা খংনিংলিবদি নঙনা পুবিবা কোম্পাক্তগী পোৎশিং অদুনি। হায়মু ঐনা য়ুম মনা হোংগে হায়দুনা তুংশিন্নবা পিখিবা পৈশা অদু কায়থোক্তনা নহাক্লা তানবা পৈশাদগী লৈদুনা পুবনি।"

মমিৎ লংথোক্লদুনা হায়বকই -

- "কবিনো তাকপীবিবদুবো ? ঐনা ইস্কোলদগগী হেক্তুনা য়োনখিবা ইঙ্খাং নাপীগী পৈশাদুদি উতোংঙা লৈবমদদুনা লৈথোক্লকখ্রবনি।"

- "অদুদনি ঐনা শাওনিংঙিবসি ব্রাদো কোইথোক্লগনো কাইথোকই নৎত্রগা কাইথোক্তে অদু খক্তনি ঐনা খংনিংলিবা ? শিক আ: নঙগুম্বা নথুন্দা কাওবদা শিকি অমা তাবক্লবোযদবা নঙনা গপ তৌদুনা য়ুম মনা হোংগদবগী তুংশিন্দুনা থম্বা পৈশাদুবু কাযথোক্তুনা অবৈবা মীগুম্না য়ুবীকা অনি, বসগুলা, শঙ্গোম কৌটা, সেম, লফোযকা পুদুনা চৎলি থম্মু লৈবাক্তা থম্মু ঐ য়েংগে।"

- "তানিংদেকো মসি চহি অমগী মনুংদা অমুকক্তনি থোক্লকইবা। অদুদগী মফমসি লম্বী য়ৌবক্লবনি।"

- "মদু য়াদে। ঐগী ইমুংদা থবক খুদিংমক নুপা ঐগা তান্নবগা তৌগদবনি। ঐগী হুকুম ইনগদবনি। নুপী নঙগী হুকুম নিপা ঐনা ইনগদবা নত্তে। খংলববা? ঐনা যুম অসিগী অহলনি। ঐনা হায়বিবসিনি থম্মু হৌজিক ঐনা ওডব তৌবিবশিনি। নংত্রবদি ঐবু ফত্তে হায়গনু লোযনা লংখায়জনি। কবি কবিনো য়েংখিগে।"

মচা অনিনা মপা মমা অনিগী লাউনবদু উবদা কিবদুনা লেপ্লদুনা লৈবি। মতৌ অদুদা মমানা হায়বকই -

- "হৈমা চৎলো ইবুংঙো, ইবেম্মা ! মাংথাবো নপাশে খবা থকচিনলক্তুনা তৌবিবনি। গাডি নংহৌববোয় চৎলো মাং থাবো।"

চেনশিল্লক্তুনা মপানা যাম্না শাউনা কোম্পাক অদু থাংথনবা পাইবমই। মমা শুববালানা থাংথদনবা হোৎনবমই অনিগী মুন্নবদা কোম্পাক্তগী পোৎ চৈ পুন্নমক লম্বীদা তাবক্লমই। অশাউবনা হেনমল্লবা তোমচৌনা মাগী নুপীদা খোংপাক্লা কাউবদা লম্বী ময়ায কঅদুদা কোম্পাক অদুনে কবিনে পুন্না তুশিনখিবমই। মমানা তুখিবা উবদা মচা অনিনা চেনশিন্দুনা মমাবু কোল্লগা লৈখিবমই। তোমচৌ শাউবনা ব্রা ফাউবা ঙাংবা থোকখিদবে। মনাক নকপদা লৈবন্না শম্বলদু শৎনবা হোৎনবমই অদুবু লাইবক ফবদগী যুগী নিশানা হেনমনখিবনা ঙমখিদবে। মমৈথংদা উপায লৈত্রদুনা চংশিনলক্লগা মচা অনিবু খুদাং পাইদুনা চিংদুনা ইমুংদা পুশিন্নবা কন্না হোৎনবমই । মমানা অতোপ্পা নাকলদা পাইদুনা যালমই।

অমনা নুপীনি অমনা নুপানি মখোয অনি চিংনবদা ময়াযদা অঙাং অনিদি পাং তিংখবে। মচা অনিনা মমাবু কৌদুনা কপ্পদু উবদা মচাবু নুংশিবদি মমা ওইবীনা হেনবনিনা মমানা খংথা থাদোকপদা মপা যুঙাওবদু মশা খোংফম চাহৌদবনা লোংখ্রাক লোংদুনা লম্বীদা মচা অনিগা তুশিনমিন্নখিবমই। মমা শাওনিংঙম্বদু মপুবোযবগী মতৌদু উবদা নোক্লীংবা ফাওবক্লমই। মহাক্লা নোকপদু উখ্রগা শাউগনি হাযদুনা লৈথোক্লগা লমদা চাইদুনা তাখ্রবা মপামদা পুন্নবা পোৎশিং অদু খুঞ্জিল্লমই। অঙাং অনিদি নোক্লীংলবসু মপা কিজবনা মুন্না য়েংদুনা লৈবমই। মপা তোমচৌদি অতোংবা নুঙ অমদা নিঙ্গোংনা যৈদুনা তুশিনখিবনা শুগৎলদুনা চৈনা খাংলমই।

মমানা পোৎ চৈ খুঞ্জিনবা হেক লোয়বকপগা হায়বকই -

- "ইবেম্মা নখোয়বু কৈদৌবিবগে গাড়ি লাক্লে লৈহৌগে হায়ববো? লৈহৌবো। "

গাডী থৌবকপা উবদা মমা শুববালানা মখুৎ হায়বদুনা গাডী খান্নগা মচাশিংবু কৌবকই -

- "বানিবালা, শুধিব যুবীদো পুবকউ।"

মমানা হাযবা মতুং ইন্না যুবী পুবগা গাডিদা কাখৎলমই। গাডিগী সিটতা ফম্নগা হন্না যেংলকপদা মপানা হৌগৎলদুনা মখুৎ খুৎতুম শিংলদুনা ঙাংদুনা লৈহৌই -

- "নখোয় নমা নচা হুবেল হলকপদা খংগনিকো খংগনি। অয়ো ! ইম্বোক্লা নাখবেদা! মী কয়াদা উশিংখিদ্রিবা মমা মচানো, তুবিবা ঐবু চিংখৎপী-বমদেনে।"

শুববালানা লাউবদুনা মপুবোইবা তান্নবা হাযবকই -

- "হো নচানুপা অহল বিশ্ববজিৎতো মাসু পুবিদে হাযদুনা শাওবদগী চাক্লা চাও হাযবা যাদবনি থেন্নগা খবা চামিন্নৌ। অঙাংদো চবা হেনগনিকো।"

তোমচৌনা মহাক্কী নুপী শুববালাগী খোঞ্জেল অদু তানিংদবদগী শাউনা হাযবকই -

- হে ক্বাক ! তানিংদবেকো অসিব্রাযদা খোংলনু।"

মথস্তা শোন্দুনা লৈহৌই - "মীগী অব্রাবা খংদবা নুপী। শিল্লোয যুমগী মনাকা হিপফনগনিযে কুমগী নোংজু মবক্তা। মদুগতদা খংগদবনি লায়ববগী অব্রাবা।"

*****

# কুনতকক শুবা পন্দুপ

কুনবিব সিংহ অশোকপা মশু অজোয় সিংহগী মনাক্তা ফন্নদুনা অমোনবা খুদৈ অমনা হয়িং তোংবা হৃদ্বীদুনা লৈবি। মমা পুনম দেবীনা শঙ্গোম গিলাস অনি শেন্নদুনা মশু মপুগীদমক পুথোক্লকই। মমানা মচাবু তপ্না হৌগৎপীবদুনা ফমুংদা ফমহনলমই। শঙ্গোম থক্লা থক্লা মমৌনুপীদা হংলকই-

- "ইবুংঙোসি অযুক্কী হিদাক পীথকখ্রববা ?"

মমৌনা খুন্নকই - "অহোয় পীথকখবে।"

মপুনা নোক্লদুনা হায়বকই - "অদুদি অনাবা শোয়দনা ফবগনি অনাবা ফববদি চেচে হোয়গা স্কুল কাবা হৌবগনি। মবম ওকখবে ইশুদি। শঙ্গোমদো থকচিল্লু।"

মশু অজোয়না মঙক হায়বদুনা থকউ হায়বা মযাদ্রবদা মমানা থেন্নীবদুনা হায়বমই -

- "ইবুংঙো মসিদি হিদাক অখাবদু নত্তে মমানা পুপুগা ইচাগা থক্রবা শঙ্গোম অহাওবা লোল্লকপনি। খজিক্তং থক্লগা যেংউনেশে থুম্বনি। তু পুপুসু থক্লিবশে উববা ?"

মপুনা থেন্নদুনা হায়বকই -

- "ইবুংঙো হিদাক নত্তে শঙ্গোম্মী থকউ ঈংখ্রগনি। উম ! হাওখবেদা থকচিল্লো।"

মচা অজোয় শঙ্গোম থকপগী মহৎতা কপ্নদুনা মঙক হায়বগা হায়বকই-

- "তল্লে নখোয় থকও ঐ কবিশু চানিংদে কবিশু থক্লিংদে।"

মপুনা মমৌ পুনমদা হায়বকই -

- "ইবেম্মা য়াববোয পুথোকখবো হৃবেল মবুক লন্নবা মতমদা ওইনা পীথক্লশি।"

মমানা মচাদা শাউনা য়েংলগা হায়বকই -

- "অদুবুদি নপাদা লাকখিশনু। ঐ লোযনা হায়দোক্কে। ঙসায় হিদাক তঙ্খায় অমসু থকচিল্লু যাদবদগী হৈদেকখ্রে। মসি অঙাং অসিদি যাম্না ফবোইদৌবি।"

অজোয়না শাওনা মমাদা য়েংলগা হাযবকই -

- "হায়দোকচৌও মমা পুকফৎতবী। মনিপুবী নংঙোল।"

মপুনা হৌনা নোক্লগা হায়বকই -

- "ব্রা ! ইশুশিদি পাবা ফজনা ফাবমলেনা মবোক শকহেনবীনা তম্বীদনা।"

কপ্পদুনা হাযবকই মশু অজোয়না -

অজোয় - "হায়বীবক্কনু অমতা নখোয় অমত্তনি।"

কুনবিব - "ঐখোয অমত্তা ওইদনবু নখোয ইমা মনিপুবি নিংঙোল ইমৌ ওইদুনা লৌবিবনি। নেনে অনিতাসু মৈতৈ নুপাদা থাজবিবশিনি।"

অজোয - "তানিংদবে নখোযগী ব্রা অমতা ঐগী ইনাক্তা কনা অমত্তা লৈবীবগনু ইথন্না লৈজবগে।"

কুনবিব - "ইবুংঙো ! নঙনা তানদ্রবসু পুপু চৎখিগনিকো অঙাং ওইবিবৈদদি নবু ফবম্বনি। কনাগী মতৌ তমজবিবনো খংদে তাবদা ব্রাববা ব্রাহৈ ঙাক্তা ঙাংই অঙাং নত্তুগুমই।"

মপান্দা গাডি অমা লাকখিবগী মখোল তাবকই। ইমুংদা লৈবম্বা মীওইশিং অদু অনিতাগা মচে বিলাশিনিগা লাকপদুদা ইবাং হেক লাংই।

মনাও বেনুনা হবাওনা চেলক্নুনা মপাদা পাউ তমলকই -

- "ডেদী ঐখোয ইচে অনিতাগা মখোয মচে বিলাসিনিগা ইবুংঙো অজোযগী অনাবা হংবা লাকহৌযে।"

মপা কুনবিবসিংহনা হবাওনা মচাদা হাযবকই -

- "হায নমাখোয ননম্মা অহনখোয লৈতবো?"

- "ইমাদি লৈতে ইনম্মা অহনগা ফম্মিন্নবি।"

- "ও ফবে ফবে অদুদি। নমাদু দুকান্দা শোযদনা থোক্লম্লগনি। পাউ খবা হাযবীববদি ফগদবা। "

- মচানুপী বেনুনা হবাওনা খুম্লকই - "হোয ডেদী ঐ চৎলগা হাযকগে।"

পাখৎনা মচানুপীদা কুনবিবনা হায়বমই -

- "হায় ইবেম্মা গাডী কুংবনি তুংমাং য়েংলগা লম্বীদো লাম্থোকউ।"

- "হোয় ডেদী হাযদুনা মমা কৌবা দুকানলোমদা থোকখিবমই।"

কুনবিব সিংহ মচানুপী লাকই হাযবা পাউ তল্লবদা হবাওজবনা লোযখি। মনাক্তা ফম্মীন্নদুনা মচানুপীগা ৱাবী শান্ননিংলমই মচাগী মশক যেংজনিংলমই। অদুবু মশুগী মনাক্তা কনাসু লৈতবনা পৃক্লীং লৈতাফম খংদনা ফম্লি।

মতমদুদা মমৌনুপী অহননে মখোয মবি- মবি চংমিন্নবকই। মচাগী মশক হেক উবগা হবাওনা কৌবদুনা তবাম্না ওক্লমই।

- "ইবেম্মা নখোয নচিন ননাও লাকইববা ?"

নোক্লদুনা খুম্লকই -

- "অহোয় পাবুং ঐখোয় বুবুদু ফববা যেংঙুচো হায়দুনা লাকইবনি।"

চংশিন্দুনা মপাগী মখোং শোক্তুনা খুকমজৈ। মপানসু মচানুপীবু হৌগৎপীবগা মকোক্তা নুংশিনা নাম্থবীবদুনা হাযবকই -

- "মঙ্গোল ওইয়ু ইবেম্মা হৌগৎলু। অদুদি কবি চাগনি নখোয নচিন ননাও লাকপদি ?"

- "এ মাম্মা কবি চাগনেগে অনাবা হংবা লাকপবু।"

অজোযদা ওনশিনলগা অনিতানা হংলকই -

- "বুবু নঙবু খবা ফবববো ?"

অজোয মনেনা কৌবা খুমদনা মানা থোকপা অমা তৌদুনা তুমিন্না লৈবমই। মতৌদুদা মমানা মচাদা হাযবকই -

- "খুম্না য়াদবো ইবুংঙো ননেনা হংলিবশে ?"

মপুনা তপ্না খুম্লকই -

- "এ· শাউবিবনি হৌজিক্তা ঐগসু লাওনবল্লীবনি হুবেল মবুক নেম্লবা মতমদা হংলো।"

মনে অনিতানা মনাক্তা চংশিন্দুনা মখুৎতা পাইবগা হংলকই -

- "কবিগী শাউবিবনো বুবু। নঙনা অদুম্না শাউববদি লুকেব নেনেনা নোক্লখিবা তাবে। শে নেনেনা নঙনা খ্বাইদগী পামজবা হাওবীদো লৈবকপনি

শে মী কনাসু পীজদ্রিবনি। য়া কাথোকউশে। কবিগুম্বা নঙনা নেনেনা ইনবশিদা চাদ্রবদি নেনে অমুক হন্না লাক্লবোযদবনিকো। শে কাথোকও ঐখোয় বুবুদি মবম ওকপনি। মখোয় অমনসু হায়জিল্লকই।"

- "ইবুংঙো নঙ নেনেবু নুংশিদ্রববো কাথোক্লো।"

বিলাসিনি মবুক ফাজিন্নবা হায়বকই -

- "ইবুঙো নেনেনা হাযবদো য়াবো। নঙনা হেক ফবক ফবকপদা লুকেব পুপুনা চাক্লৌগনি হায়দুনা নখোয় মযামগী তোংঙান তোংঙানবা খুদোলপোৎ কয়া লৈদুনা থল্লবনে। অদুম্মা তৌববদি নাবা ফববোয়।"

ব্রাহে অদু তাবদা থোংনাউদা মমিৎ কুপতবা মখৈ ফমদুনা য়েংলগা লৈবম্বদু মযা তপ্পা কাথোক্লমই। ময়াম্মা হবাওনা হাযবকই -

- "মবম ওকইদা ঐখোয় বুবুদি।"

ময়ামসু হবাওনৈ। অনিতানা নুংশিনা জিলিবী মতেক অমা ইনবীববা মতুংদা মখুত্তা মযোম অচৌবদু শিন্নবমই। অজোয তপ্পা তপ্পা জিলিবীদু শাইদুনা চাবি অদুবু মমিৎতগী মপি ইবা হৌদুনা মিৎলু নাপোমদগী অবেপ্পা লৈতনা শিন্থবক্লী। মদু উবদা মনে অনিতা মহাক্কী কমাল লৌথোক্লুনা তপ্পা তপ্পা নপথোকপীবমই।

মতমদুদা মপুনা হবাওনা হাযবকই -

- "নাবা ফবগনি ইশুগী। লুকেব পুপুদা হুবেল হনগ্লগা খবা তশ্বীয়ুকো নেনে। সবাস বেতা সবাস। "

মপুনা মশুগী মখুৎ থাঙ্গৎতুনা নুংশিনা চুপ্লীবমই।

মমানা মচাদা হাযবকই -

- "ইবুংঙো নঙসু নেনেদা ইনবয়িদনা। ঙহব্রাযদি নঙবু কবিগুম্বা অহাওবা পোৎ অমতং লৈবকপদা নেনেদা ইনবীবদায়।"

মমিৎতা মপি ইবা হৌ মখুৎ মচাদুনা জিলিবি মপুম অমা লৌখৎলগা তপ্পা ইনবীবকই। মনে অনিতানা মযা কাথোক্লুনা মখুৎ মচাদু পাসবগা লোয়নবা চাবি।

মতমদুদা মচল বেনু মমা মচা নুংশাশ্লোব মপি হোনবা মখৈ কা অদুদা চংমিন্নবকই। থোংজিন হেক কানশিনবদা মচানুপীগা মশুগগী কুম্মৈদু হেক উবে। মদুদা ফাগী তৌবদুনা হায়বকই -

- "ইমায় পেম্মা ! হবে বাম! নুংশিদবেকো ঐদি ইমিৎশি হেক নায।"

মপুবোইবনা মখুৎনা ৱা মখা তাদনবা ঈঙ্গিৎ তৌবদুনা হায়বকই-

- "তুমিন্না লৈখো মমা! বেবা কাবিঙৈ কানশিদা। পেং পাং ক্লাক্লা মান্নববা খোঞ্জেলদো ঙায়হাক্তা খোংলকখিনু ফম্মু তুমিন্না।"

- "নুংশিবেদকো মায়পাবুংগী কোকিলগী শুবগা মান্নববা ৱাহৈশিং অসি তাবদি খোইদৌ ঈংনা হবাওনা ইচা লাকই হায়দুনা লাকচবা পুক্লীংশে খোইবাং খোইশাওনহল্লি।"

বিলাশিনিনা ললিতা হেক উবগা হায়বকই -

- "ইনে ! ঐখোয় অনাবা হংবা লাকচবিবনি।"

- "খংদবে ইবেম্মা, নুমিৎতো ঐখোয়সু চৎকনি হায়দুনা গাডী মনুংদা ফল্লবনে। অদুদা মমানা মকে শেন্নদা মাগী মনিবেক্তু কাওবল্লে হায়দুনা ইমুংদা চেনশিনখিবদা মচা বেবাশিসু মমা লৈহৌগদৌবমালে হাযদুনা গাডি মনুংদগী ফন চোংথদুনা মমা তান্নবদা গাডী কুংবা নুমিৎ ওইবনিনা গাডী যাংবা অমনা তোক হেক ৱাইশিনলম্বনি।"

- "শিবু শিবমগনিনে।"

- "ইবেম্মা শিবমগনি লুখম্না হায়থদুনা তাবল্লবদি। মবায়বক ফবদগী চেপ্না হায়থদুনা তাহৌবদগী হিংহৌবনি। মদুদগীদি চাক্লৌবা চৎপবা হায়ববু হোসপিতালদা অশোকপশি পুশিন্দুনা কোয়চেল চেন্নবে। মসিনি ইবেম্মা মীওইবগী দশা তম্বা ঙমদে হায়বদো।"

- বিলাসিনিনা হায়বকই - "অহোয় ইনে মীওইবগী দশা হায়বসি তম্বা ঙম্বা জাৎ নত্তে।"

- ললিতানা খুমই - "হোয অদু হায়বা তাই ইবেম্মা! মীওইবা ঐখোযনা তম্বনা অমা, লায়না তম্বনা অমা তাখবে। নঙগী মাম্মানদি অনাবগী ফিভমসি য়াম্না লুবসু নত্তে। মখোয মমায় মপা লৈহৌবগা ঐখোয়দি য়ৌশিল্লুবশি হায়বনি।"

মদুদা ঐনা নুংঙাযবা হৌনদে হুবেল চাক ইঙ্খাং অহাওবা ওইববসু পূক্লীং লৈতানা যোৎশিনবা য়াবোয ফোন্দা হায়দোকপীখবো খবা ঙল্লিঙৈ চাক ইঙ্খাং থোংঙমদবা লৈবগদি খবদং ওইববসু মাংগদবদগী কলহৌগনি হাযবদুদা মবুংতোন্না চেন্দুনা ফোন্দা হাযদোকহনখিবনি ।

- "অহোয, মায পাবুংদা মখোয তাতোন বনজিৎনা লাকপা নুংঙাইদৌবা মান্দবে ইবায শাউবীবগনু মাম্মদসু ইচেদসু অনিতাদসু খবা খংহনবীবো হাযদুনা। ঐখোযদি মাম্মানা অহানবা তৌবকপা ফোন্দুদা পাখৎতুনা কোম্বোংদা ঙাযবম্বা পাবুং ফাওবা কৌশিন্দুনা হোসপিতালদা চৎলসি হাযদুনা ফি শেৎচিন্নকববনি। অদুবু মতুংদা বনজিৎনা ইবায অনাবগী ফিভম থোইদোক্লা লুবা নত্তবে ইচে খোয, অনিতা, মাম্মাখোযদা খবা তম্বীযু হাযবকপদগী নেমথদুনা চাক চাবগা পাবুংগা যৌশিনবীরুগনি হাযদুনা চৎত্রগা হনুবী অমদা ব্রাইশিল্লুই হায়দুনা পৈশা তিংলগা হাল্লক্লে।"

- "ওহ! অদুগা পাউদি খংহনলক্রুবা।"

- "মাম্মা, ইকায়জৈ হাযদুনা খংহনলক্রুবনি।"

- "সাইদতি অহলদুনা লানবা জাৎনি। অদুবু মনা তাথিববা অহল ওইবম্বনা চুমহন্দুনা খুপাকসু চাবেযে অনা লাযেংশেলসু লৌহৌবেযে।"

- "ইম্বোকপনিদা তাবদা নুংঙাইতে।"

- "অদুদগী ওফিস কাদবদুনা ঙসিদং কুইমনলে যৌশিল্লুখিগে অনাবসু হঙদোক্লউ মাম্মাখোযদুসু ব্রাবৌবীগনু হাযজবম্মু হাযদুনা ইনাও ঐখোযনি লাকচবিবশিনি।"

- "খংদবেদা ইবেম্মা! লুখবে, লুখবে যুকশিদা হিংগদৌবা। ফুবিগেগা চৈবীগেগনা পীকথন্না লৈববা মতম্নীনা। ঐখোযসু যুম হোংনিংবনা লোয়ববনি। তেংথারুবগা কনানা তাবীগনি অশিবা মীতনা মাংজৈ অদুনা তুমিন্না খাংলিবনি। অদুঙৈগী মণিপুবদু নত্তবে। স্না লৈবাক মণিপুবদগী কংনা লৈবা কংলৈপাক হাযবা মমিং হোংখিবশি ঐসু চুমই হাযনিংঙি।"

- "অচুম্বনি মাম্মা অকুবনা মতাযদা অনৈবা ঈশিংনা মযাযদা চেল্লবা মতমগী ঈচেলনি। কনাবুসু নঙ ফৈ ঐ ফত্তে হাযকুবা য়াবা মতম নত্তবে। শিবা ঙায়না মতম অশুম লেনবা তাবনি।"

- "হৈমা! ঐখোয়না ৱাবী শান্নবিগঁে মনেনা পুবকপা জিল্লিবিসি মথন্তনা লোযনা চাথোকখবেনে। ইশ ! কমদৌনি অথুম্বা য়াম্না চাববদি লোক থুংলকপা তাবেবা কমদৌনি।"

- "কমদৌনি! চানিংদনা চাথোকখ্রবা পোৎপু অমুক কোৎথোক্লবা য়াববা ?"

- "মসি অঙাং অসিদিনে ককচেংনা ওল্লকপবা খঙদে অথুম্বা পোৎ অমতা উবা য়াবা জাৎ নত্তে। মাবু ইতৎ তৎতনা পোবীবিবা মনেতোন বেনুদা মনে য়াইনা পুবকপা জিলিবিশি মচেৎ অমত্তা ফাওবা মহাও তংগু হায়দুনা পীজদেনে। কয়াদা মবুক লুপ্পবা অঙাংনো ?"

- "মমা ললিতাদা মপা কুনবিব সিংহনা হায়বকই - "চৎলো হৌগৎলোদনা ইবেম্মাখোযসি মফি হোংদোক্লবা ফি বোল পীবিবো, চাক ঈশিং থোংন্নবসু শিন লাংঙুবো।"

- "হোয হোয়। কবি ইঙ্গাংবু পীজশিগে নহাক্তুম লেংখৎপীবগা ঙাদু অতেকপা হাওগদবা অচৌবা অমতং লৈবীকবো।"

- "তাবক্লগনি হনুবা ঐঙোন্দা" কুনবিব সিংহনা নোক্লদুনা হায়বকই।"

- "অদু নৎত্রবদি কনাদা হাযকগদৌবিনো? মাগী অশুম্না ফবক হেক হেক তাবকপা অশিদনি ঐনামিহুনকা পিং পিং কাখৎলক্লিবশে।"

মপা কুনবিব সিংহ ফল্লম্বদগী হকামচন্দুনা হৌগৎলক্লগা হাযবকই -

- "ইশ ! ঙসিদি হকচাংশি ইনুং-নুংঙাইতে কোক্কাশি ইকম লুম্বগুম তৌই।"

- "হো কোক্তো ঙা চবা অমা লৈবমদাযদা লুমখৎপীবক্লগনু। ইকায়জৈকো ইবেম্মখোযগী মমাংদা। নোংমা ফাদোক লাকচবনি নুংতিগী লাকপা নৎতেকো। ৱাশে অমুক হায়বদা স্নান পোপ, পোপ তান্নশি।"

- "ইশে মানা ৱাখল অমদা পুথোখবে তৌবিশে।"

- "হোয! পুথোকপা নৎচদে। ময়েকতুনি হায়জবিবা।"

মচানুপীদা ওনশিন্দুনা হাযবকই -

- "ইবেম্মা বেনু লাকও নচেখোয়গী মফি হোংদোক্লবা ফিবোলশে নঙসু খবা পুথোক্লগা পীবো লাও।"

- "উপু হাংই। মফি লৌথোক্তুনা মচানুপীদা পীবি অদুগা হাযবকই -

- "শে অসিনা নচে অনিদা অসিনা নচে বিলাসিনিদা পীবো। নঙসু ফমদুনা লৈথোক্নু মী লাক্লবদি নথুন যাংউ। য়ুমগী থবকশিং শৎ- শৎ ঙাংনবা তৌদনা লোইশিল্লু।"

- "হোয় মাম্মি।"

মপানা হৌগৎতুনা হায়বকই -

- "ইবেম্মা নখোয় ফল্লমখোকো ঐ বজাব ফাওবদং থোক্লুখিগে।"

মচানুপীনা মপাদা হায়বকই -

- "পাবুং মপান্দা ইচেদি মশা নানবা ঙা শাবেং, ঙাহে গুন্বা ঙা চাদবনিকো।"

- "অদুদি কবি ঙা লৈবকউ হায়বিবনো ?"

- "কুবিবা ? ইলিশাবা? বৌবা ? অহুমশিগী মবক্তা অমা ?"

- "হোয, হোয় খংঙে খংঙে। ইলিশা ওইনা লৈবক্লগে মাগা পানগা পাদুনা থোংবদুসু চাবা অদুম য়াবনি।" মমৌদা ওনশিনলগা হাযবকই -

- "ইবেম্মা নখোয় ফমিন্নদুনা ব্রাবী শাবম্মুকো নপা কুইবক্রোই।"

- "অহোয় পাবুং।"

বিলাসিনিদসু ওনশিন্দুনা হায়বকই -

- "ইবেম্মা ঐখোয় মৌশিংশে ব্রা ঙাংগন্দবনিকো মহৌশাদগীনি শাউগনু।"

মহাক্কী নুপীনা ইমুংদগী লাওবদুনা হাযবকই -

- "হো ঙাদো থেংব্রে। চাক মৈ থাগৎহনখ্রবনি।"

- "ইবেম্মা নঙনা তান্দ্রীঙৈদা চৎলেকো, শক্তাসিদি।" ব্রাহে অসি হায়দুনা চৈবম্লগা মপুবোইবা থোকখবে।

মমানা মচানুপী বেনুদা থৌদাবদুনা হায়বকই -

- "ইবেম্মা বেনু! নপাশে খাউ যাওদনা বজাব কাখিগদৌবে খাউ অমতং পুথোক্নুনা পায়হনখো।"

- "কদায় য়ৌখ্রবগে ইমা ?"

- "থোঙ্গাল য়ৌখিবদা ঙাযবমখিগনি।"

মচানুপী বেনুনা কৌদুনা তান্নখি ডেদি অমুক্তা ঙায়বিখো হোবেল ঙা লৈবকদবা ওইববদি খাউশি পাইশিনবীখিবনা ফগনি।

মবায়বক্তা মখুৎনা যৈবদুনা হায়বকই -

- "চুম্মিনে ইচাতোম্বী ! নখোয় মামিনা শৌবদা সব ভুলসে জা বহা হুং।"

মচানা খাউ পীবল্লগা ইমুং চঙখিগে তৌবকপদা হায়বকই -

- "হায ইবেম্মা ! চাক্তো ঙবাংদৌনা পেৎহনগনু। নঙনা হৈবোযদবা লৈববদি ননম্মা অহন্দু থোংহল্লুকো।"

- "অহোয় ডেদি।"

মপা বজাব কাখবে। মচা ইমুং চঙহৌই।

লোইববা।

